**দ্বাপরদা কে কু লোৎখিবা কলিযুগতা ফোঙবা**

থৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ
সগোলবন্দ লৌখাম লৈরক, ইম্ফাল।



অফোংবা — ২৯/৬/০৭

কোপি মশিং — ২৫০০/-

মমল — লুপা ১৩৫/-

নম্ফম — **M.R. Offset Printers**
Sagolband Moirang Leirak Machin
Imphal - 795001

## কৎচবা

কৎচরী চরন থম্বালদা ননাইনা
নিংথিবা ফজবা পুম্বগী মপুদা
ওইনিংবা কুচুদা ফজবা ওইরিবা
পিক্লিংবা পিকশিনবা ঙল্লিবা
অতিয়া পুম্বা নংতনা থনবা ঙল্লিবা
লৌশিং পাঙ্গলগী হৌফম ওইরিবা
থরাইপানবা পুম্বগী মপু ওইরিবা
ঐখোই পুম্ব নংগী লৈকোন্দা হিংহল্লি
প্রকৃতীসু নংনা শেম্বীবনি
নংগী লৈকোন্দগী হেকচরকই
অফংবা হৈরাঙ্ লৈরাঙ্ খরদং
কৎচরি চরন থম্বালদা ননাইনা ।

তোল্লবা



থৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ
লৌখাম লৈরক, ইম্ফাল ।

# ইকাই খুম্নবা উৎচরী

*ঐনা* ইজবা *দ্বাপরদা কে-কু লোৎখিবা কলি যুগতা ফোংবা* হায়না মিংথোনবা লাইবিক অসি ইকাইখুম্নবদা মতিক চারবা নাটক্কী লমদসু লমজিংবিরম্বা, লোইন লোইননা লাইরিক কয়া ইবিখ্রবা কবি, হৌজিক্না Vice President Develpment Council Iskon, Manipur গী থবকসু পুবিরীবা অমসং শ্রীশ্রী লক্ষ্মী নরায়ন সেবা মণ্ডলগী President গী থৌসু পুবিরীবা গুরুদেবসিগী মিং ওইনা পঞ্জরবদা শ্রী ফুরাইলাৎপম জগদীশ শর্ম্মবু ইকাই খুম্নবা উৎচরি। গুরুদেবনা মশাগী লাইরিক ইগদব মতমদগী কায়থোকপিদুনা ঐগী লাইরিক অসিবু লমজিং লমতাকপিখি। অমসুং বানান্নচিংবা চুমথোকপিরকই। লোইন লোইননা প্রুভসু তৌবিরকই। অদুগী মথক্তা সংকীর্ত্তন হৌরমদাইদা মৈ চুখৎনবগী দ্বীপ প্রজ্বলন মন্ত্র অসিসু ঐনা হাপচগে হায়রুবদা পিবিরকখি। অদুগা মসিগী সংস্কৃতকী শব্দ আর্থসু তাকপিরকপগীদমক্তসু শিংঙমদ্রবা লম্মন তোম্পিঞ্জরবনি।

তাং ৩ /৬ /০৫ ইং

*পাংজদ্রবা*

বি এম সিংহ



# পারুবদ

দ্বাপরদ কে কু লোৎখিব কলিযুক্ত ফোংঙব হায়ব নাটক অসি শ্রীধাম নবদ্বীপকী মবুঙো গৌরাঙ্গ প্রভুনা গুরু ভারতী গোষাইদগী সন্ন্যাসকী মিংলেন অথোইব শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য নাম অসি ফংলব তুংদ " ইবুঙোনা শ্রীপাদ নিত্যানন্দ প্রভুদা বৃন্দাবনগী বোন্নুংদা কে কু লোৎপী শ্রী কৃষ্ণনা সখাশিংগ শান্নমিন্নখিবদ কে কু ফোংবিরমদ্রব শ্রীদাম সখাবু লৌথোকহল্লুরগা অভিরাম হায়বা মিংথোল পীনবিরগ গৌরভক্ত সামাজদ তিনহনবিখিব নাটক্কী ড্রামাগী মওংদ ইথোকপা শ্রী বীরমঙ্গল সিংহগী কলমগী জগোই অসি হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎনিংঙাইহিনি।

নাটক অসিন শ্রীরাধা কৃষ্ণগী তত্ত্বগা লোয়নন নিগুঢ় লীলা অথুপ্পা নিকুঞ্জ মনুংগী দৃশ্যাবলিসু ফজন তাকলি।

অসিগুম্বা অথোইব প্রেমরস প্রসঙ্গ অসি কনাগুম্ব ভক্তন থবাই য়াউনা মিৎয়েং অমুক্তং তাবিরবদি লেখক্কী হোৎনজমন মহৈ শোয়দনা য়াল্লগনি হায়ন থাজৈ মতুংদসু অনৌ অনৌব কবিগী খুদোল লাইরিক পুথোরকখিগনি হায়না ঐন থাজরি।

ইতি

শুভম্

ঐনা লেখকপু প্রশংসা তৌজৈ

— জগদীস শর্ম্মা —

২৭/৬/০৫ ইং

# প্রশংসা পত্রম



শ্রীথৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ অইবা সিগী দৃশ্য কাব্যগী আধারদা ইবা নাটক দ্বাপরদা কেকু লোৎখিবা কলিযুগতা ফোঙব লাইরিক অসি ঐনা আদ্যোপান্ত পাজরে। নাট্য সাহিত্যগী মনুংদা চেনগদব গুণশুনা চেল্লি। পাত্র চরিত্র চিত্রন কথানক -দৃশ্য অঙ্ক মঞ্চন চিংবা কয়াগী মফম চানা থম্মী। পাজবদা লাইরিক অসিগী কথানক অসি হুজিমক প্রসিদ্ধ ওইরিবা লাইরিকশিং চৈতন্য চরিতামৃত অমসুং চৈতন্য ভাগবততা য়াওরিবা প্রসঙ্গ খরদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবগী মঙাল খরসু তাই। চরিত্র চিত্রন্দা যথার্থবাদ অমসুং আদর্শবাদ অনিমক্কী মমি তশেংনা তাবগী মঙাল ফংই। পাত্রগী মতাংদদি শ্রীগৌরাঙ্গগী ওইবনা আদর্শবাদ অদুম মওইরে। লাইরিক অসি ধার্ম্মিক অধ্যাত্মিক রাজনৈতিক অমসুং সমাজিক পরিস্থিতিদসু মমি তাহল্লগা সমাজ সংসোধনগী ভাবনা অমসু মনুংদা চেলহল্লি। মরম অসিনা লাইরিক অসি নৈনবদা রাস্ত্রগী রাজ্যগী ধর্ম্মগী লম্বী কয়াদসু মার্গস্পষ্ট ওইরগনি হায়বসি ঐনা য়াম্না চেৎনা থাজে। মতুংদসু নিংহন্নবা লৈতনা লেখক্না ভক্তশিংগী অমসুং পাঠকশিংগী থমোই চুনরগদবা মখল মথেল কয়াগী লাইরিক কয়া অইব ওইনা পুথোকপীরক্কনি হায়বগী আশা তৌজে ভগবান্না কৃপা পীনবিসুনু।

**ফুরাইলাৎপম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা**
সহিত্য ব্যাকরণ কর্ম্মকাণ্ড শাস্ত্রী
শাস্ত্র শিরোমনি তন্ত্রধার
শ্রী শ্রী গোবিন্দ ব্রহ্ম সভা মণিপুর



**শ্রীঅধিকারীময়ুম ঁনন্দলাল শর্ম্ম**

ঐনা ইজবা *দ্বাপরদা কেকু লোৎখিবা কলি যুগতা ফোংবা* হায়না মিং থোনবা লাইরিক অসিগী মপুঙ ওইবা, য়াংলেন শরূ পুন্নমকপু তাকপিরম্বা লৈখিদ্রবা ঐজ্ঞা মিং ওইনা পঞ্জরবদা শ্রীঅধিকারীময়ুম নঁন্দলাল শর্ম্মগী মফমদা ইকাই খুম্নবা উৎচরি। পেঞ্জদবা অমনা ঐজ্ঞা অসি লৈরিঙৈদা লাইরিক অসি ফোংবা ঙমজহৌদ্রে। মসিগীদমক ঐজ্ঞানা ঙাকপিগনি। ঐজ্ঞানা তাকপিরম্বা ফজ ফজরবা বারী কয়া কয়া লৈজরী। অসিসু পুথোকচবা ঙম্নবা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী চরন্দা কোটি প্রনাম তৌজরি।

তাং ৩ /৬ /০৫ ইং

*পাংজদ্রবা*

*বি এম সিংহ*

# ৱাহৈ খরদং

দ্বাপর যুক্তা বসুদেব, দৈবকী অনিগী মচা ওইনা, কংসকী শুক্লা মল্লবা করাগারদা অবতার তৌরগা, নন্দগ্রামদা নন্দ, যশোদা অনিগী মচা ওইব, শ্রীমতি রাধিকাগী চান্নথোইবা, গোপীকাগী মরুপ ওইবা, ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী রুপ-গুন্তনা লৈতেংবা কয়ানি। কলি যুক্তা অমুক জগনাথ-মিশ্রা, শচীগী মচা ইবুংঙো নিমাই ওইনা অবতার তৌবিদুনা সন্ন্যাসি ওইখিবগী প্রেম্মা রম্মা থল্লবা লীলা পরিং অমনি। হায়জনিংবদি, শ্রী থৌনাওজম বীরমঙ্গল সিংহগী "দ্বাপরদা কে কু লৌংখিবা কলি যুক্তা ফোংবা" হায়বা লাইরিক অসি, হান্না লৈজবা ৱারী ওইরবসু তোপ তোপ্পা ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নদুনা কলিদা দ্বাপুর যুগ ভাববেস ওইরক্তুনা, কংসকী ধনুর-যাগ যজ্ঞ য়াওনবা রামা কৃষ্ণবু লৌরুনবা অক্রুর থারকপগী মতাং, অদুঙৈগী শ্রীদাম, সুদাম, মধুমঙ্গলনচিংবা লোইনরকখিবগী ভাববেস ওইরকপা, অমদি কোইথি থিরকপা, শ্রীদামবু কলিদা আভিরাম থোনখিবা, অশুন্না লৈগী পরেংশুম শুপচিন্না ইবা, থোইদোক্লা ফজে, লোইননা অইববু থাগৎচগা লোইননা তুংদসু অইবগী মফমদগী আশা য়াম্না থমজে।

তাং ৩ /৬ /০৫ ইং

**গুরুময়ুম তোম্বী শর্ম্মা**

ৱাংখৈ পুখ্রম্বা লৈরক,

ইম্ফাল।

Deputy Labour Commissioner
Manipur

# অইবগী ৱাখলগী ঈচেল

অইবগী পুক্লিং-ইথিলদগী তাংথক নাইনা অরেপ্পা লৈতনা চেঙ্গরকলিবা সাহিত্যগী মচাক ওইরিবা লোল অমসুং ধর্ম্মদা য়ুমফম ওইনা ফোংদোকরক্লিবা দ্বাপর যুগকী কলি যুগ ফাওবগী কাওঙমদ্রবা থৌদোকশিং নৌহৌনা অইবনা টুরিনা য়েকপা লাইগী মওংদা অপাবশিংগী থমোইদা অমসুং মিত্তা শংশংনা উহনবিরি। মসিনি অইবগী তোপ-তোপ্পা মতমগা চুনরবা ৱাখল অমসুং গুন চেল্লি হায়নিংই।

**অইবগী ৱাখলশিং ঃ**

১। অহানবদা — নিমাইনা গঙ্গা স্নান তৌনবা লেংঙকই। সুরোধবনী গঙ্গাবু মুন্না য়েংলগা খঙহৌদনা বৃন্দাবনগী যমুনা তুরেলবু নিংশিংলক্লে অমুক্সু অহোইননা দ্বাপর যুগতা শান্নখিবা লীলাশিংদু যমুনাগী ঈশিংদা মনি তাবগুম্না উরক্লে।

২। অনিশুবদা — নিমাইনা বৃন্দাবনগী ৱাখলদা লুপ্তুনা লৈরিঙৌদা মফম ইখঙ খঙহৌদনা কৃষ্ণগী রূপ লৌবগী ৱাখল অমসুং অক্রুরনা কংসগী ধনুর যাগ যজ্ঞ য়াওনবগী বলরাম কৃষ্ণ অনিবু বৃন্দাবন্দগী লৌবা লাকখিবা থৌদোক্তু নি।

৩। অহুমশুবদা — পণ্ডিত দিগ্বীজয়ীগা নিমাইগা তর্ক তৌনবদা পণ্ডিতজী ত্রি দোষ লৈরে হায়বা ফোংদোকখি। মদুদি শ্রী শিব শঙ্কর দেবগী মতুগী মৱা হায়বা ফজদবা অদুনা ৱাথোক থোকহল্লে মদুদি দুর্গা মাতাগী মপুরোইবা মহাদেব নত্তবা অমা লৈবগুম তৌহল্লে। মসিদা দিগ্বীজয়ীদা অপরাধ অমা লৈহল্লে হায়না খংহনখি।

৪। মরিশুবদা — নিমাইনা মঙকতা ফি য়েংলগা খুরুখুদক কুল্লগা মাতা শচিগী মফমদা হঙ্গচৈদো হে জননী ! মীওইবা ঐখোইসি হেক পোকপু পোকলবদি লমন অহুম তোল্লে হায়নৈদো। (১) বেদগী লমন যজ্ঞ তৌরগা কোকই (২) ঋষিগী লমন তর্পন তৌরগা কোকই (৩) মাতা পিতাগী লমন মসিদি জননী গয়া তীর্থদা চৎলগা ঙমজবা পোৎনা পিণ্ডদান কৎলুদ্রবদি মমা মপাগী লমনসি মপোক মপোক খুদিংদা শিংবা ঙমদে অদুনা জননী নচাবু গয়া তীর্থদা চৎনবা

য়াথং পিবীয়ু হায়না হঙ্গচ্চে। মাতা শচিনা ইবুংঙো গয়াদা চত্তুনা পিণ্ডদান পীবদুদি ইমানা হরাওনা য়াই অদুবু নহাক সন্ন্যাসতি ওইখিনুকো ইমানা নংনা হুম্লকদবা মাইকৈদা মুনা মুনা য়েংদুনা লৈরমগদৌরীবনি।

৫। মঙাশুবদা — নিমাইনা ভৈয়া শ্রীপাদ নিত্যানন্দ মহৌশা গোবর্দ্ধনগী চিংখোংদা কেকু লোৎপি শান্নখিবদু নিংশিংবিরিব্রা মদুদা শ্রীদাম কৌবা শাখা অমা য়াওবদো হৌজিক ফাওবা মহাক কেকু লোৎতুনা লৈরি মাবু অমুক্তং থিবীরু হায়রমই। মদুদা থাজদনা নিত্যানন্দনা ফংখি। শ্রীদাম্না কেকু লোৎপী শান্নবদা মানা ঙমলে হায়রকই। হায়রিবা ৱাহৈ অসিমক অইবগী কলমনা দ্বাপর যুগতা কেকু লোৎখিবদু কলি যুগতা ফোংবসিদা লাইরিক অসিবু দ্বাপুরদা কেকু লোৎখিবা কলি যুগতা ফোঙবা হায়বা মিংথোল অসি পিখিবনি। অরোয়বদা অইবা শ্রী থৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহজিনা ভক্তা অমা ওইনা মতুংদসু মতমগী ঈচেলগা চুনবা সমাজ সংসার তৌবা য়ানা ফজনা লাইরিক ইবিরক্লবা শ্রী শ্রীগোবিন্দজিগী চরন্দা প্রার্থনা তৌজরি।

তাং ১৫ /১১ /০৫ ইং
ইম্ফাল।

**এসঃ গোপালজি শর্ম্মা**
Ex. Executive Engineer
I & F.C.D, Manipur

# মচঙ ওইবা ৱাহৈ খর

লাইরিক অসি শ্রী শ্রী চৈতন্য চরিতা মৃত হায়বদুদগী শিঙ্গবনি, শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী মরমদা ইনরকপা লাইবিক মশিঙ লাকঙমদনা লৈখ্রে। ইবুঙো অসিগী গুনদি সমুদ্রগা চাংদম্নবদা সমুদ্রদি করিসু নত্তে। অতিয়াগুম্না মপান নাইদনা চাউখ্রে। চৈতন্য মহাপ্রভুগী রচনদি মীওইবগী লোন অয়াম্বদা লৈখ্রবনি। অদুবু ঐগুম্ব করিসু লৈতবা অমনা ৱারী অসি ইজবদি ইবুঙো অসিগী মতিক মগুন থাগৎচনিংবগী অদুক ইজবনি। রচনা অসিদা অঙকপা অমা থেংনজবা অসিদা লাইরিক মচা অসিগী মিং দ্বাপরদা নিলমনি, কলিদা গৌরমনি, দ্বাপরদা বল্লরাম কলিদা নিত্যা নন্দ — মতম পুন্নমক্তা নুংঙাইদনতা লৈবা। অঙকপা অমনা দ্বাপরদা গোবর্দ্ধনগী চিংমায়দা সুরুং অমদা কেকু লোৎহৌবা শ্রীদাম কৌবা অমনা মাগী ৱাখন্দা অয়ুক অমা লোইদ্রিঙৈদা। সোমদা ময়ামগী চৎনবীদা কৃষ্ণগী পুন্সি লোইখিদুনা নবদ্বিপ্তা নিমাই হায়না অবতার তৌরদুনা চহি ২৪ শুরবা মতমদা নিত্যানন্দবু বৃন্দাবন্দা থাদুনা কেকু ফোংহল্লুব, অদু ফাওবা হিংদুনা লৈরম্বা অদুগা মমিং অভিরাম হায়না থোনখিবা অসি অঙকপনি। মসিগী মনুংদা মীওইবা জীবগা শা, ঙা উচেক ৱায়াশিংগী পুন্সিগী মতমগা খেন্নবগী মতাংদা চৈতন্যা মহাপ্রভুনা অভিরামদা তাকখিবা শুগাইনা হাপচিঞ্জে। অদুগী মথঙদা নিমাইনা হরিনাম শন্দোকপা চৎনবা মমা শচীদগী অমদি মাগী নুপী বিষ্ণুপ্রিয়দগী বিদায় লৌনবা হোৎনবা য়াম্না নুংশিবা মতাং য়াওরি।

মথঙদা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা মথক থোংবা লাই গুরুদা য়াম্না নুংশিনা ব্যবহার তৌবা, ফজবা লমচৎ শাজৎ উৎলম্বা, ওইদবা ঙাংদবা অচুম্বগী শ্বর হোনবা ফজনা থেৎচিঞ্জে। লাইরিকসি ইনবা হোৎনজবদা উরিপোক্তগী শ্রীফুরাইলাৎপম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্ম সহিত্য ব্যাকরন কর্ম্ম, কাগু শাস্ত্র শিরোমনি তন্ত্র ধার শ্রী শ্রীগোবিন্দ ব্রহ্ম সভা মণিপুর। গুরুসিনা চৈতন্য চরিত্রাবলীগী মরিক চুম্বা চরিত্র কয়া তাকপিখি। মথঙদা শয়াংগী শ্রীফুরাইলাৎপম জগদীশ শর্ম্ম গুরু অসিদগীসু

শ্রীশ্রী চৈতন্য চরিতা মৃতদগী ফজবা ৱারী কয়া ঐনা হংজবদা নুংশিনা তাকপিখি। মথঙদা লৌখাম নৈরক্তগী শ্রী অধিকারীময়ুম " নন্দলাল শর্ম্মদগীসু নিমাই সন্ন্যাসকী ৱারী হংজহৌই। অসিগুম্বা গুরুশিং অসিদগী তাজহৌবা ৱারী কয়া পুক্নিঙ্গরগা দ্বাপরদা কেকু লোৎখিবা কলি যুগতা ফোঙবা হায়বা লাইরিক অসি ইবা ঙমজখি। লাইরিক অসিবু নুংশিবীদুনা পাবিবশিংনা পেন্দবা য়াওবিরবসু হরিগী অবতারনি খনবিদুনা ঙাকপিয়ু। অদুগা ওজা গুরুশিংনা তাকপিরকপা খুদিংমক নুংশিবীবনি হায়না তরাম্না ওকচরি।

*পাঙজদ্রবাং*

**থৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ**
লৌখাম নৈরক, শগোলবন্দ, এনঃ সিঃ রোদ ৫৩, মনিপুর
এ আই আর সক্রীপ্ত রাইটর, ডি ডি কে, ইম্ফাল সক্রীপ্ত রাইটর,
সোঙ এণ্ড দ্রামা এগ্রুপ রাইটর।
ফোন নম্বরঃ ৯৮৬২০০৮৯০৬, ৯৮৫৬১৫৩৯৬৬



## FEW WORDS

Shri Thounaojam Biramangol's 'Dwapurda Keku Lotkhiba Kaliyugta Phongba' is a book worthreading inspite of its weakness in dramatic structure. It consists of twenty-three episodes in which it depicts the good nature and qualities of Lord Chaitainya Mahaprabhu. The story begins with the Devasabha reminding Nimai of the fact that he is the incarnation of Lord Krishna in Kaliyuga. It concludes with the episodes of Nimai leaving behind the mundane world (taking Sanyas), how he came to be known as 'Shri Krishna Chaitainya Mahaprabhu'. All these important episodes are clearly shown by the playwright.

Though the story of Lord Chaitainya Mahaprabhu is well known to the Manipuri Hindu Society, it is mainly confined to the elders and Vaishnav Samaj. I believe his idealistic character and philosophy are the need of the hour in the present morally degraded, corrupted and chaotic condition of our society particularly the younger generation. I believe that his drama will serve the purpose. It is highly commendable of the playwright that even though he collects the sources of the play from 'Shri Shri Chaitainya Charitamrita' and other reknown scholars, he simplifies and unlocks the instrinsic and deep philosophy of Hinduism so that it can reach to the masses in general.

The playwright tactfully uses the technique of 'flashback' which bridges the gap between Dwapur yuga and Kaliyuga and shows vividly the different Avatars i.e. Lord Krishna as Nimai in Kaliyuga, Balram as Nityai, Satyabhama as Bishnupriya etc. the episode of Shridam's 'Hide and Seek Game' is a mystery and Shridam of Dwapur yuga afterwards becomes Abhiram in the Kaliyuga. The intention of the playwright is that these are the plays of the Almighty God Lord Krishna (Shri Hari) and submissioin to Him is the only way to peaceful life. The play is much nearer to the style of Traditional Manipuri Theatre. The playwright's simple but lucid dialogue and vivid portrayal of character are appreciable.

We expect a lot from him in the years to come.

*Dr. Lamabam Gojendra*
Theatre Director & Critic
Keishamthong, Hodam Leirak, Imphal.

Imphal
February, 27, 2007



## A FEW WORDS OF APPRECIATION ON JYANA PRASAD

After having an insight into the contents of this piece of spiritual literature relating to the teachings and life of Shri Shri Lord Chaitanya Mahaprabhu entitled

**'Dwapurda Keku Lotkhiba Kaliyugta Phongba'**
**(Concealed in the Dwapura and Incarnated in the Kaliyaga)**

I feel really transformed spiritually to a higher level of consciousness. The teachings and life of Lord Chaitanya will give tremendous impact on the minds of spiritual seekers and it is found very much relevant to the cause of eradication of the contaminating factors in this present materialistic world.

A Chapter-wise analysis of this piece of literature is presented as follows:

The Study of the first two chapters is based on the objective of the appearance of Lord Chaitainya in this Kaliyuga around five hundred years ago as a golden Avatar of Lord Shri Krishna of Dwapurayuga is meant for the purpose of liberating the fallen souls of the modern world from this material bondage. The study aims really at an epoch of ideal spiritual life free from quarrels, misconduct, mis-behaviour, egoistic feelings, discontent, etc. The author has rightly referred to 4.7 of "Shri Bhagavad Gita as it is" in the 1st Chapter. It states that whenever and wherever there is a decline in the religious practice and there is predominant rise of irreligion, by that time Lord Shri Krishna will descend on this earthly planet to protect the innocent and religious people from hands of the demoniac.

The highest form of religion is the surrender to Lord Shri Krishna without expecting any material gain. However, during the process of surrender every spiritual spirant will encounter a lot of obstacles and difficulties. Lord Chaitanya teaches us how to develop the will and courage to enlighten the fallen souls by way of preaching the religious principles and awakening of spiritual consciousness. The teachings of Lord Chaitanya will remain as a guiding torch in the minds of the sufferers to learn endurance, sacrifice and non-violence.

In the 3rd Chapter the author has described a scene relating to spiritual discussion between Dwigijay Scholar and Nimai Pandit. People were very much taken aback to find Dwigijay Scholar defeated by Nimai Pandit since Nimai Pandit was too tender in respect of age in comparision with that of Dwigijay Scholar.

Dwigijay Scholar came to realize the fact that he committed a serious mistake by being overwhelmed with pride and egoism before Nimai Pandit. Dwigijay Scholar passed a remark of his own mistake saying that pride is the source of the worst evil thought in man and he also admitted that a teacher is one who knows irrespective of age. Out of ignorance a child has no fear for fire.

The 4th Chapter of his volume refers to Pandit Nimai's preparation for a pilgrimage at Gaya. Nimai wanted to handle the matter very tactfully to motivate his mother for seeking permission for going to Gaya Tirtha. The motivation was successfully made on the religious concept that at the very moment of getting birth on this earthly planet, there associates with three obligations to be carried out in one's life. They are the Vedic obligation, obligation to Rhisis, and parental obligations. In response to the mother's desire to fulfil parental obligation Nimai indicated that the means of fulfilling parental obligation is to offer Pinda dan to the deceased father at Gaya Tirtha (dham).

The 5th Chapter of the volume refers to the outcome of the meeting of Nimai Pandit and Iswarpuri at Gaya. Nimai Pandit got spiritual initiation from Iswarpuri with Harinama Mahamantra.

This Chapter indicates the necessity of a devine guru for leading spiritual life even when one is well conversant with

period of one morning according to Shridam while Shridam was called out in Kaliyuga after the reappearance of Lord Krishna in the form of Lord Chaitanya.

The 8th Chapter of this volume refers to the appearance of Shridam out of the hiding place during Kaliyuga after being called out by Nityainanda. As per instruction of Lord Chaitanya, Nityainanda explained as to how Lord Krishna disappeared during Dwapur Yuga and reappeared in the form of Lord Chaitanya during Kali Yuga. Shridam could observe all the changes of the natural environment and absence of all his play-mates and ultimately Shridam was convinced when Nityainanda narrated everything as directed by Lord Chaitanya.

The 9th Chapter refers to the teaching of Lord Chaitanya to the childred about Krishna mantra. Among the teachings mention may be made about Karanyas and Anganyas which are very essential for the purpose of offering prayers to Lord Krishna. The author has described about the different manners of chanting of harinama mahamantra and also about the nitya karma.

Shridam came to realize that Lord Chaitanya was the real incarnation of Lord Krishna involving a change in complexion only.

The 10th Chapter indicates as to how Nimai gave a spiritual message to Shridam quoting from Shrimad Bhagavad Gita. A very important advice that Lord Chaitanya give to Shridam is that Love is the greatest binding force between man and man.

The 11th Chapter refers to the spiritual teachings to the children. Among the spiritual messages given to the children, mention may be made about the relation between Paratma and Jeevatma and necessity of the Harinama mahamantra in the Kali Yuga. The author has described the manner of perfoming spiritual activities for the well being of the soul after the death of a person.

The 12th Chapter refers to the liberation of Jugai and Madhai from the bondage of material contaminated world. It also has depicted a background as to how souls of Jugai and Madhai passed through the cycle of birth and death.

In the 13th Chapter the author has described how Lord Chaitanya defied the orders of Kaji Raja the Muslim ruler through the practice of love and non-violence and Kaji Raja and his followers were motivated to chant Harinama mahamantra.

The 14th Chapter of this volume refers to the matter as to how Bharati Gosai, a well known scholar in Krishna Mantra was motivated in his dream for meeting Nimai for the purpose of an effective and successful preaching programme in Nabadwip. The miracle is that whenever one comes in touch with Nimai Pandit one cannot help chanting Harinama Mahamantra.

The 15th and 16th chapters refer to the feeling of the pang of separation of Sachi, the mother and Bishnupriya, the better half from Pandit Nimai. The most wonderful part in this chapter is that even when Sachi and Bishnupriya had deep sense of love for Nimai, Nimai could motivate them to agree to the proposal of becoming a sanyasi by getting himself transformed into Shri Krishna rupa. After giving Shri Krishna rupa darshan with the complete attire of Lord Shri Krishna, Lord Nimai could persuade them for getting acceptance to lead the life of a sanyasi.

In the 17th Chapter, the author describes about Nimai' s love for plants, trees and animals too, Nimai was bidding farewell to the plants, trees and animals and also to the friends and relatives. Nimai was so compassionate for all the living beings.

In the 18th Chapter the author has described as to how Nimai made preparation for breaking the family ties. Having lost in the verbal efforts of Sachi and Bishnupriya, they decided to keep a vigilant watch over Nimai. However, in spite of their best efforts, Nimai by dint of his supernatural power, could lull them at the late night through the help of Nidra Devi and left home for Katuwa. When Nimai called mother Sachi four times, the mother heard the sound as if a cuckoo was singing. Then Sachi was bidding farewell to the cuckoo to sing freely at Brindavan.

In the 19th Chapter, the author has described about the scene of the crossing of Ganges river at midnight. Nimai had an extraordinary sweet voice which attracted the ferry driver and his daughter to come to his help. The most important part of this

chapter is that after revealing his identity, Nimai talked about evil practices in the Kali Yuga relating to lust, greed, hatred, anger, ego and jealousy. They are the real inner enemies of man. The miracle that may be mentioned in this chapter is that immediately after Nimai left the boat, the whole boat was transformed into a boat of gold.

In the 20th Chapter, the author has described about the complete spiritual tranformation in the minds of the ferry man and his daughter. They were also motivated t to chant Harinama Mahamantra to remain free from the clutches of maya and yamaduts.

In the 21st Chapter, the author expresses the scene of the meeting of Nimai with Bharati Gosai at Katuwa in Nabadwip. It describes as to how Nimai became initiated under Bharati Gosai. Bharati Gosai was putting several spiritual questions to Nimai. But Nimai gave replies much better than what Gosai expected.

The main theme of this chapter is that a person however competent he/she may be in the field of spiritual life should follow the path of discipline of succession under recognized spiritual master.

In the 22nd Chapter, there describes how much Bishnupriya and Sachi get worried in the absence of Nimai immediately after the departure of Nimai for Katuwa.

In the last part of this volume i.e. in the 23rd Chapter there describes about the appearance of Nimai appearing in the form of a sanyasi removing the hair and wearing the attire of a monk inspite of the persuasion of his friend Nityainanda Gadadhar etc. not to become a sanyasi in consideration of the miserable plight of Sachi and Bishnupriya. After initiation Nimai got spiritual name "Shri Krishna Chaitanya" as delevered by Devasova from heaven. It also states further that in all the Yugas, the following pairs of names will remain in existence namely.

| | | |
|---|---|---|
| Rama | - | Lakshmana in Tetra Yuga |
| Krishna | - | Balarama in Dwapura Yuga And |
| Krishna Chaitanya | - | Nityainanda in Kaliyuga |

I have presented a short review of the whole book but I fail to in co-operate most of the important valuable parts of the book My words fail to express my joy and feelings I have in the course of reading this volume of literature. Every reader of this book will get everlasting spiritual benefit out of it

*In the service of Lord Shri Krishna*


R.K. Tarachand Singh
Retd. Professor, Maths Department
Keishamthong Bazar
Imphal West, Manipur.


Dated :
Imphal the 20th March, 07

# দ্বীপ প্রজ্বলন মন্ত্রম্

**সভা হৌগৎপদ অমদি ইশৈ হৌরমদাইগী মৈ চুখৎপা থূপ থারমদাইদা শোনগদবা মন্ত্রঃ**

ওঁ ভো দ্বীপ দেব স্বরূপস্তং কর্ম্ম সাক্ষীঃ হ্যবিঘ্নং কৃত্তী।

যাবৎ কর্ম্ম সমাপ্তিঃ স্যাৎ তাবত্বং সুস্থিরো ভব ।।

আর্থঃ—

অশেংব মঙান্না নংগী নশক্তি হে ! মৈ কৌবা লাঙ্গ নহাক্তী অশেংব অচুম্বদা তৌব লাঙ্গ হায়বদুগী মশক্তি, নহাক্তী থবক্কী সাক্ষীনি। বিঘ্ন অপনবা খুদোংথিবা লৈহনবিদবনি। ঐখোইনা হৌগৎচরিবা থবক অসি লোইদ্রিবা ফাওবা নহাক্না ইংথনা লৈবিয়ু অমসুং ঙাকপিয়ু।

ওঁ সহ নবাবতু, সহ নৌ ভুনক্তু, সহ বীর্যং করবা মহে।

তেজস্বি নাবধীতমস্ত, মা বিদ্বিষাবহৈ ।।

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ

আর্থঃ—

বক্তা, শ্রোতা ঐখোই অনিমকসু ঙাকপিয়ু। ঐখোই অনিমক বিদ্যাগী মহয় মান্নহনবিয়ু ঐখোই অনিমক (ব্রহ্ম) বিদ্যা চপ মান্ননা খঙহনবিয়ু। ঐখোই অনিমক্কী অধ্যায়ন অসি মান্নহনবীয়ু। ঐখোইগী ইশৈনা অমগ অমগ য়েক্লহনবিগনু। ঐখোই ইশৈন অমগ অমগ য়েক্লজরোই শান্তি ওইজগে, শান্তি ওইজগে, শান্তি ওইজগে।

হরে কৃষ্ণ !!

# য়াকাইরোল

## বেক গ্রাউণ্ডদগী পারকপা

### ও ँ দেব্যৈ সরস্বত্যৈনমঃ ও ँ বেদব্যাসায়নমঃ

খৃষ্টগী চহি ১৪৮৫ গুরকপা অদুগা হিন্দুগী শাস্ত্রগীদা ২৮ লক শুবা কলি কৌবা যুগতা নবদ্বীবতা জগনাথ মিশ্রগী অমসুং শচীগী গর্ভদা মচা ওইনা ভগবান শ্রী শ্রী কৃষ্ণনা কলিগী অত্যাচারবু কনবিনবগীদমক্তা নিমাই হায়ন মিং লৌদুনা বৈকুন্থদগী নোঙ্কুম্বীরক্লে।

লমতা থাগী তরামণ্ডানি পানবা পুর্ণিমা নুমিত্তা নবদ্বীবতা পোক্লরে। অদুগুম্বা নুমিৎ অদু চন্দ্রগ্রহন তৌদুনা চন্দ্রদেবগীদি মঙাল ফজনা শন্দোকপা ঙমখিদরে। অদুবু শচীগী মচা ওইনা পোক্লরিবা অঙাং অসিদি পুর্ণিমা কোটী পুন্না ঙাল্লবগুম্মা ইংনা ঙাল্লরে। অদুমক্তনা ইবুঙো অসিগী মিং গৌরচন্দ্র, গৌরাঙ্গ হায়না জগত্তা খংনখি।

পোক্লবা মতুংদা অশিবগুম মমা শচীগী অমৃত থকউ য়াদবদগী অখং অহে গুরুজনশিংদা মমা মপানা নুংশা থিদুনা হংজবদা অহিং অমতং নিম পাম্বী মখোংদা থম্মগা য়েংউ হায়বিরকপদগী অহিং অমা নিম মখোংদা থম্মগা য়েংবদা নোংঙাল্লগা হিংদুনা মমাগী আমৃত থকখিবা অদুমক্তদগী ইবুঙো অসিগী মিং নিমাই কৌখিবনিসু হায়নৈ।

মতমগী খোংচৎ মতুংইন্না নিমাই গঙ্গাদাস সুদর্শন কৌবা পণ্ডিত অমদা শিক্ষা গুরু ওইদুনা বিদ্যা ৬৪ লোইনা তমদুনা হৈখরে। বিদ্যা ৬৪ মক তম্বদা নুমিৎ ৬৪ নি খক চংখি। হায়বদি লাইরিক তম্বসু নোংমতদা লোইবা ইশৈ তম্বসু নোংমতদা লোইন হৈবা বিদ্যা খুদিংমক নুমিৎ নিনি অমতা চংহন্দবা হান্না হৈরেগা লাকপনিনা গুরুনা কিবা শিষ্য ওইখি। অসুম্না লেপ্পা লৈতবা মতমনা পুরক্তুনা নিমাই চহি ২১ শুজিনখরে। সনাতন মিশ্রগী মচানুপী মশক মতৌ ব্রাৎপা লৈতনা ফজবী নুপী ওইবী অমগী গুণ অমত্তা ব্রাৎতবী বিষ্ণুপ্রিয়াগা বিবাহ তৌদুনা গৃহস্থাশ্রমদা খোংদাবা হৌরে।

# অহৌবা য়াকায়রোল শ্রী শ্রী গৌরচন্দ্র রুপ বর্নন

উজ্জ্বল বরন গৌরবরদেহং, বিলসতী নিরবধি ভাববিদেহম,
ত্রিভুবন পাবন কৃপয়া লেশং, ত্বং প্রনমামিশ্চ শ্রীশচী তনয়ম ।।
গদ গদ অন্তর ভাব বিকারং, দুর্জন তর্জন নাদ বিলাসম,
ভব ভয় ভঞ্জন কারন করুনং, ত্বং প্রনমামিশ্চ শ্রীশচীতনয়ম ।।
অরুনাম্বরধর চারু কপোলং, ইন্দু বিনিন্দীত নখচয় রুচিরম,
জলপিত নিজগুণ নামবিনোদম, ত্বং প্রনমামিশ্চ শ্রীশচী তনয়ম ।।
বিগলিত নয়ন কমল জল ধারং, ভুষণ নবরস ভাববিকারম,
গতি অতি মন্থর নিত্য বিলাশং ত্বং প্রনমামিশ্চ শ্রীশচী তনয়ম ।।
চঞ্চল চারু চরন গতি রুচিরং মঞ্জির রঞ্জিতা পদযুগ মধুরম,
চন্দ্র বিনিন্দিত শীতল বদনং, ত্বং প্রনমামিশ্চ শ্রীশচী তনয়ম ।।
ধৃত কতি ডোর কমণ্ডলুদণ্ডং, দিব্যাকলেবর মণ্ডিত মুণ্ডম
দুর্জন কল্মষ খণ্ডন দণ্ডং, ত্বং প্রনমানিশ্চ শ্রীশচী তনয়ম ।।
ভুষণ ভুরজ অলকা বলিতং কম্মিত বিম্বাধর,
বয়রুচিরম মলয়জ বিরাচিত, উজ্জ্বল তিলকং, ত্বং প্রনমামিশ্চশ্রীশচী তনয়ম ।।
নিন্দিত অরুন কমল দল, লোচনং আজানু লম্বীত শ্রীভুজ যুগলম্
কলেবর কৈশোর নর্তক বেপং, ত্বং প্রনমামিশ্চ শ্রীশচী তনয়ম ।।

ঈশৈ অসি লোইরগা
ময়ামনা শোনগদবা
হরের্ নাম হরের্ নাম হরের নামৈব কেবলম
কলৌ নাস্তেব নাস্তেব নাস্তেব গতিরন্যাথা ।।
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে,
হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম হরে হরে ।।

| সেঃ নঃ | হিরম | লামায় |
|---|---|---|
| ১। | নিমাইগা দেব সভাগা ঙাংনবা | ১ - ৪ |
| ২। | নিমাইনা বৃন্দাবন নীংশিংবা | ৫ - ১১ |
| ৩। | দিগ্বীজয়ী পণ্ডিতকা নিমাইগা তর্ক | ১২ - ১৫ |
| ৪। | নিমাইনা গয়া চৎনবগী খল্লকপা | ১৬ - ১৯ |
| ৫। | নিমাই গয়াদা ঈশ্বর পুরীগা উনবা | ২০ - ২৫ |
| ৬। | মাঙোপ্তা অঙাং ময়াম লাইরিক তম্বীরি | ২৬ - ৩১ |
| ৭। | কেকু ফোংনবগী ঙাংনবা | ৩২ - ৩৩ |
| ৮। | শ্রীদামগী কেকু ফোংবা | ৩৪ - ৩৯ |
| ৯। | অঙাংশিংদা কৃষ্ণ মন্ত্র তম্বীবা | ৪০ - ৪৫ |
| ১০। | নিত্যানন্দগা শ্রীদামগা থুংলবা | ৪৬ - ৫৩ |
| ১১। | নিমাইনা অঙাংদা পাউতাক পীবা | ৫৪ - ৬০ |
| ১২। | সংকীর্ত্তনগা জুগাই, মধাইগা থেংনবা | ৬১ - ৭০ |
| ১৩। | নিমাইগা কাজী রাজাগা থেংনবা | ৭১ - ৮১ |
| ১৪। | ভারতী গোষাইগী মমঙদা কৃষ্ণ মন্ত্র পিরবা | ৮২ - ৮৪ |
| ১৫। | শচী বিলাপ | ৮৫ - ৯৪ |
| ১৬। | বিষ্ণুপ্রিয়া বিলাপ | ৯৫ - ১০৬ |
| ১৭। | নিমাইনা উমংশিংদগী বিদায় লৌবা | ১০৭ - ১০৮ |
| ১৮। | নিমাইনা ময়ুম থাদোকপা | ১০৯ - ১১৩ |
| ১৯। | গঙ্গা লানবা | ১১৪ - ১২৭ |
| ২০। | হীনা সনা ওনবা | ১২৮ - ১৩০ |
| ২১। | ভারতী গোষাই উনবা চৎপা | ১৩১ - ১৩৪ |
| ২২। | বিষ্ণুপ্রিয়া মিকপ থোক্লকপা | ১৩৫ - ১৩৯ |
| ২৩। | প্রভুনা শম কোকথোকপা | ১৪০ - ১৪৪ |
| ২৪। | দশাবতার | ১৪৪ - ১৪৯ |

## অহানবা শিন

## নিমাইগা দেব সভাগা ওংনবা

### নিমাই গঙ্গা স্নান তৌনবা লেংঙকই গঙ্গাবু মুন্না য়েংলি ।

*বেক গ্রাউণ্ডন ঃ সুরধুনী গঙ্গাবু সুম উরুবদা ইখঙ খঙহৌদনা বৃন্দাবনগী যমুনা তুরেলবু নিংশিংলক্রে অদুদগী দ্বাপর যুগতা শাগ্নখিবা লীলা মথং মথং নিংশিংলক্লুনা মহাভারতকী লানফমদা কৃষ্ণমক্না মাগী নুংশিজরবা মনাই আর্জ্জুনদা হায়খিবা গীতাগী চতুর্থঅধ্যায় অদু নিংশিংলকলে।*

তাল্লক অদুমক্তদা স্বর্গদগী দেবতাশিংনা আকাশবানীদা হায়জরকই ।

যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানি ভবতী ভারত,

অভ্যুৎ থানমধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম। ।

পরিত্রানায় সাধূনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম,

ধর্ম্ম সংস্থা পনা র্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে। ।

হে ! ভারত ! ধর্ম্মনা ময়েং তাথরকপা, অধর্ম্মনা হেনগৎলকপা মতম মতম অদুদা ঐনা হেক হেক অবতার তৌই। সাধূশিংবু ঙাক্লবা ফত্তবশিংবু মাংহন্নবা অমসুং ধর্ম্মবু নিংথিনা স্থাপন তৌনবগীদমক যুগ যুগতা নোঙ্গুম্মী।

দেবসভাঃ প্রভুমক্না তাকপিখিবা ৱাফম অদু নিংশিংবিরিবরা ?

নিমাইঃ স্বর্গরোমদা য়েংখৎলগা খুম্মকই। চুম্মী চুম্মী দেবসভা ঐসু হৌজিক্তা গঙ্গা উরুবদা যমুনা ওইনা খল্লুবদগী ঐনা অর্জ্জুন্দা হায়খিবা দেবসভানা হৌজিক লাউবিবকপদুমক খল্লম্মীবনি।

দেবসভাঃ প্রভু ! প্রভুদি মর্ত্ত লোকতা নোঙ্গুম্মীখ্রগা লোইনা কাউখ্রবগুম

তৌরবরা খঞ্জরে সংসার ঈপাক্তা নুংঙাইনা তাউদুনা লৈখ্রবা হিগুম লৈখ্রমাল্লে খঞ্জরবনিনে। গৃহস্থাশ্রমদা খোংদারবনিনা ............ ঝারৌবিগনুকো।

নিমাইঃ নত্তে; নত্তে; লানফমগী ময়াইদা অর্জ্জুন্না লান তৌ হায়বা য়ারক্তরবদা পৃথিগী অৱাবা খর ময়েং তানবগীদমক অর্জ্জুনদা হায়খিবদু ঐ লোইনা নিংশিংলি। ঐনা নোঙ্গুমলিবসি ঐগী ইথৌ পাংথোকপা লাকপনি। অদুবু ঐনা ইমা ওইরুরিবী শচী মাতা অসিগী মচাবু নুংশিজবা, লুনা তৌজবা (বাৎশল্যপ্রেম) গী মওং অসিদা য়াম্না লুখরে দেবসভা অমুক্তা ঙাইহিবিখো ঐ পৃথিবীগী অৱাবা কোকচনবা পাপী পাষণ্ডী খর লৌথোক্নবা তৌজরক্নগে তপথবিখো।

দেবসভাঃ প্রভু ননাই ঐখোয়দি য়েংবা ঙমমক্তরে। কলিযুগকী হৌনবী ফত্রবা হিংচা য়াইতম্বা মপাঙ্গলদি কনবা, পাপীশিংনা প্রভুগী ভক্ত সাধু বৈষ্ণবশিংবু ওৎপি নৈবিবদা খাঙবা ঙম্মক্তদুনা লৈফম ফাওবা লৈরক্তবসি য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইতরে। অচুম্বা পুম্নমক লোইন মশক থিহল্লে। হিংচাবা মিনুংশি খংদবশিংনা অচুম্বা শাগৎলক্লে।

নিমাইঃ চুম্মী দেবসভা ঐসু উরে; অদুবু শচীরাণীনা মচা ওইরুরিবা ঐবু লুনা তৌজবা; ঐবু উদ্রবদি লৈবা ঙমজদবা অমরোমদা ঐগী (ভার্য্যা) লোয়নবী ওইজরিবী বিষ্ণুপ্রিয়াগী মপুরোইবা সেবাদা ফজবা, অদুগা নিংজবা অখাং কনবা ফজবা ব্যাবহার অসিদা ঐনা নাহোক্কদবসি ওহোক্না লুখরে।

দেবসভাঃ অদুবুদি চুম্মী প্রভু ! অদুদা ঐখোয়না হায়জনিংবদি প্রভুগী (দেহ্) হকচাং অদুগী ইমা ওইরুবী অদুগা ইন্দ্রিয় খক্তগী লোয়নবী ওইরুবী বিষ্ণুপ্রীয়াগী প্রেমগী লাংদা তৌগদবা কার্য পুম্নমক মতম হেন্নখিবা তারে।

নিমাইঃ দেবসভা ! ঝারৌবিগনু ঐ শোয়দনা ইথৌ পাংথোক্নবা হোৎনজরগে তৌবতবু ইমা শচী অমদি বিষ্ণুপ্রিয়াগী ভক্তি ব্যাবহার ফজবা অসিদগী নাহোকপা য়াম্না ঝাগদৌরি।

দেবসভাঃ প্রভু ! মফম অদু মর্ত্ত লোকনি য়াম্না তেনবা পুস্নিনি। ইবুঙোগী

পুন্সিদি স্বৰ্গগী পুন্সিদা নোংমা ফাদে। ইবুঙোনা জগনাথ মিশ্র অমদি শচীগী মচা ওইনা পোক্লগা থবক খরা তৌগদবদো কাওবিগনু হরিনাম প্রচার তৌবা নংবিহৌরোই।

নিমাইঃ হোই। ঐগী পুন্সি মফম অসিগীসু তেনখ্রবা পুন্সিনি। মত্তগী মীওইবগী পুন্সিদসু তংখাই ফাবা নত্তে। অদুনা ঐ ইমাদা পরীক্ষা মচা অমা হান্না য়েংখিগে লাঈয়ামশাঃ।

দেবসভাঃ প্রভু প্রভুগী শচী মাতাগা বিষ্ণুপ্রিয়াগা অনিগী ভক্তিদা নাহোকপা খরবুদি য়ারনি। অদুবু মর্ত্ত লোককী চৎনবীনি খন্দোকপিয়ু। পৃথ্বী মাতাসে অঙম অঙম্বা মিনুংশি খংদবশিং অসিগী ফত্রবা শাজং লিচত্তা খাঙবা য়ারে। অদুনা প্রভুনা থোৎন মেংলবা ভক্তিতনা নুংশিনহন্নবগী কল্পবা থৌরিনা পুনবিদুনা জ্ঞান য়াওদবা অকনবনা অচুম্বা শাবা, মশানা মশাবু হন্না হন্না থাগৎচবশিংদুবু ভক্তিগী রসনা কয়া ফজবা, কান্নবা তাকপিরো। অদুগা মখোইগী ধৰ্ম্ম য়াওদনা অকনবা শারিবদু প্রভুগী মাঙদা করিসু নত্তে হায়বসু খঙহনবিরো। মর্ত্তসে নাপলনা ময়াই কাদুনা লোইনা মাঙমিন্নবা তারে।

নিমাইঃ মমানা মচা নুংশিজবা, নুপী ওইবীশিংনা মাগী মপুরোইবা অদুবু ভক্তিগী প্রেম্না পুনবা অসিগুম্বা মশক উবদি ফংদবা লাংসে ইরাই লাইনা হেক থদৎপা ঙমদে। দেবসভা! অদুগা খৎনগনবা শাউগনবা মী ওইরবদি থদৎনিংবা মতমদা হেক্তা থদৎপা ঙমগনি। অদুবু ঐগী ইমাগা ঐগী লোয়নবী প্রিয়াগদি শাউবিয়ু হায়বা সুকঙম ঙমদবনি। মসিদা ঐনা করম্না শাউশিন্নদুনা অপঙবা, অঙাওবা ওইরুগদগে। ঐসু উরিবনি পৃথ্বীদা তৌরিবা অত্যাচার নাপলগী কান্নদবা চগংনবা মপান শাবা; ধৰ্ম্ম লৈতবনা অচুম্বা শাবা ঐসু লোইনা উরিবনি।

দেবসভাঃ অধর্ম্মনা অচুম্বা শারক্লবসু প্রভু! শাউগনবা ব্যবহার ফজদবনা, মখোয়বু নমথনবদি তৌবিরুনু। ঐখোয় না লমচৎ শাজং ইংবা তপ্পা ফজবা ঐখোয়দগী ফিদম পিবিয়ু। অদুদা পৃথ্বীবীগী ফজনা লোনচৎ মরা তানা লৈহৌগদবনি। প্রভুনা থোইনা হেন্না খংনিরানি।

নিমাইঃ অচুম্বনি ! ঐখোয়গী ইংখোলদা হৌরিবা হৈরাং লৈরাং পাম্বীগী জাৎ পুম্নমক হৌহন্নীংবা মওংদা হৌরকনবা ঐখোয়না শেমজগাদবনি। অদু ওইরবদি হৈরাং লৈরাং লোইনা মপুং ফানা মাগী ফজফম থোকপা ফজবা ওমগনি।

দেবসভাঃ য়াম্না ফজবা পাওতাক্নি প্রভু ! অদু ওইরবদি ঐখোয়গী শান্নবুং ফজরনি। ঐখোয়দি অদুদা লীলা শান্নবা মথং মথং লাক্কুনা লৈগদৌরিবনি।

নিমাইঃ হোই ! হোই ! দেবসভা ! পৃথ্বী অসিদা অমুকসু পোকনি। অমুকসু শিগনি। মাগী পোৎথোক পুম্নমক চারগা জীব পুম্নমক হিংগনি, চাউগনি। পাঙ্গল কনগনি। নিপা ওইবশিংনা মাগী বীর্য্য অদুনা নুপী ওইবিশিংদা শিন্নরগা কাংখুন মুত্তনবা প্রচার তৌগনি। মসি পুম্নমক ঐখোয়গী লেপ্পা য়াদবা ইথৌনি।

দেবসভাঃ য়াম্না নুংঙাইজরে প্রভু ! প্রভুগী ইমা শচী অমদি ভার্য্যা ওইজবী বিষ্ণুপ্রিয়াগী ব্যবহার ফজবা ঐখোয়সু খঙজরে, প্রভুনসু তাকপিরে। অদুনা মখোইদগী সন্ন্যাস ধর্ম্ম চৎলগে হায়দুনা বিদায় লৌগদবসি অরায়বা থবক নত্তে। প্রভুগী মিংচৎ থিহন্নবা অশাউবা উৎপসু য়াদ্রিবা। অদুনা থেম্মগা নুংশিহন্নগা নাহোক্লবা হোৎনবিরো মতম লৈত্রবনি।

নিমাইঃ মসি হায়বদা লায়রবনি। নুংশিদুনা লৈরিবা অদুদা অমুকসু নুংশিনবা থেম্মগা বিদায় লৌগদবনি। হিমালয় চীংজাও থাঙ্গৎপগা মান্নগদৌরিবনি। ইমাগা প্রিয়াগদা হৌদোক্কদবসি য়াম্না লুখরে। নখোয়গী বা তাবদা ঐসু বাখল থর থোকই।

দেবসভাঃ খঙজদ্রে প্রভু ! ঐখোয়না লাম্বা ফংবা লৌশিং নৎত্রে। প্রভুনা থোকপা কৃষ্ণগী শায়োন উৎপিগেরা বিষ্ণুগী শায়োন উৎপিগেরা ? ওম্নবা হোৎনবিরকও। তৌগদবা থবক চাউই মতম লৈশিল্লক্করে । ননাই ঐখোয়বু বিদায় পীবিরো।

## ২ শুবা শিন
# নিমাইনা বৃন্দাবন নীংশিংবা

নিমাইঃ কৃষ্ণগী রূপ লৌবগী রাখল সুম খল্লকপদা অক্রুরনা কংসগী ধনুর যাগ যজ্ঞ য়াওনবগীদমক বলারাম কৃষ্ণ অনিবু বৃন্দাবনদগী লৌবা লাকখিবদু নিংশিংলক্লে। মিত্তা শঙ্ শঙ্ উরক্লে অক্রুরবু।

অক্রুরঃ (*নন্দ মহারাজদা হায়ররে*) বলারাম কৃষ্ণ অনি অসি কংসনা ধনুর যাগ যজ্ঞ য়াওননবা লৌরুচো হায়বগী লাকচবনি।

নন্দমহারাজঃ *অক্রুরগী রা তাবদা লরাই পাইখ্রে মিকুপ ১ উদবদা যুগ কয়া উদবগুম খাঙবা ঙমজদবা নন্দ খুম্ফম খংখিদরে কংসগী য়াথংদি ইন্দবসু ঙমদবা চেন্দুনা হিংলোইদবা মতাং ওইখরে ।*

কৃষ্ণঃ পাবুং মহারাজ, নচা মাম্মা কংসগী ধনুর যাগ যজ্ঞ য়াওজরুগে, করিমত্তা নুংশা থিবিগনু।

নন্দঃ ইবুঙো ইপাগী কৃষ্ণ, ইপাবু করি হায়রসিগে ইপাদি হায়ফম তৌফম খংদ্রে। কংস মহারাজদি অচৌবা নিংথৌনি, অকনবনি।

যশোদারানীঃ ইমাগী কৃষ্ণ ! ইমাদি মাংজরেদনা ইচাবু হাৎনবগীদমক্তা লৌবা লাকইবনি। মানা হাৎলিবা অঙাংসি য়াম্মবনি।

অক্রুরঃ মহারানী থোইনা চিংনবিগনু ঐনা লাকচরিবসি কংসনা হাৎকদবগী মওং উরবদি ঐসু লাকচরোই। মানা পংহাৎ হাৎপা য়াব নত্তে, ঐসু ঐগী খোঙলোই চপচানা থম্মীবনি।

যশোদাঃ হে ! অক্রুর কংস অকনবা নিংথৌনি অদুগী মথক্তা ফত্তবদা মাগী মপা নিংথৌ উগ্রসেন ফাওবা কারাগারদা থম্মগা মানা নিংথৌ ওইবা ঙম্মীবনি। মমাবুসু কারাগারদা থম্মীবনি। মমা মপা ফাওবা নুংশিবা খঙদবা মহা ফত্তবা নিংথৌনি।

কৃষ্ণঃ পাবুং ! মাম্ম কংসনা ঐবু করিসু তৌরোই ঐবু উবদা নুংশিবনা ঙাওগদৌরিবনি। লাইবক ফবী ইমা, করিমতা চিংনবিগনু।

যশোদাঃ ইমাগী কৃষ্ণ ইমাবু করি ওইরশিগে মানা গোকুলদা পোকপা অঙাং পুন্নমক হাৎকে তৌবদা মমা মপাশিংনা মচা মচা পুরগা চেন্নখ্রবনি। মীনুংশি খংদ্রবা নিংথৌনি। করি তৌরগা চত্তবা য়াগদগে ইমা হায়ফম খংদ্রে (*হিক্রা হিক্রা কপ্পী*) হা বিধি নোংদম্বা ! ঐবু করম্ন খাংঙশিগে ? কৃষ্ণ ! (*কৃষ্ণ মমা যশোদাগী মনঙ্গলদা নাম্নগা হায়রকই*) ইমা হে জননি ! নচাবু কংসনা হাৎপা ঙমগদবা নত্তে। ঐগী পুন্সি লোইদ্রিঙৈদা কনানসু ঐবু হাৎপা ঙমগদবা লৈতে। ঐগী শিগদবদি কংস শিরগা চহি ১০০ গী মতুংদা শিগদবনি। ইমা চিংনগনুনে।

নন্দঃ ইপাগী কৃষ্ণ, নংনা ঙাংথোরকপসি ঐখোয়না লাম্বদা ফংদবা ঙাক্তা ঙাংই। ইপাদি ভাব তাবা ঙমদ্রে।

পাবুং, নচানা হায়জরিবসি অচুম্বনি; ঐগী মৃত্যু মাম্মা কংসগী মখুত্তা লৈতে অদুনা হায়জবনি।

অক্রূরঃ মহারাজ ইবুঙো ! কৃষ্ণনা হায়রিবসি অচুম্বনি মা ফত্তী ফত্তে অদু ওইরবসু মাগী মখুত্তা ইবুঙো কৃষ্ণগী মৃত্যু ওইয়ু হায়বা লৈত্রবদি মাগুম্বা কংসনা কৃষ্ণবু হাৎপা ঙমগদবা নত্তে।

কৃষ্ণঃ ইমা ! নচাবু আশীর্ব্বাদ পিবিয়ু; নচানা কংসবু জয় তৌবা ঙম্বা বর পিবিয়ু। ইমানা চিংনদনা থম্মোই শেংনা ইমাগী খুৎ অদুনা ঐগী কোক্তা নানবু নানবিরবদি ঐগী তুবুম অমা ফাওবা খোয়হনবা ঙমলোই, থৎপদি লায়রদনা।

যশোদাঃ ইমাগী কৃষ্ণ ! ইমা অমুক্তা কোল্লগা ইচাবু পেন্না চুপখিগে। ইচাগী মনম নুংশিবদো থম্মোই থম্না চিংশিল্লগা থমজহৌগে। অদুগা ইচানা পাম্বা আশীর্ব্বাদ বর পিথোকে লাকও ইমাগী নিলমণি। (*হক্রা হিক্রা কপখ্রে*)

কৃষ্ণঃ (*যশোদাগী মখোং শোক্লা খুরুমই*) ইমানা নচাবু মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পিবিরবদি নচাবু মায়থিবা পিবা ঙমগদবা সংসারদা লৈরোই ইমানা খ্বাইদগী অহেনবা গুরুনি।

যশোদাঃ *(কপ্পা কপ্পা)* লাউ ! ইমাগী নিলমণি ইমাগী ঙমজবা অরৈবা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ বর পিরগে। *(কৃষ্ণবু কোল্লগা হঞ্জিন হঞ্জিল চুপ্লগা) কপ্পা কপ্পা হায়রকই)* ইমানা অশেংবা ইচাবু নুংশিজবা অমসুং সতী ধর্ম্ম কায়জদবা ওইরবদি কংস অমখক্ত নত্তনা কংসগুম্বা লিশিং লিশিং হাৎপা ঙম্বা ওইজরো ! *(হায়রগা কপ্তুনা লৈখরে। অক্রূরনা মমা মচাগী মতৌ উবদা মপিতানা কপলি)*

কৃষ্ণঃ *(নন্দরোমদা)* পাবুং মহারাজ ইমাগী মমল য়াম্লবা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ নচাগী কোক্তা হাপ্পিরকলে। নচানা শোয়দনা মঙ্গল ওইরগনি। পাবুংগী আশীর্ব্বাদসু পিবিরো।

নন্দঃ ইপাগী শ্যাম কাহ্নাই শকহেনবা ! লাউ ইপাগী লৈজবা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পিরগে। *(কৃষ্ণবু কোল্লগা হঞ্জিন হঞ্জিন চুপচৈ হিক্রা হিক্রা কপ্পী)* ইচানা চৎখিবা মফম খুদিংমক্তা ইচানতা জয় ওইরো কংস খক্তা নত্তনা মাগী লৈরম্বা খোংমী লাম্মী, শগোল, শামু, পুম্নমক ইচাগী মখুত্তা লোইনা মায়থিবা ফংলসনু। ইপানা পিবা ঙম্বদি অসিদ মঙাইরে। কংসদি ঐবু ঙম্বা ঐগী ইথক্তা লৈবা নিংথৌনি। *(হিক্রা হিক্রা কপ্তুনা মচা কৃষ্ণতবু হন্না হন্না কৃষ্ণগী কোক্তা নানবিরি)*

কৃষ্ণঃ *নন্দ মহারাজগী মখোং অনিমক কোল্লগা মীচম অমগুম্না মপাবুংবু খুরুমজরি।* নচানা শোয়দনা মঙ্গল ওইরগদবনি ইমাগা ইপাগা অনিমক্কী মঙ্গল আশীর্ব্বাদ লোইনরবনিনা জগৎসিদা কৃষ্ণ ঐবু মায়থিবা পিবা ঙমগদবা কনাম লৈত্রে।

অক্রূরঃ *নন্দ মহারাজ অমদি যশোদারাণীদগী বিদায় লৌরগা কৃষ্ণবু অমদি বলারামবু রথকী মথক্তা হাপ্লগা রথ থৌদুনা থোরকলে। বলারামগী মমা রোহিনিসু কপ্তুনা লৈহৌরি। ইমাগী ইবুঙো হে! রাম বলরাম! হায়রগা খাহ্বরে।*

*বলারাম কৃষ্ণ অনিমক কংসনা হাৎনবগীদমক্তা অক্রূরনা পুখ্রে হায়বা তাবদা কাংগী মমাংদা গোপীশিং অমদি ইবেম্মা রাধানচিংবী থিংনবা চেঞ্জোরকলে।* গোপীশিংনা হায়রকই অক্রূর ! বলরাম কৃষ্ণ

অনিমক পুখিবা য়ারোই। থম্বীরম্মু অনি অদুনা ষনবী ষন্নাওশিংতা যোকপা নত্তে ঐখোয় পুন্নমকপুসু হিংহল্লিবনি। কংসনা হাৎকদবগী কৌররিবনি। মানা থারকপা পুতনা শিখ্রে অদুগী মথংদা হিংচাবা কয়া কয়া থারকখ্রবনি অদু পুন্নমক ঐখোয়গী নংনা পুরিবা কৃষ্ণ অদুনা লোইনা লাম্বীখ্রবনি। হৌজিক মখুৎ মক্লা হাৎনবা লৌবা লাকইবনি। মাদি মহা পাপীনি।

অক্রুবঃ ইবেম্মা গোপীশা! নখোইনা অমুক থিংবিরনু। রাম কৃষ্ণ অনি অসি হাৎনবা পুবা নত্তে নখোই খক্তনা নুংশিজবা নত্তে। ঐখোযসু ইবুঙো অনিসিবু হেক উবদা নুংশিদবা ঙমজদে। মাবু হাৎনবা তৌরবদি ঐ হান্না শিবা ঙমগনি। অশেংবনি।

গোপী ময়ামঃ মিনুংশি খংদবা অক্রুর ওইদবা ঙাংলগা পুখিবা য়ারোই হায়দুনা (*শগোলগী মমাংদা হিপ্লা য়াওরে*) খরা অমনা শগোল চুপলি পাইদুনা খামলি। খর অমনা কাংগী চাক্কা ফাদুনা লৈখ্রে। মদুদা খ্বাইদগী থবাই য়াওনা ফারিবদি শ্রীমতি রাধানি। রাধাদি মশম অদুনা কাংগী চাক্কাদা য়েৎশিনখিদুনা শমখোংদা ঈনা পুমঙাং ঙাংখরে। মশাদা শেৎলিবা মফি অদুসু চাক্কাগী মশাদা য়েৎশিনখিদুনা মফি ফাওবা শেৎলি শেৎতে মফম খংখিদরে। অদু ফাওবদা হনবা লৈখিদরে। রাধাগী মতৌ কৃষ্ণনা য়েংবা ঙমখিদরে। অক্রুরনা ময়াম তানখাইরগা রথ থৌবা হৌরকপদা রাধাদি রথকী মখাদা লৈরি থরো থরো ওন্দুনা চিংলি। অদু ফাওবদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা খাংলি।

যশোদাঃ মহারাজ! ইচা কৃষ্ণদো কংসনা শোইদনা হাৎপিখিবা তারে। ননাই ঐবু করি তৌরগা খাংগদগে। ইচা উদনা হিংবদি ননাই ঐদি ঙমজররোই।

নন্দঃ যশোদা রাণী! নংগী ঐগী ইচা ওইনা পোক্লরিবা কৃষ্ণদো নং ঐগী ইনাক্তা ইচা ওইজবনি। মাদি জগৎকী মপুনি চহি ৭ শুরকপদা শোবাবেনগা খৎনবদা শোরারেনগী নোংগা নুংশিৎকা হৈথরকপা অনসুং মাগী বজ্রনা মশিংখংদনা থাদবকপা মতমদা অসুক চাউখ্রবা।

যশোদাঃ ইমাগী শ্যাম কাহ্নাই !

নন্দঃ গোবর্দ্ধন চিং অসিবু থাঙ্গৎতুনা ব্রজগী ব্রজবাসী পুম্নমক করিমতা শোকহন্নখিদবা। শোরারেন মায়থিদুনা নচা কৃষ্ণদা লাম্লে হায়দুনা খুরুমজখিবনি নংবু কাওরবরা ?

যশোদাঃ অদুবু মহারাজ ইচা ওইনা লৈরবনিনা ইতম্পাক্তগী সুককুম *কুমথহন্নিংদে ননাইদি।*

নন্দঃ মদু য়ারোই রাণী নংগী ঐগী তম্পাক অসিদদা সুম লৈয়ু য়াগদবা ইচা নত্তে। মাদি কংসনা করিসু তৌবা ঙম্মোই থাজৌ। কংসনা থারকপা চাউর চাউরবা হিংচাবা কয়া কয়া লোইনা নচা কৃষ্ণনা লানবিখ্রবনি। মানা শান্নবা লীলা ঙাক্তনি। *(যশোদা কপ্ল কপ্ল)*

যশোদাঃ হে ! ইমাগী থব্রাইগী থব্রাই ওইবা, শ্যাম কহ্নাই শকহেনবা থব্রাইগী মণি, ইচানা শাবা জগোইদো ফজবনিদা ইচানা খোংবা বাঁশিদো নুংশিদা, তাররোইকো অমুক হন্না ইমানা হে ! ইমাগী থব্রাইগী থব্রাই ওইবা। সন্ধ্যা য়াচংবা খুদিংগী হল্লকপদো। ইমানা বরতী চমদুনা য়েংজবদো অমুক হন্না ফংলরোইদরা ?

নন্দঃ কপ্লগনু।

যশোদাঃ ননি মাখন পামজবদো ইচানা ইমানা চফু থন্না থমলিয়ে হে ইমাগী থব্রাইগী থব্রাই ওইবা। নপাবুং মহারাজবু যমুনা ইরোন্নুংদগী নংনা লৌরুবা নত্রনে। তমথিরবা কালিয়বু নংনা, তাহ্নোকপিদুনা গোপশিংবু কনবিবা ইচানা ফজহল্লম্বা বৃন্দাবননি হে ইমাগী থব্রাইগী থব্রাই ওইবা। অসুম্না হৌখিবা লীলা কয়া নিংশিংলকই।

নিমাইঃ লোইনা হৌজিক্তা থোকপা থৌদোকুম্না নিংশিংলকপদা। রাধাগী শমখোংদা ঈনা ঙাংখিবা শমনা চাক্কাদা য়েৎখিদুনা ফোইদৎখিবা অদুগী লমন্না হৌজিক নিমাই ঐগী কোক্তা শম হৌহন্দবা লু শিং নান্না কোকথোকপা অদুগা রাধাগী মফিনা কাংগী চাক্কাদা যেৎখিবদা রাধাগী হকচাংদা ফি য়াওখিদবা অদুগীনা সনা ফিগে ফৈজোমগী মহুত্তা অচম্বা ফি মচেৎ অমা বাধাগী কুচু মানবা গেরুব্রা শংলগা

কৌপিন ওইনা শেৎপা অদুগা ঐনা বৃন্দাবনদা রাধা নচিংবা গোপীশিংবু হুন্দোক্তুনা লাকপগী লমন্না ঐনা সন্ন্যাসী ওইনা চৎপা কনাগীসু মতেং য়াওদনা ইখুৎনা চাক ইন্সাং থোংজরগা চাবা ইখুৎমক্লা লুখাক চগুম শেংজবা কোল লিক ফেংজবা। ইমা যশোদা অমদি পাবুং নন্দগী মচাদা পিজনিংবা অদুবু ঐনা পিজবা ফংহনখিদবা অদুগী দোষনা হন্দকমুক্কী মপোক্তা য়ুমথোং ৭ তা ভিক্ষা চৎলগা মদুদা ফংলকপা অদুনা নোংমা নোংমগী চরা ওইথোকপা হয়েংগী খাক্তবা ভিক্ষা চৎপা ঙমদবা নুমিতা চাদনা তোকথোকপা অসিনা ইমাগা ইপাগগী লমনশিংবা শকচগে। অদুগা ফুদোংলবা সনাগী কুচুনা নুংশিজবা রাধাগী কুচু লৌরগা বাহির রঙ্গ ওইরক্রবনিনা ইন্দ্রিদা কৃষ্ণগী অরুবা অশিংবা অরোনবা পুন্নমক লোৎলগা পোক্রক্রবনি। ঐনা লমন শিংনবা হোৎনদবা য়াদ্রে। *(অসুন্না দ্বাপরগী রাধেগী অমদি মাতা পিতা নন্দ যশোদাগী তোনখিবা লম্মন পুন্নমক নিংশিংলকই। সন্ন্যাসকী চৎকদবা নিয়ম খল্লকই)*

অদুনদি নিমাই অসি রাধা কৃষ্ণ অনিমক্কী অংশনা ওইবনিনা নিমাইনা মমা শচী অমসুং লোইনবী বিষ্ণুপ্রিয়াবু হুন্দোক্তুনা চৎলিবা প্রভুনা ৱারিবা পুন্নমক রাধাসু খংলি উরি হায়জনিংই। অদুগা বৃন্দাবন্দা রাধানা ৱাজখিবদু বিষ্ণুপ্রিয়ানা ৱারিবা অসিদগী ৱাৎপা নত্তে। মরমদি রাধাদি ইমুং অমগী মৌ ওইরিবনি। অদুগা কৃষ্ণবু নুংশিরকপনি। অদুনা মপুরোইবা আয়োন্না য়াফম থোক্তে। মদুদা রাধানা কৃষ্ণবু নুংশিজবা মনেম্বোক্লা য়াবা হৌনদবনি। অসিগী নুংগী ৱারী অমা লৈরি। অদুনা রাধানা ৱাবগী চাং অদু য়াম্না ৱাংই হায়জনিংই। পুন্নমক কৃষ্ণ মাগী লিলা ঙাক্তনি। আয়োন্না রাধাবু লৌখিবগী ৱারিসু চাউনা লৈরি। গুরুজনশিংনা হেন্না খংবিরবনি। অইবগী ৱাখন্নি।

*( মাধুকরীগী টিকা মতেক অমা থমজগে)*

মাধুকরী = হয়িংখোইগী মতৌ তম্বা মমৈ থংদা মাধুকরীদগী মাধুকুরী হায়নরকপনি অসুন্না তাজৈ।

হয়িংখোইনা কোযপায় পাযদুনা লৈহি থিবা = মচিঞ্জাক থিবা চৎলি।

অদুগুম্না মীনা কোয়চৎ চৎতুনা ভিক্ষা নিবগা হিংনবা হোৎনবনু মাধুকুরি চৎপা থংনখি হায়নৈ।

নিমাই হায়রিবা ইবুঙোসিদি মানা পোক্লগদবা ইমুং অদুগী ইংখোল ফাওবা হৈপাল লৈপাল লোইনা মপুং ফানা ফজহল্লগা অমসুং ইমুং অদুদা লক্ষ্মীনা ভান্দার ওইহন্দুনা বাস্ত পাদবা ওইহল্লবা মতুংদা পোকপিরবা ইবুঙোনি। অদুগুম্না ইবুঙো অদুনা করিসু লৈতবা হয়িংখোইগুম্বা তিল মচা অমগুম্না হরিনাম শন্দোকপা ঙম্নবগীদমক য়ুমথোং খুদিং চঙ্ চঙ্দুনা নিরগা পুক্কিদমক্তা য়াম্না লাইরবা শাদুনা চৎলরি। কয়াদ নুংশিপ্রবা বারীনো লাঈসু লমনশিংনবা হোৎনৈ। কনাগী লমননো হায়রগদি দ্বাপর যুগতা যশোদা মাতাগী নন্দ মহারাজগী অমসুং শ্রীমতী রাধাগী, লোইন লোইননা গোপ গোপীশিংগীসু য়াওরি। মীগী লমনশিংনবগী দমক্তা করিমতা চাদ্রবসু করিসু বাবিদ্রবা, কৃষ্ণনা চাবা থকপা ফংজদ্রবা মী অমগুম্না ভিক্ষা নিদুনা চৎলরি। মসি জিবীশিংবু অবাবা খাংবা তম্বীনবা লমজিংবিবনি। ধর্ম্ম শন্দোক্লবগীদমক মাধুকুরী চৎলম্মী।

নিমাইনা খল্লকই ইমাসু থম্মোই কনবা তম্বীনবা পাবুংগী পিণ্ডদান গয়া তির্থদা চৎলগা কত্তবা য়াদ্রে হাযদুনা ঐগা কায়নবা হৈনবা পবীক্ষা অমা হৌবগে খল্লকই।

৩ শুবা

## দিগ্বীজয়ী পণ্ডিতকা নিমাইগা তর্ক

*( বাজারদা ধুলোক থিন্দুনা চৎলি )*

তাবিয়ু তাবিয়ু ভারতবর্ষগী মহাপণ্ডিত দিগ্বীজয়ী কৌবা অমা ব্যাকরন অমদি ধর্ম্মগী ন্যায় শাস্ত্রগী তর্ক তৌনবা দ্বিগবিজয় লাকই। হায়রিবা পণ্ডিত অসিনা ভারতকী মফম কয়াদগী জয় তৌদুনা মনা মথুম ময়াম পুদুনা লাকই। মসিদা কনাগুম্বা নবদ্বীপকী নাগরীকশিংনা কেশোব পণ্ডিত অসি তর্কদা মায়থিবা পিবা ঙম্লবদি মানা পুরকইবা মনা মথুম পুন্নমক পিথোক্লমগনি হায়রি। অদুগা করিগুম্বা তর্কদা মানা ঙম্লবদি পুরকইবা মনা মথুম অদুগুম্বা অমমুক পিগদবনি হায়দুনা লাওদুনা চৎলি চেসু চায়রি। অদুগা করিগুম্বা তর্ক তৌনগদবা মী লৈত্রবসু নবদ্বীপকী ন্যায় সম্প্রাদায়না অইবা চে পিগদবনি হায়না মখা তারি। মতাং অসিদা নবদ্বিপকী অহল লমন্না বাজারদা ঙাংনরি। মমাংঙৈগী ধনরাম পণ্ডিততু লৈরবদি মাগা তর্ক অসি তৌনরবদি নুংঙাইগদবনি। হৌজিক মা লৈখিদ্রবনিনা কনাগা তৌনগনি ব্রাফম অসি অহল খরনা নিমাইদা তম্মরে নিমাই নংদি অঙাং ওইরিবনিনা ঙম্মোইদরা চে চাইরিবসি উরবরা চে অদু পিশিল্লি। নিমাই চেদু য়েংলগা হায়রকই অহল লমন পুন্নমক্তা হায়রকই চিংনবিগনু। ঐনা থেংনগদবা নত্তে। ঐগী গুরু গঙ্গাদাস সুদর্শন পণ্ডিতকী আশীর্ব্বাদনা থেংনবিগদবনি। শ্রীগুরুগী কৃপা লৈরবদি মাগা তর্ক তৌনবা ঙম্বা য়াই। অহল লম্মনশিংসু তর্ক তৌনফমদা ঙহাক ঙহাক হেক লেংবিরকউ। ঐগী থৌনা হাপ্পীররাও।

*নোংমা নুমিদাংব্রাইরম গঙ্গা মপান্দা ময়াম তিল্লি —*

দিগ্বীজয়ী পণ্ডিত মমায়দা চন্দোল ফজনা পাক্লা থিল্লগা য়াম্না লেম্না খোঙগ্রাই চম্লগা ফমলি। কনাবুসু থওইদনা হায়রকই আঃ কদায়নো ঐগা ন্যায় শাস্ত্রদা তর্ক তৌনগদবা পণ্ডিত হায়বদুদি থোরকলোদনা য়েংঙসি। কনানো ?

নিমাইঃ *মহাম মবক্তুগী হৌগৎলগা মখুৎ জুর তৌরগা হায়রকই* । পণ্ডিতজী

ননাই ঐনি পণ্ডিতকা তর্ক তৌনগদবা মীদু। মোমোন নোকঅগা হায়রকই ঐনি চিংনবিগনু, তপথবিয়ু।

দিগ্বীজয়ীঃ এঃ ইবুংঙো নং ওইরে নংদি অঙাং ওইমল্লিদনা হা !! নোকপা ইবুঙো নংগা তর্ক তৌনবদি ঐগী লেমনিংঙাই লৈতে ঐনা ঙম্লবসু অঙাং অমগা তর্ক তৌনবগী মীনা নোক্লগনি। ভারতবর্ষ পুম্বনা ঐবু নোক্লরগনি। শেঃ অদুগী শরুকপুদি নবদ্বীপতা কেশোবকা তর্ক তৌননবা পণ্ডিত লৈত্রে হায়না ইরগা হেক পিথোকপনা ফরনি মদুদি নংসু ব্রাদ্রে হা ! করি হায়গে ?

নিমাইঃ মোমোন নোকই পণ্ডিতজী বিদ্যাগী মরমদা নহাগী অহলগী তোঙান তোঙানবা লৈতে। শাস্ত্র হায়বসিদি অখণ্ডবনা গুরুনি। চিংনবিদনা হংবিনিংবা হংবা য়ারে।

দিগ্বীজয়ীঃ এঃ অঙাং অসিগী ব্রাতাসিদি ঙাওহন্ত্রগে। অদুদি বেতা ! তারোকো ঐ থিথরক্লগে। নংনা তর্ক পাল্লবদি।

মহত্বং গঙ্গায়াঃ সতত মিদমা ভাতি নিতরাং,

যদেষা শ্রীবিষ্ণো শ্চরন কমলোৎ পত্তি সুভগা।

দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীরিব সুরনরৈরচর্চ্য চরণা,

ভবানী ভর্ত্তুর্যা শিরসি বিভবত্য দ্ভুত গুণা।।

আঃ বেতা নং ঐগী শ্লোক তারেদনা অথদি খংলবরা খংলবদি হায়রো হায়রো য়েংঙশি।

নিমাইঃ *( মানা থিবা শ্লোকতা অরানবা য়াওরিবদু হায়রগদি অহল অসি চোপ্পা তারে খন্দুনা তুমিন্না লৈ। )*

দিগ্বীজয়ীঃ *( নোকমি নোকমি তৌরগা লৈ; ) ( মানা খল্লি অঙাং অসি খুম্বা ঙম্বগী ব্রা লৈতে শ্লোক অসিদি ঐনা খুদক্তা শারগা হেক্তা থিজিনবনি। মাদি খেংনদ্রিবনিনা । ঙসিদি ঐ ভাবতবর্ষগী দ্বিগবীজয় পত্র শোইদনা ফংলগনি।)* হায়রকই কৈদৌরে খুম্মোদনা। মযাম তুমিন তুমিন লৈনৈ।

নিমাইঃ পণ্ডিত অহল ওস্থোকপনিদকো নংগী শ্লোক অসিদি নংনা খুদক্তা শেমজিনবনি। অদুদা নং য়াম্না হৈরবনি খঞ্জবগী অপরাধ অমা লৈরে। নংগী অহঙ্কার অদুনা লানখিবদু খংজদ্রে। নংনা হায়নিংইবদি প্রভু মহাদেবগী জটাদা লৈবী গঙ্গা মাতাগী মরমদনি। অদুবু নংনা থওইদনা ঙাংশিল্লকপদা ভবানি ভর্তুযা শিরসি বিভবত্য দ্ভুত গুণা হায়বগী মতাংদা পণ্ডিতজীনা অমুক্তং খন্থবিগদরা ?

দিগ্বীজয়ীঃ *( ইস কুপ্না তারমখরেদা ) খিগৎলম্বা অদু তুমিন লৈখ্রে।*

নিমাইঃ অদুনা পণ্ডিতজীগীদু ত্রি দোষ লৈরে। মহাদেবগী মতুগী মরা হায়বা ফজদবা অমা থোকহল্লে। অদুনা দুর্গা মাতাগী মপুরোইবা মহাদেব নত্তবা অমা লৈবগুম তৌহল্লে। অদুগীসু অপরাধ অমগা লৈহল্লে। চুম্বরা পণ্ডিতজী। খজিক্তং তপথরগা হায়রম্মবদি ফজরমগদবনি।

দিগ্বীজয়ীঃ মথন্ত তপ্না *( অঙাং অসিদি লাঙ্গৈনিদনা ঐদি য়াম্না লায়না খল্লুবনি। ওস্থোক্লা ফজনা হৈরমখরেদা অসিদি ঐনা চংঙুবা য়াব নত্রে )* ঐ খর থুনা চৎখিবনা ফরনি তপ্না হায়রগা মানা পুরকপা মনা মথুম লোইনা থনম্মগা তুমিন চৎখরে।

*মফম অদুদা তিল্লিবা অহন লমন পুন্নমক পুমঙ ক ঙকখ্রে। অঙাংশিং অদুনা ৱা ৱা নোকখরে ঐখোয়গী ওজা নিমাইনা জয় ওইরে লাওনরকই। নিমাইনা মাগী শিষ্যশিং অদু খামজিল্লি। শান্ত শান্ত পণ্ডিত অহন অসি ইকাইরনি লাওরুনু লাওরুনু অসুন্না নুমিৎ অদুদগী নিমাই পণ্ডিত হায়না মমিং চৎখরে হান্নদগী শিষ্য মশিং হেন্নবা ওইনা থোকখ্রে।*

*দিগ্বীজয়ী পণ্ডিত মথরাই য়াম্না নুংঙাইতনা তুমখিবা অদুদা মমঙদা সবস্বতী মাতানা লেংঙ ক্তুনা তাকপিররে। হায় কেশোব পণ্ডিত নংনা ঙরাং ন্যায় শাস্ত্রদা তর্ক তৌনরুবা অঙাং অদু নং কনানি খল্লি। নংনা য়াম্না উশিক্তনা খল্লিবদু অতৈ নত্তে অঙাং অদু স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনি। ঐখোয় পুন্নমক মাগী শিষ্য ঙাক্তনি। ঐখোয় পুন্নমকী গুরুদেবনি। লাইরিক ময়েক পুন্নমক মাগী ঙাক্তনি। মাগী য়াথংতা ঙাইনরিবনি। নংগী নরাইবক ফবদগী মাগা মায়োক্নবা ফংজবনি। নংনা লান্না থিজিল্লুবা শ্লোক অদুগী ইরাল ঙাকপিয়ু হায়না খুরুমজরুরো*

*নপাপ কোকপিবা ঙম্বা ইবুঙোনি। হায়রম্মগা অন্তর ধ্যান ওইখরে। কেশোব মিকপ খংথোক থোকই বিষ্ণু! বিষ্ণু ! ঐদি নাপলনা থুম্‌হৎখিদুনা ঐগী প্রভুদা লংজরুরেদনা। ঐনা নিংজরিবসু মাতনি।*

কেশোবঃ *(পরপ পরপ চেল্লক্তুনা নিমাইগী মখোংদা কোল্লবে)* প্রভু ননাই ঐগী অপরাধ ঙাকপিয়ু। ননাইনা অনৌবা পারা অমা ফংজরে। নাপল মুক ফন্তবা অমা লৈরমদরে। ঙরাং প্রভুনা তাকপিবা খংবু খংলবদি হৈবু হৈরবদি ওজানি হায়বা পারা অমা ননাইদা খংহনবিরে। অঙাংনা মৈ কিদে অপঙবনা নোংশাগী মখয়াত্তা খুৎ থিংজিল্লি হায়বদু থোকখ্রে। কৎচরিবা ননাইনা মনা মথুম খরদু লৎনবিদনা লৌবিয়ু। ননাইবু লৎনবিগনু হায়না খুরুমজরি।

নিমাইঃ *(কেশোবকী মতৌ উবদা মোমোন নোকঅগা হায়রকই)* ঙরাং পণ্ডিতকী শ্লোক অদু খিত্তং তহা তহা থিবদুদা শোইখিবনি।

কেশোবঃ ননাই ঐবু পণ্ডিত হায়না তাকপিরনু। ঐবু ইবুঙোগী শিষ্য ওইহনবিয়ু।

## ৪ শুবা

## নিমাইনা গয়া চৎনবগী খল্লকপা

নিমাইঃ (*মঙক্তা ফি অমা য়েৎলগা চংঙকই*) হে ইমা অনঘী জননী নচানা করিগুম্বা অমতা নিজগে।

শচীঃ ইমাগী নিমাই, ঙসি ইচানা নঙক্তা ফি অমা য়েৎলগা য়াম্না লুবা পোৎ অমা নিজগে হায়দুনা হিকথরিবসিবু করি পোৎনো ইচাদি অঙাং ওইজরবসু নিমাই পণ্ডিত হায়না নবদ্বীপ অসিদদি খংনরবনি। নমা ঐদি পংজখ্রবী হনুবীনি ইমানা পিবা ঙম্বা ওইরবদি করিগী পিদনি।

নিমাইঃ হে জননী ইমাদি পুন্যবতীনি পাপ মচেৎ অমতা পক্ত্রীবীনি।

শচীঃ ইচাগী ৱাঙাং অসি ওহোক্লা নুংশিজখ্রেদকো। অদুবু নংগী ৱা অদুগী মনুংদা করি য়াওরমগদগে হায়বদি ইমানা খংবা ঙমদে।

নিমাইঃ হে! জননী পুকফবী ইমা নচানা নিজরিবা পোৎসে ইমানা চামরক হন্না পিবিবা ঙম্বা পোৎনি। য়াম্না লুনা খনবিরুনুদা!

শচীঃ ইমাগী নিমাই নংসে ইমানা পোকচবা ওইরবসু ইমানা খংদ্রিবা, ৱা, খংসু খংলরোইদবা ইচানা য়াম্না খংই। নংদি ঙরাং, নহাল ভারতবর্ষগী অফাওবা পণ্ডিত অমবুসু তর্কদা মায়থিবা পিখিদুনা মনা মথুম নংঙোন্দা কৎলম্মীবনিদো। মদুদা ইমাগী থৱাই কয়াম নুংঙাইজে।

নিমাইঃ অদুদি ইমা পণ্ডিত অদুনা শ্লোক অমা লান্না থিজিল্লকপনিদা থওইদবদগী শোইবনি।

শচীঃ অদুনি ইমাসু চেকশিন্দবা য়াদে। নংগী থম্মোইদা করি লৈবা ইমানা কদায়দগী খংগদগে নং ইমাদা শেংনা হায়য়ু নংনা পাম্ব পোত্তো কবিনো?

নিমাইঃ ইমা অরুবা ৱা নত্তেদো পিতৃগী লমন তোল্লিবসে শিংনবা গয়া তীর্থদা পিণ্ডদান কৎচনিংবনি। ইমানা নচাদা বিদায় খর পিবিয়ু। হায়জবনি। নিজব লাকচবনি।

শচীঃ তো তো ঙসি মাগী মঙক্তা ফি য়েৎলগা হিকথরিবসি মওং অমনি খনবনি। ইমাগী নিমাইনংগী সৈত্যবাদিসু ওইবা চক্রি অসি ইমানা কিজরিবসি। মদুগী পোত্তুদি চামরক পিবদি লায়রদনা ইমানা অমুক ফাওব পিব ঙম্ব পোৎ নত্তে ইবুঙো নংদি ইমানা মিকুপ ইমা ফাওবা উদনা লৈবা ঙমদ্রিবনি। উজরিবসি মক্তদা অদুম য়েংদুনতা লৈজরগা পেঞ্জরিবনি।

নিমাইঃ ইমা নচানা হায়জরিবসে অমুক্তা তাবিখো মীওইব ঐখোয়সে হেক পোক্লকপগা লমন অহুম তোল্লগা লাকই হায়নৈ। মদুদি অহানবদা বেদগী লমন ১ অনিশুবদা ঋষিগী অহুমশুবদা মাতা পিতাগী লমন অহুম অসি তোল্লগা লাকই হায়নৈ।

শচীঃ অদুদি নংনা হায়রিবা লম্মন অহুমদুদি করম করম হায়না শিংগনি। ইমাদা শুগাইনা তাকওদনা।

নিমাইঃ নচা হায়জগে। বেদগী লম্মন্না যজ্ঞ তৌরগা কোকই ঋষিগীনা তর্পন কৎলগা কোকই। অদুগা পিতৃগী লম্মন্দী গয়া তির্থদা চৎলগা ঙমজবা পোৎনা পিণ্ডদান কৎলুদ্রবদি কোকপা ঙমদে হায়নৈ।

শচীঃ ঙসি ইচানা হৌদোরকলিবা ৱাসে ইমানা পামজবা ৱানি। নপাবুংগী লমন তোন্দনবা ইচানা গয়া চৎলগা পিণ্ডদান কৎলুগে হায়বদু ইমানা তাবদা পেঞ্জে। অদুবু গয়া তীর্থদদি সন্ন্যাস ধর্ম্ম চৎপা সাধু বৈষ্ণবশিংগী লৈফমনিদো মখোয়দুগা থেংনবদগী মখোইগী মতৌ তমদুনা সন্ন্যাস পাল্লক্লবদি ইমাদি করম তৌহৌনি, মাংজরেদো।

নিমাইঃ নচাবু থাজবিয়ু ইপাগী পিণ্ডদান কৎপা হেক লোইবগা নচা থুনা হঞ্জরক্কে নচানা পিতাগী পিণ্ডদানদি কৎচনিংই অসিদি ইমাদসু অফবনি জননী।

শচীঃ ইমাগী ইবুঙো নিমাই! নংনা হাযদোরকপা পুন্নমক ইমানা ককপা

সুকঙম ঙমদে। অচুম্বা য়ুম্ফমদা লেপ্লগা ঙাংলকপনিনা নপাবুংগী পিণ্ডদান কৎলুগে হায়বদা ইমানা থিংদুনা তোকহনবদি মীনা ইমাবু করি হায়খিনি। অদুবু ইমাগী নিমাই নংনা শয়ন্ কক্ষদা চংখ্রবা ফাওবদা ইমাদি অমুক চংদুনা য়েংজরিবনি। ইমাগী থম্মোইসে য়াম্না শোল্লবনি। মরমদি নথক্তা নচে নিপান লৈখিদরে অদুগী মথক্তা নয়াম্বা বিশ্বরূপ অমুক কদায়দা চংখ্রবনো খংখিদরে। অদুগী মথংদা নপাবুং অমুক স্বর্গতী ওইখ্রবনিদো নংনা খংলিবদুনি ঐনা হৌজিক য়েংদুনা লৈগদবসি নথক্তা ঙাইজরবনি।

নিমাইঃ ইমা নচা লোইনা খংজরে, ইমানা নচাগা কায়নবদা কয়াম ৱাগনি খংজে। ইমানা নচাবু নুংশিবিদ্রবদি ঐনা পংচৎ চৎখিবা য়াই। ইমাগী খনবদা ঐ করিসু চৎনিংদে। অদুবু পিতাগী লম্মন্দি তোন্দনবা বিদায় পিবিয়ু।

শচীঃ ইমাগী নিমাই নং লৈত্রবদি ইমুং অসি পুমম মমগদৌরিবনি। ঐগী মিৎতদি নংনা নুমিৎসু, থাসু ওইরিবনি। অদুবু চত্তবা য়াদবনিনা ইমানা বিদায় পিরগে। নং চৎলুরো কুইথরক্কনু নংনা লাক্কদবা মাইকৈদা ইমাগী মিৎ অদুম লৈরগদবনি।

নিমাইঃ নুংঙাইজরে ইমা ইমাগী অজ্ঞা ফংজরে। থম্মোই চাউবী ওইদুনা মিৎলু ঈরা চেন্দনা হরাও হরাও নোক্ল নোক্ল বিদায় পিবিয়ু।

শচীঃ ইমাগী নিমাই। অদুম্মক্তী কদায়দগী ইমানা ঙমগদগে। নোক্ল নোক্ল বিদায় পিবদি মমা ওইবীশিংনা ঙম্মোই। অদুগী মথক্তা ঐনা পোকচবা ইচা নিপানা নপাবুংগী লম্মন শিংনবা পিণ্ডদান কৎপা চৎকদৌরি খনবদা হরাওজবগী ঈরাসু কায়নগদৌবগী ঈরাসু গঙ্গা, যমুনা অনিগী ঈচেল পুম্পিল্লকইবনিনে ইবুঙো। ফরে, ইমাসু চৎলগে ঙাইহাক পোত্থারুরগে। *(চঙখি)*

নিমাইঃ *(কৌরকপা)* প্রিয়ে বিষ্ণুপ্রিয়ে! *(বিষ্ণু প্রিয়া থোরকই)*

নিমাইঃ প্রিয়ে ঐ গয়া চৎনবা ইমাদগী অজ্ঞা লৌজরুরে।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ ইবুংঙোনা গয়া লেংগদবদি করম্বা থবক্কী ওইরবনো ননাইবু খংজব য়াগদরা?

নিমাইঃ করিগী য়াদনি। প্রিয়া হন্দক ঐনা গয়া চৎকদৌরিবসিদি অতৈ অমগী নত্তে পিয়ে ! ঐখোয়বু পোকপিবা পিতাগী তোল্লিবা লম্মনশি শিংজবা ঙম্নবগীদমক গয়া তীর্থদা পিতৃগী পিণ্ডদান হেক কৎলুদ্রিমখৈ মচা ওইবা ঐখোয়না পিতৃগী লম্মন তোল্লি হায়নৈ প্রিয়া !

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ ইমাগী য়াথং ফংবিরক্লবনিনা ননাই ঐগী করিসু হায়জনিংঙাই লৈজদে। অদুবু ননাইনুপীনা হায়জগদবদি পিণ্ডদান কৎপা লোইবগা পম্বিরক্নু। ইমাদি প্রাননাথ হেক উদবদা লৈফম খংলোইদবনি।

নিমাইঃ অচুম্বনি প্রিয়া নং ইমাবু সেবা নিংথিনা তৌবিয়ুকো ইমাসে নংনা হায়গুম্মদনা তীর্থ চৎপগী য়া হেক তাবদা ইপা পাখৎলবনি। ঐ চৎলুখিগেকো।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ প্রাননাথ ননাইবুসু কাওবিগনু ননাইদি স্বামীনা হেক লেংখিবগা তৌফম খংলোইদৌরিবনি। কাওগে খল্ল খল্লগা থোইনা নিংশিংদুনা লৈগদৌরিবনি। লেংদবা য়াদবনিনা লেংবিরুরো ননাইদি স্বামীনা লেংঙক্কদবা মাইকৈদা য়েংদুনতা অদুম লৈগদৌরিবনি।

## ৫ শুবা

# নিমাই গয়াদা ঈশ্বর পুরীগা উনবা

*নিমাই শিষ্য খরগা লোইননা গয়া তির্থদা থুংলরে। লৈখিদ্রবা মপাবুং জগন্নাথ মিশ্রগী মরমদা পুন্নমক পন্দুনা হঙ্গৎলকপদা নিমাই মপাবুংবু নিংশিংলক্তুনা কপথোরক্রে। পিণ্ডদান কৎপা লোইরগা মবুক্লিং নুংশি নুংশিনা থোরকপদা বিষ্ণু ভগবানগী নিলবর্ন রূপ অমুক্তা উরুবদগীদি নিমাই দ্বাপর যুগকী শান্নখিবা লীলা মতাং মথং মথং নিংশিংলক্তুনা রাহুদুনা তুখরে।*

*তির্থবাসি পুন্নমক মশক মতৌ ফজখ্রবা পাখং অমা রাহুরে হায়দুনা চেনশিন্নদুনা লায়কন্নখ্রে। ময়ামদুগী মরক্তা মাধবেন্দ্র পুরীগী পরম শ্রেষ্ঠ শিষ্য ঈশ্বর পুরীসু য়াওরম্মী। ঈশ্বর পুরীনা মতম্পাক্তা থাঙ্গৎতুনা লরাইদা গঙ্গা জল খিক্তুনা হোৎনবদগী নিমাই জ্ঞান তারকলে।*

ঈশ্বরপুরীঃ ইবুঙো নংবু কদায়দগীনো পিতাগী মিংনা করি কৌই মাতাগীনা করি কৌই ? ইপাদা পরিচয় হায়য়ু ।

নিমাইঃ ননাই ঐ ব্রাহ্মণ মচানি নবদ্বীপতগীনি পিতাগী মিংনা জগনাথ মিশ্র, মাতাগী মিংনা শচী কৌই। পিতাদি স্বর্গতী ওইখ্রে। অদুনা পিতাগী পিণ্ডদান কৎনবা লাকচবনি। মমাংঙৈদা গুরুদেবনা হরিগী মহাসভাগী লেংঙকপদা ননাইনা হৌদোকচখিবা রাফম অদু কাওবিরবরা ? ননাই নিমাইনি।

ঈশ্বরপুরীঃ নিমাইগী মিং পনবদা ঈশ্বরপুরী খংনিং নিংশিলকই ওঃ শ্রী বাসকী মাগুবতা ঙাংনখিবা রাদো নিংশিংলক্রে। সুম সুম য়েংলগা ব্রজরাজ শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তি ওইনা উরকখিবা অঙাং অদু অসিনি খংলকলে।

নিমাইঃ গুরুদেব ! তোল্লবা ননাইদি সংসার ঈপাক্তা জ্ঞান য়াওদনা লুপ্তুনা লৈরে। ননাইবু জ্ঞানগী তোর্ব্বান্দা অমুক্তা চিংখৎপিয়ু। ইশানা ইশাগী থবক পাংথোকপা ঙম্মোইদৌরে।

ঈশ্বরপুরীঃ ইবুঙো নংনা ঙাংথোরকপা ৱাঙাং খুদিংদা আমৃতনা থল্লি। অদুগী মথক্তা অমুক অসুক চংথোনবা রূপ গুণ পুম্নমক্না তিল্লবা নংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নাম প্রচার তৌবদা জগৎকী জীব পুম্নমক্না নতুংসু ইন্নিংগনি।

নিমাইঃ গুরুদেব পাংজদ্রব ননাইনি কদাইদগী।

ঈশ্বরপুরীঃ অদুবু হন্দক ঐনা পিগদৌরিবা মন্ত্রসিদি নংঙোন্দা অনৌবা ওইররোই। নংঙোন্দা হান্না লৈরবা পোৎনি। সুপ্নতগী গুরু অমা থমদবা য়াদবদগীদমক্তা ঐবু গুরুগী নাম্মা অমা থম্বীগদৌরিবনি।

নিমাইঃ গুরুদেব ননাই ঐঙোন্দা করিসু লৈজদ্রি তাকপিরো।

ঈশ্বরপুরীঃ অদুদি ইবুঙো কাম গায়ত্রী অমুক্তা শোঞ্জখিগে। 'ক্লী' কামদেবায় বিদ্মহে পুষ্প বনায় ধীমহি তন্নোহনঙ্গ প্রচোদয়াদ' ইবুঙো কৃষ্ণ মন্ত্র তাবিরো 'ক্লী' কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন, বল্লভায় স্বাহা'! ইপাগী ইবুঙো য়ারগদরা। নবদ্বীপ্তা হায়নখিবা ৱাফম মতুংইন্না পিজরবনি।

নিমাইঃ য়াজরে য়াজরে গুরুদেব! ননাইনা থাগৎচরি।

ঈশ্বরপুরীঃ হান্নন ইবুঙোদা লৈরবা কৃষ্ণগী মহামন্ত্রনিনা অনিরক হনবগী মরম লৈতে। ননাইনা পিজরিবা পোৎসিদি ইবুঙোগী নপোৎ ঙাক্তনি। ননাই ঐখোয়দি অসি থক্তং থংজরগা গর্ব তৌজরিবনি। ইবুঙোদদি অসিগুম্বদি অপারদা লৈরবপোৎনি।

নিমাইঃ লৈজদ্রিদা।

ঈশ্বরপুরীঃ অদুনা ইবুঙোনা হয়েং নাম য়েনবদা ময়েং তাগদবা লৈতে। য়েল্লা য়েল্লগা মমলসু সুম হেঙ্গৎলদবনি। অদুনা ঐনা ইবুঙোদা মহামন্ত্র অসি পিজরিবনি।

নিমাইঃ *(ঈশ্বরপুরীদগী কৃষ্ণ মন্ত্র ফংবদা হরাওমনথ্রদুনা পাম্বোম ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা গোর্চগী ঈশৈ নিংশিংলকলে।)*

*ঈশৈ —*

কদায় ঐগী ষনবী শন্নাওশিংদো ।
ধবলি সন্নালি কালি সুরভী,
চৎখরে নখোয় পুন্নমক কদায়দা,
লৈরন্নী নুংশিজবা গোবর্দ্ধনদি,
নিংশিংলক্লে ননিমাখন ইমাগী,
থুগাইমিন্নখিবা শঙ্গোম চফু,
কদায় ঐগী শনবী শন্নাওশিংদো ।।

নিংশিংলক্লে রাধাগী প্রেম,
হোৎনখিবা রথকী চাকা ফানবা
ললিতা, বিশাখা নচিংবী শখিশিং
য়েৎখিবা রাধাগী শন্নাংনা চাকাদা
শমখোংদা ঈনা ঙাংখিবা
মফিনা চাকাদা য়েৎখিবা
কদায় ঐগী শনবী শন্নাওশিংদো ।।

পুনখিবা খ্বাংদা ইমা যশোদানা
তেকখিবা উজাও সুম্বলনা চিংদুনা
ইমানা উজাও তুবগী মখোলদা
পাখৎচখিব মচা ঐবু শিরম্মনি
শিরম্মনি খনখিবদো কৃষ্ণবু
ঙাওজরবী ইমাদো বাৎসল্য প্রেমদা
কদায় ঐগী শনবী শন্নাওশিংদো ।।

*( নিমাইনা ঈশ্বর পুরীদগী কৃষ্ণ মন্ত্র ফংজবগী হরাওবদা ঙাওদুনা ইশৈ শক্লিঙৈদা ঈশ্বরপুরীনা নিমাইনা খুরুম্মকদৌব অদু খংলদুনা মীয়াম মরক্তা চংদুনা লোৎখরে। নিমাইসু ঈশ্বরপুরীনা লোৎলিবদু মিৎ উইশিল্লগা য়েংঙ কপদা লোইনা উরদুনা মীয়াম মবক্তা খাইদুনা লাক্লগা গুরুদেব হায়দুনা মখোঙ শোক্লা খুরুম্মরে )*

ঈশ্বরপুরীঃ *নিমাইনা খুরুম্বকপা অদুদা কিরদুনা তৌফম খংদদুনা ইঙক ঙক্তুনা মমিৎ মনা চপ য়ুংদুনা লৈখরে।* করিনো ইবুঙো !

নিমাইঃ হৌজিক্তী ঐগী গুরুদেব ওইবিরবনিনা ননাইগী শুভ মঙ্গল ওইজনবা গুরুগী আশীর্ব্বাদ পিবিরো।

ঈশ্বরপুরীঃ কদায়দগী ইবুঙো ঐগুম্বা অমনা ইবুঙোদা আশীর্ব্বাদ পীবা ঙমগদগে। ইবুঙোদি সংসার পুম্বগী মপুনি, গুরুসু ওইরিবনি।

নিমাইঃ গুরুদেব নিয়ম অসিদি পরম পরাদগী চৎনররক্লবনি। ভগবান কৃষ্ণমক্সু মাগী গুরু শণ্ডিপনিদা মখোঙ শোক্লা খুরুমজখিবনি। শণ্ডিপনি গুরুনসু মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পিখিবনি।

ঈশ্বরপুরীঃ *(নিমাইগী ফজরবা থোৎলবা মেংলবা ৱাহৈনা পুনখিবদা)* ফবে ঐ আশীর্ব্বাদ পিজরগে হায়রগা খোন থক্ থক্ নিক্না শোল্লকই। 'মনবাঞ্ছাসিদ্ধ রস্তুত ' হায়রগা কোক্তা নানথরে।

নিমাইঃ গুরুদেব ৱারৌবিগনু অদুগা হঙ্গোইবিগনু গুরু অমদা থমগদবা ব্যবহাব নিয়ম ঐখোয়না থুগাইফদে। তুংদা লাক্কদবা মীরোন্না খংহৌনবা থনমগদবনি করিমতা চিংনবিগনু। ননাইবু বিদায পিবিরো।

ঈশ্বরপুরীঃ *(বিদায় হায়রকপদা হৱাওমনখ্রদুনা)* বিদায় বিদায় হায়রকই *(মথন্তা শোঞ্জে)* ইসঃ লোইরে জগৎকী মপুনা ঐগী খোঙদা পাইরগা খুরুমখ্রবা অদুগা ঐনা আশীর্ব্বাদকাসু পিখ্রবা হে ! দিনবন্ধুননাইবু ঙাকপিযু। ননাইদি করি ওইনা পোকঅগনি খংজদরে।

ঈশ্ববপুবীঃ *(ভগবানবু প্রার্থনা তৌজরকই।)*

সনা ফিগে থোক্লিবা খ্বাংদা,
কৌস্তুভ মণিনা ঙাল্লিবা থবাক্তা,
পায়রিবা শঙ্খ, চক্র, গদা পদ্ম,
লৈতেংবা পাম্বোম মরিনা ইবুঙো,
অনৌবা নোংহৌবু ঙমজনা ফজবা,
সনা ফিগে থোক্লিবা খ্বাংদা।।

লৈতেংবা কোক্তা ঋাহোং মতুনা,
ওইরিবা পাঙ্গলগী হৌরকফম
ঙমলিবা ওইনিংবতা ওইবা,
পোকপিরিবা জগৎকী জীববু,
সংসার ঈপাকপুসু লাম্থোকপিবা
সনা ফিগে থোল্লিবা খ্বাংদা ।।

ওইরিবা ফজবা পুম্বগী মপু
ঙমলিবা অৱাৎপা পুম্বা পীবিবা
হাপলিবা হৈরাং পুম্বগী মহাও
পিরিবা লৈরাং পুম্বগী লৈনমসু
খুরুমজৈ ননাইনা নখুয়াদা
সনা ফিগে থোল্লিবা খ্বাংদা ।।

*( মথন্তা শোঙ্গৈ ) হে কৃষ্ণ করুনা সিন্ধো দীনবন্ধো জগৎপতে। গোপেশ গোপীকা কান্ত রাধাকান্ত নমো হস্তুতে। ইবুঙো তোল্লবা ননাইনা কোটী প্রনাম তৌজরি অপরাধ খিবিক ঙাকপিয়ু তৌহে, তৌহৈদবা ননাইনা করিমতা ঙাকচবা ঙমখিদরে প্রভুগী য়াথঙনা কনখিবনা।*

*অসুম্না গয়াদা পিণ্ড দান কৎলুরগা নিমাই য়ুমদা হল্লকএ।*

*নিমাই থোঙ্গালদগী ইমা হে জননী নচা লাকচরে হায়রগা হরাও হরাও চংলকই।*

শচীঃ মচা নিমাইগী মখোল তাবদা হরাওজদুনা ইমুংদগী চেঙ্থোরকই ইমাগী নিমাই ইচা লাকএদনা নপাবুংগী পিণ্ডদান কৎলম্মবরা ?

নিমাইঃ পবপ পবপ চংলক্কুনা মমা শচীগী মখোঙ শোক্না খুরুম্মী। হে জননী ইমাদি অনঘী ওইরবনি পাপ অমতা পকত্রবনি। পুণ্য

চেল্লবীনি। নচানা পাবুংগী পিণ্ডদান গয়া তির্থদা নিয়ম চুম্না কৎচরগ্নে। নচাসু পাবুংগী লম্মন তোল্লরোই। ইমাগী য়াথঙনা কৎচরুবনিনা ইমাসু পাবুংগী লম্মন তোল্লরোই। অদুগী মথক্তা নচানা ইমাগী পাপ পুন্নমক কোল্লবা বিষ্ণু ভগবানদা খুরুমজরকলে ইমাগী মিংদা গঙ্গাদসু হন্না হন্না লুপচরকলে।

শচীঃ ইমাগী নিমাই ইমা পেল্লে ইচানিপা পোকচবগী মহৈ ফংজরে। মচাবু হরাওনা কোনবিরে। হরাওজবগী মপিসু ইরা চেল্লি হায়! ইমাগী প্রিয়া! ইমাগী প্রিয়া! নবুংঙো লাকএ থোরকও খুরুমজররো তারবরা!

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ *পরপ পরপ চেহ্লোকরকই মবুংঙোবু মখোঙ শোক্না খুরুমজৈ।* ফগানি ইমা।

শচীঃ ইমাগী প্রিয়া নবুঙোসে য়াম্না ৱানা অরাপ্পদগী লাকঅবনি। উরবরা ইচাগী পুক অসে ইহাপ হাপলে থবৎ তৎলে নং মহাপ্রসাদ সেবা তৌজরো।

প্রিয়াঃ ননাই ঐ য়াম্না থুনা লুক হৌজরুরগে হায়রম্মগা। *রশয় কক্ষদা চংখরে।*

## ৬ শুবা

# মাঙোপ্তা অঙাং ময়াম লাইরিক তম্বীরি

নিমাইঃ ইনাওসা নখোই পুন্নমক নপুক্লিং চংনা তারো। নখোই হৌজিক লাইরিক খর খর তমলে। হরি ভক্তিগী লাইরিক ইবা পাবা ঙম্নরগনি। অফবা করিনো, ফত্তবা করিনো করম্বা লম্বীদা কমদৌনা চৎকদগে লোইনা খঙবা ঙম্নরগনি। অদুগা নখোইনা অমুক ননাওশিং কয়াদসু তাকপি তম্বীবা ঙম্লগনি। অদুনা নখোইগী পুক্সি লম্বীদা অৱা অনা পুন্নমক ঙাকপিবা ঙম্বা হরি ভক্তিগী মরমদা খর নৈনবা হৌরসি।

অঙাংশিং ঃ হরি ভক্তিনা করি করি কনবিবা ঙম্বা তাকপিয়ু। ওজা ! ইবুঙো !

নিমাইঃ নপুক্লিং চংনা তারো হরিগী মমল যাম্লবা মহামন্ত্র হায়রগে *হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ং* ভগবত ১.৩.২৭ ভগবানশ্রী হৱিবু কৃষ্ণ হায়বগা খংনগদবনি। ঈশ্ববগী অবতার পুন্নমক ইবুংঙো মহাক্কী অংশ কলা ঙাক্তনি। পুন্নমক্কী হৌরকফম অমসুং তিনফমনি। মবম অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু সর্ব্বেশ্বব, সর্ব্বামুলাধাব পুরুষোত্তম কৌই।

অঙাংশিংঃ ওজা তাকপিযু ওম্ব্রোক্লা মমল যাম্লবা মহামন্ত্রনি। তাবদা ঐখোযগী পাপ পুন্নমক কোক্কদবা মাল্লি।

নিমাইঃ কোক্কদবনি। কৃষির্ভুবাচকঃ শব্দ ণশ্চ নিবৃতিবাচকঃ।

তযোবৈক্যং পবংব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভির্য়তে। ।

*হায়বদি কৃষি হাযবা শব্দ অসিনা ভুমিবাচক সর্ব্বধারত্ন পুন্নমক ধারন তৌবা নঃ চ নিবৃত্তিবাচক ব্রহ্মবাচক আনন্দস্বরূপপু খংনগনি ইনাওশাঃ অংশ অনি অসি তিন্নরগা পরংব্রহ্মশ্রী হৱিবু খংনগনি।* ঙসিগীদি স্বাইদা পোখারশি হরে কৃষ্ণ !

অঙাংশিংঃ হরে কৃষ্ণ ! য়াম্না নুংঙাইজরে ঙসিদি ওজাগী কৃষ্ণ মন্ত্রসি ওহোকনা ফজ ফজরবা ঙাক্তা তাকপিরে। মসি ঐখোয় হয়েং ফারগা লাক্লবা হোৎনজরগনি। জয় জয় ননাই ঐখোই খুরুমজরি। হরে কৃষ্ণ !

মথঙগী নুমিত্তা

নিমাইঃ ঙরাং ঐনা তাকখিবা কৃষ্ণ মন্ত্র অদু ফারবরা ? ইনাওশাঃ

অঙাংশিংঃ ননাই ঐখোয় ফাজরে। মখা তাকথবিরো

নিমাইঃ সে ! সে ! নবুক্লিং অনি লোংদনা মুন্না তারো।

কর্ষয়তী আত্মানি সর্ব্বলোকান্ ইতি কৃষ্ণ

অথবা কর্ষয়েৎ সর্ব্বজগৎ স্থাবরজঙ্গমম

কালরূপেন ভগবান স্তেনাথং কৃষ্ণ উচ্যতে।

(বৃহৎ গৌতমীয় তন্ত্র)

হায়বদি —

মরোল পুন্নমক্তা লৈরিবা অচৎপা জীব, চৎপা ঙমদবা জীব পুন্নমকপু মঙোন্দা চিংশিন্দুনা কাল (মতম) গী শক্তম লৌদুনা লৈরিবা অদুবু ভগবান কৃষ্ণ কৌই। নখোয় ইশিল্লো অঙাংশা মহামন্ত্রনি।

অঙাংশিংঃ ননাই ঐখোই ঙরাংগীসু ইজখ্রে। ঙসিগীসু ইজরে।

নিমাইঃ নুমিৎ, থা অমদি থব্রানমিচাক গ্রহ, উপগ্রহনচিংবা অতিযাদা মশিং লাকঙমদনা থমনিংবা মফমদা থম্বিরিবা অসি ইবুঙো মাগী চিংশিনবগী আকর্ষন শক্তিনা তৌবিবনি। কুপ্পদগী কুপ্পবা উফুল মরিক অমসুং ঈশিংগী মবিক অমা ফাওবা ইবুঙো মহাক্না আকর্ষন শক্তিনা লেমনা মাংহন্দে মহাক্না লোইনা উরিবনি খংলিবনি। অদুনা পৃথ্বীদা পোকলিবা ঐখোই অমতনা ঈশিং মরিক অমতা উফুল মরিক অমতা মাংহনবা ঙমদে। মহাক্না পৃথ্বীদা লোইনা চিংশিনহল্লি। অদুগা সৌর জগৎ অসিদা লৈরিবা য়েংবদা য়াম্না কুপ্পা উরবা থব্রানমিচাক্সি পৃথ্বীদগী ঐখোয়না পাইদুনা চৎপদা চহি কোটী কয়া চৎলবসু য়ৌবা ঙম্লরোইদবা থব্রানমিচাকশিংবুসু মহাক্কী আকর্ষনগী

মনুংদা থমলিবনি। মফম অদুদসু মহাক্তী অদুম লৈরিবনি। মহাক্না য়ৌদবা মফম অমতা লৈতে। মহাক্তী কলা তরাতরুক্না মপুং ওইবা নিয়ন্তানি মহাকপু পুরুষোত্তম কৃষ্ণ হায়না খংনগদবনি ইনাওশাঃ

অঙাংশিংঃ ওজানা ঙসি তাকপিরিবা কৃষ্ণ মন্ত্র অসিগুম্বসি নহানগী কেশোব পণ্ডিতসু খংলমগদরা ওজা ?

নিমাইঃ খংলমগনি মহাক য়াম্না হৈরবা পণ্ডিতনি। নহানগী মানা শোইবদুদি মানা ঐবু য়েংবদা অঙাং ওইনা উব অদুদা থওইদবদগী ময়েক খর মানা খুদক্তা শেমজিল্লগা ঙাংবা অদুদা চিথহৌবনিদা মাগী ব্না থমশি শোইদবা ঙম্বা কনাসু লৈতে। অসিমুক তারো।

ভক্তনাং পাপাদি দোষান কর্ষতি নিবারয়তি ইতি কৃষ্ণ।

হায়বদি —

*মহাকপু নিংজবা ভক্তশিংগী পাপ পুম্নমকপু মাংহন্দুনা পাপ্ত চংকদবদগী থিংবীবা অদুবুসু কৃষ্ণ কৌই। মসিখক্ত লৌথখিসি। ভাব তারবরা ?*

অঙাংশিংঃ খংজরে ননাই ঐখোই পুম্নমকপু পাপ কর্ম্ম তৌগদবদগী থিংবীদুনা অফবা লম্বীরোমদা চৎচবা ফংলগনি হায়বা নৎত্রা ?

নিমাইঃ খঙ্গরবদি অফবা লম্বীরোমদা চৎনবা ব্নাখল ফংগদবনি। কৃষ্ণগী আর্থ ফজদরা মাবু নিংদনা কনাবু নিংগনি।

অঙাংশিংঃ হরিবোল হরিবোল য়াজরে ওজা !

নিমাইঃ সে ! সে ! তারো !

ঈশ্বরঃ পরম কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ।

অনাদিরাদি গোবিন্দঃ সর্ব্বকারন কারনম। ।

(ব্রহ্ম সংহিতা অধ্যায় ৫)

সচ্চিদানন্দগী মশক ওইবা শ্রী কৃষ্ণনা পুমথোই থোইবা ঈশ্বরনি। মাঙোন্দগী হানবা কনাসু লৈতে। পুম্নমক্কী হৌরকফমগী হৌরকফম ওইবনি। পুম্নমক্তগী ইহান হানবা গোবিন্দনি।

অঙাংশিংঃ ওজা গোবিন্দ হায়বসিনা খ্বাইদগী ইহান হানবা ওইরবা !

নিমাইঃ শ্রীগোবিন্দ হায়বসিনা অহানবসু অরোইবসু মহাকনি গোবিন্দ হায়বদি ঙসাইগী শ্রী কৃষ্ণ হায়বদুনি ইনাওশাঃ মদুদি হয়েং অমুক উনরসি। হরিবোল ! হরিবোল !

মথংগী নুমিৎ

অঙাংশিংঃ নমো নমোঃ গুরুদেব ননাই ঐখোয় খুরুমজরি। ঙরাংগী পারা খংজরকলে। মখা অমুক তাকথবিরো তাবগী পেনবা নাইদরে।

নিমাইঃ নমো নমোঃ ফম্মো ! ফম্মো ! ইনাওশা ! নখোই পুন্নমকী য়াম্না কান্নরবা মহা মন্ত্র অমগা তারো। 'সর্ব্ব তীর্থ ময়ী গঙ্গা সর্ব্বদেবোময় হরি ।।'

(হরিনাম ১৮)

সংসারগী পাপ পুন্নমক মাংহনবা ঙম্মী হায়বদগী *হরি* কৌই। জীবগী (অজ্ঞান) লৌশিং য়াওদববু লৌশিং হাপ্পীবা ঙম্মী হায়বদগীসু হরি কৌই। জ্ঞান স্বরূপ ওইবা মহেশ্বরবুসু হরি কৌই। দুর্গতী নাশিনী দুর্গা অরা অনা খুদোংথিবা পুন্নমকপু মাংহল্লি হায়বগীসু দুর্গা কৌই। তমো গুণ হায়বদি অমম্বা ওইবা জ্ঞান য়াওদবশিংবু জ্ঞান ফংহল্লি হায়বদগীসু সূর্য্য নরায়নবু হরি কৌই। অদুগা য়েখাই থিনগাই পুন্নমকপু মাংহনবা সিদ্ধিদাতা শ্রী গণেশপুসু হরি কৌই। মরম অসিনা হরে হায়বা নাম অসি খক্তনা সনাতন ধর্ম্মগী পঞ্চদেবতা শ্রীগণেশ, সুর্য্য, বিষ্ণু, শিব, দুর্গা মঙামকপু খংনগনি।

অঙাংশিংঃ কয়াদ ফজখ্রবা মমল য়াম্লবা মন্ত্রনো। ননাই ঐখোয়দি গুরুগী মন্ত্রশিং অসি তাবগী পেনবা লৈতরে। কান্ন কান্নরবা ব্রা ঙাক্তা গুরুগী পুকৈদা অব্রাৎপা লৈতনা য়াওরি।

নিমাইঃ সেঃ সেঃ রাম হায়বা অসিগী মগুণ অমুক তারো মসিসু য়াম্না কান্নরবা মহামন্ত্রনি রাম হায়ব ব্রাহে অসি ব্রাহে ময়েক অহুম্না থোকহনবনি র + অ + ম অহুম নৎত্রা ?

অঙাংশিংঃ মান্নি ময়েক অহুমনি।

নিমাইঃ রকারো অনলবীজং স্যাদ্যে বাড়বাদয়ঃ

কৃত্বা মনোমলং সর্ব্বং ভস্ম কর্ম্মং শুভাশুভম।

অকার তানুবীজং স্বাদ্বেদ শাস্ত্র প্রকাশকম্,

নাশর্য়ত্যেব সদ্দিপ্তা যবিদ্যা হৃদয়েতমঃ

মকারশ্চন্দ্র বীজং চ সদম্বু পরিপুরণম্

ত্রিতাপং হরতেনিত্যং শীতলত্বং করোতি চ

রকারো হেতু বৈরাগ্যং পরমং যচচ কথ্যতে

অকার জ্ঞান হেতুশ্চ মকার ভক্তি হেতুকম। ।

(গায়ত্রী রহস্যম যোগী যাজ্ঞবল্ক)

হায়বদিঃ রাম হায়বা শ্রীহরিগী অতোপ্পা নাম অসিনা রংনা অগ্নিগী বীজ মন্ত্রনি অসিনা মৈগী মিংখৈ খংনগনি। মৈনা শিং পুম্নমকপু চাকথোক্তুনা উৎ ওলহনবগুম্না শ্রীহরিনা মাগী নাম শোঞ্জরিবা ভক্তদুগী পাপ পুন্নমক মাংহনবি। অং না সুর্য্যদেবগী বীজমন্ত্রনি। নুমিৎ কৌবা লাঈসিনা সংসারগী অমম্বা পুন্নমকপু চাকথোক্তুনা মাঙহনবগুম বিজ্ঞান্না *মনুংথিৎনা* খংবনা করিসু খংদবা অজ্ঞানবু চাকথেক্তুনা মাংহল্লি। মং চন্দ্রগী বীজনি। অমৃত চেল্লবা লুরবা জল তত্ববু খংনগনি । অদুগা পুক্নিংগী মপুবুসু খংনগনি। হায়রিবা ত্রিতাপ অহুমসিবু মাংহনখ্রবগী তুংদা পুক্নিংদা পোথাহনবা শান্তী পিবিবা শ্রী হরিবু অমুক খংনগনি। অদুগা আকারনা জ্ঞান অমসুং মকারনা ভক্তি সাধনাবু অমুক খংনগনি।

ভাব তারবরা ইনাওশাঃ

অঙাংশিংঃ য়াম্না নুংঙাইজরে পণ্ডিতজীঃ ওহোক্রা মমল য়াল্লবা মহা মন্ত্রনি তাবগী পেনবা নাইদে তাজরগা হকচাং অসি মঙাল লাকপগুম তৌরে গুরুজী !

নিমাইঃ নখোই খুদিংমক থাও থন্না য়াওরবা থাওমৈগী মৈরীগুম ঙানবা হেল্লক্কদবনি। মী কিররোইদবনি। য়াম্না ফজবা অমগা তাখো ।

জীহবা মুলে স্তিতোদেব সর্ব্বতেজময় অনলঃ

তদগ্রে ভাস্করশ্চন্দ্র স্তালু মুলে প্রতিষ্ঠিতঃ ।।

হায়বদি --

*শব্দ খোল্লোক কী উচ্চারণ তৌনবা লৈয়েংগী মখোঙদা অগ্নীদেব মৈ কৌবা লাঙ্গনা লৈ, অদুগা লৈমতোন্দা সুর্যদেব, অমসুং তালুমুল খৌনাওদা চন্দ্রদেব লৈ। রাম হায়বা নাম অসিনা শব্দ পুম্নমক্কী শক্তীবু খংনগনি। রাম হায়বা রাহৈ অসি অমুক্তং শোঞ্জবদা মীওইবগী দেহদা থুগ্গুনা লৈরিবা মৈ, নুমিৎ অমসুং থাগী শক্তী অহুমক হৌরকই। রকারনা সঞ্চিত কর্ম্মফল পুম্নমকপু মাংহল্লি। অকারনা প্রারব্ধ কর্ম্মফলবু ঙাকপি রক্ষা তৌবি। অদুগা মকারনা ক্রিয়মান — হৌজিক হৌজিক তৌরিবা কম্মগী ফলবু ধর্ম্মগী সাধনারোমদা ওলহনবী। মরম অসিনা রাম হায়বা নাম অসিনা ফত্তবা কর্ম্মগী ফল পুম্নমকপু মাংহনবী।*

অঙাংশিংঃ গুরুদেব রামগী নাম অসিদি য়াম্না শক্তি লৈবা অমসুং য়াম্না ফজবা আর্থ চেনবা নামনিকো গুরুদেব !

নিমাইঃ অদুগা রমন্তে যোগিনো হনন্তে নিত্যানন্দে চিদা ত্মনি।

ইতি রাম পদেনাসৌ পরং ব্রহ্মাভিধীয়তে। ।

(শ্রী রাম পুর্ব্বতা পনীয়ো পনিয়দ)

হায়বদি —

*হৌফম লোইফম অরেপ্পা লৈতবা অনন্ত ওইবা মীয়ামনা হেক্তা নমদুনা খুমজিল্লকপা ঙমদবা শুদ্ধ, বুদ্ধ, নিত্য ওইবা বিকার লৈতবা মশক হোংদবা জ্ঞান গী মশক ওইবা যোগিশিংবু পেনহনবা ঙস্বা পরব্রহ্মবু রাম হায়বা রাহৈ পদ অসিনা খংনগনি।*

ঙসিগী স্বাইদা লোইরশি। হরে কৃষ্ণ !

অঙাংশিংঃ হরে কৃষ্ণ ! ননাই ঐখোই খুরুমজরি।

## ৭ শুবা

# কেকু ফোংনবগী ঙাংনবা

নিমাইঃ শ্রীপাদ ! ভৈয়া নিত্যানন্দ ! অমুক্তা লেংশিল্লকখো। ননাওগা য়াম্ন ঙকপা ৱারী অমা শান্নগদব লৈরে।

নিত্যাইঃ করি তাকপিগদব ঐদি মতম পুম্নমক্তা নংগীদমক্তা লৈরিবনি।

নিমাইঃ শ্রীপাদ ! মমাংঙৈ ইচিন ইনাওনা বলরাম কৃষ্ণ ওইনা পোকখিব মতম অদুদা ঐখোই ময়াম কে কু লোৎপী সান্নখিবদু নিশিংবিরিবরা ?

নিত্যাইঃ ঙাহাক মিৎ উৎশিল্লগা খল্লি। ও ! ও ! আঃ গোবর্দ্ধনগী চিংখোঙদা শান্নখিবদো অদুরা ?

নিমাইঃ নিংশিংবিরে ! মান্নি, মান্নি, মতম অদুদা শ্রীদাম কৌবা শাখা অমা য়াওবদো ভাব তাবিরিবরা ?

নিত্যাইঃ মমি শামি খর খর নিংশিংলকলে আঃ আঃ শ্রীদামদো অদু কমদৌবা !

নিমাইঃ মহাক অদু হৌজিক ফাওব কে কু লোৎলিবনি।

নিত্যাইঃ হা ! দ্বাপব যুগ লোইরগা কলি যুগ তংখাই চল্লব ফাওব কে কু লোৎলিবনি হায়দুনা অদুম হিংলমখিগদরো ? মদুদি হিংলম্ব হৌনদ্রেদা শরু ফাওবা থিব ফংলরোই।

নিমাইঃ (নোকই) লৈরি ভৈয়া ! করিসু তৌদরি মাগী ওইনদি অয়ুক অমা ফাওব লোইদ্রি।

নিত্যাইঃ হা ! মাগীতা ওইনা অতোপ্পা নুমিৎ অমা থোকহল্লবরনে।

নিমাইঃ মাগীতা ওইনা নুমিৎ অমা থোকপা গুল্লবনি। মাগী ৱাখন্দদি নুমিৎ যুংদ্রি অয়ুক অমা লোইদ্রি। মাবু লৌরুনবা শ্রী পাদনা খর লে·বিব হায়জগে তৌবনি।

নিত্যাইঃ হোই ঐবুদি চৎচরুগে — অদুদা ঐগী বাখলদদি মহাক হিংলমখিনি থাজদ্রে। অসুক কুইরবসিবু করিসু চাদা থক্তনা করম্না হিংব ঙমগদগে। ঐখোয়দি নোংম খক্তং চরা হেনবদা শ্বর হোনব ঙম্মক্তে; শিরম্মগদরা খল্লি। অদু লৈরম্নগদি করি তৌজৌ হায়বা ?

নিমাইঃ শ্রীপাদ থাজৌ মা হিংলি; মা খর শাওগল্লিদনা মাবু শাওদনবা থেম্মগা খর লৌবিরুদবা য়াদে।

নিত্যাইঃ ইবুংঙো নংগী লিলা অঙকপনি হৌজিকসু মফম অদু মক্তদা অদুম লৈরমখিগদরো ?

নিমাইঃ লৈরি মা করিসু তৌদ্রি মাগী বাখন্দা শুরুং অদুদা কে কু লোৎপা অদুদা কহ্নাইনা থিবা খংদরি খল্লগা হরাওনা লৈরি। মাদি নবদ্বীপকী (ভাবা) লোল অসিদি খংবা বাৎকনি অদুনা ভৈয়ানা ঙম্নবা ঙাংনরগা খর পুবিরক্তবা য়াদ্রে।

নিত্যাইঃ ফরে ফরে ঐ চংলুরগে। থাদি থাজখিদ্রেদা !!

## ৮ শুবা

## শ্রীদামগী কেকু ফোংবা

নিত্যানন্দঃ বৃন্দাবন য়ৌরকলে গোবৰ্দ্ধন চিং উবদা পুক্লিং নুংশিরক্লে। হৌখিবা মপোক্কী ৱারি পুম্নমক মথং মথং হৌজিক্তা থোকপা ৱারিগুম নিংশিংলক্লে। গোচারোল বনদা বলরাম কৃষ্ণ অনিগা শাখা ময়ামগা শন্নাও ময়াম শেনখিবদু নৌহৌননা নিংশিংলক্লে। অদুদগী সুম য়েংখিবদা অতল বন উরকলে। অতল বন্দা বলারাম কৃষ্ণ অনিগা লোইন্‌না শাখা ময়াম শ্রীদাম, সুদাম, মধুমঙ্গলনচিংবা ময়ামগা ননি মাখোন মুন্ন মুন্ন চামিন্নখিবা (দহি) শঙ্গোম অফম্বা থকমিন্নখিবা মথং মথং মিৎতা উরক্লে। অদুদগী বিহার বন উরকলে।

বিহার বন্দা চেন্দুনা চোংদুনা অমগা অমগা কোইতান তান্নবা হরিবান্দোং শান্নবা উদুখোল নচিংবা শান্নখিবা মফমশিংদু উরগা পুক্লীং নুংশিরক্লে। অদুদগী শনগারকপদা ইমা রোহিনীগা যশোদা মতাগা অনিনা মখুৎতা বরতী চম্মগা বলরাম কৃষ্ণ অনিবু তিনমু লাঈমুগী শাহুম লৈরম্ব য়াই হায়বগী নুংশা থিজদুনা ঘি তৈরবা বরতীনা চাকপা মৈরী অদুনা হায়দোকপিখিবা জগৎকী হিংচাবা য়াইতম্বা অমত্তনসু কৈসু তৌবা ঙম্মরোইদবা বলবাম কৃষ্ণ অনিবু মমা রোহিনী অমসুং যশোদা রাণীনা মচানি হায়বগী বাৎশল্য প্রেমনা পুনখিদুনা মীচম অমগুন্না হোৎনজরি। কদায়দা তিনখংনা খেৎলকপগে হায়বগীসু নুংশা থিজরি কুপ্না য়েংজবি। বলরাম কৃষ্ণ অনিনা মমা অমগী নুংশিফম থোকপা নুংশিজবা অদুদা হরাওনা নোকলি। লাঈনি হাযবা খংখিদনবা মমা মমাদা নুংশিনবা অমুক্সু কেজরি। মদুদা মমা অনিমক্না ইচানি খঞ্জদুনা ৱারক ৱাতেমসু তৌজরি। মমাবু কিজবা শাদুনা ইবুঙো অনিনা হোৎনবীরি। অদুপুম্বা নিংশিংলকপদা নিত্যাইনন্দ ইশৈ শক্লক্লে।

ঈশৈ ঃ

কদায়নো ইমা রোহিনী, কদায়নো ইমা যশোদা,
কদায় নবান্নিগী বরতী, মুৎথ্রবরা যশোদা ইমা,
কদায় নচা কাহ্নাইদি, কদায় নচা বলরামদি
কদায়নো ইমা রোহিনী, কদায়নো ইমা যশোদা।।

কদায়দা চৎখরে শ্রীদাম, সুদাম মধুমঙ্গল, মখোইদি,
শান্নরশি, ফিবুন হাবী হরিবান্দোং ঐনা বলরাম্মী
তান্নরশি লাকও লমজেন, চয়োম চামিন্নরশি ৱারগা
কদায়নো ইমা রোহিনী, কদায়নো ইমা যশোদা।।

ব্রজগী য়ুমথোং খুদিংদা, চারুশি ননি মাখল
থুগাইরুশি শঙ্গোম চফু, থকলুশি ইপুক থন্না,
কাওরবরা নখোইনা ঐবু, কাওরবরা শ্যাম কহ্নাইবু
কদায়নো ইমা রোহিনী, কদায়নো ইমা যশোদা।।

নিত্যাইঃ ইহে ঐদি হৌখিবা ৱারী নিংশিংলুবদগী কপ্পুনা লৈথোকলে। ঐনা তৌগদবা ইথৌদি তৌবু তৌদ্রি। অদুনদি অমুক্তা কৌদুনা য়েংগে লৈরমখিনি হায়বদি থাজদ্রে চহি অসুক য়াম্লব সিদবু চাদ থক্তনা, তুমদ হিপতনা কদায়দগী হিংদুনা লৈরম্মরোই !! হোঃ ভৈয়া শ্রীদাম নংবু লৈরিবরো ?

শ্রীদামঃ (*তপ্পা ঙাংবা*) হি ! কনানো অমা ঐবু কৌরিবসে মাগীসি ঐবু থিবা খংমল্লকত্রদুনা কৌরকইমান্নে। খুমখিরোই। খর ৱাহন্নখিগে।

নিত্যাইঃ লৈত্রমান্নেদা হো ! ভৈয়া শ্রীদাম নংবু কদায়দা লৈবগে। নংনা কেকু লোৎলিবসে কুইমল্লে।

শ্রীদামঃ ও ! কনানো ? ঐবু কৌরিবা ?

নিত্যাইঃ এঃ এঃ খুম্মকএ লৈরিমাম্নে নহে নিমাইনা হায়রকপা ৱাসি অমুক্তা শোইদবনি। হিংলম্মীনহে কয়াদ ঙকখ্রবনো। হো ! ভৈয়া শ্রীদাম !! নংবু কদায়দা লৈবগে ?

শ্রীদামঃ ও ! কনানো ? ঐবু কৌরিবা নখোই ঐবু থিবা খংদ্রবরো ?

নিত্যাইঃ ও ! শ্রীদাম ভৈয়া কেকু লোৎলিবসে কুইমম্লে থোরকলো।

শ্রীদামঃ এ ! কয়াম কুইরদনা নখোই ঐবু থিবা খংদ্রবরা ঐনা খংদনবা লোৎপনিনে। ঐ অসিদা লৈরে আ ফোং; ফোং; নখোইবু ঐনা ঙমলেকো কেকু লোৎপী শান্নবদা ঐনা ঙমলেকো। তশেংনা নখোই থিব খংদবরা ? হ্রাওজবা।

নিত্যাইঃ খংদ্রবনি নংবু ৱাদ্রিবরা চাক লামদ্রিবরো ভৈয়া ?

শ্রীদামঃ হায় ! নংদি কনানো ঐখোইগী ব্রজগী মী মান্দেনা নং করি লম মচানো শেংনা হায়য়ু নত্রবদি ঐ শাওরক্কনি।

নিত্যাইঃ শাওরক্কনু ভৈয়া ঐ ব্রজগী মী নত্তেনংনা হায়বা চুম্মী ঐ নবদ্বীপ্তগী লাকপনি। ঐগী ইমিং নিত্যানন্দ কৌই।

শ্রীদামঃ নংগী নমিং নিত্যানন্দ কৌই হায়বা নবদ্বীপ্তগী লাকপা অদুগা ঐনা মফম অসিদা কেকু লোৎলি হায়বদি কমদৌনা খংইবা ?

নিত্যাইঃ নংগী শাখা ইতাও কহ্নাইনা তাক্লকপনি। অদুনা ঐনা খংবনি।

শ্রীদামঃ নংগী ৱাসি ঐদি ভাব অমা তারক্তরে। অদুদি ইতাও কহ্নাইদি।

নিত্যাইঃ নংগী শাখা কহ্নাইদি লাক্তেয়ে । নংনা কেকু লোৎলিবসে য়াম্না কুইরে দ্বাপর যুগতগী লোৎপনি হৌজিক্তী কলিযুগ হৌরবনি।

শ্রীদামঃ হা ! হৌজিকপো দ্বাপর যুগ লোইখ্রে হায়বা। অদুগা কলি যুগ হৌরে হায়বা ওহোকপা ৱাবু হায়রেদা। অদুগা ঐঙোন্দনা সুপ্নগী অয়ুক অমা ফাওবা লোইদ্রিবা করি ৱানোনে নংনা হায়রিসিবো। নোংমগী মনুংদা যুগ অমা হেক্তা ওনবা য়াবরনে। তানিংদ্রেদা !!

নিত্যাইঃ মদু পুন্নমক নংগী নতাও শাখা কহ্নাইগী লীলা ঙাক্তনি।

শ্রীদামঃ ইতাও কহ্নাইগী লীলানি হায়বা চহি চা কয়াবু সুপ্নগী অয়ুক অমা খক্তা ওইহনবা য়াবা বা নত্তেদা !

নিত্যাইঃ নংগী নতাও কহ্নাইদো বৃন্দাবনগী লিলা লোইরগা মহাভারত লান ফাওবা য়াওরগা মাগী পুন্সি লোইরদুনা স্বর্গারোল ওইরগা অতোপ্পা মপোক অমা নবদ্বিপ্তা পোক্তুনা নিমাই পণ্ডিত হায়না কৌদুনা লৈহৌরে।

শ্রীদামঃ করিনোনে হায়রিবা বাসিবো ঐ থাজবা ঙমদে ওইথোক্তবা বানি। ঐনা লৈরিবসে অয়ুক অমতা ঙাইরি।

নিত্যাইঃ থাজৌ মহাক্না লৌরুচো হায়দুনা লাকলিবনি। অদুগা মমাংঙৈদা লমজেন য়াম্না য়াংবা বলরামদু অদুনা নিত্যানন্দ ওইনা পোক্তুনা নংবু লৌবা লাকইবসিনি। নংগী মরুপ লোইনমক অমতা লৈত্রবনি।

শ্রীদামঃ অদুদি সুবোলখোই মধুমঙ্গলখোইসু লোইনা শিপ্রবরা ?

নিত্যাইঃ অমতা লৈত্রবনি মখোই লোইন মপোক ৫/১০ ওনখ্রবনি।

শ্রীদামঃ শুরুংমনুংদগী থোরক্লগা মাইকৈ থুংনা লৈদুনা য়েংই। উজাও হৌরমদবা মফম কয়া উজাও হৌরে। বন কয়া কয়ানা খুঙ্গং ওন্দুনা খুন্দা লৈতারি। দৃশ্য পুন্নমক ইহোং হোংলম্বা উরুবদা মহাক্না কেকু লোৎলিঙৈদা ঙহাক্তং তুমনিংবগুম উইদুনা তৌখিবদু নিংশিংলক্লে। শ্রীদাম দৃশ্যশিং সুম য়েংলম্বদগী কপথোরকলে।

হে প্রান্ন শাখা শকহেনবা শ্যামকহ্নাই !

করম্বা ধর্ম্মনোনে অসিবু নংগী

লোৎহনবীবা ননাইবু যুগ অমা কেকু

মমলবা শুরুংসিদা অয়ুক অমগুম্না

পোকপিখ্রবা অদুগা নংনা নবদ্বীপ্তা

হে প্রান্ন শাখা শকহেনবা শ্যামকহ্নাই ।।

হন্দোকপিবা করিগী ননাইবু অসুম্না
করম্বা ইরান্নো ননাই শ্রীদাম ঐগী
শকহেনবা ব্রজগী থা ওইরম্বা,
শিন্নবিরম্বা রাধিকাবু কনাদা
ঙাওজবী রাধানি নংতগী প্রেমদা
হে প্রান্ন শাখা ।।

লোইন কংলে নিভৃতবণ নিকুঞ্জ বন
হৌরমদরে মাধবী মল্লিকা লোইনা
তোংঙনি করম্বা লৈকাদা খোইমুনা
হৈরাং লৈরাং লোইনা পুরবরা
লাক্তুরে বসন্তসু ওল্লে লৈকংলা বৃন্দবনসে
হে প্রান্ন শাখা শকহেনবা শ্যামকহ্নাই ।।

*শ্রীদাম হিক্র হিক্র কপ্পুনা লৈখরে। ঐগী ইমা ইপা কদায়দা থিরুনি ভায় নিত্যাই ঐদি চৎলরোই নং ঐবু ৱারৌরনু ঐ মফম অসিদা সুম শিজরগে। ঐগী কনাসু লৈজদ্রে ঐনা হৌজিকপু কদায়দা লৈরুনি ঐগীদি ইয়ুমসু লৈজদ্রে (হায়রগা কপ্পুনা লৈখরে)। মপুক্লিং নুংশিনা।*

নিত্যাইঃ ভৈয়া শ্রীদাম নংনা ৱারৌবা য়াম্না চুম্মী অদুবু হৌখ্রবা ৱানি, পেন্দবা পুন্নমক নংগী নতাও কহ্নাইদা হায়রুরশি। মা শিখ্রবসু নিমাইদা ৱাকৎলুরশি মরমদি ৱা পুন্নমক মানা লোইন খংলি। নং থাজৌ কহ্নাইনা নিমাই ওইনা অবতার তৌবনি। নিমাই ওইনা পোক্লরবা অদুনবু নংনা মফম অসিদা কেকু লোৎহৌবনি খর লৌবিরুচো হায়রকইবনি। মাদি লোইন খংলিবনি। নিমাইসে কৃষ্ণগুম্না মশক য়াম্না ফজবনি কৃষ্ণনা অমংবা নোংহৌগী কুচুনি নিমাইনা পুর্নিমা কোতীগী মঙাল পুল্লপ্না ঙানবগুম ঈংনা তপ্না ফজবনি। নংনা হোরেল উরগা খংগনি লেঙনবা তৌরশি ঐ খুরুমজগে নংগী লৈফম

চাফম নিমাইনা লোইন পিগনি হায়হৌবনি।

শ্রীদামঃ *(কপ্প কপ্প খুম্মকই)* ফরে চৎলশি সখা নংগী নমিং নিত্যানন্দ হায়বদি মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইদুনতা লৈবা ফজবা মিংনি।

নিত্যানন্দঃ হোই অদুম্মা খনবিরবসু কায়দে। নিত্য মতম পুম্নমক্তা আনন্দ নুংঙাইবা হায়বনি। মাতা পিতানা থোনবিবা মিংনিদা !

শ্রীদামঃ কৃষ্ণ মহাক্কা অসুক চাউনা মীনম্বীরি। ঐগী থম্মোই অসে ওহ্নোক্না নুংশিরকই ভায়নিত্যাই।

নিত্যাইঃ হায়বিগনু ভৈয়া নিমাইনা ভৈয়াবু কাওবিদবসিসু ওহ্নোক্না লাইবক ফবনি খনবিয়ু লেংঙসি।

শ্রীদামঃ হোই অমরোমদ খল্লুরবদি লাইবক ফৈ হায়বসু য়াই। অদুবু ঐগুম্বা করিসু লৈতবা অমনা কেকু লোৎপদবু কৃষ্ণ মানা থিবা খংলোইদবা লৈতে। মানা লোৎখিবদি জগৎকী জীব অমত্তনা থিবা খংলোই। মা-নদি ঐগী লোৎফমদা নং থারক্কুনা ফোংলরিবসিনি। মাদি লোইনা উরিবনি ঐসু খঙজরে লেংঙসি। *(চৎমিন্নবা)*

## ৯ শুবা
## অঙাংশিংদা কৃষ্ণমন্ত্র তম্বীবা

নিমাইঃ ইনাওশা মুন্না তাও য়াম্না মরু ওইবা মন্ত্র খর হায়গে। ঋষি মতৌ করম্না ওইরকখি হায়বদু তারো। মপোক কয়াগী মমাংদগী তপস্যা তৌরক্লুনা মাগী পাপ পুন্নমক কোকচরদুনা চিত্তশুদ্ধি লূরবা বুদ্ধি জ্ঞান লৈবা মী অমা ওইদুনা গুরুগী থৌজালদগী শ্রুতি, স্মৃতি শাস্ত্রদা তাকলিবা তত্ত্ব জ্ঞান পুন্নমক মপুং ফানা খংলবা, অমসুং ভগবানগী শরুক অংশ কলা চঙলবা মহাপুরুষশিংবু ঋষি হায়না খংনগনি। অদুগুম্মবা মহাপুরুষশিং অদুদা ভগবাননা কৃপা তৌবিদুনা ঋষিশিং অদুগী অন্তকরন মথরাইদা মমল য়াল্লবা মন্ত্র অমমম ফাওহল্লকই। অদুগুম্বা লাইবক ফরবা মন্ত্রদ্রষ্টা অদুবুসু মন্ত্র অদুগী ফোংদোকফম ওইবনা ঋষি কৌই। অদুগা হরিনাম মহামন্ত্রগী ঋষিদি দেবর্ষি নারদনি। শ্রীমদ ভগবত গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরি। দেবর্ষিনাঙ্গু নারদ। হায়বদি মন্ত্রগী তত্ত্ব খংবা ঋষিশিংগী মনুংদা নারদদনি। কৃষ্ণ ঐনি হায়ন ফাওবা শিংথানরী। নারদবু !

অঙাংশিংঃ গুরুদেব ঋষি মতৌ করম্না ওইরকপগী ৱারি অসিদি ওল্লোক্লা মমল য়ামখ্রেদা !

নিমাইঃ মসি মন্ত্রগী অঙ্গ তরুক্কী মনুংদা ঋষিনা অহানবনি। অনিশুবনা ছন্দনি ! ছন্দগী অমুক তারো। মন্ত্র খুদিংমক্কী ওইনা শকপা, শোনবা মতমদা বেদ শাস্ত্রগী মতুংইন্না মচা খাইনা, অনেম, অৱাং অমসুং পল্লেপফম নাইনা নাইনা মন্ত্রগী ময়েকশিং অসিবু মশিং কক্লা উচ্চারণ তৌগনি। অৱাংববু দীর্ঘ অমসুং গুরু কৌই। অনেম্ববু

হ্রস্ব অমসুং লঘু কৌই। মরক্তা ঙহাক্তং পোখাগদবা পম্লেপফম্দু যতি কৌই। অদুগা বেদ শাস্ত্রদা মন্ত্রবু উচ্চাবণ তৌনবা ছন্দ তরেৎ লৈ মদুদি ১ গায়ত্রী, ২ উষ্ণিক ৩ অনুষ্টুপ, ৪ বৃহতী, ৫ পঙতী, ৬ ত্রিষ্টুপ ৭ জগতী। মখোই অসিনি। অদুবু হায়রিবা ছন্দ তরেৎ অসিগী মতুংইন্না হরিনাম মহামন্ত্রদি ময়েক ৮/৮ গুরকপদা যতি লৈগদবা অনুষ্টুপ ছন্দনি।

অঙাংশিংঃ ফজখ্রে ! ফজখ্রে ! গুরুদেবগী ছন্দগী মতাং অসি ওয়াহোক্লা খংবদা কান্নরবা য়া ঙাক্কনি।

নিমাইঃ অহুম শুবনা দেবতা।। দেবতাগী মগুণ অমুক তারো। মন্ত্র খুদিংমক্কী মপু ওইবা দেবতা অমমম লৈ। হরিনাম মহামন্ত্র গী দেবতাদি শ্রীকৃষ্ণনি। অদুগা মবিশুবনা বীজ। হরিনাম মহামন্ত্র অসি ময়েক ৩২ না শাবা নাম ১৬ নি। মন্ত্র অসিগী মরূদি বীজ হরে কৃষ্ণ হায়বা ব়াহৈ অনিসিনি। খোংনাং অচৌবা অমগী মহৈগী মনুংদা কুপ্লবা মরু মচা মচা যাওবি। অদুগুম্বা মরু মচা মচা খুদিংমক্তা উজাও খোংনাং অমমমগী চাউগদবা শরুক পুন্নমক ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমই। খোংনাং মহৈ খুবীমুক ফাওবা চাউদনা মতুম অদুগী মনুংদা খোংনাং পাম্বী অভিযা পক্লা বা চাউবা ঙম্বা কয়া থম্বা ঙম্বগুম হরিনামগী কারন মরম স্বরূপ হৌখকফমদি হরে কৃষ্ণ হায়বসিনি।

অঙাংশিংঃ ব়াহ ! ব়াহ ! ফজখ্রে ফজখ্রে গুরুদেব ! প্রমানদুনা ফজরিবা !

নিমাইঃ হৌজিক ৫ শুবা শক্তিগী মরম অমুক তাবো। মন্ত্র খুদিংমক্কী মপাঙ্গল থৱাইগী গুণ শক্তি অমমম লৈ। অদুনা মন্ত্রগী মগুণ ওইদুনা শোঞ্জবশিংবু কান্নহল্লি। হরিনাম গী মন্ত্র শক্তিদি হরেবাম হায়বসিনি।

অঙাংশিংঃ ব়াহ ! ব়াহ ! ফজখ্রে ফজখ্রে ! গুরুদেব !

নিমাইঃ হৌজিক ৬ শুবা কীলক অসিগী অমুক তারো ইনাওশা গুরু পবম পরাদগী শিজিন্নরকলবা সিদ্ধ মন্ত্র খুদিংমক্তা চৈতন্য শক্তি অমমম লৈ। মন্ত্রনা মখোম ফজনা থোক্লবা শন্বী অমা ওইনগা

শঙ্গোম শুল্লমদাইদা শম্বী অদু লেং ওৎপা য়াদনবা উপাম্বী নৎত্রগা উচুক অমদা চেকশিন্না পুল্লগা নুঙাইনা শঙ্গোম শুম্বগুম্না মন্ত্রবু কীলক অসিদা ফাজিন্দুনা চেকশিন্না থমই। হরিনামগী মন্ত্র চৈতন্যদি হরে কৃষ্ণ রাম হায়বসিনি। শঙ্গোমদা ঘিগী শরুক লোত্তুনা য়াওই। অদুবু শঙ্গোমদু নৈর নৈরগা মাখন ফংলকই অদুদগী ঘী শুংদুনা বর্ত্তীনা লুপ্তুনা ভগবানদা আরতী কৎপা মতমদা ভগবানগী মুর্ত্তি দর্শন তৌজবা ফংই। অদুগুম্না মন্ত্র চৈতন্যনা আত্মাজ্যোতী ওইদুনা অন্তরাত্মাগী মশক ওইরিবা শ্রী হরিবু দর্শন তৌজগনি ষোড়শনাম মন্থনেচৈব ষড়াক্ষর সুনিশ্চি তং।

বৃহদ্ভক্তি তত্ত্বসার

অঙাংশিংঃ বাহ! বাহ! ফজখ্রে ফজখ্রে গুরুদেব !

নিমাইঃ ইনাওশা ঘী হায়বা পোৎ অসি দেবতাশিংনা পাম্বা পোৎনি অদুগা লাঈ ফত্তবা, হিংচা য়াইতম্বাশিংনদি ঘিগী মনম অসি খাংবা ঙমদে। অদুনা বরতী ঘি লুপ্পবা অদুনা চম্মগা আরতী তৌরিবদু দেবতাশিংনদি পাম্ব পোৎনি। ধুপতা খর খর তোৎলগা থারিবদু মরম অসি লৈবদগীনি। মৈরিক খুদিংমক্তা মৈজাওগী শক্তি পুন্নমক লোত্তুনা থম্বগুমনা জীবাত্মাদা পরমাত্মাগী শক্তি পুন্নমক থুপ্তুনা লৈ। ব্রহ্মগুগী শক্তীসু (পিণ্ডদা) হকচাং দা লোত্তুনা লৈ।

যথা পিণ্ডে তথাব্রহ্মাণ্ডে। সূর্য্যনরায়ন অমতা ওইজরবসু রাশি চক্র তরানিথোইদা থা অমমমগী শক্তি তোঙান তোঙান লৈবগুম হকচাংগী অঙ্গ ১২ দা দ্বাদশ তিলক তৌফমদা শক্তি তোঙান তোঙান্না মন্ত্রগী শক্তি থুপতুনা লৈ। তুমদুনা লৈরিবা শক্তি অদুবু হৌদোকপবু অঙ্গন্যাস কৌই।

হকচাংগী হৃদিনচিংবদা জীবনী শক্তিগ্নী কেন্দ্রদা অমসুং খুৎ শাদা পঞ্চ তত্ত্বগী কেন্দ্রদা মন্ত্রগী অঙ্গ শোন্দুনা শোকলগা শক্তি পুন্নমক বিকাশ তৌরকই। অসুম্না তুমদুনা লৈরম্বা হকচাংগী শরুকশিংদুনা হৌদোক্তুনা জ্ঞান তাহল্লি।

অঙাংশিংঃ অংহোই গুরুদেব ! ননাই ঐখোই তাবগী পেনবা নাইদ্রে মমল যাম্লবা বা ঙাক্তনি।

নিমাইঃ অদুগা করন্যাস তৌবা মতমদা অশেংবা আসন অমদা মায় নোংপোক নত্রগা অৱাং ওন্দুনা ফম্লগা আচমন, তিলক প্রাণায়াম্মচিংবা নিত্যক্রিয়া তৌরবগী তুংদা য়াংতিংনা ফমদুনা খুবী অনিগী মরূদা খুদোম্বীনা শোক্তুনা হরে কৃষ্ণ অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ হায়না শোনগদবনি। মথংদা খুবী মতোন্না খুদোম্বী অনিগী তংখাইদা তাং ময়াইদা শোক্তুনা হরে কৃষ্ণ তর্জনীভ্যাং স্বহা হায়না শোনগদবনি। অদুদগী খুৎয়াইদা শোকপা মতমদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে মধ্যামাভ্যাং বষট্ শোনগদবনি। অদুদগী খুনিংথৌ অনিমক হরে রাম অনামিকা ভ্যাং হুঁ হায়রগা শোক্কদবনি। খুনাওবী অনি খুবীনা শোকপদা হরে রাম কনিষ্ঠাভ্যাং বৌষত শোনগদবনি। ইকোন কোনবদা রাম রাম হরে হরে করতল কর পৃষ্ঠাভ্যাং স্বাহা হায়না শোল্লগা খুৎ য়েৎ ওইগী খুনম অনিমক শোক্কনি। মসিদা করন্যাস মপুং ফারে।

অঙাংশিংঃ গুরুদেব লাঙ্গৈ নিংবা তারবসু নিয়মশিং অসি খংদবা য়াদবরা য়াম্না কুপথ্রবা নিয়ম লৈরম্মীনা !

নিমাইঃ অদুনবু দীক্ষা গুরু হায়দুনা লৈরিবনি। অদুগা অঙ্গন্যাস হৈনবা অমুক তারো।

*খুৎ য়েৎকী খুৎশা মঙামক পুল্লপ শন্নরগা হৃদিগী অকুৎপা মফমদা শোক্তুনা হরে কৃষ্ণ হৃদায়ায় নমঃ হায়না শোনগদবনি। অদুদগী অমুক কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে শিখায়ৈবষঠ্ হায়না শোন্দুনা কোক্কী শিখা শোক্কনি। খুৎ অনিমক্কা য়েৎকী অমসুং ওইগী কারল চত্তুনা পাম্বোম মরু অনিমক শোক্তুনা কবচ শারগা হরে রাম কবচায় হুঁ শোনগনি। অদুগী মথংদা হরেরাম নেত্রত্রয়ায় বৌষট হায়না শোন্দুনা মিৎ য়েৎ, ওই অমসুং পিশুম অনিগী কারক্তা শোক্কদবনি। অরোইবদা রাম রাম হরে হরে অষ্ট্রায় ফট হায়না শোন্দুনা খুদোম্বীগা খুয়াইগনা খুবাক্তা য়ৈদুনা মখোল থোকহনগনি। মসিদা অঙ্গন্যাস মপুং ফারে।*

অঙাংশিংঃ গুরুদেব য়াম্না নুংঙাইজরে ।

নিমাইঃ করন্যাস অমসুং অঙ্গন্যাস লোইরবগী তুংদা শ্রী কৃষ্ণবু ধ্যান তৌজগনি। হৃদি মন্দিরদা থম্বাল মনা নিপাল অষ্টদলগী মথক্তা

য়েৎথংবা চরন্না ওইগী মাংদা কারল চন্দুনা য়েংকী খোংবীনা ভার পিদুনা ত্রিভঙ্গ শাথেক অহুম থোক্লা লেপ্তুনা মিৎচিনা ওইরোমদা ফম্লপ মিয়েং তারগা চিনবান্দা মুরলী খোংবা অমসুং শ্রীমতী রাধানচিংবী গোপীকাশিংগী ময়াইদা ঙাহোইরিবা শ্রী ব্রজরাজ নন্দন কৃষ্ণবু ভক্তী তৌজগদবনি। পুক্নিংনা মানসিকনা পূজা কৎচগনি। অদুগী তুংদা হরিনামবু জপ তৌজগনি। পুক্নিংতনা শোঙববু মানশিক জপ কৌই। চিনবান্দি লেংলগা য়াম্না লোন্না মী তাহন্দনা নাশোল পিক্লা শোঙববু উপাংশু জপ কৌই।

অঙাংশিংঃ কয়াদ কুপ্না লৈরমখ্রবনো !

নিমাইঃ অদুগা খোঞ্জেল থোক্লা লাউনা শোনববু বৈখরী কৌই। মন্ত্র শাস্ত্রদা মানসিক্লা মকোক্নি। উপাংশুনা ময়াইনি। অদুগা বৈখরীনা অতোনবনি। তৌইগুম্বসুং হরিনামদি লোন্না শোল্লগসু মহামন্ত্রনি। ফোংনা হৌনা শোল্লগা নাম সংকীর্ত্তননি। অতৈ মন্ত্রশিংদি মানসিক্লা শরুক লিশিং অমগী চাংনি। উপাংশুনা শরুক চাম্মনি। বৈখরীদগী হেল্লি হায়না আদি গুরুশিংনা তাকপি।

অরোইবদা কৃষ্ণগী চরন্দা জপ তৌজরিবা মশিং অদু কৎচগনি। ঐনা হায়রিবশিং অসি য়াম্না মরুওইবা মন্ত্র ঙাক্তনি। মসি খর ৱারবসু নখোই খুদিংমক খংনবা হোৎনগদবনি।

অঙাংশিংঃ অংহোই গুরুদেব চত্তবা য়াদবা লম্বীদুদি খংনবা হোৎনবা তাবনি। য়াম্না মমল য়াম্লবা মন্ত্র ঙাক্তনি। ঐখোই ইরগা থমজগে অদুগা ফানবা হোৎনজগে।

নিমাইঃ অদুদি ইনাওশা ঐনা নুংশিনা তাকলিবসে নখোইনা থৌ শাবিদ্রবদি অমোৎপা নালাদা মণিমুক্তা থাদবা গুম্বনি অদুগা নখোইনা থম্মোইনা নুংশিনা পাম্না তাবিরগদি তাকলিবা ঐবুসু নখোইনা নুংশিবীবনি। অনিমক্কী মহামঙ্গলনি। মন্ত্র অমগা তাও।

নামচিন্তা মণিরূপং নামৈব পরমা গতিঃ

নাম্নঃ পরতরো নাস্তী তস্মান্নাম উপাস্মহে ।।

হরিনাম লাঃ ৬

হায়বদি চিন্তামনিগী মশক ওইবা নিংজবা পুম্নমক থুংহনবিবা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা শ্রীহরি নামতনা ঐগী চংজফম অথোইবনি। হরিনামদগী অহেনবা অমসুং মান্নবা লৈত্রে। অদুনা ঐনা হরিনামবু উপাসনা তৌজরি। শ্রীগুরু অমসুং শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যবু পেন্নবগীদমক্তা নাম অদু সমর্পন তৌজগনি হায়না নিংজগদবনি।

অঙাংশিংঃ অংহোই গুরুদেব তাকপিসি। ফা—নবা হোৎনজগে।

নিমাইঃ নামযজ্ঞং মহাযজ্ঞং কলৌ কল্মষ নাশনং।

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রীত্যর্থ নামযজ্ঞং সমপুর্নম, ।।

কলিগী পাপ পুম্নমক মাংহনবা ঙম্বা, নামমহাযজ্ঞ অসিবু শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্যনা পেনবিনবগীদমক্তা সমর্পন তৌজরি

মন্ত্রস্তন্ত্রতশ্ছিদ্রং দেশ কালার্হ বস্তুতঃ

সর্ব্বং করোতী নিশ্ছিদ্রং নাম সংকীর্ত্তনং তব। ।

শ্রী মদ ভগবত ৮ /২৩ /১৬

মন্ত্র শোনবদা শোইখিবা, ক্রমভঙ্গ মথং মনাও কাইবা মফম চাদবগী দোষ, অমসুং মতম চাদবগী দোষ, পোচং বাৎপা অমসুং ওন্নতৈনবগী দোষ পুম্নমক শ্রীনাম কীর্ত্তনদগী ছিদ্র পুম্নমক মন্ত্র অসি শোঙ্গবদা কোকহল্লি।

কৃষ্ণে চিন্তাবিহীনং মমহৃদয় মহো মান গর্ব্বধিরূঢ়ম্ ।

ক্ষন্তব্যোমে পরাধ কলিকলুষ হর শ্রীহরে কৃষ্ণরাম।

*শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংদ্রবা অমসুং ইশাগী নাপল কাখ্রবা তমখিখ্রবা ঐগী থম্মোইনি। কলিগী পাপ পুম্নমক মাংহনবা ঙম্বা হে হরে কৃষ্ণ রাম ঐগী ইরাল পুম্নমক ঙাকপিয়ু। খুরুমজবনি। ইনাওশা মন্ত্র অসি য়াম্না মরুওইবা মন্ত্রনি মীওইবা ঐখোয়না ঐনা মহেল্লে হায়বা বাখল অসি মরক মরক্তা য়াম্না খনগল্লি। অদুবু মন্ত্র অসি শোঙ্গরবদি কৃষ্ণবু কাওরুবগী দোষ অদুসু ঙাকপিনবনি। ফরে ঙসিদি স্বাইদ সুম পোথারশি। হরে কৃষ্ণ !*

অঙাংশিংঃ গুরুদেব ননাই ঐখোই খুরুমজরি। ঙসিগী বিদায় পীরো !

নিমাইঃ নোঙবা তমগদবনি নখোইনা হায়বা চুম্মী হরে কৃষ্ণ বিদায় ! বিদায় !

## ১০ শুবা

# নিত্যানন্দগা শ্রীদামগা থুংলবা

শ্রীদামঃ কদায়নো ভায় নিত্যাই ঐগী প্রান্ন শাখা কহ্নাইদি !

নিত্যাইঃ হৌজিক্তী ভৈয়া শ্রীদাম নংনা শাখা কহ্নাই কৌরম্বদু কৌরুরনু নিমাই হায়না কৌবিরো। তুঃ আঃ মান্দোপ ময়াইদা পুর্ণিমা কোটী ঙমজনা নুংশিবা শক্তম অমা গৌরগী বর্ন ওইবা রাধাগী কুচু মানবা অমা পাম্বোম ব্বাংনা থাঙ্গৎতুনা হরিবোল হরিবোল লাওরিবা অসিনি।

শ্রীদামঃ কদায়দগী ব্বানো অসিদি মশকপুদি ফজে মগুণসু লৈ, অদু ওইরবসু ইতাও কহ্নাইগী শক্তমনি কমদৌনা হায়রিবা। ইতাও কহ্নাইদি কোক্তা ব্বাহোং মতুগী চুড়ানা লৈতেংবনি। কুচুসু মুনা রাশি লৈবনি। নোংহৌ ঙম্ব কুচু ওইগদবনি।

নিত্যাইঃ অদুনা হৌখিবা যুগ অমগী শক্তমনি ভৈয়া।

শ্রীদামঃ য়ারোই য়ারোই ঐদি দ্বাপরদা ঐখোই শান্নমিন্নবা কহ্নাইগী শক্তমদু হেক উদ্রিবা মখৈ সুক থা থাজদে। অসিদবু ইতাও কহ্নাই করম্না কৌরুনি।

প্রভু নিমাই সোমদা শ্রীদামনা নিত্যাইদা হায়রিবা পুন্নমক তাবা ফংদ্রবসু নিমাইদি অন্তরযামী ওইবনিনা মনাই শ্রীদামদা খংহল্লগে খল্লদুনা শ্রীদাম খক্তগী মমিত্তা মমাংঙৈগী দ্বাপরগী কৃষ্ণগী খোড়া চুড়াদা ব্বাহোং মতুনা লৈতেংবা, অনৌবা নোংহৌ ঙমজবা খ্বাংদা সনা ফিগে থোনবা বৈজয়ন্তী মালানা ঙক্তা লৈবা ত্রিভঙ্গমুর্ত্তিনা শ্রীমতী রাধাগা লোইননা যুগোল রূপ ওইদুনা খুত্তা বাঁশি পায়দুনা নুংশিরবা সুরদা খোংবদু তাহন্দুনা জগৎনা উজবা ফংদ্রবা রূপ অদু মনাই শ্রীদামগী মিত্তা উহনবিখরে। শ্রীদাম পুমঙক ঙক্কুনা

হৌজিক্তা নিমাইনা হরিবোল হায়দুনা গৌরবর্নদা লৈরম্বদুনা কৃষ্ণ শ্রীমতী রাধাগা যুগোল রূপতা বাঁশি খোংদুনা লৈবা অদু উরুবদা মমিৎ চপ যুংদুনা লৈখরে। মিৎ কুপ্লগা অমুক য়েংবদা নিমাই ওইনা অমুক উখরে। মথন্ত শোঙ্গে। নিমাই হায়বসিদি ইতাও কহ্নাইগী অবতারনি হায়রিবসি শোইদ্রে অদুবু ঐনা শাখা হায়না কমদৌনা কৌরুনি মাদি স্বয়ং ভগবান গোবিন্দ ওইরম্লে।

*শ্রীদাম কপ্পা কপ্পা ইশৈ শক্ৰকলে*

লৈরমলেদনা হে! কৃষ্ণ নংদি শোমদা,

হে নন্দগী মচা গোপাল গিরিধারী

খংজরে ননাইসু নংগী অরোনবসে

উজবদা নংগী ত্রিভঙ্গ শাথেক

ঙাওরুরে নংগী লীলাদা যুগ অমা

লৈরমলেদনা হে! কৃষ্ণ নংদি শোমদা।

লোৎলুবা মতাংদা ষণয়াম ব্রহ্মানা

পুথোকখিবা ষণয়াম শ্রীঅঙ্গদগী

ৱাৎহনখিদব শন্নাও মশিং অমতা

তৌহনখিবা ব্রহ্মা কয়ানা বেদ পাঠ

ঙাওহনবিখিবা জগৎ পিতা ব্রহ্মাবু

লৈরমলেদনা হে! কৃষ্ণ নংদি শোমদা।

খুরুমজখিবা ইবুঙোদুনি ব্রহ্মানা

খংজরে হে দীনবন্ধু সর্ব্বেস্বর

থুংনা লৈরম্লে নংদি মফম খুদিংদা

খংবা ঙমগনি কনানা নুংগী লীলা

নখুবাক্তা শান্নরম্লে মহাকাল মতম্বু

লৈরমলেদনা হে! কৃষ্ণ নংদি শোমদা।

*শ্রীদাম হিক্র হিক্র কপ্তুনা লৈরি।*

*নিত্যাইনা থেমজিল্লি।* ভৈয়া শ্রীদাম নংগী পেন্দবা, অৱাৎপা পুন্নমক নিমাইদা পিবিয়ু হায়রশি মানা শোইদনা পিবিগনি। *শ্রীদাম করিমতা খুমদনা কপ্তুনা লৈরি। মদু নিমাইনা মান্দোপ ময়াইদগী উরদুনা চংলকই। অমসুং নুংশিনা হায়রকই।*

নিমাইঃ হে! প্রান্ন শাখা শ্রীদাম নং ঐবু ৱারৌরমান্নে।

শ্রীদামঃ *কপ্প কপ্প হায়জরকই মখুৎ জুর তৌরগা।* প্রভু ননাইদি অপঙবনিনা ঙাওজরুরে। ননাই ঐবু শ্রী চরন্দা চিংশিনবিরো ননাইবু যুগ অমা পুরা হুন্দোকপিরবা ফাওবা পেনবিদ্রিবরনে। *(নোঙ্ খোঙবগুম কপখ্রে)*

নিমাইঃ প্রান্ন শাখা নংনা ৱারৌবা চুম্মী। অদুবু জীবশিংগী মফমদা মতমগী চাং খোঙচৎ খেন্নবদু ঐনা খংহন্নীংবা অমা লৈদুনা তৌবনি। জীবশিংশি অমগা অমগা পুন্সি শাংবা মান্নদে। অদুগী খেন্নবদু নংঙোন্দ খঙ্হনবতনি। ঐনা তৌহনবসু নত্তে। অশিনবা নিয়ন্তা অমা য়াওরি। মরু ওইবা অমনা দ্বাপর যুগতা বৃন্দাবন্দা শান্নখিবা লীলা কয়া নংঙোন্দগী কুপ্ন খংনবা কেকু লোৎপগী নামাদা থনম্বনি। নংনা বৃন্দাবনগী লীলাগী ওজা ওইগদবনি।

শ্রীদামঃ ননাইবু অমুক ঙাওহনবিরগনু প্রভু জীবশিংগী তোঙান্ তোঙানবা মতমগী খোংচৎ লৈবরা ননাইদি ভাব তাবা ঙমজদরে।

নিমাইঃ প্রান্ন শাখা তাবিয়ু ঐ শুগাইনা হায়জরককে। জীব মচা মচা তুমিং কাঙ্নচিংবা লৈরিবা প্রান্নীয় জীবশিংশি মাগী মাগী মপুন্সি লোইরগা শি নরিবা ঙাক্তনি। অদুবু মীওইবা ঐখোয়গী ৱাখন্দদি পুন্সি লোইরমদনা শিখিবা ওইনা খন্নরি।

শ্রীদামঃ অংহোই ননাই ঐখোয়গী ৱাখন্দদি অদুক কুপ্নসু খন্থরুদে অদুগা পুন্সি লোইদনা শিরিবোইসু খল্লি।

নিমাইঃ কুপথ্রবা জীব পুন্নমকসু বিবাহ কর্ম্ম তৌরগা মচা মশু ফংনরগা চাদা নাওদা নরম্মগা পুন্সি লোইখ্রিবনি থা ১ ফাদনা শিবা, নোংমা

ফাদনা শিবা মখোই খুদিংমক্কী পুন্সিগী খোংচৎ তোঙান তোঙান্না লৈরিবনি।

শ্রীদামঃ অংহোই খন্নুরবদি অদুনা চুমগদবা অমা খল্লক্রে। বিবাহ কর্ম্ম তৌদুনা মাগী ধারা সন্তান থনমদুনবু অসুক য়াম্ব জীবশিংশি অবাংপা লৈতনা লৈরিবসিনদি চুমগদবা মাল্লি।

নিমাইঃ মীগী চহি লাঙ্গনা থাবসি ১০০ রোমনি। শনগী চহি ২৫ লোমদনি। মরম অসিনা পোকপগা শনদি নোংমগী মনুংদা অদুম চেনবা চোংবা ওস্মী। অদুগুম্না অমরোমদা নুমিৎ, থা, পৃথিবী নচিংবা গ্রহ উপগ্রহ শিং অসিগীসু পোকপা, শিবা, লৈরিবনি। মখোয়সু নোংমদি মপুন্সি লোইঙ্গদৌরিবনি। মখোইঅসি ঐখোয়গী চহিরোমদা হায়রগদি চহি লাক্ষ কয়াগী মমাংদা পোক্তুনা হৌজিক ফাওবা লৈরিবনি। অদুবু মখোইগী পুন্সি লোইদুনা শিবদি ঐখোয়গী পুন্সিদদি উবা ফংলরোই। পোকপু পোক্লবদি শিবা হায়বসিমদি শোইদ্রবনি । অদুগা থবাইদি শিবা লৈতে। শিরিবদি হকচাং অসি খক্তনি। থবাইনা হকচাংগী মনুংদা চংলগা হকচাং অদুনা লেং ওৎপা তৌবনি। অদুবু হিংবা হায়বনি।

শ্রীদামঃ অদুনদি প্রভু থবাই অসিনা রথ থৌবা শার্থীগুম্বরা ?

নিমাইঃ অদুগুম্বনি !

শ্রীদামঃ খংজরে প্রভু। জীব খুদিংমক্কী বাখন্দা মতমগী খোংচৎ তোঙান তোঙান লৈ হায়বসি ননাই ঐ থাজরে। অদুগা মখোই খুদিংমক্কী পুন্সি তোঙান তোঙান্না ভগবান্না পিরি হায়বসিমসু ননাই খংজরে। অদুনা ননাই ঐঙোন্দা অয়ুক অমা সুরুংদা লৈরিঙৈদা সোমদা চহি চা কয়া চৎখিদুনা কলি যুগ তংখাই য়ৌনা চংশিল্লমলে। মসিদদি ননাইনা ঙক্রোইদবা করি লৈবগে। অসুক পুন্সি শাংনা হিংহন্নবিরগা মফম মরাং খংহন্দনা চংহন্নখিবা মতম্বু ননাইনা পেঞ্জদবগী বানি। তুমসু তুমদনা শাংলবা মঙ্ অমা ইত্তেন তেন্না লোইহন্নবিখরে।

নিমাইঃ চুম্মী তৌদ য়াদবা অমা লৈবননি। নংনা সুরুংদা কেকু লোৎখিঙৈদা মাতা পিতানা নং হল্লক্তবগী বা নখিবদু নংবু খংহনবা য়াদবা অদুননী মদুগীদমক নং বারৌরনু ঙাকপিরো। নংগী মিং শ্রীদাম হায়বদু

দ্বাপর যুগতা কৌনবনি। হৌজিক্তী কলি যুগ ওইরবনিনা মিং অমা হোংলশি মপোক অমা ওনবগী অনৌবা পুন্সি অমা অমুক্কা পুন্সিনবা ওসিদগী "অভিরাম" হায়না ঐনা থোল্লগে নং করি হায়বগে নং ঐবু খারৌরিবরা ?

শ্রীদামঃ প্রভুনা থোনবিবা মিংবু ননাই ঐনা করিগী পাম্মোইদগে। মিং অদুমক ঐনা থবাইনা ওহোক্লা পামজরে। মিং অদু প্রভুনা হান্না কৌবিরো।

নিমাইঃ পাম্বোম খাংনা থাঙ্গত্তুনা জয় জয় অভিরাম্না জয় ওইরে।

নিত্যাইঃ পাম্বোম খাংনা থাঙ্গত্তুনা জয় জয় অভিরাম্না জয় ওইরে হায়না অনিমক খোল্লাও অমতদা লাওমিন্নখি।

নিমাইঃ শ্রীদামবু উরুবদা বৃন্দাবন লীলা নিংশিংলক্তুনা দ্বাপরগী বৃন্দাবন্দা নন্দ যশোদানা কৃষ্ণবু মখোইনা পোকচবা মচামক্কি খন্দুনা লুনা তৌজখিবা। কৃষ্ণগী অঙাং ওইরিঙৈগী মমা মপা অনিগী মমাংদা কোইচেন চেন্দুনা জগোই শাখিবা কৃষ্ণগী জগোই য়েংজবদা মমা যশোদা রাণীনা হরাওজবদা মমিত্তা মপি ঈরা চেন্দুনা নোক্ল নোক্ল খাংজখিবা, চানি, থক্কনি খংখিদবা অদু পুম্নমক ইনৌ নৌনা নিংশিংলক্রে। শ্রীদাম্বু কোল্লগা কপ্প কপ্প ইশৈ শক্লকই।

হায়য়ুনে শ্রীদাম চান্নথোইবা নংবু

কদায়দা লৈহৌরি যশোদা ইমা

কদায় পাবুং নন্দ মহারাজদি

ঙাইহৈদ্রা ইমানা ঐবু থোঙ্গান্দা

হায়য়ুনে শ্রীদাম চান্নথোইবা নংবু।

নুংশিরকইদা তুলসী বোনদো

মখোঙ ইনেম নেম্না ইশং শংবদো

শেংজবদো ইমানা মখোঙ্

নুংশিরকইদা ঐগী ইমাদো

হায়য়ুনে শ্রীদাম চান্নথোইবা নংবু।

ঙাওজবিনি ঐবু নুংশিজবদা ।
কপচবিনি ঐঙোন্দা ফুরগা
পেঞ্জবিনি ঐনা ঙাওরগা
নোক্ল কপচবিনি ঐগী জগোইদা
হায়য়ুনে শ্রীদাম চান্নখোইবা নংবু ।

শ্রীদামসু কপলি ।

*শ্রীদামদো প্রভু নিমাইনা কোনবিবা অদুদা মশাদা হান্না লৈরম্বা লায়না পুন্নমক লোইনা কোকচরদুনা মশা অদু মপাঙ্গল ইতেক তেকখৎখরে । চহি মশিং খুদনা হেন্না পুন্সিরবা অভিরাম চহি ২৫ গী মপাঙ্গল ফংখরে। জগৎ জীব অমত্তনা উজবা ফাওবা ফংঙ মদ্রবা মমল য়াম্লবা শ্রী অঙ্গনা কোনবিবদা লায়না তিন্না লৈতবা পুন্সি অমা ফংজখরে। অদুগী মথক্তা মাগী লৈরম্বা পাপ পুন্নমক কোকচরদুনা পুণ্য চেনবা লাইবক ফবা নিপা অমা ওইখরে। অভিরাম হরাওমন্দুনা ৱা ফাওবা ঙাংবা ঙমখিদরে। হিক্রি হিক্রি কপথোরক্লে। কপ্পা কপ্পা হায়রকই ।*

খঙজরে ননাই লোইনা কুচু খক্তা হোংলম্বনি
ময়েক লানা লৈরম্মে থবাক্তা ভৃগু মুনিগী পাদ চিহ্ন
কয়াম চানবিবা জগত্তা খংহনবিরি মনাই ভৃগু মুনিবু
কৌরম্বদো বৃন্দাবন্দা কালাচান্দ নবদ্বিপ্তা গৌরচান্দ
ননাই লোইনা খঙজরে কুচু খক্তা হোংলম্বনি ।।

কৌরম্বদো বৃন্দাবন্দা নিলমনি নোদিয়াদা গৌরমনি
কৌরম্বদো বৃন্দাবন্দা কহ্নাই নবদ্বিপ্তা নিমাই ওইরমলে
লোৎখরে নোংহৌ ঙমজবা কুচুদো গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুসে
লৈরম্লে ইংনা তপ্প গোবর্দ্ধন থাঙ্গৎখিবা কৃষ্ণদো
খঙজরে ননাই লোইনা কুচু খক্তা হোংলম্বনি ।।

থম্মোই হুখিবা ব্রজগী গোপ গোপীশিংগী
রাধিকাগী থৱাইগী থৱাই ওইৱিবা কৃষ্ণদো
লৈরমলে নবদ্বীপ্তা হরিনাম প্রচার তৌদুনা
সর্ব্ব শক্তীমান মহাক্তী সর্ব্বব্যাপীসু ওইরমলে
খঙজরে ননাই লোইনা কুচু খক্তা হোংলম্বনি। ।

শ্রীদামঃ প্রভু ননাইদি ইয়ুমসু লৈজদ্রে ইমা ইপা শাগে নাতৈসু লৈজদ্রে কনাগা লৈমিন্নগনি। ঐগী লৈফম পিবিয়ু।

নিমাইঃ অভিরাম নং করিমতা চিংনেগনু পুম্নমক ঐনা লোইনা শীনগনি। অদুগা প্রান্ন শাখা হৌজিকসে কলি হায়বা যুগ অদুনি। অদুনা মীনম শোরি তৌবনা মীওইবগী শাজৎ ওইরগনি। ফত্রবা পাপকী থবক্তা তৌরগা পুণ্য চেনগদবগুম খন্নগনি। মী ফত্তবা মীচংদি কনবা কাংবুনা অরানবা থবক তৌরগা লেম্নবগুম খন্নগনি।

শ্রীদামঃ অংহোই। ননাইদি ইঙক ঙকখ্রে।

নিমাইঃ অরানবনা অচুম্বা শাদুনা মীনুংশি খংদবা শাজৎনা লেম্নবা, অচাওরোন কারগনি। অঙম অঙম্বা হাৎনদুনা, ফুনদুনা রাক্ষস স্বভাবতা য়ুমলিং খুন্নিংলগনি। মরাল লৈজদবা সাধু বৈষ্ণবশিংবু মরম খংদনা ফুবিরগনি, হাৎপিরগনি। অদুগুম্বা পাপকী থবক তৌবশিং অদুনা ফংগদবা পোলোইগী ফল অদু মশানা খঙ্গরোই। হৌজিক হৌজিক্কীদা খনগনি। অংহোই প্রভু। অসিগুম্বা পাপকী থবকশিং অসি কনবিনবা উপাইদি মখোইদা অহিংসা ধর্ম্মবু ভাব তানা লৌহনবা, মশাগী পাপ পুম্নমক কোকচনবা হরিনাম শোলহনবিবা সংকীর্ত্তনগী নুংশিরবা ইশৈ তাহনবিনবা ঐখোয়না হোৎনগদবনি। অদুগা ঐখোয়না মখোইবু ভাব তাহন্নবা হোৎনরুবগী ফলসু ভগবান্না অদুম পিবিরক্কনি লেম্না খক মাংলোই।

শ্রীদামঃ অদুগীসু ফল ফংগদরা ? প্রভু !

নিমাইঃ ফংবা পুকচেলবু বারক্কদবদি নুংশিনহনবনি ঐখোইনা মখোইবুসু নুংশিনা য়েংগদবনি। মখোইগী অৱাবা লাক্কদবা থবক পুম্নমক ইংনা তপ্না খংহনগদবনি। মখোইগী ফগদবা হিরম পুম্নমকসু খঙহনবিগদবনি। ঐখোইবু থাজহনগদবনি অভিরাম ! অদুগী খ্বাইদগী হেনবা ফল ফংগনি। হরিনা পিবিগনি।

শ্রীদামঃ প্রভুগী ৱাখল পুকচেল ওম্বোক্লা ফজখরে। ননাইসু প্রভুনা তাকপিরিবা ৱারম পুম্নমক লোইনা পামজে। নুংশিহনবগী থৌরীনা য়েকনববু পুনবা হায়বা ৱাফম অসি ননাইদি কনাগুম্ব অমদগী তাজদ্রি ঐনা য়াজনিংই। ঐসু মদুগী থবক অদুদা থৱাই হকচাং কৎথোকচরগনি। হরিনাম য়েনব য়াওজগে।

## ১১ শুবা
# নিমাইনা অঙাংদা পাওতাক পিবা

নিমাইঃ ইনাওশা নখোই নহালগী ঐনা তাকখিবা কৃষ্ণ মন্ত্রশিং অদু খংনবা হোৎনরবরা ?

অঙাংশিংঃ গুরুদেবনা তাকপিখিবা হরি ভক্তিগী মরম পুম্নমক ঐখোই খংনবা হোৎনজরি। নোংমগী পাব লেপচদে। পারগা মঙ্গলসু ফংজরি।

নিমাইঃ ইনাওশা নখোই ঐখোই পুম্নমক মর্ত্ত লোগ অসিদা সংসার ফম্বাক্ত লল্লোনবা লাকপনি হায়না খল্লু মরমদি ঐখোয়না নহানমুক্কী মপোক্তসু লল্লোনবা লাকখি মদুদা তৌখিবা থবকশিং অদুগী অফবা, ফত্তবা কর্ম্মগী ফল পুম্নমক ঐখোই নখোইনা ফংলি। ফংলরোই হায়না চেনবা কনাগীসু মতিক লৈতে। অদুগা লল্লোলপোৎ লৌফমসু য়োনফমসু হরি মহাক খক্তগীনি হায়বসি থাজৌ। চুম্না ফজনা থবক তৌদুনা লল্লোল্লবদি শ্রী হরিনা ফজনা শেন্দোং ফংহন্নবিনি। অদুগা ঙাওশিন্নদুনা মীনুংশি খংদবা নমজা নমথেক্তুনা থবক তৌরগনা মদুগী ফংফম থোকপা অদুম ফংহল্লি। থব্বাইদি শিবা নাইদে পোকপসু নাইদে। অদুনা অনৌবা হকচাং অমমম হেক ফংবা খুদিংগী লল্লোনবদি লাক্কদৌরিবনি। শ্রীহরিগী ফম্বাক অসিদা। অদুনা খ্বাইদগী চাউবা মহাজন সর্ব্বব্যাপী মফম খুদিংদা লৈবা ঙম্বা মঙোন্দা চংজগদবনি। অদুগা মহাক্তী জীব খুদিংমক্তা লৈ। লৈরগসু মহাক্তী করিগুম্বা পোৎ অমতা চাবিদে ফজবসু পাম্বীদে অদুনা মহাক কনাগুম্বা অমত্তগী পেন্দবসু লৈতে, শাওনিংবসু লৈতে। তৌবদবু মহাকনা উখিবা থবক খুদিংমক অফবা, ফত্তবা লোইনমক খংজিল্লি। মহাক অদুবু পরমাত্মা হায়ন কৌই। জীব আত্ম হায়বা অমা য়াওরি অসিনি লাকনবা য়াম্না ব্বারিবসি। মাদি

চাদনা থক্তনা হিংবা ঙমদে। ফজবা, নুংঙাইবা পামই। সনা মতুমগা লৈবাক মতুমগা চপ মান্ননা খনবা ঙমদে। পরমাত্মদি লৈবাক মতুমসু সনা মতুমসু অনিমক অমতা পাম্বীদে। মাঙোন্দা ৱাৎপসু অমত্তা লৈতে। করিমতা চাদনা অদুম হিংবা ঙমই। পুন্নমকসু মাগীনি।

অঙাংশিংঃ ঐখোইনা খনবদা লাম্বা ফংবা ঙন্মরোইদবা ৱারী ঙাক্তনি গুরুদেব ননাই ঐখোইদি ৱারী তাবগী পেনবা কৌবা লৈতরে। গুরুদেব মখা লিথবিরো বিদায় পিহন্নীংদরে।

নিমাইঃ অদুগা তঙাইফদনা খঙদবা য়াদবা অমনা ঐখোই খুদিংমক্কী থিংবা ঙমদ্রবা মাগী মাগী পুন্সি অসি লোইহন্নদবা ঙমদে। নোংমদি শোইদনা পৃথি মাতাগী মতম্বাক্তা তুমদবা য়াদে। মসি মাঙোন্দা শ্রীহরিনা শিন্নবনি।

অঙাংশিংঃ ননাই ঐখোই করিগুম্বা অমত্তগা হংজগে।

নিমাইঃ হায়য়ু হায়য়ু ঐনা খংবা ওইরবদি শোইদনা তাক্কনি।

অঙাংশিংঃ অসিনি গুরুদেব করি করিগুম্বা মতমদা চহি ৫/৬ খক্তা পুন্সিবসু য়াওই। চহি ফাদনা পোকপগা অদুম শিখিবসু য়াওরি মসিনা করম্না ওইরিবনো ?

নিমাইঃ হোই মদুসু য়াওদবা নত্তে। মদুসু মাগী মাগী হৌখিবা মপোক্তা তৌজখিবগী ফলনি। অদুনবু জীব হিংসা তৌবদা মীনুংশি য়াওদনা তৌগনু হায়নরিবনি। মীগী মচা নুংশিজগ্রবদু করিসু নত্তবা অঙাংগী মঙক্তা শিরিবা সনা অদু লৌনবগীদমক্তা মরাল সুকলৈ লৈজদবা অঙাং অদু হাৎলগা সনা অদু লৌবসু য়াওরিবনি। অদুগুম্বা মতম অদুদা ঙসাই ঐনা হায়খিবা পরমাত্মা অদুনদি লোইনা ইশিন্দুনা থমখি। মদু মানা অমুক ফংজগদবনি।

অঙাংশিংঃ ও ! ঙসাইগী মীগী মপোৎ পাম্বা অহাওবা চানিংবা জীব আত্মা অদুনা তৌনিংঙকইবরা গুরুদেব।

নিমাইঃ অং অং মান্নি নখোই ঐগী ৱারী ফজনা তারি হায়বগী প্রমান ফংলে।

নখোইনা ভাব তাবদা বাবা মতাং য়াওরক্লবদি হৌগৎলগা হেক্তা হংলকপা য়াই। সিমসু তাও নখোই, ঐখোইগী হকচাং অসিদগী থবাই চেক্লা অসিনা থাদোক্লমদাইদা হকচাং অসি হায়নিংঙাই লৈতনা বাহল্লি। বামন্দুনা খাংবা ঙম্মক্তরবা মতম অদুদা থবাই চেক্লা অসি পাইনিংদ পাইনিংদ পাইখিদৌরিবনি,মরমদি থবাইগী লৈফম লৈরক্তবনি।

অঙাংশিংঃ গুরুদেব ওয়োকনা নুংশিত্রবা বারীনি লিথবীয়ু।

নিমাইঃ থবাই অসি মশক উবা ফংদবা চেক্লা অমগা প্রমান তৌবনি। থবাই অসি পোৎলম মঙানা পুল্লগা ওইবনি। প্রাণ, অপান, সমান, উদান, ব্যান হায়রিবা মঙা অসিনা হকচাং অসি পুরিবনি হায়রিবা মঙা অসিনা হেক মপান থোকখিবা ঐখোইগী নুংশা শ্বর অসি হোনবা লেপখ্রগনি, ঈগী ইচেল লেপখ্রগনি, মিহুন পুম্নমক লেপখ্রগনি লেংবা ঙম্মরোই, ঙাংবা শকপা ঙম্মরোই। মী অদুনা শিদুনা সুম্মাংদা লৈবা মতমদা যমগী দুতশিংনা পুগদবগী চংলক্কনি মতম অদুদা হরি সংকীর্ত্তন তৌদুনা পুং ইশৈ তৌদুনা লৈরবদি যমগী দুতসীংদু চঙবা ঙমদে। অদুনা শ্রাদ্ধ ফাওবা হরি সংকীর্ত্তন তৌগদবনি নত্রবদি যমগী দুতনা থৌরীনা পুন্দুনা পুখ্রগা মানা তৌরুবা পাপ কর্ম্মশিং অদুগী লাক্লফম থোকপা দণ্ডি ফংগদৌরিবনি। অদুনা মীগী মমাংদা পোৎ হুরাল্লুরবসু হুরানদে হায়দুনা হেক্তা নোরোক তাগে হায়না বাশকলিবদু য়াম্না ফত্তবনি নোরোক্কী অবাবা খণ্ডদুনা তৌরিবনি।

অঙাংশিংঃ গুরুদেব ওইদবা বা অদু অওইবা শাশিন্নবদা নোরোক তাব কিদবগী হেক্তা বাশকপগী বাফম্মী, অদুনা খুমবা ঙমদবা মফমদা লাক্লনিংবা মওংদা লাক্লবগী ফিভমলা ? অদুগা অমনা কনা কনাগুম্বা লম্মক্তা মীনা হাৎপিরিবশিং অদুদি হরি সংকীর্ত্তনদি তৌদ্রে মদুনা কমদৌবা তারে।

নিমাইঃ মখোই অদু মানা মানা তৌজবগী ফংফম থোকপা ফংলবনি হায়না খনবা তারে। অদুমকপু শিরে হায়বা খংলবা মতমদদি মাগীদমক্তা যমগী দণ্ডি খরা থাদোকপিনবা লৈখিদ্রবা মী অদুগী দেহ অদু হরি

সংকীর্ত্তনগা লোইননা সংস্কার তৌবিগদবনি।

অঙাংশিংঃ অদু ওইরবদি গুরুদেব ঐখোইনা হিংলিঙৈদা তৌগদবা নীতি নিয়ম খর তাকপিয়ু।

নিমাইঃ অদুনি ঐখোইনা খনগদবসি নখোইনা হংলিবা ৱাফম অদু য়াম্না ফজবা ৱাফমনি। শিবা হায়বসিমদি শিদবা ইয়া য়াদ্রবনিনা শিরগা থৱাইনা ৱাজদনবা ঐখোইনা শিদ্রিঙৈদো লম্বী শেমজগদবনি।

অঙাংশিংঃ মদু তাকপিরো। য়াম্না তাজনিংবা ৱানি।

নিমাইঃ থৱাইনা হকচাংদগী হেক থোকখিবগা মাগী মচা, মশু, মমা, মপা, মরুপ, মপাং কনাসু থিবা খংলরোই মতম অদুদা মাগী নুংশিজরবা মী ময়াম অদুনা ফ্রং ফ্রং চোংদুনা তৌরিবদু করিমতা কান্নররোই। মতম অদুদা মানা হান্না নিংজবা হরি অদু নিংশিংজবা কাওদ্রবদি হরিনা লানবীগনি পাক্লবা ঈপাক অদু লানবদা করিসু ৱারোই। অদুবু মী অদুনা হরিবু নিংশিংবা ঙমদ্রবদি দুত ময়াম অদুনা নোরোক লোমদা অদুম পুখিবা তাবনি। অদুনবু হৌজিক্তগী হৌনা হরি শোনবগী অভ্যাস তৌ হায়রিবসিনি। হরিনবু চানবিরবদি নোরোক্কী মহুত্তা, পাক্লবা সমুদ্রগী মহুত্তা লৈগী দোলাইদা কাখৎতুনা স্বর্গদা হরিনা পুবিগদবনি। স্বর্গদা চৎখ্রিবা সাধু বৈষ্ণব শিং অদুনি লম্লোনবদা শেন তোংলবা হায়বদুনি। মাদি মর্ত্তদা অমুক পোক্লরবসু নিংথৌগী মচা মশু ওইনা পোক্লরগনি। চাবা থকপা ৱাৎলরোই মীনা ব্যবহার ফজনা তৌবা ৱায়েন বিচার হৈবা নিংথৌ ওইরগদবনি।

অঙাংশিংঃ ওঃ নিংথৌ কা ওইরিবসি মাগী হৌখিবা পুন্সিদা অফবা কর্ম্ম হায়বদি মীয়োক মীচান য়াম্না ফখিবগী ফল ওইরিবরা ?

নিমাইঃ মান্নি! অদুনি লম্লোনবা হৈবা মী হায়বদো। ওইদবা ঙাংদবা অমসুং অদুগা য়েক্লবা ওইরবা মী ফাওবগী ফননবা তৌবিবা মী খুদিংমক্কী চাউখৎনবা হোৎনবা। ওইদবা ঙাংবা তারবসু মীগী মথৱাই কন্নবগীদমক্তা ঙাংবদি ওইদবা ঙাংবগী পাপ পুবগী মহুত্তা পুন্যদুম ফংই। ঐগী চাওখৎনবগী ঙাংলবদি পাপ ফংগনি। জ্ঞান তাদ্রিঙৈদো মী হাৎলুবা মীগী মপোৎ হুরুবা লৈখ্রবসু মদুগী কোকচনবা

অখঙবা মহাত্মা পণ্ডিত অমদা ইকাইবা লৈতনা মানা লাম্নুবা ফঙবা অচোপ্পা থবক লোইনমক শেংনা হায়দোক্তুনা প্রতিকার তৌগদবনি। মদুদা শ্রী কৃষ্ণনা ঙাকপিগদবনি।

অঙাংশিংঃ অদুগা গুরুদেব কনাগুম্বনা ঐ শিবা অসি শিহনবিগনু নিজরবদি শ্রী হরিনা পিবিগদরা ?

নিমাইঃ নোকঅগা খুম্মকই মদু মর্ত্ত অসিদদি পিবা য়াদবা বরনি। থবাইদি অমরনি। নংনা হায়রিবা শিদবা হায়বদুদি হকচাং অদু হোংদবা ওইরমগনি। হকচাং অসি থবাইগী ফিজেৎনি।

অঙাংশিংঃ মান্নি গুরুদেব ! অশেঙবনি।

নিমাইঃ মীগী অমদি শাগী, উচেক্কী অমসুং লৈবাক্তা হৌরিবা পাম্বীগীসু মাগী মাগী পুন্সি শাংবা মান্নহন্দনা পুন্সি লোইবা হায়বসিমদি তঙাই ফদনা লোইহন্দবা য়াদবনি। মরমদি নখোইনা ঐখোইনা লৈরিবা পৃথ্বী অসিদি অরেপ্পনি মাদি চাউথোরকপা পাকথোরকপা লৈতে। মরম অসিনা পৃথ্বী মাতানা জীবশিং অসি লৈবা চল্লক্তবা অমসুং মচিঞ্জাক পিবা ঙম্মক্তবা মতমদা পুবা থাংবা ঙম্মক্তরে হায়দুনা শ্রীহরিদা বাকৎপা হেক হেক লাকই। অদুনা মাগী মাগী পুন্সি লোইরগা শিরিবা অসিমক্তদা মচা মশু ময়াম অমা থনম্মগা শিবনিনা লৈবা চল্লক্তে। অদুনা পাপ তৌবা মী খল্লগা খশু খশু লৌশিল্লি। য়ুহার হাহল্লি, ঈশিং চাউহল্লি নোং নুংশিৎনচিংবা তৌহল্লি। লান ফাওবা তৌহন্দুনা মী মশিংহল্লনবা তৌবিরি। তাখো মীনা শিরিবা অসিদি ঈশ্বরগী থৌজালনি। নত্রবদি লৈফম চন্দদুনা মচানা মপা হাৎকদবনি। মপানসু মচা হাৎকদবনি। মদুগী ধর্ম্ম অদু লাক্তনবা শিহল্লিবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা নিংথৌ মচাশিংনা মপা হাৎপা য়াওরিবসিনি। মরমদি নিংথৌদি মশিং য়াম্বা য়াদবনিনা মচা অদুনা চাউরক্লগা মাগী নিংথৌ পদবী অদু পামশিল্লকপা য়াই খন্দুনা মচা নুংশিখ্রবদু হাৎলিবনি। মরম অদুনা ভগবান্না অবমৃত্যু ফাওবা থম্মীবনি। অবমৃতু হায়বদি পুন্সি লোইদ্রিঙৈদা মরক্তা তুশিন্দুনা শিবা নত্রগা খৎনদুনা শিরিবা অসি ফাওবা ভগবান্না শেমলিবনি।

অঙাংশিংঃ ওঃ অদুনা ওইবরা খংনবনচিংবা তৌদুনা হাংনরিবসিবু গুরুদেব।

নিমাইঃ মদু চুম্মবনি অদুগা পোকহনবা শিহনবা হায়বসিদি ভগবান মাগী লীলানি। অদুগা পুকচেল ফজবা ফজদবা হায়বসিদি ইশা ইশানা ব্বারকচগদবনি। ইনাওশা অদুগা ঐখোইনা করিগুম্বা পোৎ অমা ঈশ্বরদা কত্তনা চারিবদু হুরাম্লগা চাব চিংই। মরমদি মীওইবা ঐখোইনা চানবা পোৎ অমতা ভগবানগী মতেং য়াওদনা করিগুম্বা পোৎ অমতা শাজবা ঙমদে। পৃথ্বীদা থারগা হৌরক ইবা চেং হুব্রাই পুন্নমক ইবুঙো মানা পিবা মরু ঙাক্তনি। অদুগা পৃথ্বীদা তারগা হৌহল্লকইবদুসু অদুগা চরোং চরোং পালহল্লিবা অদুসু মাগী খুৎশেমনি। পাল্লগা চারনি খল্লবা অদু ফাওবা ভগবান্না পিজররোই খল্লবদি ঈশিং চাউদুনা অরেম্বদা মাংহল্লি। ঐখোইনা কনবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে।

অঙাংশিংঃ অদুদি গুরুদেব ননাই ঐখোইনা নীংজগদবা ঈশ্বর অসিদি করম্বা ঈশ্বর নিংগনি। অমুক্তা তাকপিয়ু।

নিমাইঃ ঐখোইনা নিংজগদবদু ঐ হায়গে। অদুগা ঐখোইনা চৎকদবা, তৌগদবা লমচৎ শাজৎ খরা লৈ অদু হান্না তাখো। ঐখোইনা তৌগদবসি অব্বা অনা তারবা মীবু অব্বাবদগী কনবিবা অমসুং মীগী মপোৎ মরল নম হাদুনা লৌদবা। অদুগী মথংদা ঐগী ঐগী ভার্যা নত্তবা নুপী হায়বা খুদিংমক্তা খুঙীগী মথক্তগী হঙ্গংনা য়েংলোইদবনি। নুপীবু ইজ্জৎ সন্মান তৌগদবনি অপোকপি ইমা অমগা চপ মান্ননা খনগদবনি।

অঙাংশিংঃ অচুম্বনি গুরুদেব।

নিমাইঃ অদুদগী মিৎ হায়বা ইন্দ্রিয় অসি ব্বারকপা হৈগোদবনি। মিৎপু ব্বাবকপা ঙমদ্রবদি ইথব্রাই মাংনবগী থবক্তসু খোং থাংজিল্লি। অদুগা মিৎ অসিনা থব্রাই মাংগদবা থাং তেনগী ময়াদগী কনবসু ঙম্মী। অদুগা নখোইনা নিংগদবদি শ্রী হরিনি শ্রীহরিগী মরল ঙাক্তনি। ঐখোয়সু নখোইসু মানা পিবা থব্রাইনি মানা পিবা হকচাংনি। ঐখোয়না অরানবা অমা তৌরগা হরিবু খংদনবা চেনফম লৈতে। মরমদি

পৃথিবী নচিংবা চাউর চাউরবা গ্রহ উপগ্রহশিংসে মাগী খুবাক্তা শান্নহল্লিবনি।

অঙাংশিংঃ গুরুদেব।

নিমাইঃ অদুনা ইনাওশা কলিগী পাপ্তগী ঙাকথোক্লবা উপাইদি হরি খক্তনি। মথক্তসু ঐনা হরি নিংনবগী মন্ত্র কয়া তাকখ্রবনি। অতে কান্নদে বোলো হরি হরি বোল হরিনামনা অথোইবা মন্ত্রনি। হবিনাম হায়বা ৱাহৈ ১৬ অসি শোল্লো অঙাংশিংসু হরিনাম শোল্লি।

অঙাংশিংঃ হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে,

হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।।

নিমাইঃ হৌজিক্তী নুংঙাইরে ইনাওশিংসু ঐগা লোইননা হরিনাম শোনমিন্নরে। হরিনাম সংকীর্ত্তন অসি শ্রীবিষ্ণুনা কয়াম্না পামবীবগে হায়ববু শ্রী বিষ্ণুমক্না নারদ ঋষিদা অসুম্না হায়খিবনি।

নাহংতিষ্ঠামি বৈকুণ্ঠে যোগীনাং হৃদয়ন চ।

মদ্ভক্তা যত্র গায়ন্তী তত্র তিষ্ঠামি নারদ।। হায়বদি

ঐনা বৈকুণ্ঠদা লৈনিংদে ঐবু নিংবা যোগীশিংগী অৱাবা খাংবা অদু য়েংবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং ঐগী ভক্তশিংনা ঐগী ইশৈ শকপা শোনবা মফম অদুদা ঐনা লৈ। অদুগা কলিযুগতদি

হরের্ নাম হরের্ নাম হরের নামৈব কেবলম

কলৌ নাস্তেব নাস্তেব নাস্তেব গতিরন্যাথা। অসিনী ইনাওশাঃ

অঙাংশিংঃ গুরুদেব ননাই ঐখোইদি গুরুদেবগী নাক্তগী সুকচৎপু চৎনিংদরে গুরুদেবনা ঙাংব তাজবদা পেনবা কৌবা লৈতরে।

নিমাইঃ অদু ঙসিগী পোখানবা মতম য়ৌরে পোখারসিকো। হরে কৃষ্ণ।

অঙাংশিংঃ *পুম্নমক নিমাইগী মখোঙ শোকনা খুরুম্নগা হন্নখ্রে। হরিবোল! হরিবোল!*



নিমাইনা নগর কির্ত্তণ লাকপা
জুগাই মধাইনা থুগাইনবা হোৎনবা

## ১২ শুবা

# সংকীর্ত্তনগা জুগাই, মধাইগা থেংনবা

*জুগাইগা মধাইগা য়ু চফু মুন্না মুন্না থকুনা লাকই।*

মাধাইঃ জুগাইসরাব অসি ওহোক্লা হাওজত্রেদকো মসিবু থকহৈদ্রবদি লৈফম চাফম খংদবীনি। ভৈয়া!

জুগাইঃ অদুদা নংদি মসি থক্লগা মী খৎনগল্লিনে।

মধাইঃ নংদিনা নংসু খৎনগল্লিদুদি মসিবু থর থকখ্রবদি অকি অখং অমত্তা লৈতবী জাৎনি। নুংঙাইজত্রে।

জুগাইঃ অদু কাজী সাহেবনা নগরকীর্ত্তন চৎপা থুগাইরুচো হায়দুনা হায়রকপদুদি তৌগদরো ঐখোইসু ব্রাহ্মননিদা ব্রাহ্মন্না সরাব থকপসিদি মাংই হায়নবনি ঐখোইদি মাংনিং মাংজৌ থকঅগা লোইরে হায়দুনা অদুম থকচিল্লি।

মধাইঃ থক্তদিনা অপংবা মীনা অহাওবা চাজদববু অশিংবা ঐখোইনা মখোইগীদমক্তা ব্বারুখিগদরো। সরাব থকপা মাংঙিরা, মাঙঙীরা কনানা খঙগনি কাজীনা নগরকীর্ত্তন থুগাইরুচো হায়রকপনি থুগাইদবা য়াদে। আদা লাকসু লাকএ।

জুগাইঃ লাকএ লাকএ নিমাইগা নিত্যাইগনা মকোক চিংঙগা লাকই। অনি অসি থিক তৌরগা অতৈদি অদুম তল্লগা তোকচখিনি। কদায়নো চফুদো পিরকও। খর থকখিগে।

মধাইঃ হেরা য়াওবু য়াওদরেদা হায়রগা মুন্ন মুন্ন লাকই।

নিমাই, নিত্যানন্দ, অভিরাম, শ্রীবাস, গদাধরনচিংবা অমদি নিমাইগী শিষ্য খরগা লম্বীদা সংকীর্ত্তন চৎলি ইশৈঃ—

হরি হরয়ে নম কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ

যাদ বায় মাধবায় কেশবায় নমঃ। ।

গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসুদন

গিরিধারী গোপীনাথ মদন মোহন।

হায়বা ইশৈ অসি হঞ্জিন হঞ্জিন শক্তুনা নবদ্বিপকী মরুওইবা লম্বীদা চৎতুনা হরিনাম প্রচার তৌরি। মতাং অসিদা মুসলমান নিংথৌ কাজী রাজাগী লম্বীরোমদা অসুম লাকপনা কাজিনা সংকির্ত্তন থুগাইনবা থাদোরকলিবা যুগাই মাধাইগা থেংনরে।

মাধাইঃ তু! তু! নগর কীর্ত্তোন চৎপা লৈরে মাগী নিমাই হায়বা অঙাংসিনা মাং থারি। মসিদ হেক ফুরগা লৌইরে।

ময়ামঃ *নিমাইনচিংবা ময়ামনা হরিনাম শোন্দুনা করতাল খিংদুনা অবদ্বৈত্যগা অমদি গোবিন্দগা (পুং) মৃদঙ্গ য়ৈদুনা চৎলি।*

জুগাই মাধাইঃ *য়ু ঙাওরগা চৈতুপ অমমম পাইরগা* হরিনাম শোনবা য়ারোই হায়দুনা লাওরকই।

ময়ামঃ হরিবোল জুগাই মাধাই হরিবোল জুগাই মাধাই। হরি শোল্লু। হরি শোল্লু।

জুগাই মাধাইঃ তানিংদে তানিংদে (নাকোং মেল্লি) নখোইনা হায়রিবা মরোলদো। তানিংদে।

ময়ামঃ অমুকসু হরিবোল যুগাই হরিবোল মাধাই নখোইনা ফুরবসু ঐখোই শাওররোই হরিবোল! হরিবোল! শাউবা হৈনদে। হরি শোল্লু।

জুগাই মাধাইঃ মনাকোং মেল্লি হায়! নিমাই হায়বা লুখ্রাবী মচা করিনো নংনা তৌরিবসে হন্দক্তী নং লাঈ শারেনে তৌনু! তৌনু নংবু লাঈ ওল্লবরো। হা! নংঙোন্দা অপংবা ময়াম্না লৈ তুলসি মনা ককা কৎহল্লদনা তৌরিবদু যুগাই মাধাইনা লৈবা জগাদা য়ারোই। নশক্তু য়েংনিংদে য়াম্না থুনা চৎখ্রো চৎলু। নত্রবদি চৈ।

নিমাইঃ যুগাই মাধাই নবান্নিমক খজিক্তং ইংথখো ঐনা হায়রিবসে অমুক্তা

তাখো য়ানিংদ্রগা ঐখোই চৎখিগে নংনা ঐখোইবু ফুরবসু ননিং থুংনা ফুজৌ ঐখোইনা নংবু হন্দুনা ফুগদবা লৈতে। ঐখোইদি অহিংসানি।

জুগাই মাধাইঃ হায় ! নিমাই হায়বা নপা লৈতবা মচা নংনা হায়গদৌরিবদু ঐখোই তানিংদে চৎখ্রো চৎলু নং লাঈ নত্তেনবা লৌদে। ঐখোইদি হিংসা তৌগনি।

নিমাইঃ হোয়নে ঐদি ঈপাসু লৈখিদরে লুখ্রাবী মচানি নংনা হায়বা চুম্মীনে। মদুগীদমক ঐনা শাউরোইনে মরমদি নংনা হায়রিবদু অচুম্বনি । অদুগা নখোইনা লান্না খনবা অমা য়াওরে । অদু হায়গে তৌবনি।

জুগাই মাধাইঃ করি ঐখোইনা লান্না খনবা হায়দি নংবু লাঈনি হায়য়ুরা ? হা !!

নিমাইঃ নত্তে নত্তে মদুনি নখোইনা লান্না খল্লিবশি ঐ লাঈনি হায়দে ঐবু শোল্লু হায়বসু নত্তে ঐনা হায়বদি নখোই ঐখোইবু শেম্বীবা জগৎকী মপু ওইবা হরি শোল্লু হায়বনি ঐসু হরি শোল্লিবনি। মা খক্তনা সংসার ঈপাকসি লানবিগদবনি। নখোইনা জ্ঞান মাংজনবা নিশা শিজিন্নবদগী করিসু খল্লদ্রে।

জুগাই মাধাইঃ নিমাই নংনা হৌজিক শোল্লিবা হরি হায়বা অদুনি ঐখোয়না য়াদ্রিবদি। মদুনি ঐখোইগী কাজী রাজানা য়াম্না শাউরিবসে। নখোইনা লম্বীদা সংকীর্ত্তন তৌদুনা চৎপদু থুগাইরুচো হায়দুনা ঐখোই অনিবু থারকইবনি।

নিত্যাইঃ জুগাই মাধাই নখোই অনিমকপু য়াম্না নুংশিবনি। অদুনা নখোইবু নিমাইনা শোল্লিবা অমদি ঐখোইনা শোল্লিবা হরিনাম অসি শোল্লু হায়বনি। ব্রাহ্মনগী শাগৈদা পোক্লগা অদুগুম্বা অমাংবা ময়াই কাবা নিশা অদু শিজিন্নবা হৌনদে।

জুগাই মাধাইঃ হে ! নিত্যাই নংগুম্বনা ঐখোইবু করি লমচৎ তাকপিগদৌরিবা হায়রগা মধাইনা পাইরম্বা য়ু চফু অদুনা থাবদা নিত্যাই মকোক কায়রে। লম্বীদা ঈনা পুমঙাং ঙাংখরে নিত্যাই তুদুনা লৈখরে।

নিমাইঃ নিত্যানন্দনা মকোক কায়দুনা লম্বী ময়াইদা তুদুনা লৈবদু উবদগী

নিমাইপ্রভু শাওরক্তুনা হায়রকই। নখোই ঐখোইনা মীবু নুংশিবা অমসুং মতেং পাংবিবা, ফজবা লোনচত্তা নোঙ্গরগা ঙাংবা খক্তা উরি। ঐখোইসু নখোইগুম্না মী ফুবা হৈ, ঐগী শক্তি অমুক য়েংঙো নিমাই লানফম ময়াইদা লেপ্পা কৃষ্ণগী রূপ্তু খংহৌদনা হোংখরে অদুগা আয়ছো সুদর্শন চক্র হায়রকপদা নিমাইগী খুদোম্বীদা চক্র থুংলরে। পৃথ্বী থক্ থক্ নিক্লকলে সুদর্শনগী ময়াদগী ফ্রি ফ্রি ফ্রি কামথোরকপা মৈরি অশংবনা নুমিৎ চামা পুল্লপ্না অমুক্তদা থোক্লবগুম পুমঙান ঙানখরে মৈশা অদুনা মী পুম্নমক খাংব ঙম্নখিদরে নিত্যানন্দনা তৌরিবা মতৌ অদু উবদা নিত্যাই মকোক কায়ন কায়ন হৌগৎলকলে। লাওরকই ভায় নিমাই ঐ করিসু তৌদে ঙাইখোও নংগী অশাওবদো ঙহাক্তা ফাবিখো জগৎ মাংবা তারে। ভক্তিতনা জয় তৌশি হায়রগা করি মতৌনো। ইংনা ফজনা ঙাংনখিশি।

নিমাইঃ শ্রীপাদ ভৈয়া ! ঐ করিসু তৌখিরোইএ মখোইগী মতৌ য়েংগে তৌবনি। মসি নত্রবদি ঐনা ভক্তি থম্বাল য়েল্লিবসে মখোইনা মমল হোংনা খনমন্দুনা লৌরোইদৌরি। ভক্তি খক্তনা চৎনবা য়ারক্তবা মতাং লাকপননি। নং চিংনগনু

নিত্যাইনন্দঃ ইবুঙো নংগী কৃষ্ণগী রূপ অদু থাদোকপিরো চক্রদুসু থাদোকপিখরো হৌজিকসে দ্বাপর নত্তে কলিযুগনি।

নিমাইঃ চুম্মী ভৈয়া হায়রম্মগা কৃষ্ণগী রূপ ওইরম্বদু নিমাই ওইনা লেপখরে চক্রসু ঙংদুনা পাইহনখ্রে।

জগাই মাধাইঃ মখোই অনিমক নিমাইনা তৌখিবা শক্তি অদু উখিবদগী কিবনা থক্ থক্ নিকখরে হায়রকই ঙাকপিয়ু প্রভু ননাই ঐখোইনা খংদদুনা তৌবনি। ইবুঙো নংদি শ্বয়ং ভগবান কৃষ্ণগী অবতার ওইরম্লে। ঐখোইনা খংদদুনা তৌবনি অপরাধ ঙাকপিয়ু। ঐখোইসু ব্রাহ্মনগী কুম্লদা পোকচবনি। ইরমচৎনা চন্ডাল ওইজবনি।

নিমাইঃ ঐ শাউদে শাউরবদবু চক্র শিজিন্নবা য়াই। নখোইনা খঙদদুনা তৌবনি। খংদবা মীদা শাউহৈদে । অদুগা নখোইগী হৌখিবা

মপোক্কী ব্রারী ঐনা লিবিরবদি নখোই ভাব তাজগনি। তানিংলবদি লিবিগে।

জগাই মাধাইঃ প্রভু খর লিবিয়ু *(মখুৎ জুর তৌরগা)* ননাই ঐখোইদি পাপনা য়োমদুনা লৈরবনিনা ধৰ্ম্মগী ব্রারী অমত্তসু তাজবা ফংদ্রে নিশানা হায়হত্তুনা ব্রাম্মনগী শাগৈদা পোক্লবসু চাণ্ডালগা চপ মান্ননা লৈরে নিশা খরবু পিবিরবদি মখোইনা হায়রিবা মখৈ য়াদুনা লৈরে। ঐখোই নিশাগী মনাই ওইদুনা মাংলবনি প্রভু !

নিমাইঃ ফরে ফরে তারো। নখোই অনিমক হৌখিবা মপোকশিংদা য়াম্না মতীক মগুণ লৈরবা নিংথৌ ওইনা পোকখি। জগত সংসারদা খংদ্রবা লৈতবা ভক্ত প্রলহাদগী মপাবুং হিরনাকৌশিপু নিংথৌ অমদি হিরন্যখ্য ওইনা পোকখিবনি।

জগাই মাধাইঃ ননাই ঐখোই অনিনা অহানবদা করি ওইনা পোকখিবা অদুদগী হৌনা প্রভুনা খংবিরবদি লিবিয়ু। হিরন্যকৌশিপু ওইনা পোক্তরীঙৈদা কদায়দা পোক্লম্বা করি ওইনা পোকখিবনো অদুসু তাজনিংই।

নিমাইঃ অদু ওইরবদি অহৌবদগী লিবিরগে নখোই অনিম্মকসে নখোইনা শাংনা হরি ভক্তিদা লৈজরকপা পুন্য ওইবা কৰ্ম্মগী ফলনা সত্য যুগতা বৈকুণ্ঠদা ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী মনাক্তা লৈবা ফংজখি। মরম অদুনা লক্ষ্মী বিষ্ণুগী চান্নরবা মনাই ওইদুনা অনা অয়েক লৈতবা নব গ্রহগী দশা ফাওবনা চংবা ঙমদ্রবা অমসুং ঙান্দুনতা লৈবা অমম্বা হায়বদু লৈতবা মফম অদুদা মতম শাংনা যুগ কয়া কয়া সুম লৈরকপদগী নবান্নি নাপল কারক্লে।

জগাই মাধাইঃ ও অদুদগী বৈকুণ্ঠদগী কুমথরকখিবা ওইরবরা !

নিমাইঃ অদুদগী কুমথরকপা হায়বা তারে। ব্রারী মখা লিরগে। নবান্নিমক ভগবান বিষ্ণুগী থোঙ্শংবা ওইনা লৈ। অদুদা নখোই অনিগী ব্রাখন্দা জগৎকী মপুগী মনাক্তা লৈরবনি ঐখোইনা কনাবু কিরুগদগে খল্লদুনা য়াম্না নাপলগা লোইননা লৈব মতমনি। নোংমা ব্রহ্মাগী মচা মহা ঋষি মরি ৪ লেংঙকই মখোইগী মমিং সনক, সনন্দ, সনৎকুমার, সনাতন কৌই।

জুগাই মাধাইঃ তাকপিয়ু প্রভু।

নিমাইঃ অদুদা মখোইনা ভগবান বিষ্ণু দর্শন তৌজগে থোঙ্ হাংদোকউ হায়না হায়বা মতমদা নখোইনা বিষ্ণু ভগবান হৌজিক দর্শন য়াখিরোইহায়না থিংই। অদুদা ঋষি মরি অদুনা নমদুনা চংগদবগী তৌই। মদুদগী নখোই অনিনা লাওদুনা অকনবা শব্দ শিজিন্নবদ নত্তনা নখুৎনা পায়রিবা দণ্ড চৈ অদুনা ফুরুরে। অদুদগী চংগে য়াদবগী শাওনিংবনে, অকনবা শব্দ অদুগী শাওবনে, চৈনা ফুরুব অদুগী শাওবনে খুদক্তা শাপ তৌরকলে।

জুগাই মাধাইঃ ইস ! প্রভু ঋষি মরি অদুনা করি হায়না শাপ তৌরবা !

নিমাইঃ শাওগল্লবা ঋষি মরি অদুনা হায়রকই নখোই অনিমক নখোইনা য়াম্ন লুনা তৌজবা বিষ্ণু অসিগী য়েক্লবা ওইনা মপোক ৭ তরেৎ লক হিংচাবগী শাজৎ চৎপা ওইনা পোক্তুনা বিষ্ণু অসিগী মখুত্তা নথবাই মাংবা ওইরো হায়না শাপ তৌখরে। মদুদা ভগবান শ্রীবিষ্ণুনা লেঙথোরক্তুনা মাংঙে মাংঙে ঋষি মরিমক ঙাকপিয়ু হায়দুনা খাম্মরে।

জুগাই মধাইঃ প্রভু প্রভু !

নিমাইঃ অদুদগী বিষ্ণু ভগবান্না মপোক ৭ লক্তী য়াম্মনখরে মপোক অহুম অমদি ঐনা কঞ্জরগে হায়বদগী অহুম অমদি কনবিখরে। মপোক মরি অদুদি মর্ত্তদা পোক্তুনা ঐনা হেক হেক লানবিবা ওইরসনু অসুম্না হায়নবদগী নবান্নি বৈকুণ্ঠদগী মতম লোইখিদুনা নবান্নিমক মাংহনখরে। অসুম্না নবান্নি সত্য যুগতা ঙসাই মথক্তা ঐনা হায়খিবা হিরন্য কশিপু কৌবা আসুর রাজা অমসুং হিরনখ্য ওইনা পোক্লরে। অনি অসি য়াম্না শক্তি লৈবা আসুর ঙাক্তনি। মশানা মশাবু ঈশ্বরনি হায়না খঞ্জবা নিংথৌনি অদুনা মখোই অনিনা কনাগুম্বা লাঈ অমত্তবু কনাগুম্বা মীওইবা অমসুং হিংচাবা অমত্তনা নিংবা য়ারমদে। হিরন্যকৌশিপুনা ঐবু লাঈনি হায়না নিংনবা য়াথং তৌরম্মী।

যুগাই মাধাইঃ প্রভু প্রভু !

নিমাইঃ হরি নিংবা ব্রাহ্মন বৈষ্ণব্‌শিংবু য়াম্না ওৎ নৈরম্মী। অদুবু মাগী

মচানিপা প্রলহাদ কৌবা আসুর অমা পোক্লম্মী। প্রলহাদনা হরিবু নিংজে। মপা নিংথৌ হিরন্যকৌশিপুনা মচাদা ইবুঙো নং হরি নিংগনু মদু ঐগী য়েক্লবনি হন্না হন্না হায়রম্মী। অদুবু প্রলহাদনা হরি শোন্দনা করিগুম্বা পোৎ অমতা চারমদে, থক্লমদে ।

জগাই মাধাইঃ প্রভু প্রভু ইস কিরেদা !

নিমাইঃ হিরন্যকশিপুনা মচাবু মানা হায়বা ইন্দবা অদুদা মাগী ইজ্জৎ মাংহল্লে হায়দুনা শাওরদুনা মচা শিনবা মৈগী কুণ্ডদা থাদে অদুবু মৈ অদু প্রলহাদদা মনম নুংশিরবা লৈগী ফম্মুং শজ্যা হেক্তা ওল্লি। অব্রাংবা চিংদোলদগী থাদদুনা হাৎনবা হোৎনৈ হরিনা হেক্তা ওকপিদুনা কল্লি। অদুদগী থাংনা ককথৎলি ঈশিংদা থাংনা য়ানবগুম করিমতা কান্নদে ।

জগাই মাধাইঃ প্রভু প্রভু ইস কিরেদা।

নিমাইঃ অদুগী মথংদা করাগরদা থমদুনা করিমতা পিজদনা থা অমা হেন্না থম্মী। শিরম্মনি হায়দুনা য়েংউবদা শ্রী হরিনা করি করি অহাও অথুম পিজদুনা নুংঙাইনা লৈরম্মী শিবদি লায়রদনা থোইনা হেন্না নোয় পেন্দুনা অদুম মরৈরম্মী। মমৈদদি হিরন্যকৌশিপু মচাদা কৌশিল্লগা হংঙে। ইবুংঙো নংগী হরি হায়বা পাংদবা ঈশ্বর অদু কদায়দা লৈ ইপাদা তাকউ ঐ মাবু হাৎকে মা কদায়দা লিৎকনি।

জগাই মাধাইঃ প্রভু প্রভু ইস কিরেদা।

নিমাইঃ মানা মরিল লৈরবদি মায়া তৌদুনা লোৎলোইদৌবনি। শেংনা হায়য়ু মা কদায়দা লৈ। প্রলহাদনা খুম্মী পাবুং মহারাজ মাদি মফম পুন্নমক্তা লৈবা ঙম্মী। মাদি সর্ব্ব শক্তীমান ওইবনি অদুগা সর্ব্বব্যাপিসু ওইবনি। মাঙোন্দা চংজৌ পাবুংগী মঙ্গল ওইগনি। হিরন্যকশিপুনা ঐনা মাঙোন্দা চংজৌ হায়বদু হায়গনু। মানা মফম পুন্নমক্তা লৈবা ঙম্মী হায়রবদি ইপাগী লিক্লাই য়ুম্বী অসিগী মনুংদসু লৈবা ঙমগদরা ?

প্রহ্লাদনাঃ ঙমগনি পাবুং !

হিরন্যকৌশিপুঃ অদুদি হায়রম্মগা মাগী লিক্লাই য়ুম্বী অদু গদানা ফুগাইরুরে। মদুদা শ্রীহরিনা হকচাংনা মীগী ওইবা কোক্কা খুৎকনা নোংশা গী শকতম

লৌরগা থোরকখ্রে। অদুগা হিরন্যকৌশিপুবু মতম্বাক্তা পম্বীরগা মখুৎকী খুজিন্না মথবাক শেগাইদুনা লানবিখিবনি। অদুগী মুর্ত্তি অদু নৃরসিংহ হায়নরিবদুনি।

জুগাই মাধাইঃ প্রভু প্রভু ! ইস কিরেদা।

নিমাইঃ শ্রী হরিগী হস্তমক্না লানবিখিবা অদুনা হিরন্যকৌশিপু মথংগী মপোক্তা কল্লবা রাবন ওইদুনা অমুক ত্রেতাদা পোকখি। অদুদসু বিষ্ণু ভগবান্না রামগী অবতার তৌদুনা রাবন অমসুং কুম্ভকর্নবু লানবিখরে। কুম্ভকর্ননা হিরন্যখ্যগী মপোক্নী রাবন্না হিরন্যকশিপুগী মপোকনি।

জুগাই মধাইঃ প্রভু ননাই ঐখোইনা ভগবান বিষ্ণুগী থোঙ শঙবা ওইনা লৈবা মতমদা ননাই ঐখোই অনিগী মিং করি করি কৌখিবগে ?

নিমাইঃ নবান্নি ভগবান শ্রীবিষ্ণুগীদা লৈবা মতমদা জয়, বিজয় হায়না কৌরম্মী। অদুদগী দ্বাপর যুগতা জয়না কংস হায়না পোক্লরে। অদুগা বিজয়না শিশুপাল হায়না অমুক পোক্লরে। কংসনা কৃষ্ণবু হাৎনবগীদমক্তা ধনুর যাগ যজ্ঞগী নামাদা বৃন্দাবনদগী অক্রুরবু থাদুনা লৌহল্লুরে। অদুগা মাগী মৃত্যু কৌরুব ওইনা থোক্লুনা মতাং অদুদা কংসগী অরোইবা য়াহিপ তানখরে। শিশুপালসু কৃষ্ণবু সভা ময়াইদা য়াম্না থওই উশিত্তনা ইকাইবা পিরুবদগী কৃষ্ণগী চক্রদা অদুম পুন্সি লোইখরে।

যুগাই মাধাইঃ প্রভু প্রভু ! অচুম্বনি।

নিমাইঃ অদুনা জুগাই মধাই নখোইগী হৌখিবা পুন্সিগী ৱারী তারে নখোইনা হৌজিক তৌরিবা নিতি নিয়মশিং অসি ইনশিনবা অমা য়াওবদগী তৌবনি ঐনা খংই। অদুবু নখোইদি খংদে। হৌজিক নখোইগী মপোক মরি শুখরে। নখোই অমুক বৈকুণ্ঠদা চংবা ফংজনবা নখোইনা হান্না সেবা ফংজরম্বা শ্রী হরি অদু শোল্লো। নখোইগী হকচাং অসি হৌজিত্তী য়াম্না কল্লি। অদুবু অসুম্না কন্না কনাসু শিখিবা ঙমদে শিনিংদ শিনিংদ য়াম্না ৱানা অৱাবা খাংবা ঙমদ্রবা কান্দা শিগদৌরিবনি।

জগাই মাধাইঃ প্রভু প্রভু ! অচুম্বনি।

নিমাইঃ করিগুম্বা লান তৌনবদা খুলাইনা ঙক থবৎ কক্তুনা শিবা ফাওবা অনাবা খাংবা ঙমদদুনা অককপা কোক অদু ফন ফন চোংদুনা শিরিবনি। তাইবং মী ওইবনা শিরমদাইদা শোনবসিদি হায়নিংঙাই লৈতনা শোল্লি। শিরমদাইদা ইচা ইশুনা নুংঙাইনবা হোৎনদুনা অদু য়ৌনা সেবা ফজনা তৌরিবা অদু ফাওবা পেনবা নত্তে। পিকখ্রবা হয়িং অমা তোংলবদা হয়িং অদুগী ভারী পুব ঙম্ব নত্তে। চাউরবা থবাক অসিনা।

জগাই মধাইঃ হিক্র হিক্র কপ্পকলে প্রভু ননাই ঐখোই অনিগী ইরাল ঙাকপিয়ু ঐখোয়না প্রভু নিত্যাইনন্দগী কোক্তা চফুনা থাবদা কোক কায়খিবা ঐখোইগী চাউরবা ইরান্নি। প্রভু ননাই ঐখোই অনিনা কল্লিঙৈদা ফত্তবা কর্ম্ম তৌখিবা নাপলনা থুমহক্তুনা মী লাক্লখিবা অদুনা ঐখোইনা শিরমদাইদা ঝানা শিগদবা অদু পুন্নমক কোকচনবা উপাই তাকপিয়ু। ঐখোই শিগদবা মীওইবনি কাউরুরে।

নিমাইঃ নখোইগী অপরাধশিং অদু কোকচবা ঙম্নবা উপায় হায়ববু ঐনা হরি শোল্লু হায়রিবসিনি। শিরমদাইদা ঐনা ঐনা তৌরুবা কর্ম্ম অদুগী মতুংইন্না যমগী দুতনা পুনগদবগী থৌরি পায়দুনা লাক্কনি। অদুগা চত্তবসু য়াদবা লম্বী অদু য়েংবদা করিসু উবসু ফংলোই অমম্বা ঙাক্তা উগনি। থবাই অসিনা চেক্লা ওইদুনা পায়খিনি নুংশিজরবা হকচাং পোলাং অসিবু হন্দোকলমগনি।

জগাই মাধাইঃ প্রভু প্রভু খল্লুরবদি নুংশিখ্রবা জাৎনি ।

নিমাইঃ হকচাংদগী থোরক্লবা থবাই চেক্লানা পাইফমদি খংদ পাইদবদি য়াদ করিগুম্বা থাওমৈ অমগী মঙালসু লৈতবা নুমিৎ থোক্লবসু মঙালদি ফংদবা মতম অদুদা নং ঐনা হরে কৃষ্ণ হায়বা নাম অসিবু শোন্দুনা নিংশিংলবদি অমম্বা পুন্নমক লোইনা মাংখিগনি অঙানবা ঙাক্তা লাক্কনি। অদুগা যমগী দুতশিংসু চংলকপা ঙম্মরোই। অদুন শিরমদাইদা ঝামন্দুনা হরিনাম শোনবা কাউগনি অদুনা অভ্যাস থম্নবা ঐখোইনা নখোই অনিদা হায়রিবসিনি। হরি শোল্লু ! কাউরগনু।

জুগাই মধাইঃ নিমাইগী মখোঙ কোল্লগা হায়জরকই প্রভুনা ওসি চণ্ডালগী লমচৎতগী হেন্না ফত্রবা যুগাই মধাই ইচিন ইনাওবু পাপ্তগী কঞ্জবা ওম্নবা লম্বী তাকপিবগীদমক কোতী কোতী প্রনাম তৌজরি। অদুদগী মখোই অনিমক ইশৈ শকখ্রে । পান্বোম ব্বাংনা থাঙ্গৎতুনা জগোইশাখরে।

হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ

যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমঃ ।।

গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রী মদুসুদন,

গিরিধারি গোপিনাথ মদন মোহন ।।

## ১৩ শুবা
## নিমাইগা কাজী রাজাগা থেংনবা

*কাজি মাগী রাজ গাদ্দিদা ফমলি নাক অনিমক্তা মন্ত্রী অমমম মাগী মাগী ফমফমদা ফমলি। মুসলমান প্রজা অহুম চংলকই চৎনবী নিয়মগী মতুংইন্না সলাম তৌরি।*

সেরখান অলিমুহম্মদ ঃ —

অমির মুস্তাফাঃ পুল্লপ্পা সলাম মালেগুম সেনসাহ হুজুর মখুৎনা হায়রগা মাঙদা মুসলমানগী নিয়মদা খ্বাং মপাদগী চিন তম্না থাঙ্গৎ থাং তৌদুনা চঙলকই।

কাজিরাজাঃ আঃ আঃ মালেগুম সলাম মিয়া অহুম্মক লাকইব্রা করি করি হায়নিংবা লৈ ?

সেরখানঃ হুজুর তাবিয়ু ঐখোইনা লৈজরিবা লৈকাই (পারা) অসিদি লুখ্রাবী মচা নিমাই হায়ব অদুনা মখোইগী হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকইবনি হায়দুনা কনাগী অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং লেপ্পা লৈতনা মখোইগী কিরিতোন তৌরিবনি হায়দুনা মৃদঙ্গ য়েবনে, করতালবু খিংজিল্লকপনে অদুগী মথকতা (শঙ্খ) মোইবুং অদুনা তু ধু তুধু হৌনা খোংজিল্লকপনে। অদুদগী অমুক তানিংখিদ্রবা ঈশৈ হরে কিস্না, হরে কিস্না হরে রাম হায়দুনা হৌনা হৌনা শকচিলকই। অদুদদি মুসলমান প্রজা অমতা তুস্বা ফংদরে।

অলিমুহম্মদঃ হুজুর সেরখান্না হায়রিবসে খরবু ৱাৎলিবনি। কাফের হিন্দুশিংনা তৌবনা হেল্লিবনি। মখোইনা মুসলমান ঐখোইগী ইস্লাম ধর্ম্মবু নমথনবা হোৎনরকপা ওইগনি গলি গলিদা মখোইগী কিরিতোন চৎফম ওইদুনা লৈরে। রাজা সাহেব।

কাজিরাজাঃ আঃ অমিরমুস্তাফা নংগী হায়নিংবসু ননিং তম্না হায়য়ু।

অমিরমুস্তাফাঃ রাজা সাহেব হিন্দুশিংগী ৱারীদি তাবিরিবদু অচুম্বনি। ঐগী ৱাখল্দদি মখোইগী নিমাই হায়বা অসিগা নিত্যাই হায়বা অসিগা মখোই অনিনা অয়াম্বা তৌব ওইনা উই। মখোই অসি কা অমা হেল্লে। অদুনা হুজুরনা নমথনবা তৌবিবা পামই। নিমাই অদুগী মখোঙদা লৈ, তুলশি মনা ককা কৎনরমান্নে। অদুদগী হে প্রভু দয়ানিধি কা হায়দুনা লাঈদা খুরুম্বগা চপ মান্ননা খুরুম্নখরে হায়রি। নোদিয়া নগর অসি রাজা সাহেবকী শাসন লৈতবগুমলে। য়াম্না নুংঙাইতবা অমনা ঐখোইগী মী ওইরম্বা শাফবা জুগাই, মধাই ফাওবা মখোইনা ফাজিনখরে হায়না তারি।

কাজিঃ ওঃ জুগাই, মধাইদু ঐনা সরাব পিথক্লগা ঐগী অপনবা থবক খর খর তৌহল্লম্বনি। মখোই অনিমক ব্রাহ্মন মচানি। মখোইবু ফাখিবসিদি খর নুঙাইতে। ঐগী অকনবা পাম্বোম ওইরম্বনি।

অমিরমুস্তাফাঃ হোই ! মখোই অনিমক নিমাইগী মখোংদা খুরুমখরে হায়রে।

কাজিঃ য়ারে মখোই অনিগী ৱা থম্মসি। করিসু ফিক্কর লৈতে অমুক লাকঅবদি ঐনা সরাব থকনবা পৈশা পিরগা ফাবা য়ানিদা। য়দ্রবসু কোই বাত নহিং হে। বেরা লৈতে।

সেরখানঃ হুজুর মখোই অনিগী ৱা অসি থম্মসি। য়াম্না লুরিবদি নিমাই হায়বসিনি। মাদি শুকশাও শাউদনা মাগী অপাম্বা লৌবা হৈবসিনি।

কাজিসাহেবঃ য়াম্না চিং লেম্না হায়রকই উম ! ঐ ! নখোই অহমগী পাও তাবদা ঐনা খল্লম্মীবশিগা চুম্নরে। নিমাই হায়ব অদুগা নিত্যাই হায়বদুগা অনিসিনা অয়াম্বা তৌরিবনি হায়বদুসু চুম্মী ঐনসু অমুক অনিরক উরবনি। প্রজানা লাওবা খোল্লাওদি খুদাগী হুকুমনি। খুদাগী হুকুম ফংলবনিনা নখোইগী অপাম্বা মওংদা করি তৌশিগে হায়বদু তৌবা তারে। করম্বা মওংদা করম্বা মখলগী শাস্তী পিশিগে। কাজী রাজা ঐহাকপু বেইজ্জৎ তৌরবদি সারা মুসলমানগী বেইজ্জৎ তৌবগা বরাববনি। নখোইনা হায়বিবদু চুম্মী। হৌজিকমক্তী নদিয়া

নগর অসি কাজী ঐগী শাসন্নী ঐনা তৌনিংবা তৌবদা থিংবিনিংঙাই কনাসু লৈত্রি ।

অমিরমুস্তাফাঃ সাবাস ! সাহিংসাহ সেনশাঁহ্নগী জবাব তাজবদা ননাই ঐখোই পেল্লে। খুদাগী কসম খুদানা দুৱা পিবিবা ওইসনু।

সেরখানঃ সহি বাত হৈ কাফের হিন্দু মচাশিংসে খণ্ডমান্নে আঃ দিল্লিদসু বাদসাহ সিকন্দর লোডীনা শাসন তৌরি ঐখোইনা করিগী কিরুনি। মখোইগুম্বা মনা মশিং খক্তা চাবা শাসু চাবা নত্তবা মখোইনবু কয়াম কনগদগে। নোকপু নোক্লিংইনে হা ! অদুগা ঐখোইগী রাজা সাহেবতদি সলাম তৌদ্রগা নিমাই হায়বা করিসু লৈতবা অঙাং অদুদা লাঈগুম্না খুরুম্মেয়ে। মসিদি রাজা সাহেব লম্বীদা কির্তোল চৎপা কাংবুসে ফার ফারগা কৈদ খানাদা কোক থম্বনা মতিক চারবনি।

কাজিঃ সাবাস ! অদুনা চুম্মবনি। অদুদি মুসলমান প্রজা পুন্নমক্লা পাল্লীবা মওংদা ক্রিতোন ব্বালাশিংসে শাস্তী পিবা তারে। একদম খুব করা দিয়া জায়গা।

অলিমুহম্মদঃ সাহেব অসুন্না তৌরশি মখোইগী কির্তোন চৎপদা য়ৈরিবা মৃদঙ্গ অসি থুগাইরসি। অদুগা করতালদুসু মুল্লগা গঙ্গাদা থাদখরশি। য়াদবশিংদুনা কয়েদ্ খানাদা থমজিনবিরো নত্রবদি মখোইগী বৈষ্ণব ধর্ম্ম প্রচার নোংম নোংমগী হেন্নগৎলকদৌরি।

কাজিঃ অচ্ছী বাত হৈ। তুমহারী তরিখা হম মঞ্জুর হৈ। অদুবু নখোই মখোইদা অসিমতংদি হান্না খণ্ডহল্লু। বাজার খুদিংমক্তা ধোল বজাইরগা লাও থোকউ। কনা মত্তনা লমজাও সরক্তা লাও খোংদুনা ইশৈ শকপা, ক্রিতোন তৌবা য়াদে হায়না লাওথোকউ। নত্রবদি হয়েং ঐখোই অরানবা তাগনি। মদু ফাওবদা সুম্মক লমহেল্লবদি। নখোইগী অপাম্বা তৌবা য়ারে। কিবগী দরকার লৈতে। *তাঙ্গা অদুমক্তদা কির্তন লাকপগী মখোল তারি।*

অলিমুস্তাফাঃ ইপা পাখৎনা রাজা সাহেব ! হিন্দুশিংগী কির্তোন লাকপগী মখোল তারে। হুজুর তাবিরবরা ?

কাজিঃ ঙং তারে (শাওনা) কাফের হিন্দু মচাশিংসে ক্রিতোন তৌদুনা লাকএ। য়েংঙোই নখোইনা চৎলগা হায়রুচো কাজিগী হুকুমনি ক্রিতোন তৌবা পুমথিং থিংখ্রে হায়রুচো য়াদ্রগা মখোইনা পাইরিবা পুং অসি থুগাইয়ু করতান অসিনা গঙ্গাদা লংথখো চৎলু।

মখোই অহুমঃ জো হুকুম ঐখোই পাংথোকচরগে হায়রগা *মতুং হন্দুনা মখুৎনা সলাম হঙ্গৎ হন্দা কৎলম্লগা থোরকলে।* ময়াম রাজা সাহেবকী জিন্দবাদ হায়রগা কীর্ত্তন মফমলোমদা চংশিনখরে।

কাজিঃ খ্বর শাংনা হোম্বুরগা হায়রকই। ঐখোইগী নবদ্বীপ অসিদি কাফের হিন্দুগী লৈবাক ওইরেদনা। ইস্লাম পুম্নমক মখোইনা লোইনা ওম্বদৌনা তৌরেনে। ঐনা শাসন তৌরিঙৈদ য়ারোই হায়রিসিনি।

নায়েবঃ হুজুর ইংনা তপ্না ঙহাক্তং পোত্থাবিখো। হৌজিক্তা হুজুরনা হুকুম পিখিবতা মঙাইরি। হুজুরগী হুকুম মতুংইন্না চৎখ্রিবা মখোইগী খবর লাকপা ঙাইখিসি।

নায়েব মহাশয়গী ইংথবা ওম্বা রায় অসিনা ঐগী ইংথহনবা ঙমদ্রবা (জিগর) থম্মোই অসি পোত্থাগদবা মঙাইরে।

নায়েবঃ সেনশাহ অদুগীদমক য়াম্না হেন্না ফিক্কর তৌবিরুনু খুদানা তম্বা মেহরবানি অমা লাকঅনি।

কাজিঃ ফিক্কর তৌদবা য়াদবনিনে মখোইনা সুম হেনজিল্লক্লবদি ইস্লাম ধর্ম্মসি ময়েং তারগদরা খল্লবনিনে।

*(সরক্তা কীর্ত্তন কাংবুগা মুসলমান কাংবুগা ইন্নরি)*

মুসলমান কাংবুঃ ঙাইখো কিতোন ৱালাশা ঐখোইগী কাজী রাজাগী হুকুমনি কিতোন তৌবা পুমথিং থিংলে অদুনা নখোই কির্তোন তৌরনু।

কীর্ত্তন কাংবুঃ ইশৈ শকই কীর্ত্তন থিংবা য়ারোই হায়না পুং অদুম য়ৈরি। মোইবুং অদুম খোংলি।

মুসলমানঃ ময়াম্না অদ্বৈতদগী পুং মুন্দুনা থুগাইরে করতাল মুন্দুনা গঙ্গাদা থাদখরে কীর্ত্তন কাংবুগা মুসলমানগা ফুনরে। পুংগা করতালগা মুল্লগা

মুসলমান ময়াম হুরাওদুনা চৎখরে। নিমাইনা হায়রকই হৃয়েংদি পুংসু করতালসু অহনবা ঙাক্তা ঐনা পিগনি। কীর্ত্তন কাংবু নুংশা থিবিগনু কাজিগী মনাক্তা ঐ চংজগে হরিনাম শোনহনগে মীদি খর য়াম্না চৎশি। ময়ামগী শক্তী খংহনশি।

(কাজীগী দরবার, মথঙগী নুমিৎ)

কাজীঃ নায়েব মহাশয় ঙসিদি ঐগী রাজ গাদ্দিদা ফম্না ফম্না ওহ্রোকপা মঙ অমা মঙইসুকতুম তুমদনা মঙ মঙবসিবু অঙকপনি। একদম চমক্কারনি ।

নায়েবঃ সেন সাহেব করি মঙ মঙলিবনো ? ফম্ন ফম্ন।

কাজীঃ য়াম্না কিরবা মঙনি ওইথোক্তবা মঙনি। ঐখোয়না ঙাংনরিবা নিমাই হায়রিবা নিপা মচা অদুনা পরপ পরপ লাকঅগা ইখঙ খঙহৌদনা মকোক অদু নোংশা মকোক পাল্লগা অদুগা অসুক চাউবা ঐসে মানা ইলায় লায়না থাঙ্গৎলগা মাগী ফৈবাক্তা থম্মগা মাগী মখুৎ খুৎশা অদুনা নোংশাগী খুবাক ওইরগা খুজিল তরা অদুনা ঐগী থবাক শেগাইরগা মচিন অদুনা লুকথরগা চাগদবগী তৌরম্মী ঐনা খঙলাও লাওরকপদা বেগমনা করি তৌরবগে হায়দুনা চংলকপদা ঐ খঙপ্রেক খঙদুনা মিৎকা চপ য়ুংনা শকফম কায়না লৈরম্মী অদুদগী নিমাইদু মাংখরে একদম চমক্কারনি। হৌজিকসু মিৎসিদা উদুনা লৈরে।

নায়েবঃ ইহে সেনসাহগীদু মখোইগী কীর্তোনগী বাখন্দা খনবদুদা অয়াম্বা তৌরবনি।

*সোমদা কাজিনা মঙ তমলিঙৈদা অমরোমদা নিমাইনাচিংবা ময়াম কীর্ত্তন চৎলি।*

*শ্রীবাসনা ইশৈ হল্লি অদ্বৈতনা পুং য়ৈরি*

শ্রীকৃষ্ণ গোবিন্দ হরে মুরারী, হে নাথ নরায়ন্ন বাসুদেব

*মুসলমান ময়াম নাকোং মেল্লি ময়াম কন্না শকচিল্লি।*

<u>মুসলমানশিং</u>

হলা গুলা বন্দ করো

নগরকীর্ত্তন তৌরনু তানিংদরে ।

<u>কীর্ত্তন বালা</u>

অচ্যুতম কেশব রাম নরায়ন্ন

শ্রীকৃষ্ণ দামুদর বাসুদেব হরি, । ।

শ্রীধর মাধব গোপিকা বল্লভ,

জানকী নায়ক রামচন্দ্র ভজে । ।

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু নিত্যা নিত্যানন্দ,

হরে কৃষ্ণ হরে রাম শ্রীরাধা গোবিন্দ । ।

গোবিন্দ, গোবিন্দ হরে মুরারে, গোবিন্দ, মুকুণ্ড কৃষ্ণ । ।

গোবিন্দ গোবিন্দ বথাঙ্কপানে, গোবিন্দ গোবিন্দ দামুদর মাধবেতী । ।

নিত্যাই, গৌর রাধে শ্যাম, হরে কৃষ্ণ হরে রাম । ।

প্রেম মধুর যুগল নাম, রাধে কৃষ্ণ রাধে শ্যাম । ।

*ইশৈ শকলিডৈ মরক্তা মুসলমান ময়ামগী লাও খোংবসু তৌরি । ফুনবসু য়াওরি । পুং য়ৈভম খংদে । মোইবুংসু খোংই ।*

মুসলমান কাংবুঃ ঙাইখোনে কাফের হিন্দুশা নখোই ঐখোইগী কাজী সাহেবকী হুকুম অসি মান্নিররোইদ্রা ?

নিমাইঃ নখোইগী কাজী সাহেবকী হুকুম করিগী মান্নিদনি ঐখোয়না হায়বসু অমুক্তা তাও ।

মুসলমান ময়ামঃ করিনো হায়রো ।

নিমাইঃ নখোই লোইনমক ঐখোইগী ইচিল ইনাও ঙাক্তনি । মুসলমান্না অমা নত্তে হিন্দুনা অমা নত্তে ঐখোয় মীওইবনি । বাখল খনবা ঙম্ব জীবনি । ইস্লাম ওইরবসু হরিনাম শোনবা য়াই হরিনাম শোল্লু ।

সেরখানঃ কবি হায়বা নিমাই ! মুসলমান ঐখোয়বু নখোইগী হরিনামদু শোল্লু হাযবা । ঐখোয়না থিংবা লাকইবসে অদুবুনি । মসি কাজী সাহেবকী হুকুমনি ।

নিমাইঃ নখোইনা ভাব অমা তাদরে হরিনামদি হিন্দু খক্তগী নত্তে। পৃথিবী অসিদা হেক লৈরিবা মীওইবা জাতী খুদিংমক্কা শোনবা য়াই। নখোই কাজী সাহেবসু ঐখোইনা শোনহনগনি।

অলিমুহম্মদঃ তুমিল লৈয়ু তানিংদ্রে নতীক লৈরোইদবা ৱা ঙাংগনু ঙম্মোইদবা ৱা ঙাংলগা অশিংবা শারক্কনু চংবসু য়াদে। য়াম্না থুনা চৎখ্রো চৎলু নত্রবদি মথং মথং য়াম্না কায়নরকলনি।

নিমাইঃ নখোই য়াম্না শাওরে শাওগনু কাজি সাহেব উনবদি চংহল্লু। নখোই খক্তগী রাজা সাহেব নত্তে। ঐখোই পুন্নমক্কী মপু ওইরিবনি। লৈবাক অসিগী মপী মপানি। মানা ফুবা, চৈবা ঐখোই লোইনা য়াই। ঐখোইসু মাগী মচা ঙাক্তনি। *(নিমাইগী ফজবা ৱাহৈ অদুদা মুসলমানশিং অদু ঙক্লম্মী)*

গদাধরঃ ঙাইখো মুস্তাফা নখোইনা ঐখোইবু দুষ্মন ওইনা খনবিনু ঐখোইদি নখোইবু হেক পোকমিন্নবা ইচিন ইনাওগুম্না খন্দুনা নখোইগী ফনবগীদমক্তা হরিনাম শোল্লু হায়বতনি নখোইনা য়ানিংদ্রগা শোন্দ্রবসু কায়দে ফত্তবা ওইরবদবু ঐখোইনা শোনখিগদরা ?

মুস্তাফাঃ তানিংদ্রে হিন্দু কাফেরশা নখোই চংলক্কনু হায়রিবসিনি ময়াম গুরুং হুপচিন্দুনা চংখরে।

ইশৈ

হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ
যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমঃ
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসুদন
গিরি ধারী গোপিনাথ মদন মোহোন

আবদ্বৈতনা পুং য়ৈরী, শ্রীবাসনা ইশৈ হল্লি ময়াম্না খুমলি।

নায়েবঃ রাজা সাহেব নিমাইগা নিত্যাইগনা মকোক চিংলগা কির্তোন কাংবু রাজা সাহেবকী মনাক্তা চংশিল্লকএ কমদৌসিগে ?

কাজিঃ *খুমফম খংদরে মাদি নিমাই পনবদা ঙসাইগী নোংশা মকোক পানবদু নিংশিংদুনা কিবনা থক্ থক্ নিক্তুনা লৈখরে।*

নায়েবঃ কৈদৌবিরগে অদুক কিগন্দবা সাহেবনা ঙসি তৌরিবসিবো হুকুম তৌবিরো নোংমৈ কাপশিল্লগে নত্রবদি মখোইসে য়াম্ন লম হেনগদৌরে।

কাজিঃ থক্ থক্ নিক্কা হায়রকই ঙাইখো নায়েব খুলাই পাইদবা মীদা নোংমৈহেক্তা কাপ্পা য়াদে। করিগুম্বা কাপলুরবদি হিন্দু প্রজা লোইনা হৌরক্কনি। মৈরিকপীদগী মৈজাও হৌরক্কুনা হিন্দুগা মুসলমানগা অচৌবা ইরাং অমা লাকপা য়াই। দিল্লিদগী বাদসাহগী হুকুম হান্না লৌখিবা তাই।

নায়েবঃ ইপা পাখংনা এঃ এঃ হায়ন হায়ন সন্ত্রীনা থিংবা ঙমদদুনা ক্রিতোন বালা লোইনা চংশিল্লকলে। কমদৌশিগে কাজী সাহেব ইস ! ঙসিগী মখোইগী মায়ামশিদি মীনা রাজবাড়ী পিক থনখরে।

কাজিঃ নায়েব ঙসিদি ঐ কৈনোমা তৌখরে ঐগী বুদ্ধি লৌশিং লোইনা ইফক ফকচিনখরে। মখোইগী পুং অসিগী মখোল তাবদা ঐ য়াম্না হৈনদরে ইস মোইবুং অসিনা মরোল অমা হৈনদ্রিবা ঐ খংদরে। ইস নিমাইগা নিত্যাইগা চংশিল্লকএ ঐ মনুংদা চংলগে। নায়েব মহাশয়না থোকপা খর ঙাংনহৌরো। (কাজি ইমুংদা চংখরে)

নায়েবঃ ঙাইখো নিমাই, নিত্যাই অদুবাইদা অদুম ঙাহাক্তা লৈখো।

নিমাইঃ নায়েব মহাশয় ঐখোয়গী কাজী রাজা কদোমদা চংখরে ?

নায়েবঃ নখোইনা রাজা সাহেব হেক্তা উনবা য়াদে ঙাহাক্তা ঙাইখো।

নিমাইঃ কাজী সাহেব লৈরবদি অমুক্তা থোকপিরকও !

কাজীঃ তপ্না তপ্না থোরকই।

নিমাইঃ কাজী সাহেব ঐখোই লাকচরি ঐখোইবু অদুক য়াম্না লান্ন লৌবিগনুদা ঐখোই নংগী প্রজা অমনি অবাৎ অপা হায়জফম ওইরিবনি।

কাজীঃ ইবুঙো নিমাই নং করি হায়নিংই নং ঐগী ইনাক্তা পংচং চংশিল্লকনু ঐ নংবু উবদা কৈনোম তৌই নকশল্লকনু।

নিমাইঃ কাজী সাহেব ঐসু নহাক্কী প্রজানি হায়রগা নিমাইনা কাজীবু কোম্পিল্লি। মনঙ্গন্দা নাল্লি।

কাজীঃ ইবুঙো নিমাই ইস নংনা কোম্লকপসিদি কৈনোম তৌইনা। নত্তে নংবু করম্বা জাদুগরনো হায়বা ওম্নাং ওম্নাওবনা খাংফম লৈফম খংলমদ্রবনি। নংনা থেংবদগী হকচাং অসি ওম্নাংথাগী শাবনা খাংবা ঙমদ্রব ঐসে পুইং ইংখ্রে। অদুগা হকচাং অসি ইতেক তেকখৎখরে। ঐ য়াম্না নুংঙাইজরে।

নিমাইঃ কাজী সাহেব হরি অমুক্তা হায়য়ু অমুক্তা হেন্না নুঙাইগনি। হরিনা কনাবুসু শাওব লৈতে হরিদি মীওইবা খক্তা নত্তনা শা, উচেক, তিন, কাঙ নচিংবা জীব পুম্নমক্কী মরুপনি। ঐখোই পুম্নমকপু মানা য়োকপিবনি।

কাজীঃ ঐদি মুসলমাননি কমদৌনা নংখোইগী হরি শোনগনি। অদু নত্তবা নংনা পাম্বা অমা হায়য়ু। ঐ পিগে।

নিমাইঃ ঐদি অতোপ্পা করিসু পাম্বা লৈতে। কাজি সাহেবতী রাজানিনা সনাসু পিবা ঙমই, লুপাসু পিবা ঙমই, লৌ ইংখোলসু পিবা ঙমই ঐনা পাম্বা লোইনা পিবা ঙমগনি। নংগী অৱাৎপা লৈতে। অদুবু নংগী সিংহাসন পিরবসু ঐনা পামদে ঐনা পাম্বদি কাজী সাহেবকী পুন্সিদা অৱাবা নংদবা নুংঙাইবা পুন্সি অমা ওইহনবদুনি।

কাজীঃ নিমাই নংগী পুকচেল অসিদি ওহোক্লা ফজখরেদকো। ঐখোইনা খংদদুনা নংঙোন্দা শাওবা ওইরম্মে। নংঙোন্দা মীনত্তবা লাঙ্গীগী গুণ অমা শোইদনা য়াওই। ঐনা খংবা অমা লৈরে। অসুম্না তৌরগা জুগাই মধাই অনিবুসু নংগী চান্নরবা মী ওইহনখিবা ওইরমগনি। নং অসি মীবু মাংনবা তৌবা মী নত্তে মীবু লৌশিং পিবা চৎপনি ঙসিদি ঐসু খংলে। নংন শোম্লু হায়বা হরিনাম ঐ শোম্লগে হরিবোল হরিবোল অসি নত্তবা নং করি হায়নিংঙি।

*নিমাই নিত্যাই অমদি শ্রীবাসনচিংবা অদ্বৈতনচিংবা পুম্নমক হরাওবনা মখোইসু হরিবোল হরিবোল লাওনরে মুসলমান পুম্নমকসু পুমঙক ঙক্রখরে।*

নিমাইঃ কাজী রাজাকী জয়! জয় কাজী রাজানাজয় ওইরে। অদুদি কাজী রাজা অসিমতংগা হুকুম তৌবিয়ু নবদ্বীপকী য়ুমথোঙ খুদিংদা মফম খুদিংদা গলি গলিদা হরিনাম শোঞবা নগরকীর্ত্তন চৎচবা থিংবা

লৈতরে অসিমতং লাওথোকপিয়ু।

কাজীঃ নায়েব, অলিমুহম্মদ, সেরখান, মুস্তাফা নখোই চত্তুনা লাওথোকউ। ধোল বজায়ু অদুগা অসুন্না হায়য়ু নবদ্বীপকী মফম খুদিংমক্তা হরিনাম নগরকীর্ত্তোন চৎপদা অথিংবা লৈতরে। ননিং তম্না ফোংনা ফোংনা শোনবা য়ারে হায়দুনা বাজার খুদিংমক্তা লাওথোকউরো। মানা মানা পাম্ব ধর্ম্ম নিংজরসনু।

*নিমাই নিত্যাই, অদ্বৈত, গদাধর অভিরামনচিংবা হরিভক্ত পুম্নমক পুন্না হবাওনা লাওরকই মুসলমান প্রজা পুম্নমক্কী জয় কাজী রাজা সাহেবকী জয়। জিন্দবাদ মুসলমান রাজ্যকী জয়।*

*মুসলমান ময়ামসু জিন্দাবাদ, জিন্দাবাদ লাওনদুনা অমগা অমগা লেংগোন্নদুনা নুংশিনখরে।*

কীর্ত্তন কাংবুঃ ইশৈ হৌরকলে শ্রী বাসনা ইশৈ হল্লি অদ্বৈতনা পুংয়ৈবা মকোক চৎলি গোবিন্দনা তুং ইল্লি গোপিনাথচার্য্য দুহার ওইরে। অভিরামনা খোনপাংবা ওইদুনা ফজনা শকলি তুংইনবা ময়ামসু ইশৈ খুমদুনা মপুং ফানা শকলে।

বিপিন বিহারী রাধেশ্যাম, হরে কৃষ্ণ হরে রাম। ।

কুঞ্জবিহারী রাধে শ্যাম, হরে কৃষ্ণ হরে রাম। ।

বঙ্কেবিহারী রাধে শ্যাম, হরে কৃষ্ণ হরে রাম। ।

দেবকীনন্দন রাধে শ্যাম, হরে কৃষ্ণ হরে রাম। ।

জনমন রঞ্জন রাধে শ্যাম, হরে কৃষ্ণ হরে রাম। ।

জয় নন্দ নন্দন রাধে শ্যাম, হরে কৃষ্ণ হরে রাম। ।

যশোদা নন্দন রাধে শ্যাম, হরে কৃষ্ণ হরে রাম। ।

গোপীকা বল্লভ রাধে শ্যাম, হরে কৃষ্ণ হরে রাম। ।

শ্রী রাধা বল্লব রাধে শ্যাম, হরে কৃষ্ণ হরে রাম। ।

সর্ব্ব দুখ নাশক রাধে শ্যাম, হরে কৃষ্ণ হরে রাম। ।

কাজীঃ সাবাস ! সাবাস ! নিমাই ঐগী ইশাদা লৈরম্বা অকি তুজুং পুন্নমক লোইনা মাংখরে। ইশাশে য়াম্না নুংঙাইজরে। ঔর ক্যা ! ঔর ক্যা চাহিয়ে।

নিমাইঃ য়াম্না নুঙাইজরে কাজি সাহেব। কাজি সাহেবকী ইমুং মনুংগী দুখ দশা লাকদবা পুন্নমক শ্রী হরিনা চক্র পায়দুনা ঙাকপিবা ওইরসনু। অদুগা ঙসাইগী কাজিনা প্রজাদা খংহনবিগদবা হুকুমদো পিবিখরো।

কাজীঃ নায়েব মহাশয় ঙসাই ঐনা থোকখিবা হুকুম অদু পাঙথোকনবা তৌরো।

নায়েবঃ জো খোদাবন্ ! হুকুম !

## ১৪ শুবা
## ভারতী গোষাইগী মমঙ্দা কৃষ্ণ মন্ত্র পিরবা

*বেক গ্রাউন্দ*

*ভারতী গোষাই কৃষ্ণ মন্ত্র হৈবদা ঐ মঙাইরে খঙ্ঙবা পণ্ডিত অমনি।*

*নোংমদি মহাক ফম্মুংদা তুম্মমবদগী ফুক হৌগত্নুনা ফম্মী। মথন্তা হায়জে হরে কৃষ্ণ ওসিগী মঙ্ অসিদি করি মতৌনো অসুক ফজবা কৃষ্ণ মন্ত্রদি ঐনা অমুক্তা থেংনখিদরি। কোনা মনা অদুদা ওন্থোক্লা ফজনা ইরকখরেদা। অদুগা অসিমসু মখাদা ইরকই। হায় হায় গোষাই নংনা কন্না নিংজরিবা কৃষ্ণদুদি নবদ্বীপতা শচীগী মচা ওইনা পোকখ্রবনি। নিমাই হায়না কৌবনি। মা খক্তনা হরিনাম প্রচার তৌবা ঙমগদবনি। মাঙোন্দা কৃষ্ণ মন্ত্র পিরুচো। হায়না ইরকপা পত্রদু ঐগী ইমিত্তা উদুনা লৈরে। গোষাইনা মথন্ত ঙাংজরি। শচীগী মচা নিমাই হায়বা নিপামচাসি মাগী মশক্তু মগুণ য়াম্না লৈনা ফজে অদুগা দিগ্বিজয় কৌবা পণ্ডিত অদুসু ভারতবর্ষ অসিদা মমিং লৈরবনি অদুফাওবা তর্ক দা ইলায় লায়না মায়থিবা পিখি হায়ন তাখি অদুগা মাগী থবাক্তা ভৃগুঋষিগী পাদ চিহ্নসু লৈ হায়নরি। অদুনদি ঐগী মংদা ঙসি হায়রম্মীবা অসিগা চানরে অদুনদি ঐ নবদ্বীপ চংলগা মাগা উনরুদবা য়াদ্রে। ভারতী গোষাই খোইদা থুরবা ঙা গুম্না খাংবা ঙ মদদুনা নিমাই উননিংবনা ঙাওরদুনা নবদ্বীপ্তা য়ৌরকলে নবদ্বীপকী হৈপাল লৈপাল হৌরিবা মওং অদু উবদা পুক্নিং হুনা ফজমনখ্রদুনা হায়রকই এঃ নবদ্বীপসিদি অনিশুবা বৃন্দাবন ওইদুনা লৈরম্মেদনা মসিদা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌরবনি হায়রম্মীব সিদি চুম্মেদনা হায়রগা ইশৈ শক্লকলে।*

ইশৈঃ—

নবদ্বীপ অনিশুবা বৃন্দাবন্নী
লৈতেংই দ্বীপ মাপলগী ভক্তিনা
ভক্তিগী তুংনফম নবদ্বীপনি
নিংথিরি ঋতু তরুক্কী থৌগলবু
নবদ্বীপ অনিশুবা বৃন্দাবন্নী।

শ্লোকঃ—

শ্রবনং, কীর্ত্তনং, বিষ্ণুস্মরনং, পাদসেবনম, আর্চ্চনং, বন্দনং,
দাস্যং, সাখ্যমাত্ম, নিবেদেন।

হায়জখিবনি প্রলহাদনা মপাবুংদা
লৈরম্লে শুনা ভক্তি মাপলদো
নবদ্বীপ অনিশুবা বৃন্দাবন্নী।
ভক্তি লৈরিবা হৈপোল লৈপান্না
শিৎলিবা শিতল নুংশিৎনা নুংশিনা
য়াম্লি লুকথ লুকথ উহৈশিংনা
নুংশিরিবা লৈহাওগী লৈনমনা
নবদ্বীপ অনিশুবা বৃন্দাবন্নী।

নিমাইঃ হরাও হরাও চৎলি।

গোষাইঃ নাগরীশা নখোইবু শচীগী মচা নিমাই হায়বদু খংবরা ?

নিপা অমাঃ শচীগী মচা নিমাই ওইরবদি বাবা তুঃ আদা মান্দোপ অচৌবা অমা উরিবসে অসিদা অঙাং ময়াম লাইরিক তম্বীবা লোইরগা সংকীর্ত্তন তম্বীনবা তৌহৌবনি।

গোষাইগা নিপা অমগা ঙাংনবদু অতোপ্পা নিপা অমনা তারদুনা শচীগী মনাক্তা চেল্লক্তুনা তম্মরে শচী মা ! ভাবতী গোষাইনা নচা নিমাই থিহৌবনি অদুগা নিমাইগী লৈফমসু তাকখ্রবনি।

গোষাইগা নিমাইগা থেংনগ্রবদি গোসাইনা পুজখিনি।

*শচী নিপা অদুগী য়াদু হেক তাবগা পরপ পরপ লাক্লুনা নিমাইবু মান্দোপ্তগী অঙাংমচা চিংবগুম নিমাইগী মখুদাং পাইদুনা য়ুমদা পুরক্লে। নিমাইসু মমাগী মতৌদু উবদা নোকমি নোকমি তৌদুনা অদুম লাকই। মমানা নিমাইবু ইমুংদা চিংশিনখরে অদুগা থোঙ লোনশিনখরে। ঙহাক লৈরগা।*

গোসাইঃ মান্দোপ্তা হংঙরে ইচাশা নংখোইগী ওজা নিমাই লৈবরা ?

অঙাংশিংঃ গোষাই বাবা ওজা নিমাইদি মমা শচীনা হৌজিক্তা পুখিবতা মঙাইরি ময়ুমদা লৈরমগনি। অদুদগী গোষাই নিমাইগী য়ুমদা লাকএ !

গোষাইঃ ইবুঙো নিমাই ইবুঙো নিমাই ! কৌররে।

শচীঃ গোষাই নিমাই লৈতেনে মচা উখিদনবা থোংদি খিত্তং হাংই।

গোষাইঃ নচা নিমাইদুবু হৌজিক্তা নংনা পুখি হায়রকইদা !

শচিঃ গোষাই ! নিমাই লৈতেনে অশেংবা লৈতবনি। থাজবিয়ু।

গোষাইঃ থাপ্না লাকপগী খর য়ারবদুদা গোষাই শাওরকলে। শচী নংগী নচা নিমাইদো য়ুমদুদা লৈতবা অশেংবা ওইরবদি ফৈ ! করিগুম্বা লৈনা লৈনা লৈতে হায়জিনবা ওইরবদি নং নচা নিমাইগা কায়নবা ওইরো কো ঐবুদি চৎলগে। হায়রম্মগা গোষাই পরপ পরপ চৎখরে। *ভারতী গোষাইনা শাওনা চৎখিবা অদুদা নিমাইনা উননিংদুনা লৈবা মীনিনা মনিংথোংলোমদগী তান্নরকলে।*

নিমাইঃ কৌরকই গোষাই বাবা অমুক্তা ঙাইবিখো ঐ অসিদা লৈয়ে। হায়রগা উখোং অমদা ফম্মীন্নরগা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌবগী য়ারী ফজনা শানখ্রে।

গোষাইঃ অদুদি নিমাই ইপা চৎনবা তৌরগে। নং কতয়াগী খোংনাং বট মখোঙদা ঐগী আশ্রম লৈ, মফম অদুয়াইদা ঐবু হংবদা খংদবা লৈবোই। অসি হায়নরগা নিমাইসু য়ুমদা অদুম লাকলে। গোসাইসু চংখে।

## ১৫ শুবা

# শচী বিলাপ

শচীঃ ইমাগী নিমাই নং ভারতী গোসাইগা করিগী অদুক লুনা ত্নিরিবনো ? ইমাদা শেংনা হায়য়ু।

নিমাইঃ ইমা ! ভারতী গোষাইদি য়াম্না ফবা মীনি। হৃবি ভক্তনি মাদি কৃষ্ণগী অশেংবা মনাইনি। মাগা ত্নিবদা করি অকাইবা লৈবগে ?

শচীঃ ইমাগী ইবুঙো ইমাদি নুংশা থিরকলে। নংসু সন্ন্যাস ধর্ম্ম চৎখিদুনা নয়াম্বা বিশ্বরূপ কুম্না ইমাবু থাদোক্কুনা চৎকদৌরিবরা ?

নিমাইঃ হে জননী অনঘী মাতা নচা কদায়দসু চৎচরোইয়ে। ইমানা য়াদবা থবক অমতা তৌজবোইএ।

শচীঃ ইমাগী নিমাই নংনা করিগুম্বা ইমাবু থাদোক্কুনা চৎখিবা থোক্লবদি ইমাদি লোইরেদো। ইমা য়াম্না নুংশা থিরক্লে। ইমাদি নংবু তশেংনা কিরকলে। ঙাংনবা খুদিংমকসু নংতনা অদুম ঙমখি অদুবু অপংবী নমানা হায়গদবদি নংনা ইমাগী অরোইবা (পুঞ্জিনি) শেল্লেপনি ঐগী অতোপ্পা খন্ননিংঙাই অমা লৈজদ্রবনি। নংগী নথক্তা নচেম নিপাল লৈখিদ্রবনিদো অদুগী মথংদা নয়াম্বা বিশ্বরূপ অমুক মফম খংদনা মাংখ্রেদো মদুগী মিৎলুদা পি কংদ্রিঙৈদা নপাবুং অমুক স্বর্গতী ওইখ্রে। অসি পুন্নমক্কী অরাবা পোৎলুম্না কোক্তা লৈরিঙৈদা ইমাগীদি সুর্য্য মণি ওইরিবা নংনা অমুক্কা সন্ন্যাস ধর্ম্ম চৎকে হায়রক্লবদি ইমাদি করম্না খাংহৌগনি।

নিমাইঃ *মমা শচীগী ৱাঙাং তাবদা ভগবান ওইরবসু তৌফম খংখিদরে। মমা শচীগী মতৌ য়েংবা ঙম্মোইদৌরি। করম্না করি হায়রগা সন্ন্যাস চৎশিগে। চত্তবদি য়াদে ঐদি বৃন্দাবনগী ৱাশক অকনবা*

*অমা লৈরি অদুগী মথক্তা শ্রীমতী রাধাগী লমন শিংগনি রাশকখিবদুসু রাশক ঙাক্তবা য়াদে।* ঐ করিসু চৎচরোই ইমা !

শচীঃ নবদ্বীপকী নাগরীশিংনা ঙাংনবা তারুরে। ঙাইখো ঙাইখো নাগরিকশা নখোইনা হৌজিক ঙাংনবদুবু নিমাই অসি ভারতী গোষাইগা সৈন্ন্যাস চৎকদবগী ৱারী শানখরে হায়ব নত্রা ?

নাগরী খরাঃ শচীরানী ঐখোইদি অচুম্বদি খংজদে। মীনা ঙাংনবদা মমি শামি তাজবগী ৱানি। অশেংবদু খংবিনবা নচা নিমাইদা হেক হংবনা ফগনি মাদি ওইদবসু ঙাংবা হৈনদবনি। ঙসি ফাওবদা নংগী নচা নিমাইনা ওইদবা ঙাংবা ঐখোইদি তাজদ্রি। শচী নাগরীকশিং অদুগী ৱা তাবদা পরপ পরপ য়ুমলোম্দা লাকই।

শচীঃ ইমাগী নিমাই ! ইমাগী নিমাই ! নংবু তাদ্রবরা ইমানা কৌরিবসে ! (কৌ, কৌদুনা চংলকই।)

নিমাইঃ *রাখম্না উংদুনা খুরু খুদক কুন্দুনা করি তৌরগা চৎনবা ইমাদা হায়নশিগে ঐ চত্তবদি য়াদে খন্দুনা উংলিঙৈদা মমা শচীনা কৌবদু খুম্বা নংহৌদরে অদুগী মথক্তা বৃন্দাবনগী রাধা ভাবনা যুম্নখিবনা ৱা ঙাংবা থোকখিদরে।*

শচীঃ অমুক্কসু ইমাগী নিমাই লৈতবরা ইমানা কৌবা তাদরবরা !

নিমাইঃ *খুরু খুদক কুন্দুনা মখুৎ অনিমক জুর তৌদুনা থবাক ফুনখিবদগী কন্নদি নত্তনা খুম্মকই* ইমা নচা সিদা লৈএ। ঐ থবাক ফুন্দুনা ইমানা কৌবদা খুম্বা ঙমহৌদরে।

শচীঃ ইচাগী থবাক করি তৌরবা হায়য়ু ইমাগী নিমাই হায়রগা নিমাইগী মখুৎ জুর তৌরিবদু পুল্লম্না পায়শিল্লগা হায়রকই নংগী ৱারী নবদ্বীপকী নাগরীশিংনা য়াম্না ঙাংনরে।

নিমাইঃ নবদ্বীপকী নাগরীকশিংনা করি করি ঙাংনরবগেনে ইমা।

শচীঃ ইমাগী নিমাই ইমানা তারিবসিবু চুম্বরনে। নংগী নচা নবদ্বীপকী অঙানবা থা অসি চৎখিগদৌরে সন্ন্যাসি ধর্ম্ম লৌদুনা, অসিনা

চৎখ্রবদি নবদ্বীপ অসি থাশিগী অহিং ওইহৌবা তারে। ঙাংনহৌইনে।

নিমাইঃ ইমা নচা কদায়দসু চৎচরোই ইমাগী য়াথং (অজ্ঞা) য়াওদনা নচা করিমতা তৌজরোই।

শচীঃ ইমানা তাবদি নংগী নচা নিমাইদো সন্ন্যাসি ওইদুনা চৎখ্রগনি। নংনা থাজদ্রগা নচা নিমাইদা হেক হংউ মাদি সত্যবাদিনি ঙসিফাওবদা মানা ওইদবা ঙাংবা থেংনজদ্রি হায়রকই। ইমানা নংঙোন্দগী অশেংবা পাও তানিংই।

নিমাইঃ ও ! হে ! মাতা হে জননী নচা ঐগীদমক্তা ব্রাজবদা পোখাফম খংজদ্রবী ইমা করিগীদমক্তা অদুক ব্রাবিরিবনো ঐসে ইমা নংগী নচা অশেংবনি ইমানা য়াদবা থবক অমতা তৌজরোইএ। ইমাগী য়াথংদা নচা চৎচগনি।

শচীঃ ইমাগী ইবুঙো নং খক্তা ঙাইজরবনি ইমাগী শেম্লেপসে। নং চৎখিনু । চৎখিনুকো। ইবোঙো !

নিমাইঃ ইমা ঐনা ইমাবু ইমা ওইবা ফংজবসে ঐগী নহালমুক্কী মপোক্তা করম্বা পূণ্য ওইবা কর্ম্ম তৌজবগী ফলনা ওইরমগনি। অদুবু তোল্লবা নচা ঐনদি ইমাগী অমৃত অহিং অমখক থকখিবগী লমন ফাওবা শিংজবা ঙমজদ্রি। নিমাই হায়বা ঐসে ইমাগীনি কনাগীসু নত্তেনে ইমা।

শচীঃ ইমাগী নিমাই ইমাদি নুমিৎচুপ্পা নংগী ব্রাখন্দা খনবদা তুম্বা চাবা থকপা মফম খংদ্রে ইমাদি ঙাওগদৌরে ইমাগী ব্রাখন্না লাম্বা ফংদরে নংগী মওং অসি উবদা ইমা য়াম্না চিংনরকলে।

নিমাইঃ হে জননী নংসে ওহোকপনিদকো ব্রাফম থোক্তবগীসু পংব্রাদ ব্রাজেদকো। লাম্বা ফংদবা পোৎকীদমকসু লাম্বা ফংনবা হোৎনদুনা লৈবিরুনু। হে অনঘীমা নংদি পুন্যবতীনি পাপ্পা শোকপা ঙমদ্রবীনি। অদুবু ইমা ঐখোইনা ওইহন্নিংবা থবক অমতা ওইদবা য়াদে হায়বা বিধিগী নোংদমদি লৈতেনে হে মাতা !

শচীঃ ইমাগী নিমাই নংদি পণ্ডিতনি অঙাং ওইজরবসু নংনা হায়রিবদু করিনো ইমাবু থাদোক্লগা চৎকে হায়রিবরনে।

নিমাইঃ অদুবু ঐদি ইমানা য়াদবা থবক অমতা তৌজরোই। অদুবু অনঘী মাতা নখোই ঐখোইসে ভগবানগী পুতলীনি। মহাক্না পিরকপা ফলদি হু ওইরবসু চাদবা ঙমদে অহাওবা ওইরবসু চাদবা য়ারোই। অফবা, ফত্তবা অনিমক্তা নাঙ্গোকপা সুকঙম ঙমদে ইমা। অদুনা ঐনা শিনবা ঙম্বা নত্তে।

শচীঃ হিক্ক হিক্ক কপলকলে ইমাগী নিমাই নংনা হায়রিবসিনদি ইমাদি ইরান্নং খাংহৌবা তাগদৌরিবরা ? ঐ তৌফম খংলক্তরে। ঐগী নহালমুক্কী মপোক্কী কর্ম্মগী ফলনা মচা কায়নবা ফংফম থোকপা ফংগদৌবিবনি হায়রিবরনে নিমাই *হিক হিক কপ্তুনা লৈখরে।*

নিমাইঃ হে অনঘী মাতা কপ্পীগনু ইমানা কপ্পা উরগা ঐ খাংবা ঙমজদে ঐগী থম্মোই কায়রে। অদুগা ইমাসু ঐসু পোখাবা ফংনবা ব্রা অমা তাবিয়ু য়াম্না পুন্য চেনবা ব্রানি ভগবান কৃষ্ণ মক্না মাগী চান্নরবা অর্জ্জুনদা তাকপিখিবা গীতাগী অধ্যায় ৫ সুবদা অসুম্না হায়রি ইমাসু পাপ কোকপিয়ু ভগবান মক্ন শকখ্রবা ইশৈনি।

ব্রহ্মন্যাধায় কর্ম্মনি সঙ্গং ত্যক্ত্বা করোতীযঃ

লিপ্যতে ন স পাপেন পদ্ম পত্রমিবাম্ভসা।। ১০ শুবা শ্লোক্

তো ইমা কয়াদ ফজখ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী বাক্যনো কৃষ্ণনা হায়রিবসে থম্মোই শেংনা তাবিয়ু। কৃষ্ণ ঐঙোন্দা, পরমেশ্বরদা পুন্নমক কখোক্তুনা অপাম্বা, অনিংবা য়াওদনা কর্ম্মা তৌরিবা মীদি থম্নাবু ঈশিংনা চোৎহনবা ঙমদবগুম পাপ্না মাবু শোকপা ঙমদে। হায়রি হে জননী ইমা নংদি ভাগ্যবতীনি পুণ্য চেনবীনি পুকচেল চাউবীনি। অদুবু অমরোমদা নচানা করি হায়গনি। ঐখোই পুন্নমকসে পরমেশ্বর কৃষ্ণ মাগী মরল ঙাক্তনি। অদুগা ইমাগী দেহ অদুদা ঐঙোন্দগী হেনবা পরমাত্মা অমা সুকলেং লেংদনা লৈরি। অদুগা ইমানা নথন্ত ঙাইহৌবগুম তাকপিরি। নচাবু পরমেশ্বর মঙোন্দা কখোকপিয়ু। অদু ওইরবদি ঈশিংদা লৈবা থম্নাবু ঈশিংনা চোৎহনবা

পকপা ঙমদবগুন্না কলিগী পাপ মরক্তা লৈদুনসু ইমাবু পাপনা শোকপা ফাওবা ঙম্লরোই।

শচীঃ *কপ্লকলে* ইমাগী নিমাই নংগী শ্লোকতু ওহ্নোক্লা ফজখ্রে। ককপা লাকপা ঙম্বা ব্রা অমতা য়াওদে। ওহ্নোক্লসু চুমখ্রবা ব্রানি। অদুবুনে ইমাদি ইচা নংবু পরমেশ্বরদা কৎখ্রবনি, অদুগা পরমেশ্বরনসু কৃপা তৌবিদুনা য়াবিখ্রবনি হায়দুনসু ইমাগী পুক্লিংনা নংবু নিংঙিবা নুংশিরিবা, উদ্রগা লৈবা ঙমদবসি ইমাদা অদুম লৈরগনি। মসিগী ময়াগী থৌরি অসি নংগী পরমেশ্বর অদুনা শেম্বনি। ওহ্নোক্লা **কনখ্রে। ইমানা থদৎপা ঙমলোইনে ইবুঙো। মিৎন য়েংবদসু উব ফংদবা মানা শেম্বা মচা নুংশিবগী, মচা নিংবগী পুক্লিং অসি ফাদুনা থম্বা সুকঙম ঙমদে, ঐবু করম হায়না তৌশিগে ইমাগী নিমাই নংবু কাওরগে খল্লগনা খল্লিবা অদুনা চাউরবা মশা য়াম্না পাল্লবা মনা পুংলবা খোংনাং অমদগী হেন্না হেন্না ব্রাংখৎলকই। হায়রগা কপখ্রে।**

নিমাইঃ চুম্মী ইমা মচা নুংশিবা পুক্লিংবু ফাবা য়াম্না লুই, পুকনীং ব্রাখলগী মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি। পুক্লিংবু ফাগদবদি অভ্যাস খক্তনা য়াম্না ব্রানা লাকশিল্লগা ফাজিন্নবা হোৎনবা তাবনি। পুক্লিং ফাব ঙমদবগীদমক্তা অর্জ্জুন্না মবুধৌ ভীষ্ম অমদি মাগী গুরুদেব দ্রোনাচার্যবু মাগী পুক্লিংনা নুংশিদবা ঙমদে। অদুনা মবান্নিবু হাৎনবা তেন কাপশিনবা ঙম্মরোই। হায়না কৃষ্ণদা হঙ্গৎচখি।

গীতা। ৬

যোহয়ং যোগস্ত্বয়া প্রোক্তঃ সাম্যেন মধুসুদন।

এতস্যাহং ন পশ্যামী চঞ্চলত্বাৎ স্থিতিং স্থিরাম্।। ৩৩

চঞ্চলংহি মনঃ কৃষ্ণ প্রমাথি বলবদ দৃঢ়ম্

তস্যাহং নিগ্রহং মন্যে বায়োরিব সুদুষ্করম।। ৩৪

তাবিয়ু ইমা আর্জ্জুন্ন হায়রিবসি চুমদ্রদো হে মধুসুদন ইবুঙো নহাক্লা সমদর্শকী মশক ওইবা যোগ য়াম্না চংখোন্না তাকপিবে। অদুবু পুক্লিং হায়বসিনা য়াম্না চঞ্চল ওইবা মরম্না যোগদা লাঙদনা, অমসুং

লেংদনা লৈহনবা ঙমগনি হায়বা ঐ উদে। হে কৃষ্ণ পুক্নিং হায়বসি ওহোক্না চঞ্চল ওইখ্রে। মসিনা হকচাং অমসুং ইন্দ্রিবু লাংহল্লি। মপাঙ্গল কনমনবনা ফাবা ঙমদে, থিংবা ঙমদে মরম অসিনা পুক্নিংবু ফাবদি লমজাওদা শিংপা নুংশিংপু খুৎনা ফাবগুম্না থোকইনে প্রভু ননাইগী উপায় লৈতে। অসুম্না আর্জ্জুন্না হায়খি।

শচীঃ ইবুঙো ইমাদি আর্জ্জুনগী ব্না অদু চুম্মী হায়নিংই শ্রীকৃষ্ণদু লাঈনি অদু ওইরবসু খুন্ঙম লৈরম্মরোই। মরমদি আর্জ্জুনবু মনঙ্গলদা পোবিদুনা, মতম্বাক্তা পম্বীদুনা পিজ পিথক্কুনা চাউনবা য়োকপিরকপা মবুম্বৌ ভীস্ম, অদুদগী মখুৎ পাইদুনা বিদ্যা তম্বীরকপা মাগী নুংশিজরবা দ্রোন গুরু অদুদবু য়েক্লবগী পক্ষদা লেপশ্রবনি হায়দুনসু করম্না মখোই অনিদুবু হাৎনবা তেম্না কাপশিনগদগে হায়জরিবদু চুম্মী খল্লিনে ইমাদি।

নিমাইঃ ইমানা হায়রিবদু ঐসু চুম্মী হায়জনিংই। অদুবু কৃষ্ণনা খুম্বদু তাবিয়ু ইমা ষষ্ঠোহধ্যায় শ্রীকৃষ্ণ উবাচঃ—

অসংসয়ং মহাবাহো মনো দুর্নিগ্রহং চলম্

অভ্যাসেন তু কৌন্তেয় বৈরাগ্যেণ চ গৃহ্যতে।। ৩৫

ইমা কৃষ্ণসু চুম্মী অদুম হায়রি। মানা হায়রিবসি ফজদি ফজেকো হে মহাবাহো মন পুক্নিং হায়বসি লাকশিনবা য়াম্না লুই অমসুং চঞ্চল ওই হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে। অদুবু হে কৌন্তেয় আর্জ্জুন ! হন্না হন্না হোৎনবা অভ্যাস অমসুং অপাম্বা থাদোকপা বৈরাগনা মরম ওইদুনা পুক্নিং ফাবা ঙম্মকই। হায়রিনে ইমা কৃষ্ণনা তাকপিরিবসিসু ফজবনি।

শচীঃ তো ইবুংঙো কৃষ্ণসু পুক্নিং ফাবা লুই হায়রিবদুনি। ইমাসু কৃষ্ণনা তাকপিরিবা অদুগুম্না পুক্নিং অসি ঙাহাক্তা লেংদনা লৈয়ু হায়বা য়াদে। তুম্মবসু হকচাংদী তুম্মী পুক্নিংদি নংগী ব্নাখলদা তুমখিবনরা করিনো খংদে জাৎ জাৎ উদুনা অদুম লৈনে ইবুঙো। ঐগী পুক্নিং ব্নাখল পোথাব ঙমদে।

নিমাইঃ হে ইমা ! অনঘী জননী নচাসে কলিযুগকী ধর্ম্ম লৈতবশিংনা সুম সুম হেন্নগৎলকপা মিনুংশি খংদবা, মীনা মপাঙ্গলবু কল্লবদি অচুম্বা হেক্তা শাবা। মতু শোনবা, সাধু বৈষ্ণবশিংবু তুহৎপিবা। ফজবা অচুম্বা চৎপশিংগী লৈফম লৈরক্তবা, অমোৎপা, ফত্রবা, শাহিং চাবাশিংনা নৈরকপদা ভক্তশিংগী মতৌ য়েংবা ঙমম্মক্তবদগী সৈন্যাস ধর্ম্ম অসি লৌরগা অমুক্তং হরিনাম শন্দোক্তুনা ভক্তশিংগী মতেং পাংবা পাম্মীনে। হে জননী।

শচীঃ ইমাগী নিমাই নংনা সংসার পুম্বগী অবাববু করিগী নকোক্তা থাঙ্গ থলিবনো নং নথক্তনা কলিগী অত্যাচারবু নমথবা ঙম্মোইনে ইমাগী নিমাই ! জগৎকী মপু কৃষ্ণ লৈরিনে ইবুঙো; মদু মাগী মথৌনি। নংগী নত্তেনে।

নিমাইঃ (নুংশিরবা বাশিগী সুর অমা লাকই) মতাং অদুদা কৃষ্ণগী রূপ লৌখরে। নিলবর্ন ওইরক্তুনা কৃষ্ণগী বাহোং মতুনা লৈতেংবা চূড়া খুত্তা বাঁশি পায়বা থবাক্তা কৌসুক্ত মনিনা লৈতেংবা কৃষ্ণ অদু ওইনা মমা শচিগী মিয়েংদা দর্শন পিখরে। মমা শচিবু পাপ পুম্নমক কোকহল্লগে খল্লদুনা উৎপিখরে।

শচীঃ য়েংঙকপদা নিমাইগী শক্তম মাংখরে কৃষ্ণগী মুর্ত্তিদু উজবদা পুমঙক ঙকখরে মমিৎ মনা চপয়ুংখরে। লৈমায়দা বাহ্হদুনা তুখরে।

নিমাইঃ মমা শচিনা বাহ্হদুনা তুখিবা উবদা কৃষ্ণগী রূপ অদু লৌথোকখরে। চংশিল্লক্তুনা কৌরকই ইমা লেংখৎলো করি তৌরবগে।

শচীঃ ইমাগী নিমাই নংগী শক্তমদা কৃষ্ণগী রূপ ওইনা উখিবদুবু ইমাগী মিৎনরা ইমা ভাব তাবা ঙমদ্রে। (নুংশিরবা বাঁশিগী মখোলসু তাখিবগুম তৌই)

নিমাইঃ ইমাদা ভগবান্না হায়জবা লাকপা ওইরমগনি।

শচীঃ ইমাগী নিমাই নংবু ইমানা পোকচবা নিমাইদু নত্রবরা কনাগুম্বা যাদুগর অমনা নিমাই শাদুনা লাকইবরা ইমা জ্ঞান তাবা ঙমদ্রে। হৌজিক ঐনা উখিবদুদি নংদি নত্রে। ঐন উখিবদু শ্রী কৃষ্ণগী ধোড়া

চুড়াদা ব্লাহোং মতুনা লৈতেংবা, থবাক্তা কৌস্তুভনা ঙানবা, খুত্তা বাঁশি পাইবা, ইবুঙোগী ঐশ্বর্য্য পুম্বনা পুমঙাল ঙাল্লম্মী। অদুবু ঐদি অপংবীনিনা স্তুতীসু তৌজহৌদ্রে অজ্ঞান্নীনা কমদৌনি ঐদি।

নিমাইঃ করিগী খুরুম্মুগদগে ইমানা। মাদি ঐঙোন্দ মাগী থবক তৌবিয়ু হায়নবা লাকপা ওইরমগনি। মাগী ভক্তশিংনা লৈফম লৈতদুনা ব্লাবা অদুদা মাগী ধর্ম্ম প্রচার তৌবিনবা ইমাদ হায়জবা লাকপা ওইরম্মগনি।

শচীঃ ইবুঙো ইমাগী নিমাই কৃষ্ণনা ঐঙোন্দা খুরুমম্মী অদুগা ঐনা ওকচবগী মহুত্তা তুদুনা লৈথোকউরে। ইমাদি হয়েংমুকী মপোক্তা করি ওইনা পোকনি।

নিমাইঃ ইমা নচা লৈরিবসিদি ইমাগী অরানবসু লৈতনা।

শচীঃ খংলে, খংলে, ইমাগী নিমাই নংনা অঙাং ওইরিঙৈদসু নখোংদা খোংজি ইথাং থাংদনা খোংজিগী মখোল রুনু ঝুনু হায়বা মখোল তাখিবনি নপাবুংগা ঐগা পুমঙক ঙক্লখিবনি। ইমানা নংবু থিংবা ঙম্মরোই নংনা পাম্মীবদু ইমাদা অমুক্তা শেংনা হায়য়ু ইমা পিরগে।

নিমাইঃ হৌজিক লোত্তুনা কান্নররোই খল্লদুনা কপ্না কপ্না হায়জরকই হে জননী হে ভাগ্যবতী ইমা নচা লোইনা হায়জরগে। ভগবান শ্রী কৃষ্ণগী য়াথং মতুংইন্না নচানা হরিনাম প্রচার তৌবা য়ানবা স্না ফিগে ফৈজোম অসিগী মহুত্তা ফি অচম্বা মচেৎ অমনা কৌপীন ওইনা শেৎপা, মণিগী পরেং অসিগী মহুত্তা তুলসিগী মালা শিরগা নচাগী শম অসি কোকথোকলগা খুত্তা ঝুলি পাইরগা বৃন্দাবনগী ব্রজ গোপ গোপিশিংগী লমন শিংবা অদুগা, রাসগুল চংদুনা রাস ধুলিনা ইকোক অসিদা হাপচবা অসিখক্তনি নচানা পামজবা করিসু ব্লাবা থবক নত্তে জননী।

শচীঃ *মথক্তা শোঙ্গে ঐনা ফন কন্না থিংলবসু কান্নররোই ঐগী ইচা অসি ভগবান কৃষ্ণগী অবতাররা করিনো খংদ্রে। মাগা ঙাংনবসু মাতনা ঙম্মী অদুনদি মানা পামলিবা সন্ন্যাস ধর্ম্ম চংকদবসি চত্তী চংলু অদুবু ঐনা লৈখিদ্রবা মতুংদা চংনবা হায়রগে। ঐনা হিংলিঙৈদা ইচা নিমাইনা ভিক্ষা চত্তুনা চাব অদু য়েংবা ঙম্মোই। খল্লগা হায়রকই* অদুদি ইমাগী ইবুঙো ইমা ব্লা অমা হায়গে মসিদি নং য়াওকো।

নিমাইঃ মমা শচীনা তুমিন্ন লৈখ্রগা খল্লিবা পুক্লিংগী ৱা পুন্নমক লোইনা খংলবা প্রভুনা খুম্মকই। তাকপিয়ু জননী অদুবু নচানা তৌজগে খল্লিবদি ইমা ইমানা হয়েং স্বর্গতী ওইরবা মতুংদা পুন্য ধাম্‌দা নুংঙাইনা লৈরুনবা ইমাগী অখাং কনবদু হিংলিঙেদা ৱাবা য়াব ৱাদুনা লোইখ্রবনি। হায়বসি দেব সভানা খংনবনি। ইমা !

শচীঃ ইমাগী নিমাই নংসে ঐনা পোকচবনিকো শচী ঐদি ওয়্নোক্লা লাইবক ফৈদকো। জগৎনা তাবা ফংদ্রবা পাপ কোকচগদবা বারী কয়া কয়াসু তাজবা ফংলি। ঐগুম্বী অমনা ইচানি খন্দুনা জগৎকী মপু ওইরিবা কৃষ্ণদা ৱারকচবি। অদুগা নংনসু ইমা জননী কা হায়দুনা কৌবিরি। ইমাদি জগৎকী মপুগী মমা ওইজবা ফংলি। ঙসিদ ইমানা মুন্না খংজরে। ইমানা হায়গে খল্লম্বদু ইমা হাযববোই। হায়দ্রিঙৈদা পাওখুম হান্না ফংখরে।

নিমাইঃ হে ইমা জননী নচাদা তাকপিগে খল্লম্বদু তাকপিয়ু ।

শচীঃ ইবুঙো নংদি ইমানা হায়গে খল্লকইবদু নংনা হান্না উরবগুম তৌরে। নংসে অন্তরযামি ওইরমান্নে নংঙোন্দা লোত্তুনা থম্মুবগী কান্নবসু লৈররোই। অদুনা ইমানা হায়ববুদি হায়রগে নংনা হায়য়ু হায়বগী। অদুবু কান্নবদি লৈগদৌ মান্দ্রে।

নিমাইঃ তাকপিয়ু তাশি ঐনা ঙমগদৌবা ওইরবদি ইমাগী ঐনা তৌগনিদনা করিগী অদুক চিংনরি।

শচীঃ ইমানা পামজবদি নংনা সৈন্যাস চৎপা অদু ইমানা থিংলরোই অদুবু য়ারবদি ইমাগী অন্তীম কর্ম্ম লোইরগা চৎলবদি ইমানা নংনা য়ুমথোং খুদিংদা চং চংদুনা ভিক্ষা নিরগা হিংনবা হোৎনবদু ইমানা য়েংবা ফংদরেদনা অদু খক্তা ইমাদা য়াবিয়ু ইমাগী নিমাই ঐগী অপাম্ব হায়জবনি।

নিমাইঃ এঃ অদুদি ইমা ইমাগী থম্মোই শোক্লি হায়ব তাকপগী ৱা ওইনা থোকঅগনি। ইমানা লৈখিদ্রবদি ইমাগী দেহদা লৈরিবা আত্মা অমসুং পরমাত্মা অনিদু তোঙান তোঙান চৎনখ্রগনি। অদুনা নচানা অসুক ৱানা তৌজরিবা পুন্নমক অরেম্বদা তারগনি। মদু পাংদবগী ৱা ওইনা দেবতাশিংনা লৌখ্রগনি।

শচীঃ খংলে খংলে ইমা খংলে। ইমানা নহাক্লমুক্কী মপোক্তা অফবা কর্ম্ম তৌজরকপগী ফলনা হন্দক্কী মপোক অসিদা নংবু ইচা ওইনা ফংজরবনি। জগৎকী মপুনা ইমা হায়না ব্যবহার তৌবিরিবসে ঐমুক লাইবক ফবী ঙসিগী সংসারসিদা কনাসু লৈরম্মরোই মসি খল্লগা শচী কৌবী ইমা শাবী ঐসে অসুম্মক পেঞ্জরগে। ইমানা নংবু বিদায় পিরবনি। ইচাগী অপাম্ব নিংবা থুংহুরো। হিক্র হিক্র কপখরে ইমা উপায় লৈতরে ইচাগী নিংবা ইমানা থিংঙরোই। নংনা সৈন্ন্যাস চংপদা নয়াম্বা বিশ্বরূপ অদু থেংনরকপরা খর য়েংলকউ। ইমাগী থম্মোই নুং ওন্নবা অভ্যাস তৌবা হৌরগে হিক্র হিক্র কপখরে।

নিমাইঃ হে জননী ইমানা অদুম্না কপ্পুনা লৈহৌরবদি নচানা করম্না চংকদগে। বৃন্দাবন্দা কংসনা অক্রুর থারক্তুনা ধনুর যাগ যজ্ঞ গী নামাদা বলরাম কৃষ্ণ অনিবু হাৎনবগীদমক্তা মথুরাদা পুখি। অদুদ যশোদারাণী মচা কৃষ্ণবু চংহন্নীংদবনা য়াম্না কপচরম্মী অদুবু নন্দ মহারাজনা যশোদা রাণী কৃষ্ণদি ঐখোইগী ইচা ওইনা পোকচবতনি অদুগা মাদি জগৎ সংসারগী থৌদাং পুন্নমক্তা চংকনি। মরমদি মাবু ঐখোইগী তম্পাক্তা ঙাক্তা থম্নবা ইচা নত্তে। মহাক জগৎকী মপুনি। হায়বা মতমদা যশোদা তুমিন্ন মমিত্তগী মপি তৈথোক্লগা খাংহৌই। কৃষ্ণবু পুখ্রিবদু কংসনা হাৎনবগীদমক্তনি হায়বা খংন খংন অদুম খাংহৌবনি অদু নচানা হন্দক চংকদৌরিবসিদি অদুগুম্বা শিফম, নাফমদা চংকদবসু নত্তে ইমাগা উনবা য়াদ্রে হায়বসু নত্তে করিগী অদুক থম্মোই শোক্লিবনো। মী ওইনা পোকপা খুদিংমক অব্বা নুংঙাই অনিমকতা খাংবা হৈতবা য়াদে। অনিমক থেংনদনবা মীওইবগী লম্বী অমতা লৈতে। লোইনা থেংনখিবা ঙাক্তনি। নচাদা হরাও হরাও বিদায় পিবিয়ু ইমাগী বিদায় ফংদ্রবদি নচানা তৌগদবা থবক খুদিংমক অমতা পাংথোকপা ঙম্মরোই।

শচীঃ ফরে ইবুঙো চৎলু চৎলুবা মফমদা নংগী মঙ্গল ওইয়ু ইমানা বিদায় হরাওনা ইশানা য়ানা পীরবনি। হায়রম্মগা শচী ফম্যুংদা চংদুনা পোখাখরে। অদুগা নিমাইনা কৃষ্ণগী রূপ ওইখিবদু মঙগুম্না মাংখরে।

## ১৬ শুবা
# বিষ্ণুপ্রিয়া বিলাপ

নিমাইঃ শচী মাতাদগী বিদায় ফংজরবদা শ্বর শাংনা হোল্লগা লাকএ মথন্ত শোঙ্গে হৌজিক ঐনা বিষ্ণুপ্রিয়াগী বিদায় লৌগদৌবা ৱাৎলি। মাঙোন্দদি হায়জবসু য়াদবা নিয়মগী মতুং ইন্না, লৌফমসু থোক্তবা বলাৎকারনা নমদুনা, মানা শাওরকপা নত্তবনিনা কমদৌনা মাঙোন্দগী বিদায় লৌশিগে, খল্লগা নিমাই প্রভু শয্যাদা চেপ্প চেপ্প তুমিন্না লৈরি। বিষ্ণুপ্রিয়াগী থৱাই হকচাং পুম্নমক ঐঙোন্দা কক্তুনা লৈখরে অদু ওইরবদি ঐগী থৱাই হকচাংসু প্রিয়াগী শরুক য়াওরি অসি ঐনা তৌনিংবা তৌবদা প্রিয়ানা য়েৎপা ঙম্বগী শক্তিসু লৈ। ঐনা করম্না মাঙোন্দগী বিদায় লৌগনি। মতাং অসিদা প্রিয়া চংলক্তুনা নিমাইগী খুয়াদা ফল্লরে।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ কাংহায় চামর অমা পায়রগা ফং ফং হুম্মরি অদুগা মবুঙোগী চরন অনিমক মতম্বাক্তা থাঙ্গৎলগা সেবা তৌররি। মবুঙোবু কিনা, কিনা য়েংজে। ইবুঙোগী গুন্না কনবনিনা। খোংদগী কোক ফাওবা তপ্প তপ্প য়েংজবদা ফজদবা মফম অমতা য়াওদে মিৎফম হোংবা ঙমদবা ঙাক্তা ওইরি। মায়থোঙ য়েংঙি পুর্ণিমা কোটী পুল্লপ্পা থোকঅবগুম ইংনা লেমনা ঙাল্লি। পাম্বোম য়েংই বিশ্বকর্ম্মনা সনানা পুমহৈ হৈদুনা শাবগুম ফজে। অদুবু অদুক ফজগ্রবা ইবুঙোদো মনিংতম্না য়েংজবগী শক্তিদি প্রিয়ানা ফংজদ্রি য়েংনিং য়েংনিংনা কয়া ৱানা খাংজরি। অদুগা প্রিয়া অমুকসু চাউথোকচৈ। অসুক ফজবা শক্তমদি জগত্তা অনিদি শুরম্মরোই। অসিগুম্মবা ইবুঙো অসি ঐগী ইপুরোইবা ওইনা ফংজরিবী বিষ্ণুপ্রিয়া ঐসে লাইবক ফৈদকো খল্লুবদা থম্মোই মকা লামজে। অদুগা অমুক নিংশিংলকলে। ঙাইইশিং শোকফমদা মমান্নবীশিংনা ঙাংনরব্বা, অমসুং মঙোন্দা তপ্প

হংলকখিবা ৱাফম হায় ! *প্রিয়া হায়বী নংগী নবুঙোদো সন্ন্যাস ওইদুনা চৎখিগদৌরে হায়না তারি অদুবু অশেংবরো ঐখোইদি নংগীদমক্তা হেক খনবদা ওন্থোক্লা নুংঙাইজদে। ৱাহৈ অদু প্রিয়াগী নাকোংদা হন্ন হন্ন অসুম তারকই। অদুদগী ইখঙ খঙহৌদনা প্রিয়াগী কোয়না লাওবা থম্বাল লৈনা মাল্লবা মিৎম্নাদগী তুমিন তুমিন তারকপা পীরাংনা প্রভুগী চরন থম্বালদা তপ্ তপ্ তারকলে।*

নিমাইঃ *তুম্বদি তুমদনা তুম্বা শাশিন্নরম্বা প্রভুদো প্রিয়াগী মিৎলু পীরাংনা তপ তপ তারক্তুনা হৌদোরকলি। তুম্নমদবা প্রভুনিনা উইশিল্লম্বা নয়নদো পাংথোরককলে।* তপ্না হায়রকই করি তৌরে প্রিয়ে । কনাবুসু কিরুনু। করিগী অদুম্না নবুকনিং নুংশিরিবনো। নংগী থিংব ঙমদ্রব পীদুনা ঐবু হৌদোরকলিবসে ননিং থুংদবা করি লৈরে, নংগী হায়নিংবা থুপকনু করিমত চিংনগনু ঐসে নংগীনি প্রিয়ে।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ *হিক হিক তৌনা কপ্ন কপ্ন কিনা কিনা মখুৎ জুর তৌরগা* হায়জরকই প্রাননাথ ননাইদি ইবুঙোগী চরন্দা হঙ্গৎপগী ইতিকসু লৈজদে। হঙ্গৎচনিং খাংজবদি কুইরবনি।

নিমাইঃ হে প্রিয়া ! নংবু ঐনা য়াম্না হঙ্গনা থম্বগুম করিগী অদুক ৱারৌনা কপলিবনো নংনা হেক হায়নিংবা, হংনিংবা অমতা চিংখদনা হংঙু। নংদি ঐগী থৱাইনি, সেঃ সেঃ চিংনদনা হায়রো। ঐসে নংগীনী।

বিষ্ণুপ্রিযাঃ *প্রভুগী চানবিবা অথুম্বা ৱাঙাং তাজরগা হরাওসু হরাওজৈ। অদুগা অকিবা অমসু অদুম য়াওরি মরমদি প্রভুদি ফজবা ৱাহৈনা মাগী অপাম্বা অদুম লৌবা ঙম্বা অমা লৈবনিনা তপ্না হায়রকই* ননাইনা তাজববুদি ফনা কুইরবনি। প্রাননাথবু সন্ন্যাসী ওইদুনা য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিগদৌরে হায়নরিবসিবু অচুম্বরনে স্বামী !

নিমাইঃ মোমোন নোক্তুনা খুম্মকই হেরা ! অদুগীদমকপু নংনা নমিত্তগী পী অরেম্বদা তাহল্লিবা অঙাওবীসিদি। নংগী পী অদুনা হেন্না মমল য়ামখ্রে। *হায়রগা হৌগৎলক্তুনা প্রভুগী ফজখ্রবা খুৎশা লৈহাও অপোম্বা মাল্লবা খুদোম্বী অনিদুনা নিংথিজরবী প্রিয়াগী খজাইদা ইরং লংনা তারকইবা পী অদু তপ্না তপ্না তৈথোকপিখরে।* অদুগা

ইংনা হায়রকই। ঐনা নংবু থাদোক্তুনা কদায়দসু চৎলোইনে প্রানপ্রিয়ে নংদি নৌজরিবীনি। অদুগী মথক্তা নংগী করি নরাল লৈদুনা নংবু হুন্দোক্লগা চৎকদোইনো কপ্লগনু সেঃ সেঃ তোকলো।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ *প্রভুগী চিংলেম্লবা মায়থোংনা মোমোন নোকপা অদু উরগা প্রিয়া হায়ফম খংদনা হরাওজে অদুগা নুংশিবগী থরক হুনগৎলি। অদুগা ফজরবা খুৎশা অদুনা প্রিয়াগী খজাইদা পী তৈথোকপিখিবা মতাং অদুদা প্রিয়ানা প্রভুগী খুৎ অদু ফাজিল্লগা চেৎনা পাইশিন্দুনা থমজনিংই। অদুবু ইকাইবগী পলনা কন্না থিংখিবনা ফাজিনবা নংহৌদে। প্রভুগী গুন্না হেনমনখিবনা করিমতা হায়বসু ঙমখিদে তপ্পা থাংথখিবা খুৎ অদুনা অদুম থাদখ্রে। প্রভুগী খুৎ অদু পাইজবদা পাপ পুন্নমক কোকচগদবোই নিংজৈ।*

নিমাইঃ সেঃ সেঃ কপ্লগনু তোকলো নংগী নুংশিরবী মায়থোংদা অৱাবগী পীরাংনা তারকপদু ঐনা য়েংবদা নুংঙাইতে ঐ করিসু চৎলরোই ঐসে নং নথন্তগীনি। কনাগীসু ওইহল্লোই।

প্রিয়াঃ *প্রভুগী ৱাঙাং ফজবা তারগা নুংশিজবদি সুম হেনগৎলি অদুগা অকিবা অমসু সুম হেল্লকলি।* ননাইনা তাজরিবসি চুল্লবদি ননাইনুবিদা শেংনা হায়দোকপিরো। নাগরীশিংনা প্রিয়া নংনা চিংনরিবদো কোক্লবা নংগী স্বামীদা হেক হংউ মাদি নোংমতা ওইদবা ঙাংদ্রিবা মীনি। সত্যবাদীনি। অচুম্বদো শোইদনা হায়বিরকনি। হায়বা কুইরবনি।

নিমাইঃ (ঙাইহাক তুমিন্না লৈ হায়দব য়ারোইদৌরি করন্না হৌদোক্লসিগে মানা মশানা হংলিঙৈসিদা হায়দোকহৌবনদি তান চারবনি) প্রিয়ে নংগুম্বা নুপী ওইবগী গুণ পুন্নমক্লা শুনা তিল্লবী অদুগা অসতীসু নত্তবী সতী ধর্ম্মদা নংঙোন্দগী হেনবসু লৈত্রবী অমনা করিগী থম্মোই অদুক শোল্লিবনো। নংগী পিতাসু সত্যবাদিনি সনাতন মিশ্র হায়না জগৎনা খংনরিবনি। অদুগা নংনা করিসু লৈতবা ৱা অমগীদমক মিৎলুদা পী তাহল্লিবনো ?

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ প্রাণনাথ ! প্রাণনাথনা ননাইবু য়াম্না নুংশি নুংশিনা থাঙ্গৎপিবদু

তাজরগা ননাইদি অসুম অসুম হেন্না কিবা হেনগৎলক্রে। থাঙ্গৎপিরিবা অদুগী মথংদা করি যাথং তাকপিরক্কদগে খনবদা ননাইদি মুৎলমদাই থাওমৈগুম থক্ থক্ নিকপা হৌরকলে। অশেংবদুসু তাজনিংলি। অদুগা তাজরগা খাংব ঙমগদরা হায়বগীসু কিজরি।

নিমাইঃ হে প্রাণ প্রিয়ে নং অদুক য়াম্না থম্মোই পিক্লগানু নংসু অবতারীনি। ঐ অসে কলিগী মাংশিল্লকইবশিংসে সুম সুম খল্লুরগা থম্মোই অসি কায়গদৌরে। অধর্ম্মনা অশেংবা ধর্ম্মবু নমহল্লুনা অচুম্বা অফবা শারকইবসে ঐনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম চৎলগা হরিনাম শন্দোক্লগা কনবা ঙমগনি খল্লি। অদুনা ঐনা নংঙোন্দা ভিক্ষা অমা নিগে। মদু নংনা হাপ্পীদবা য়াদে। মসি ইবাম্নিমক্কী দায়িত্তনি।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ তুমিন শোঙ্কে মীনা ঙাংনরম্বসি চুম্ব তারে অদুনদি ঐসু চৎপদা পুবিনবা হায়দুনা য়েংগে খল্লগা হায়রকই অদুদি প্রান্ননাথ য়াম্ন ফবা থবক্কী দেশ ভক্তী লৈবা উৎপগী ৱানি ঐগীসু দায়িত্ত লৈ হায়বদু ননাইসু য়াজে ঐসু ভারতবাসি অমনি। অদুগীদমকপু ননাইন্নুপীদা করিগী ভিক্ষা নিবিগদগে ভিক্ষাদি ননাই ঐনা নিজগদবনি। ননাইদা ওইনা ভিক্ষা হাপ্পীয়ু।

নিমাইঃ ব্রিক্ষুপ্রিয়ানা নিরক্কদৌরিবাভিক্ষা মওং অদু প্রভুনা খংলদুনা হায়রকই হেক্তা হায়য়ু প্রিয়া ঐনা পিথোকপা ঙম্বা পোৎ ওইরবদি অওইস্য ! সত্য শোইদনা পিগনি। ভিক্ষাগী ৱা তাবদা ঐদি ৱারী অমা নিংশিংলকলে, ৱারী অসি হান্না তাখিগেরা ?

বিষ্ণুপ্রিযাঃ প্রাননাথকী ৱারী অদু হান্না তাজখিগে। ৱারী তারগা খর তপ্না হায়রগে খল্লি প্রিয়া ?

নিমাইঃ নোংমা দ্বারকাদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী রাজধাণী কোনুংদা নারদ কৌবা মুণিদেব অমা লেংঙকই মহাক য়াম্না মতীক মগুণ লৈবা মহাঋষিনি ব্রহ্মামক্কী মচানি। মহাক ভিক্ষা নিবা লাকলি।

নারদঃ নারায়ন ! নারায়ন ! প্রভু ননাই ঐ খুরুমজরি শ্রীকৃষ্ণদা খুরুম্মী।

শ্রী কৃষ্ণঃ মহাঋষি লেংশিনবিয়ু হায়দুনা আসন পুথোকই করি তাকপিগদবা ?

নারদঃ নরায়ন্ন ! নরায়ন্ন ! প্রভুবু মতম খরদং মাতা সৈত্যভামাদগী ভিক্ষা ওইনা নিজগে লাকচরিবা মাতানা য়াবিরবদি ।

সত্যভামাঃ করি ৱানো মহাঋষি সখি লিশিং কয়াগা মুন্নবদা ঐনা ঙমদুনা পুজরকপদ ঙাইজরি প্রভুদি ভিক্ষাদা হাপচবা ঙমজরোই। প্রভু নত্তবা পোৎ অমা নিবিয়ু ঐনা শোইদনা হাপচগনি ।

নারদঃ মোমোন নোক্লগা নরায়ন্ন ! নরায়ন্ন ! অদুদি মাতা প্রভু কৃষ্ণগা লুম্বা মান্নবা সনা ওইনা পিবিয়ু সনাদু ওইনা পুজখিগে। য়াগদরা !

সত্যভামাঃ অদু ওইরবদি য়াই প্রভুগা লুম্বা মান্নবা সনা ওইনা পুবিখো (কৃষ্ণনা সৈত্যভামাগী নাপল থুদেকলগে খল্লে)

নারদঃ অদুদি প্রভু উঙ্গন য়েংনবা (তরাজু) সেরফালাদা অমুক্তা লেংখৎপিগদরা ? খুরুমজে।

কৃষ্ণঃ মোমোন মোমোন নোক্তুনা তরাজুগী নাম্মদা লেংশিনখরে।

সত্যভামাঃ হুরাওজে কৃষ্ণ মুন্দুনা লৌহৌরনি খঙে ইমুংদগী সনা খাংঙেন খাংঙেন পুথোরক্তুনা হাপকৎপা হৌরে। কৃষ্ণগী ফালাদি মচি লেংখিদরে।

নারদঃ মাতা সনা খর ৱাৎলি পুথোকপিরকখো নারায়ন ! নারায়ন !

সত্যভামাঃ *সনা খাঙেন লিশিং লিশিং পুথোক্তুনা হাপকৎলে তৌইগুম্বসুং শ্রীকৃষ্ণগী ফালা মচি লেংবা ঙমদরে। শ্রীকৃষ্ণ মোমোন মোমোন অদুম লৈ।*

নারদঃ নারায়ন ! নারায়ন !

সত্যভামাঃ *অমুক্তসু সনা হোন্দোরক্তুনা কন্না হাপলি সনা হাপফম জগা লৈরক্তরে তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণগী ফালা মচি লেংখিদরে।*

নারদঃ মাতা প্রভুগা মান্ননা লুম্বা সনা লৈত্রবনিনা প্রভুসে মতম খরদং ভিক্ষা ওইনা পিবিবা তারে। নারায়ন ! নারায়ন !

সৈত্যভামাঃ প্রভুদা য়েংদুনা কপ্পুনা লৈখরে। সৈত্যভামা খল্লকলে ঐগী ৱাঙাংদা অশোইবা অমা য়াওরম্ব তারে অদুনা প্রভুনা লুম্মগে হায়ব অমা

য়াওখ্রমান্নে ফম য়াম্না হাপ্পুনসু কান্নররোই খংজরে। ইকাইনুংশি য়ান্নদুনা তুমিন্না ইমুংদা চংখরে, কপ্পুনা লৈখ্রে। মদু উবদা রুকমনী খোরক্তুনা নারদদা খুরুম্মরে।

নারদঃ করি তাকপিগদবা মাতা রুক্মনী।

রুকমনীঃ হে মহাঋষি অমুক্তা ঙাইবিখো ননাই ঐগীদি সনা য়াম্না লৈজদে অদুবু খুরুমজরগা অমুক্তা য়েংজগে কৃপা তৌবিয়ু।

নারদঃ নারায়ন ! নারায়ন !য়েংবিয়ু মাতা !

রুকমনীঃ মনাদগী সনা নাইন অনি খক্তং হাপচরগা তুলশিমনা অমতংগা হাপচরগা খুরুমজরকলে। রুকমনীগী ভক্তী অদু উবদা কৃষ্ণগী ফালা ফৎ হায়গৎখিদুনা মাগী নাইন অদুগা তুলশিমনা অমা অদুগনা ভগবান কৃষ্ণগী অরুম্বদগী হেন্না লুমখ্রে।

নারদঃ নারায়ন ! নারায়ন ! মাতানা জয় ওইরে ননাই ঐদি সনাসু পামজদে প্রভুনা চানবিবা তুলশি মনা অসি হেক্তা লৌজরগে হায়দুনা তুলশি মনা অদু পুরগা নারদ ঋষি লেংখরে। রুকমনীগী ভক্তিগী শক্তীনা মবুঙো কৃষ্ণবু নারদদগী মুঞ্জহৌরে।

নিমাইঃ ৱারী কমদৌই প্রিয়া !

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ স্বামী; স্বামীগী ৱারী অসিদি পোকপদগী তাজদ্রি ওহ্নোক্না ফজখ্রে। মাগী অপাম্বা হায়রগে খল্লকই !

নিমাইঃ ফজবরা প্রিয়া নংসে য়াম্না মপোক ফবীনি। নহানমুক্কী মপোক্তা ভগবান শ্রী কৃষ্ণগী সেবা ফংজরকপীনি।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ (হরাওজৈ) স্বামী ননাই ঐবু হৌখিবা মপোক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংজবী ওইনা পোকখিবরা কনা ওইনা পোকখিবগে।

নিমাইঃ খিক্তং চঞ্চল ওইজবী সত্যভামা অদু নংগী নহামুক্কী মপোকনি সত্যভামাগী ৱারী ফজ ফজবা য়াম্না লৈরি।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ *সত্যভামা ওইনা পোকখি হায়বা তাবদুদা খর খজিক হঙ্গৈাইজখি মানা হৌজিক্তা হায়জগে খল্লম্বদু সত্যভামাগী নাপল য়াওবা ৱারীদু*

*তারুবদগী হায়ররোইশিরা খল্লে তুমিন্না লৈখ্রে।*

নিমাইঃ কৈদৌরে নংগী হায়জনিংবা ননিং তৌনা হায়রো প্রিয়া !

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ ননাই নুপীনা নিজনিংবা ভিক্ষাদি অসিনি ননাই নুপীদি ইবুঙোগী পুন্সিগী লোইনবী ওইনা লৈজরবীনিনা ঐঙোন্দগী বিদায় ইবুঙোনা করিগী লৌবিগদগে য়ুমদগী বিদায় লৌবিবদা ননাইগীসু য়াওনা লৌবিদুনা ইবুঙোনা লেংবা মফম মফম খুদিংদা ননাইসু নমিগুন্না থাদোকপিগনু অসিনি ঐনা পামজবা ভিক্ষাদি।

নিমাইঃ কয়াদ নুংশিখ্রবা ঝানো মদুমক সতী ওইবী অমগী হায়ফম থোক্লবা ঝানি। অদুবু সন্ন্যাস ধর্ম্ম চৎপা হায়বসিদি নুপী য়াওবদি হায়রুনু য়ুমগী কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমত্তগা চৎমিন্নবা য়াদ্রে। ইমাগসু য়াদ্রে য়ুমদ চংদুনা লৈরবসু য়াদ্রে। সন্ন্যাসীগী নিয়মদী থুঙু থুঙুবা মফম মফম অদুদা লৈরম লৈরম্বা উখোঙ্ ঝাখোঙদা তুমগদৌরিবনি। য়ুমথোং তরেৎ খক ভিক্ষা চৎলুরগা ইখুৎনা থোংজরগা চাগদবনি। ইখুৎনা কোল লিক ফেংজগদবনি কনাগুম্ব কনাগুম্বী অমগী মতেং লৌবা য়াদ্রে। হরিদা কত্তবা পোৎ অমতা চাবা থকপা য়াদে। মরম অসি লৈবনা নুপী য়াওবা য়াদে। প্রিয়া !

ব্রিষ্ণুপ্রিয়াঃ অদুদি প্রান্ননাথকী ফজখ্রবা খুৎ অসিনা অমোৎ অকায়গী থবক মৈ হৌদুনা লুক হৌবা অমুবা কোললিক ফেংবা চাম্বা পুন্নমক লোইনা তৌবিরবদি ঐখোইদি করম্না খাংগনি। মমাংঙৈ শ্রীরামচন্দ্রনা বনবাস ওইবা মতমদা মহারানী সিতাবুসু লোইনদুনা পুবিখি। অদুগুন্না ননাই প্রিয়াবুসু য়ারবদি পুবিয়ু প্রান্ননাথ অসিদংদি চরন্না কৃপা তৌবিয়ু। (হিক হিক কপলকলে)

নিমাইঃ প্রিয়া শ্রীরামচন্দ্রনা চহি ১৪ বনবাস ওইখিবদুদি সন্ন্যাস ওইদুনা চৎখিবা নত্তে। শ্রীরামদি মপা দশরথকী ঝাশক ঙাক্লবগী চুন্না চৎখিবনি। অদুবু বন্দা নুপী পুরগা চৎপা হৌনদে হায়বা খংহৌনবা। বনদগী রাবন্না সীতা হুখিদুনা সীতা ফংনবগীদমক্তা লাঞ্জাও অমা থোকখিবদুনি। সীতা হুরুবগীদমক্তো লঙ্কা তুম্না মৈ চাকখিবদুনি অদুগী মথক্তা রাবনগী শাগৈ নাতৈ পুন্নমক তুম্না শিখিবগী থাবী

নংনা তারম্মগনি। অদুগা সীতা রাবনগী লৈবাক্তগী উদ্ধার তৌরগা পুরক্লবা মতুংদা প্রজা মীয়ামগী খোল্লাওদগী সীতাবু মহারাণী ওইহনবা পামদে হায়নরকপদগী শ্রীরাম্মা ইকাই খাংদগী মহাসতী সীতাবু বাল্মীকি বন্দা হন্দোক্তুনা তৌখিবগী ৱারী নংনসু তারমগনি।

ব্রিষ্ণুপ্রিয়াঃ কপন কপ্ন হায়জরকই করি ৱানো প্রান্ননাথ অবলা ওইবী ননাই নুপী ঐবু কনাগী সেবা তৌদুনা লৈহৌগদগে নুপি ওইবী ঐখোইগী পুক্সিদি মপুরোইবা অদুগী চরন সেবা ফংজরগা স্বর্গ ফংবগা চপ মান্ননা নুংঙাইজরিবনি। ননাইনা কনা য়েংদুনা লৈহৌগনি।

নিমাইঃ . হে প্রিয়ে নুংশিদকো নংগী ৱা অসি তাবদা থম্মোই শেংনা নুংশি অদুবু য়াদবা মতাংননি। অদুগা ঐ অসিদি নংগী থম্মোই মন মন্দীরদা অদুম লেংদনা লৈরিবনি। অদুগা ঐগী থম্মোই মন মন্দিরদসু নংগী মুর্ত্তী পুদুনা চৎলিবনি। ঐনা কনাগুম্বী স্ত্রী অমগা ৱারী শানরুগদবা নত্তে। নং খক্তনি ঐগা ঙাংন শক্লরিবা নুপীগী জাত্তা ঐগী নাক্তা নংগী হকচাং লৈতে নংগী ননাক্তা ঐগী হকচাং লৈতে অসিখক্তনি ৱাৎলিবা নংগুম্বী থৌনা লৈবী সতী ধর্ম্ম কায়জদবী অমনা করিগী অদুম্মা কপলিবনো নহাক সত্যভামাগী অবতারনি। অচম্বী নত্তে।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ হে !প্রান্ননাথ অসুক নৌজরিবী ঐনা ইপুরোইবনা হন্দোক্লগা চৎলগে হায়রফাওবা করমনা কপ্তবা ঙমগদগে প্রান্ননাথ !

নিমাইঃ হে প্রিয়ে য়েংঙোই সংসার অসিদা পোকইবা ঐখোইসে মপু মাগী থৌদা অমমম পুনরগা লাকপা ঙাক্তনি মাগী মাগী ফংফম থোকপা কর্ম্মগী ফল খুদিংমক ফংদবা ঙমদে। অফবসু ফত্তবসু নমদুনা পিজে। মদু কিদুনা চেল্লগা নাহোকপা ঙম্ব নত্তে। মাগী কর্ম্মগী ফল অদুসু অদুম লোইননা লাকমিন্নে। শম্মা হায়রবদা কনা কনাগুম্বনা কর্ম্মগী ফলনা মাগী মমাংমক্তদা মপুরোইববু হাৎপিবা য়াওরি। মমা হাৎপিবা য়াওরি। অদুবু মীওইবা খাংদবা য়াদবনিনা অদুম খাংখি। মমিৎ অনিমক য়াওদ্রবা মীসু অদুম হিংলি। নংনা ঐনা ৱারিবা অসিদি করিসু নত্তে। ফংলিবা ফল পুম্নমক থম্মোই

চাউনা ভগবানগী কৃপানি হায়দুনা অৱাবদু লোইথোক্নবা হোৎনগদবনি।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ প্রাণনাথ ননাইদি করি হায়জগনি, হংদবনা হেন্না ফরম্মী। ননাই নুপীগী স্বামীদা লৈজরিবা প্রেমসিদি কনাদসু পিজনিংদে। থৱাইসু হকচাংসু নংগীনি অদুগা স্বামীনা লেংখিবদা থৱাই য়াওদ্রবা, হকচাংসু লৈত্রবা ঐনা করম্না হিংহৌগনি।

নিমাইঃ চুম্মী নংগী থৱাইসু হকচাংসু ঐগী ওইরবনি। অদুগা ঐগী থৱাই হকচাংসু নংগীনি মরম অদুনা নংগা কায়নদে সুপ্নগী সমাজনা য়েংবদা ঐনা চৎখিবদা প্রিয়া য়াওখিদে হায়বা খক্তনি। নংগী থৱাই ঐনা মন মন্দিরদা পুদুনা চৎলি অদুগা ঐগী থৱাই হকচাংবু নংগী মন মন্দীরদা অদুম লৈহৌরি। হায়বসি নংগা ঐগতনা খংলগা লোইরে।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ খুমফম খংদ্রে চৎখিগদৌরি হায়বসু খংলে। মথন্তা হুন্দোকপিরমগদৌরে হায়বসু ঙমহন্দরে কপ্প কপ্প হায়রকই হা কৃষ্ণ ননাইবু প্রান্ননাথকী মফমদা করি পাওখুম পিশিগে। ননাইদা জ্ঞান শক্তি অমুক্তা পিবিয়ু। ননাই ঐগী থৱাই হকচাং লোইনমক ফাজিনবিরগা তুংইনজগে হায়বসু য়াবিদবা ননাইবু করম তৌজৌ হায়বগে। *মতাং অসিদা নিমাইনা মনাইনুপী প্রিয়াবু চানবিরদুনা কৃষ্ণ দর্শন পিবিরকলে। নিলবর্ন ওইরকলে সনা ফিগে থোল্লকলে কোক্তা রাহোং মতুগী খোরা চুড়া য়াওনা থবাক্তা কৌস্তভ মনিনা ঙাল্লরে খুত্তা বাশি পাইরকলে। বাশিগী নুংশিরবা মখোল তারকলে। প্রিয়া মদু উজবদা মখুৎ অনিমক জুর তৌরদুনা হিক্রা হিক্রা কপ্পকলে।*

*বিষ্ণুপ্রিয়া কৃষ্ণবু খুরুমজরকলি হিক্রা হিক্রা কপলদুনা*

হায়নৈ নংদি থৌজালগী সাগরনি,
লাহোকপিয়ু ননাইসু ঈপাকসি
নংগীনি থৱাই য়াওদ্রবা হকচাংসে
লোইনবিয়ু পরমাত্ম নংহাক্লা
হায়নৈ নংদি থৌজালগী সাগরনি

পীনবিয়ু শক্তি সতীগী থৌনা
ওইবিয়ু ননাইগী থবাইগী থবাই
লেংদনা লৈবিয়ু মন মন্দিরদা
ওইবিয়ু প্রেমগী মপুসু নহাক্না
হায়নৈ নংদি থৌজালগী সাগরনি

লমজিংবিয়ু ননাইবু হে ভগবান !
মপান নাইদ্রবা ঈপাক্তা সংসারগী
কৎচরবনি থবাই হকচাং অনিমক
কাওহনবিগনু অরোইবা মতমদা
হায়নৈ নংদি থৌজালগী সাগরনি।

নিমাইঃ কৃষ্ণগী রূপতা শ্লোগ ১ থিরকই — গীতা দ্বিতীয়োহধ্যায়
প্রজাহাতী যদা কামান্ সর্ব্বান পার্থ মনোগতান্
আত্মন্যেবাত্মনা তুষ্টঃ স্থিত প্রজ্ঞ স্তদোচ্যতে। । ৫৫
তাও প্রিয়া কৃষ্ণনা হায়রিবসেঃ— হে পার্থ পুক্লিংদা লাকপা অপাম্ব পুম্নমক থাদোক্তুনা আত্মাদা আত্মামানা পেঞ্জরবা মীবু স্থীত প্রজ্ঞ কৌই।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ তাকপিয়ু প্রভু ননাই তাজরি।

নিমাইঃ কৃষ্ণগী রূপতা । দুঃ খেম্বনুদ্বিগ্নমনাঃ সুখেষু বিগতস্পৃহঃ
বীতরাগ ভয়ক্রোধ স্থিত ধীর্মু শিরুচ্যতে। । ৫৬
গীতা দ্বিতিয়

হে প্রিয়া অৱাবা তাববদা থুক্কৎতবা, নুংঙাইবদসু থোইনা হৱাওদবা, অপাম্বা, অকিবা, অশাউবা লৈত্রবা মুণিবু স্থীতধী কৌনৈ। অদুনা যেংঙোই প্রিয়ে অৱাব খাংবদসু, নুংঙাইবা ফংবদসু শকফম

হোংলোইদবনি। সমুদ্রগুম্বা খাইদোকপদসু ময়েং তারোইদবনি হাপ্পীব মখৈসু হেঙ্গৎলোইদবনি।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ হে স্বামী ননাই ঐ ঙাওগদৌরে প্রান্ননাথ নংবু ইপুরোইবা ওইনা ফংজবগী হায়নিংঙাই লৈতনা থম্মোইদ চাউথোকচবা য়াই। অদুবু মপুরোইববু শিখিবসু নত্তনা হিংনা হিংনা সেবা ফংহনবিরোই হায়রগা করম্বা সতী ধর্ম্ম ঙাকচবী স্ত্রী অমবু মায়থোংদা অৱাবগী মমি তাহন্দবা ঙম্বা য়াওবগে ?

নিমাইঃ মদু সতী অমগী খনফম থোকপা ৱাখল্লি। অদুবু খাংদবা য়াদবা মতাং লাক্লবদি অসুম্না খাংগদবনি প্রিয়ে গীতা দ্বিতীয়োহধ্যায়

বিষয়া বিনিবর্ত্তন্তে নিরাহারস্য দেহিনঃ

রসবর্জ্জং রসোহপ্যস্য পরং দৃষ্ট্বানিবর্ত্ততে।। ৫৯

ইন্দ্রিয়শিংনা বিষয় ভোগ তৌদ্রবা মীগী বিষয় মাঙখি বিষয়গী বাসনাদি কাওবা ঙমদে। অদুবু পরব্রহ্মা দর্শন ফংজরগা বাসনাদু মাংজখি। অদুনা প্রিয়া নং ঐগা কায়নবগী মতম খর ৱারবসু পরমাত্ম পরব্রহ্মদা নিংজরগা অদুম কাওবা ঙম্মক্তনি। ঐদি নংগী মন মন্দিরদা অদুম লৈরিবনি। অদুনা প্রিয়া ঐনা চৎলু চৎলুবা মফম মফমদা মঙ্গল ওইনবা নংগী বিদায় পিবিয়ু। নংগী বিদায় য়াওদ্রবদি ঐনা চৎপা ঙমদে। মরমদি ঐসে নংগীনি।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ *স্বর শাংনা শাংনা হোল্লরকলি। অদুগা ৱা অমতা ঙাংদনা লৈখ্রে। অসুম্না খল্লকই ঐগী ইপুরোইবসিদি কৃষ্ণ ওইনা উহনবা ঙম্বনি। অদুনদি ভগবানগী অবতার ওইবা তারে হৌজিকসু কৃষ্ণ ওইনা লৈরি। কৃষ্ণগা ঐগুম্বী অমগা তর্ক তৌনবা ঐনা ঙম্বা হৌনদে। অদুনদি ঐ থম্মোই চাউনা, শেংনা বিদায় পিখ্রগে পিদবসু ঙম্মরোই। মাগী মুর্ত্তি থম্মোইদ য়াওরিবা পরমাত্ম অসিদা অসুম লাৎচরগা হিংনবা খঞ্জরগে। খল্লগা হায়রকই*। স্বামী ননাইগী থম্মোইদগী বিদায় পিজরগে। লৌবিরো বিদায় ঐগী প্রান্ননাথনা চংউ চংউ মফম মফমদা মঙ্গল ওইবিয়ু। অদুগা ননাই ঐবুসু প্রান্ননাথ য়াওদ্রবসু কপ্পিংদনবা থম্মোই অমা ওইহনবিয়ু ইবুঙোদি কৃষ্ণগী

অবতার ওইবম্মে ইবুঙোগী রূপ উজবদা দ্বাপরদা ঐনা সত্যভামা ওইনা ইবুঙোগী সেবা ফংজখিবদু খব খর নিংশিংজবা ঙমজরে।

নিমাইঃ কৃষ্ণগী রূপ লৌথোকখরে অদুগা হায়রকই হে প্রিয়া নংগী বিদায়না খ্বাই পুন্নমক্তগী পুমহেন হেল্লি। মমল য়াম্লবা পোৎ অমা ফংজরে। নংনা ইলায় লায়না ফংগদবা নুংঙাইবা অমা মথন্তা লাকচরি শ্লোক অসি তাও মসি ভগবানগী বাক্যনি। ষষ্ঠোহধ্যায়।

প্রশান্ত মনসং হ্যেনং যোগিনং সুখমুত্তমম্

উপৈতি শান্তরজসং ব্রহ্মভুতম কল্মষম্ ২৭

যুঞ্জন্নেবং সদা ত্মানং, যোগী বিগত কল্মষঃ

সুখেন ব্রহ্ম সংস্পর্শ মত্যন্তং সুখমশ্নুতে ২৮

অসুম্না ভগবান্না তাকপিরি।

অসুম্না পুক্লিং ইংলবা রজ গুণগী লাঙ্বা লৈত্রবা পাপ লৈত্রবা ব্রহ্মগী। বানি তাও !

ব্রহ্মগী মশক ওইরবা যোগীদা খ্বাইদগী হেনবা নুংঙাইবনা মথন্তা চংজরকই। ২৭

মতৌ অসুম্না পুক্লিংবু অভ্যাস তৌদুনা লাকশিল্লবা পাপ লৈত্রবা যোগীনা ব্রহ্মগা তিন্নবগী খমথেংনা নুংঙাইববু ৱাদনা ফংই। ২৮

হে প্রিয়ে কলিগী মাঙশিল্লকইবা জীবশিংবু কন্নবা হোৎনবদা নংগী নতেং য়াওদ্রবদি ঐ খক্তনা ঙমদে। মসি নংগীসু হয়েংমুকী মপোক্তা অবামল চাউনা ফংগদবনি করিমতা লেম্না মাংগদবা লৈতে।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ ননাই খংজরে হায়রগা জ্ঞান মাঙদুনা তুখরে। নিমাইনা কৃষ্ণগী রূপ ওইখিবদু কাওখরে।

## ১৭ শুবা

# নিমাইনা উমংশিংদগী বিদায় লৌবা

অকাশবানিঃ ধন্য ধন্য নিমাই প্রভুনা জয় ওইরে। লৈ চায়থরকলি।

আকাশবানি দেবসভা ঃ নিমাই প্রভু য়াম্না নুংঙাইজরে প্রভুগী চক্রিন্দা শচীগা বিষ্ণুপ্রিয়াগদগী বিদায়দি লৌবিরে অদুবু সন্ন্যাস ওইনদি থোরকত্রি।

নিমাইঃ দেবসভা অবাবা, পাক্লবা সমুদ্র শুম্বা ঈপাক অনিমক লাম্থোকপা ঙমলে হায়বা য়ারে অদুবু ঐ্সি কৃষ্ণগী অবতারনি হায়বদু অদুম নিংশিংহন্দুনা লৈহনবদি য়াদ্রি। মরমদি ঐগা লোইনবদা ইমানা মচা ওইবগী ৱাঙাং থাদোকখ্রগনি। অদুগা বিষ্ণুপ্রিয়ানা মপুরোইবা অমদা ঙাংগদৌবা ঙাংজবা ঙমলরোই। অদুনা খরদি কাওহন্দবা য়াদ্রি।

দেবসভাঃ অচুম্বনি প্রভু হৌজিক কনা কনাগী বিদায় ৱাংলি।

নিমাইঃ হৌজিক ঐনা পোত্থারম্বা অমসুং মহেচারম্বা উহেৱাহেগী পাম্বীশিংগী বিদায় লৌজরকখিগে অদুগা ঐগী শিষ্য ময়াম গী বিদায় অমসুং গ্রাম অসিগী অহল লম্মনগী অমসুং মরুপ মপাংগী লৌরগা লোইরে। ঐগী ইথৌ পাংথোকপা হৌজরগে।

দেবসভাঃ ধন্য ! ধন্য ! প্রভু ননাই ঐখোই প্রভুগী ফজ ফজরবা বাক্যশিং তাজবদা পেনজরে। প্রভুনা কল্প বৃক্ষশিংদা বিদায় লৌবিগনি হায়বদু লৌবিরো। ননাই ঐখোইসু প্রভুগী ফজবা ব্যবহারদু তাজগে।

নিমাইঃ হে কল্প বৃক্ষ হৈপোল লৈপালশা !

খুরুমজরি হন্না হন্না নখোইবু ঐনা

পোত্থাজরম্বা নখোইগী নখাদা

ঙমলম্‌দরে ঐদি করিসু পিবম্বা

কখোকপতনা নশরুকনি নখোইদি
হে কল্প বৃক্ষ হৈপোল লৈপালশাঃ

নেম্পক নেম্পক হৌরিবা তুলসীশাঃ
মালিকা, মালোতী, মধুমতী
লৈহৌরোকো নখোই ময়াম
থাদোক্লম্বা তারে ঐদি নখোইবু
কবোকলৈ, থাবল্লে শিঙ্গাবে
হে কল্প বৃক্ষ হৈপোল লৈপালশাঃ

মনা পুংজরিবা হৈনৌ নংনা
তোংলনি কোকিলনা নংগী উশাদা
খোংলনি খৌবোম থন্ন উমলগা
খোংলনিদো কুহু কুহু হায়না
তাবা ফংলরোইদো নিমাই ঐদি
হে কল্প বৃক্ষ হৈপোল লৈপালশাঃ

অসুম্না নিমাইনা নবদ্বীপ থাদোক্লমদাইদা হৈপোল লৈপালশিং ফাওবদা বিদায় নিজরি। প্রভুনা উমং ৱামং উচেক ৱায়া শা কৈ ফাওবা লুনা তৌজে। কনাবুসু হঙ্গনা খন্দে। প্রকৃতীনা শেম্বা জীব পুম্নমক প্রভুগী মরুপনি। অদুবু প্রকৃতিদি মাগী খুশেম্নী।

প্রভু মাঙোপতা লেংঙকলে অঙাংশিংগা উন্নরে।

নিমাই প্রভুঃ ইনাওশা নখোই ইয়াম্ববু ৱারৌগনু নখোই লাইরিক তম্বা তনগনু লাইরিক্ল ঐখোইগী নুংশা স্বরনি। লাইরিক য়াওদ্রবদি হিংবদা য়াম্না ৱাগনি। অদুগা ভগবানশ্রীকৃষ্ণবু মতম পুম্নমক্তা কাওগনু। হরিনাম শোনবা হাযবসি কৃষ্ণ নিংবগী মরু ওইবা শব্দনি। ঐনা ঙরাং নহানসু কৃষ্ণ নিংবগী কান্নবা ৱা খরসু নখোইদা পিরম্মে ঐগা লোইননা হরিনাম অমুক্তং শোনশি।

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।

ইনাওশা কলি হায়বা যুগ অসিদদি হরিনামনা মহামন্ত্রনি কাওগনুকো নখোইবু ঐনা করিমতা পিরম্বা ঙমদরে বিদায় !

## ১৮ শুবা
## নিমাইনা ময়ুম থাদোকপা

*শচী লাকই মমৌ বিষ্ণুপ্রিয়া উনবা।*

শচীঃ ইমাগী ইবেম্মা বিষ্ণুপ্রিয়া ইমানা নংবু কৌরিয়ে অমুক্তা থোরকও।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ মাজী ননাই লাকচরে করি তাকপিগদবা !

শচীঃ ইমাগী প্রিয়া নংসে ইমানা ইচা নিঙোনগা চপ মান্ননা নুংশিজে ইমৌগী লাইবক অসি ওল্লোক্লা ফংখিদরেদকো ঐদি নংগী খনবদা ইমাগী শ্বর হোনফম খংদরে।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ মাজী করি তাকপিগদবা ননাইদি ৱারুবগী কান্নররোই খঞ্জরে।

শচীঃ য়েংঙোই ইমাগী ইবেম্ম বিষ্ণুপ্রিয়া ইমা ৱা হায়গে নবুঙোদো ঙরাং ঐগীদা লাকঅন্মী।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ লেংঙক্লমবরা মাজী করি করি মতাংগী ওইরবনো ?

শচীঃ করিগী ওইগনি ইমা ইচানা চিংনবদু চুম্বা তারে। মা সন্ন্যাস চৎলগে ইমানা বিদায় পিবিয়ু হায়দুনা লাক্লমবনিদনা।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ মাজীনা করি তাকপিখি। প্রান্ননাথনা অদুম ঙমখ্রবরা ?

শচীঃ খংদে ইবেম্মা ইমানা চৎহন্নীংদবগী ফন য়াম্না ঙাংদুনা হোৎনৈ মানা ঐবু ইমানা তাকপিরিবদু চুম্মী অদুম হায়, অদুগা অরোইবদা মানা চৎনবগী ৱা অদুনা অদুম হেক্তা ঙমখি। ঐনা ঙাংবদা অমতা কক্পসু তৌদে । ইমা হায়ফম খংদে কৃষ্ণগী রূপ অমসু হায়ফেৎ উখিবগুম তৌখি অদুনা কমদৌরিবনো ইমা খংজদ্রে।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ অদুবু ইমানা বিদায় পিবিখ্রবরা ?

শচীঃ ঐ ভাব অমা ইতা তাদে পিখিবগুম তৌখ্রে। অদুগা ইমা জ্ঞান মাংদুনা শয়ন কক্ষদা চংদুনা অদুম তুমখরে।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ ননাই ঐঙোন্দগীসু বিদায় পিজখরে ননাই ঐনা খুম্বা ঙমজবগী ৱা লৈতে কৃষ্ণগী মুর্ত্তিদু ননাই ঐসু উখিবগুম তৌখি। অদুগা শ্লোক ফজ ফজবা মতাং চানা চানা ঙাংশল্লকই ঐনা ককপা ঙম্বা অমতসু য়াওদে। অদুনা ননাইদি কপ্পুনা খাংজরবনি। ঐগী লাইবক্তা তল্লল্লবনি খঞ্জরে।

শচীঃ য়েংঙোই ইমানা লাক্লিবসে নংগীদমক ইমা লাক্লিবনি নবুঙোসে নংগা ঐগনা ঙাংনবদি কান্নররোই। অদুননে ইবান্নি পাল্লি নাইনা শন্ত্রী তৌরশি মানা চৎকে হেক তৌবদা ইবান্নি চংদুনা হেক্তা কপশিল্ল গা থিংনবা তৌরশি। অদুনা ঐনা অয়ুক অঙনবদগী য়াচংবা সন্ধ্যা ফাওবা ঐনা শন্ত্রী তৌরগে। নংনা সন্ধ্যা য়াচংবদগী নোংঙানবা ফাওবা নংগী দায়িত্ত ওইরো অসুম্না খর শেন্নরশি নং খর ৱারবসু শেন্নদবা য়াদ্রেকো ইমা চংলগে শয়ন কক্ষদা । শচী চৎখরে।

*অমরোমদা নিমাই*

*নিমাই শয্যাদা চেপ্ন চেপ্ন ৱাখল তৌদুনা লৈরি। ইমাগী বিদায়সু জ্ঞান মাংহল্লগা ওইরবসু লৌদি লৌরে। বিষ্ণুপ্রিয়াগীসু ৱারবসু ৱানা লৌরে। অদুম ওইনমক বিদায় লৌরে হায়দুনসু ইমাগী মমাংদা ঐনা সন্ন্যাস চৎলগে হায়দুনা হেক্তা থোরকপদি ঐনা ঙম্লোই। অদুগুম্না বিষ্ণুপ্রিয়াগী মমাংদসু হেক্তা থোরকপা য়ারোই শোইদনা ৱাছদুনা লৈহৌনি মদু ঐনা হেক্তা হুন্দোক্তুনা লাকপা য়ারোই। ঙসিদি মাঘগী উত্তরায়ণ সংক্রান্তীনি। ঙসিগী অহিং অসিনি ঐনা যাত্রা তৌগে খল্লিবদি ঐ কমদৌনা নাম্ভোকসিগে খন্ন খন্ন তুমশিননরি। বিষ্ণুপ্রিয়া মনেমনা তাকপিরম্বা ৱা অদু অচুম্বনি খল্লগা অহিং অসি তুল্লরোই খন্দুনা মবুঙোগী চরন অনিমক মতমপাক্তা থাঙ্গৎচরগা সেবা তৌজরি। প্রভুনা খংলে প্রিয়া ঙসিদি তুম্লোইদৌরি। অদুনদি ঐ নিদ্রা দেবী কৌদবা য়াদ্রে হায়দুনা নিদ্রা মন্ত্র শোল্লকলে। নিদ্রা থুংলরে।*

নিদ্রাঃ প্রভু ননাই ঐহাক লাকচরে ননাইবু করি তৌজৌ তাকপিগদোইনো অজ্ঞা পিবিরো। নিদ্রাগা প্রভুগা ঙাংনবা বিষ্ণুপ্রিয়া তাব ফংদে।

নিমাই প্রভুঃ নিদ্রা নং লাকএ য়াম্না ফরে। ঐগী প্রিয়াসে খর তুমহন্দবা য়াদ্রে। ঐ মাগী প্রেমগী মমাংদা ফোংনা চৎপা ঙম্মোইদৌরে।

নিদ্রাঃ বিষ্ণুপ্রিয়াগী মিৎলুদা নিদ্রাগী খুৎন নাম্বখরে।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ তুম্নিংবনা খাংবা ঙম্মক্তরে। মথন্তা ৱারৌজরকই হে ঐগী মিৎ করিগী অমুক তুম্নিংলকইবনো হে নিদ্রা দেবী নংসু নুপীনিকো ঐনা ইপুরোইবা চৎখিদনবা শংজবসে নংনদুম মতেং পাংবিগদরা হায়রগা নংদি প্রভুগী মিচংদা লৈখ্রবোরে। প্রিয়া শোইদনা তুমখিবা তারে খংজরদুনা প্রভুগী সনা ফিগে কুঞ্জাগা মাগী শাড়ীগা পুন্সিন্নজরে। অদুগা মচি অদু মানা তুমখিবদা ননখিনবা হোৎনজরে। নিদ্রা দেবীগী থবক য়াওরে খংজরে। খন্ন খন্ন প্রিয়া চরনসেবা খংলেপ্ খংলেপ্ লেপ্পকলে। মথন্তা হায়জৈ হে নিদ্রা নংসে ফত্তেদকো ঐ তুমদবা য়ারোইদৌরি। হায়ন হায়ন তুথরকলে। প্রভুগী চরন থাদোরকলে। শল্লাং ইচাই চাইনা করিমতা শেমজিনবা নংদনা অশিবগা মান্ননা তুমখ্রে। নিদ্রানা খল্লি ঐনা তৌরিবসি ফজদেদা ঐসু নুপীনি। অদুবু করি উপায় লৈরি প্রভুগী য়াথংনি।

নিমাইঃ তপ্না হৌগৎলকলে। মনাই প্রিয়াগী মতৌ উবদা খাংবা ঙমদনা নুংশিরকলে। মশম চায়রিবদু য়েংবদা নুংঙাইত্রদুনা তপ্না তপ্না শেমজিনবিরে। প্রিয়াগী মশক অদু কয়া ফজৈ। তরামরিনি পানবা থাজনা শয্যাদা থোক্লবগুম কয়াদ নিংথিজরি। সনা ফিগে কুঞ্জা চিংলুবদদি প্রিয়াগী শাড়ীগা পুন্সিন্নরম্বা অদু উরুরগা থোইনা হেন্ন থম্মোই কায়রকলে। অদুবু চত্তবদি য়াদবনিনা কুঞ্জা অদু শেগাইরগা অরেম্বা মচি অদুনা প্রিয়াদা সুপচিনবিরে। অদুগা তংখাই অদুনা প্রভুনা থুংদ নমদনা শেৎচিক্লে অদুগা তপ্না তপ্না থোরকলে। অদুবু তুম্নীংদ তুম্নীংদনা নমদুনা তুমহনখিবা প্রিয়াবু হন্না হন্না য়েংদুনা থোরকপনা থোংজিন য়ৌরকপদা খোঙ থাংবা থোকখিদরে প্রিয়াগী নুংশি থৌরীনা নিমাইগী ঙকশমদা পুন্দুনা অমুক্কা চিংশিনখরে। নিমাই লাঈ ওইজরবসু প্রিয়াগী মশক য়েংবদা নুংশিদবা ঙমখিদরে। প্রিয়াগী মমায়দা হন্না হন্না নানবিরগা মঙকশমদা কোনবীরগা নিমাই হিক্র হিক্র খাংঙমদনা কপ্লকলে।

ইশৈঃ—

লৈহৌরোকো প্রিয়া ঐদি চৎলেদো, নংগী তরামরিনী পানবা থাজগী মায়থোংসে,
নোংঙাল্লগা পুর্নিমা ওইরোইদৌরেদো রাহুনা উমখ্রবা থাজদু ওইগদৌরিদো,
মিকপ থোরকপদা নংনা ঙাওগদবদো; নোংমতসু হঙ্গৎনা খুমজদ্রিবীনি,
লৈহৌরোকো প্রিয়া ঐদি চৎলেদো। ।

লৈহৌরোকেঐগী চান্নথোইবী, নংগী নিংজবা আশাদো তৎলেদো
ঐনা থদৎপিরে নংগী আশাদো, বিধিগী নোংদম্না পুখ্রবনি খম্লোকো
নংগুম্বী লৈরাংদি লৈখোক্তা পোমজরি। পোম্না পোম্না লৈজবা মতমনিদো
লৈহৌরোকো প্রিয়া ঐদি চৎলেদো। ।

ইতুং ইঞ্জনিংবগী হায়জরকপদো, ঐনা লোইনা ককথৎপিবনিদো
প্রিয়া নং ঐবু ব্বারৌগনুকো নংতনী ঐগী থব্বাইগী মবেম্মদি
ঐদি ইথৌদাংনা পুদুনা চৎলেকো, ঐগী মায়া ঈপাক্তা ঐসু ঙাওরে
লৈহৌরোকো প্রিয়া ঐদি চৎলেদো। ।

নিমাই প্রভুঃ থম্মোইবু নুঙদগী হেন্না কলহল্লগা মনাইনুপি প্রিয়াবু হন্দোকলম্লগা থোরকলে। অদুবু প্রিয়াদি মবুঙোবু হন্না হন্না কৌজরি মাগী মঙলান্দা তাইবং থোক্ত্রবা খোজেলনা হন্না হন্না ব্বারৌজরি। অদুবু নিমাইনা তাদবদি নত্তে মাদি তাবা ঙম্বা ভগবান্নী মঙদা কৌরবসু ব্বাখলনা কৌরবসু অদুম্মক তাবা ঙম্বনি। নিমাইনা হায়রকই। হে অনঘী প্রিয়া নংনা ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা ইমাগী সেবা তৌহৌরোকে। ঐদি ব্রজ গোপ গোপীশিংগী লমন শিংবা চত্তবা য়াদবননি নং ব্বারৌগনুকো হায়রম্মগা হন্না অমুক য়েংঙমদনা থোরকলে। নিমাই বিষ্ণুপ্রিয়াদগী নমদুনা বিদায় লৌরগা মমা শচীগী মনাক্তা বিদায় লৌনবগী লাকএ। শচী মাতাসু নিদ্রানা শুমখ্রবনিনা অশিবগা পাংকক ওইনা তুমলি। তুমলিবা মমাদা নিমাইনা বিদায় লৌনবগীদমক্তা মমা শচীবু ৪ মরিরক হন্না কোইজরগা মমাগী মখোঙ কোঞ্জরগা খুরুমজরি।

ইশৈঃ— লৈবিহৌরোকো হে জননী মাতা,
পুখরে নচাদি সন্ন্যাস ধর্ম্মনা
শিংজরুরগে মীগী তোল্লিবা লমনসে
লৈরমগনি নংগুম্বী ইমা কদায়দা
ঙাওজবীনি মচাবু নুংশিজবদা, লৈবিহৌরোকো হে জননী মাতা।

নিমাই কৌবা ঐসে নংগী নচানি
কৌজরিবনি ঐনসু ইমা হাযনা,
ওইহল্লে অহিংসানা পাংদবা
হাৎলক্লে হিংসানা সনাতন ধর্ম্ম,
শারক্লে অরানবা শক্তিনা অচুম্বা লৈবিহৌবোকো হে জননী মাতা।

অপোকপী ইমানা অথোইবা গুরুনি
লাকচবি ইমাদা নচানা বিদায নিজবা
পিবক্লে শচী মণ্ডলান্দা বিদায
চৎপিখ্রো চৎলো ব্রজগী কোকিল
তাজনিংদবে নংগী কুহু কুহু খোংবদো ।

নিমাইঃ অদুদি লৈবিহৌবোকো জননী।

শচীঃ মণ্ডলান্দা বিদায পিবকপদা তাইবং থোক্লা হাযবকই হে কোকিল
নংবু ঐনা বিদায পিববনি ব্রজগী বন্দা খোংজরুবো।

অসুম্না নিমাই মমা শচিদগী বিদায লৌবগা গঙ্গা মপান্দা চৎখবে।

## ১৯ শুবা শিন

## গঙ্গা লানবা

নিমাইঃ গঙ্গা মপাল য়ৌরকলে নোংয়াই মতুং ওইখরে হী লানবিনবা মাঝী কৌরকলে। নুংশিরবা খোঞ্জোক্তা নিমাইপ্রভুনা হো মাঝি হো মাঝি ঐবু গঙ্গা অসি খর লানবিয়ু কনামতা খুম্মক্তরে। নিমাইনা খল্লকলে। আকর্শন ওইবা স্বরদা কৌদুনা য়েংঙগে। নুংশিব সুরদা ইশৈ ওইনা ও মাঝী ! ও মাঝী ! হোজী ! মাঝী ! ঐবু খর লানবিয়ু।

*গঙ্গা ঋাংমদা লৈবী মাঝী হিহোনবা অহল অমগী মচানুপী দেবী কৌবী অমনা তারদুনা মপা অহল অদু হৌদোকলি।*

দেবীঃ ওঃ বাবা ! ওঃ বাবা ! মাঝী খুমদ্রে দেবীঃ— ও বাবা ও বাবা ।

মাঝী অহলঃ হায় ! হায় ! ইপাগী দেবী করি তৌরে তুম্মো তুম্মো। ইপা ঋারে।

দেবীঃ বাবা ঐখোইগী স্বরধুনি গঙ্গা ঋাংমদা মখোল নুংশিত্রবা নিপা অমনা কৌরিবসে তাবিদব্রা ?

মাঝী অহলঃ ইপাগী ইবেম্মা অথেংবসিদা মীনা কৌবা তারুরনু তুম্মো।

নিমাই প্রভুঃ ও জী মাঝী ও জী মাঝী ঐবু খর নুংশিবিয়ুদা ।

দেবীঃ তো তো বাবা কৌরকইবসে তাবিয়ু মাগী মখোল অসি নুংশিদ্রা !

মাঝীঃ ইপাগী দেবী মখোল ফন নুংশিরবসু তারুরনু অহিং অথেংবা অসিদা কনানো হায়বসু খংদনা খুম্মুরনু তুম্মো ইপানা হায়বা ইল্লু।

নিমাই প্রভুঃ ও জী মাঝী ও জী মাঝী ঐবু খর নুংশিবিয়ুদা !

দেবীঃ তো তো বাবা মাগী মখোল অসি তাবদা ওঙ্গোক্লা নুংশিখরে।

মাঝীঃ ইপাগী দেবী ইপাদি নুমিৎচুপ্পা গঙ্গাগী কল্লবা ঈরৈ ইথক্তা হী হোল্লুবগী খ্বাং য়াংলেনসে তেকলে শয়েং শয়া নাবনা লোইরে ইপা ঙম্মরোই মখোল ফন নুংশিরবসু ইপা ঙম্মরোই।

দেবীঃ বাবা ব্রাবুদি ব্রারম্মগনি অদুবু ঐদি মাগী মখোল অসি তাবদা খাংফম খংদনা নুংশিখরে য়ারবদি লানবিরুশিবা !

মাঝীঃ ইপাগী দেবী ইপাবু পোখাহল্লো অহিং অসিদা মীরা লাঈরা খংবা ঙম্বা নত্তে। থাসু তাখরে মম্বনা লোইরে। নোংলৈ নুংশিংকা লাকঅবদি ইপা ঙম্মরোই পাঙ্গল য়াওদরে। নোংঙাল্লগা কনানো করিনো য়েংউরশি তারুরনু।

নিমাই প্রভুঃ ও জী মাঝী ও জী মাঝী ঐবু খর লানবিয়ুদা নুংশিবিয়ু ?

দেবীঃ তো ! বাবা মাগী মখোল অসি তাবদা ওহোক্ল নুংশিদ্রদো খর লানবীরুশিবা !

মাঝীঃ ঐ ঙম্মরোই নোংঙাল্লগা লানবিরুরসি খর হায়খো ঙসিদি মফম অদুদা অদুম খাংঙো । হায়খ্রো।

দেবীঃ ইশেঃ হো কৌরিবা নংবু কনানো নংগী তনিক তনিকপা খোঞ্জেল অদুনা কোকিলগী পঞ্চম স্বরবু ঙমজনা নুংশিরে । অদুবু বাবানা ঙম্মরোই হায়রে। ঐদি হি হোনবা হৈজদে অদুনা ঙসিদি মফম অদুদা অদুম খাংঙো নোং ঙাল্লগা লানবিরগে।

নিমাইঃ ও জী মাঝী ঐবু খর লানখোকপিয়ু থেংলবা অহিং অসিদা ইথন্তা ঙাইরে। মীগী অব্রাবদা কনবিবা ধম্মদি অথোইবনি। অথোইবা।

দেবীঃ তো তো বাবা মাগীশি গঙ্গা ব্রাংমসিদা মথন্তা য়াম্না ব্রানা লৈরমান্নে মীগী অব্রাবা কনবীবা ধম্মদি অথোইবনি হায়নসু হায়রিয়ে। চুমসু চুমদ্রদো ?

মাঝীঃ হোইনে ইবেন্ম মখোল অসি আকর্শন অমা য়াওবগুম য়াম্না নুংশিনে। অদু হোরেল আ য়ৌরগা ডাকু ওইরম্মবদি কমদৌনি।

দেবীঃ মাগী মখোল অসিদি ডাকুদি ওইরম্মরোই য়াম্না নুংশিখ্রে খর লানবিরুরসি বাবা ঐদি লৈফম চাফম ফাঙবা খংলক্তুরে।

মাঝীঃ মশকসু উবা ফংদ্রিবা অসিনা ইচাগী থম্মোই হুখ্রবা হোরেল কনা ওইরমগনি খংবা ঙম্বা নত্তে। ফৈজুপ্তুনা নমায়দু খুমজিল্লগা তুম্মো !

নিমাইঃ ও জী ও জী ঐবু খর লানবিয়ুদা মাঝী মাঝীনা মীগী অৱাবা কনবিগদবনি ঐ মফম অসিদা লৈবা য়াদ্রে তান্নরকপা য়াওরে। ঐবু খর চানবিয়ু।

দেবীঃ তো ! তো ! বাবা মাগীসে অশোমদা মথন্তা লৈবদা নুংঙাইতবা মরম অম লৈরমান্নে। ফাগদবগী তান্নরকপা য়াওরিসু হায়রি। অদুবু হুরানবদি ওইরম্মোইদা। মখোল অসুক নুংশিবা অসিনবু হুরানবা ওইবা হৌনদে।

মাঝীঃ মখোল নুংশিবসিনি য়াম্না লুরিবা। হুরানবা মীদি মচিন য়াম্না থুম্বনি। কান্নদে ইচাসিদি সুক্তা তারুরনু তুম্মো ইপাদি তুম্মনি।

নিমাইঃ ও জী মাজী ও জী মাঝী ঐবু খর লানবিয়ুদা মাঝীনা অদুম্না তৌবা হৌনবরা মাঝীদি মীগী অৱাবা কনবিগদবনি।

দেবীঃ তো ! বাবা মাগীশি লানবিরুদ্রবদি ঐখোই পাপ শোইদনা পুরগনি। মীগী অৱাবা কনবিবদি ঐখোইগী ইথৌনিনে বাবা ঐখোইদি হী লানবিবগী থবকনি। মাগী ৱাতা অসিনা থৱাইসু হকচাংসু চিংখিবগুম তৌরে। ওহ্লোক্লা নুংশিখ্রবা ৱা ঙাক্তা ঙাংই।

মাঝীঃ ইপাগী দেবী নংনা মশক সুকখং হেক খংনদনা করিগী অদুক ৱাবিরুরিবা ফরে ফরে নংনা অদু য়ৌনা খল্লবদি ইপা লানবিরুরগে নং তুম্মুরো অথেংবা অহিং অসিদা নথন্তা হুন্দোকপসু ইপানা নুংঙাইতদুনা তৌবনি।

দেবীঃ বাবা ঐসু খর য়াওজগে ঐদি মাগী মখোল নুংশিবদো মশক কমদৌবগে য়াম্না য়েংনিংলে। বাবানা চৎখ্রগা হোরেল য়ুম অসিদা ইথন্ত লৈফম খংলোইদৌরিবনি। ইথন্ত লৈহৌবসু কিজেয়ে।

মাঝীঃ ইবেম্ম নংগী চক্রি অসিদি ওহ্লোকপনিদা নং হোরেল ইয়াইদা ইথক ইপোম্না চিং চিংমুক ৱাংনা লাকনি। মদুদসু করিগুম্বদা নোংলৈ নুংশিৎকা ভাবীদা শিৎলকপসু যাওবকইবনি। নং হোরেল ঈযাইদা

কিরেকা হায়রক্লবদি য়ারোইকো; আঃ লৈহৌনে ইবেম্মা নংবু ফম্মুংদা নুংঙাইনা লৈহৌদা।

দেবীঃ পুদ পুবিয়ু কিরেকা সুকহায় হায়জরোই বাবানা হায়রিবা মখৈ ঐ লোইনা য়াজগে।

*অসুম্না মপা মচা হী হোল্লগা গঙ্গা লান্নবা হোল্লকপদা গঙ্গাগী ঈয়াই য়ৌরকলে। ঈপোম্না চিংশা নাপোমগুম্না ৱাংনা লাকপদু উরগা দেবী কিবনা থক্ থক্ নিকপা হৌরকলে। অদুগী মথক্তা নোংলৈ নুংশিৎ না হু হু শিংলকপনা দেবী মমায় মমিৎ পাংবা ঙম্মক্তরে।*

মাঝীঃ ইপাগী ইবেম্মা দেবী ঈয়াই য়ৌরে নুংশিৎ কন্না লাকএ কিগনুকো হরি শোল্লু ঈয়াইসিদা নুংশিৎ কল্লগা পোখাফম লৈবা নত্তে চৈঙাক ফংবা মফমসু নত্তেপায়ফম খোৎফম লৈব নত্তে হরি মাগী থৌজাল নত্তনা ঐখোইগী উপায় অমত্তা লৈরোই।

দেবীঃ বাবা ঐদি শ্বর হোনবা ঙমমক্তরে। খা ৱাংসু মফম খংখিদরে। কমদৌনা গঙ্গা ৱাংমা লানগদগে হিনা কদোমদা চৎলি ঐদি খংবা ঙমদরে।

মাঝীঃ দেবী নং ইপানা হায়ব ইল্লু হী অদুগী ময়াইদা তুমিন্না হরিনাম শোন্দুনা করিমতা পায়দনা নমিৎ উইশিল্লগা খাংউ হীগী মপান্দা পায়বা য়াদে হী হাঙৈবা হেনগনি ইপা লৈরি নং করিমতা নুংশা থিগনু ইপানা হৈনরবা থবকনি, নোং চুরক্লে খর চোৎলবসু নুংশিৎ নেমখ্রগনি। হরিগী কৃপা লাকঅগনি।

দেবীঃ ও বাবা ঐবু গঙ্গা মাতাগী গর্ভসিদা থৱাই লানবা তারমান্নে। নচাদি তৌফম করিমতা খংজদরে। হরিনাম শোল্লি। ইশৈ হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।

মাঝীঃ ইপাগী দেবী নং করিমতা চিংনেগনু নংনা হরিনাম থক্তা শোল্লু পুন্নমক মাগী লীলা ঙাক্তেনি। মানবু লানজিরবদি ঙহাক্তনি।

দেবীঃ হে হরি ননাইবু চানবিয়ু ননাই ইপা ইচাবু গঙ্গা মাতাগী ৱাংমদা খর পুবিয়ু হরি নংদি মফম খুদিংমক্তা লৈবনি হায়নৈ। হে হরি ইশৈ শকলি। হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।

মাঝীঃ দেবী ইপাগী ইবেম্ম নুংশিৎ নেমখরে নংনা হরিনাম শোঞ্জবগী হরিগী কৃপা ফংলে হী অসিসু তোর্ব্বান্দা লৈরম্মে। ঙসিদি ইচা ৱারম্মনি ঐদি নংগী খনবদা থৱাইশি ৱারুরেদা ঈয়াইদা ইচাবু পাখত্তুনা শিরগদরা খল্লুরেদনা হরিগী কৃপানা নুংশিৎসু নেমখরে।

দেবীঃ ইস ! বাবা ঐ হয়েংমখে বাবানা তৌনু হায়বা থবক অমতা তৌজররোই। বাবাখোইনা নহান মখে হি হোল্লিবসিদি ওহ্লোক্লা ৱাখ্রবা জাৎনি। ঐখোইদা খংহন্নদবগী ৱানি। ঐগী বাবাসে ওহ্লোক্লা নুংশিরকইদা।

মাঝীঃ য়েংঙোই দেবী ইচা ৱারম্মনি হীদগী কুমথরো ঙসাই নংনা মশক য়েংনিংই হায়বা মখোল নুংশিবদো কৌশিল্লকও।

দেবীঃ অদুদি বাবা কৌরগা য়েংগে ও ! ঙসাইগী মখোল য়াম্না নুংশিবা হী লানবিয়ু হায়বা কোকিলগী মখোন্দগী হেন্না নুংশিবদো লাকও ঐখোই য়ৌজরকর্লে। *কুমথবদা হীবান্দ পন্দুনা তুগে তৌবা।*

মাঝীঃ ওঃ দেবী নংবু তপ্না কুম্মুনে হী অদুদা নখোঙদু লৌশিল্লগা তৌরিবদু কমদৌনা থুনা কুম্বা য়াগদৌরি। মুন্না মুন্না য়েংঙগা তপ্না থুবা য়ান্নবা চৎকদবনিনে।

দেবীঃ করিনো বাবা তপ্ন থুবা হায়বসিবু করি লোন্দানো ?

মাঝীঃ ইহে ইপাগী ইবেম্মা চাউরিদি লোইরে। তপ্না থুবা হায়বসু খংদ্রিনে। তপ্ন থুবা হায়বদি মুন্না য়েংবদি মতম চংইদনা অদুগা য়েংবগী খংলবনিনা থুনা য়াংনা খোঙকাপ লাওনা থাংবা য়ারবদি থুরেদনা ভাব তারবরা তাফাৎতরি । তারকখিনি। ইহে ঙসাইগী মখোল নুংশিবদো কৌরকও নংবো !

দেবীঃ হো ! ঙসাইগী যাদু য়াওবা খোন্দা নুংশিবদো লাকও নশক্তু অমুক্তা য়েংগে।

নিমাইঃ ঐনি মাঝী, ঐ লাকচরে।

দেবীঃ ওঃ মহাশয় নং ওইরে।

নিমাইঃ মান্নি মান্নি !

দেবীঃ অদুবু মহাশয় অসুক থেংলবা অহিংসিদা হৌজিকমক লান্দ্রবদি য়াদ্রবরো নোংঙাল্লগা নুঙাইনা লানবসু য়ারিবনি অমম্বসিদা ঈয়াইদা শিরমগদৌরে। হুরানবা মীদৌনা অহিংসিদা নত্রবদি য়াদ্রবরো নুংশিনা কৌবনা হৈজরিবা !

নিমাইঃ মোমোন নোকই ৱারৌবিগনু মাঝী হুরালববুদি, ঐসে হুরানবনি; নোঙাল্লগা মীনা ফাখিগদৌবা পোৎ য়াওরি।

দেবীঃ এঃ নশক মফজ অদুগা নগুণসু লাঈগী গুণ চেনবা, অদুগা নংনা করি হুরাল্লিবা হো বাবা ! (কন্না) ঙসাইগী মখোল য়াম্না নুংশিবদো মশকসু হায়নিংঙাই লৈতনা ফজে। মানা লেপ্পলিবা মফম অসি ফাওবা হেক ঙাল্লি। অদুগা হুরানবনি হায়য়ে য়াম্না পকচদবা ৱানি।

মাঝীঃ হেরা ইবুংঙো নংবু হুরানবনি হায়বা নশক মফজ অদুগা কনানা থাজগদগে। করি পোৎনোনে নংনা হুরাল্লুরিবা পোৎপো; নংগুম্না নশক ফজবদি ঙসি ফাওবদা ঐখোইগী ঘাট অসিদা অমুক্তা উজখিদ্রি। নংবু কনাগী মচানো করি লমদগীনো ?

নিমাইঃ মাঝী ঐগী ইমিং নিমাই কৌজে ইপাগী মিংনা জগনাথ মিশ্র, ইমাগী মিংনা শচী কৌই ঐ ব্রাহ্মণ মচানি, নবদ্বীপ্তগীনি।

মাঝীঃ এঃ অদুদি ঐসু খংইনে, নংগী মাতা পিতাদি য়াম্না ফবা মীনিনা অদুগা নংনা করি পোৎ হুরাল্লুরিবা হায়য়ু হায়য়ু।

নিমাইঃ মুন্না তাবিয়ু মাঝী হৌজিকসে কলি হায়বা যুগ অদুনি। অদুনা কলি কৌবা লাঈ অদুনা ইন্দ্ররাজ শোরারেনগুম্না নিংথৌ ওইররে মাগী শাসন্দা মী পুন্নমক দোল মোল হাইরে।

মাঝীঃ করিনোনে ইন্দ্ররাজ, দেবেন্দ্রগুম্না কলি কৌবা লাঈদুনা কমদৌনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লরিবনো নংগীশিদি লোন্দা অমনিনা।

দেবীঃ ওঃ বাবা অদুক য়াম্না শাউরম্বদুনা অদুদা চংখ্রগা য়াম্না হরাওনা ইংথনা করি ৱারী শাবিরিবগে ?

মাঝীঃ হায় ইপাগী ইবেম্ম দেবী মসিগী নিপা অসিগী মনাক্তা চংলুবদা শাউনিংবদি হায়রুনু অৱা অনা কা লোইনা মাংখরে। হকচাংসে ইতেক তেকখৎখরে। খ্বাং য়াংলেন নারম্বা কা লোইনা লৈখিদরে। পাখংগা চপ মান্ননা কনবগুম তৌরেহে। অঃ অঃ মখা লিথরকও।

নিমাই প্রভুঃ অদুগা মাঝী কুমতী কৌবী পুকচেল ফত্রবী অদুনা অমুক মহারাণী ওইরদুনা লৈবাকসি মাংনবা (রিপু) য়েক্লবা তরুক অমগা মন্ত্রী হাপচিনখ্রে।

মাঝীঃ অমুক্তা তাদ্রিবা ৱাতানি লৈবাক্কী য়েক্লবা তরুক্তী কনা কনানো ?

নিমাইঃ মখোই তরুক অদুদি কাম, ক্রোধ। লাভ, মোহ, মত্ত, ঐস্বার্য অসিনি।

মাঝীঃ ওঃ কাম অপাম্বা, ক্রোধ অশাউবা, লাভ কল্লকপা, মোহ শুম্বাৎপা, মত্ত, ময়াই কাবা, মাৎস্বর্য্য নাপল মখোই অসিরা ?

নিমাইঃ মখোই তরুক অসিনা তৌরকইবসি মরাল লৈজদবা হরি ভক্ত ওইজবা সাধু বৈষ্ণবশিংবু অমদি বন্দা তপস্যা তৌদুনা লৈজবা কনাদসু অৱাবা পিরদ্রবা জীব খুদিংমক্কী ফন্নবতা খঞ্জবা। অদুগা মশাগী হয়েং মপোক্কী খজিক্তং ফগাৎনবা অমসুং শিরগা হরিগী মনাক্তা চৎপা ফংজনবা যজ্ঞনচিংবা কৎচবদা থিংজিনবীরকইবা মাঝী !

মাঝীঃ ওঃ যাগ যজ্ঞ তৌবদা মখোইদা করি অকাইবা লৈরদুনা থিংবিরিবা !

নিমাইঃ মখোইগুম্না মাংমিন্নশি হায়বনি। য়াদবশিং অদুদা পুজা থুগাইবা, নিশা চাশিল্লগা অকনবা শাদুনা মী হাৎপিবা ফুবিবা অদুগুম্বদু উবদা ঐনা ফত্তে হায়রুবগী ঐবুসু হাৎলগে হায়দুনা তান্নরক্লে। ঐ লৈবা য়ারক্তরে অদুগীদমক্তা গঙ্গা লান্দবা য়াদ্রদুনা লাকইবনি।

মাঝীঃ অদুদি ইবুঙো নংনা হুবাল্লকলিবা পোত্তী কদাযনো ?

নিমাইঃ অদুগী পোত্রু উৎপা [illegible] দবনি, লৈবা, যোনবা যাদবা পোৎনি

দেবীঃ হৈমা উৎপা য়াদবা অদুগা লৈজগে হায়রবসু য়োন্দবা পোৎনি হায়বা ! অদুদি মহাশয় করম্বা পোত্তানো ?

নিমাইঃ মোমোন নোক্লগা মদুদি ঐবু পোকপী ইমাগী থম্মোইনে অদুগা ঐগী লোইনবী বিষ্ণুপ্রিয়াগী থম্মোইনে অনি অসি হুরগা পুরকপনি।

দেবী মাঝীঃ এঃ মখোই অনিগী থম্মোইবুদি হুরগা করম্না পুরকইবা।

নিমাইঃ ঐগী ইমানা ঐবু নুংশিজবা নুংশিবিগনু য়াদবগী থম্মোই অমা, অদুগা ঐগী লোইনবী সতী ধর্ম্মদা মবুক্লিং লুপচবী অদুবু ঐনা নুংশিবিরগনু য়াদবগী থম্মোই অমগা অনি অসি হুরগা পুরকই অদুনি হুরানপোৎ হায়ববু।

দেবীঃ এঃ অদুদি মহাশয়দি খ্বাইদগী চাউবা হুরানবনিদনা অদুগী মথক্তা মীনুংশি খংদবা মী হাৎপগী অপরাধসু লৈরবনি। নশক মফজ অদুগা অদুক য়াম্না ফত্রিবা করিগীনো ?

মাঝীঃ ওঃ অপোকপী ইমাগা ইবুঙোগী হকচাংগী তংখাই ওইজবী অনিদুনা তান্নরক্লগনি হায়দুনা অহিং অসিদা লাহোকহৌদবা য়াদে হায়বরা ?

নিমাইঃ অদুনি হায়ব তাই মাঝী !

দেবীঃ অদুদি বাবা হী লানবা ঙম্মরোই ঐখোই হল্লশি। হী লানবিবগী পুণ্য ফংবগী মহুত্তা মখোই অনি অদুগী পাপ পুবা তারে। হল্লশি, হল্লশি !

মাঝীঃ উং মদুনা চুম্বা তারে দেবী। ইচানা হায়বা চুম্মী। হী লানবিবগী পুণ্যদি ফংলরোই ওন্ননা পাপ লংশিল্লগনি। হল্লশি হল্লশি।

নিমাইঃ অমুক্তা তপথবিখো ঙসাই ঐনা হায়জখিবা কলিগী শাসন অমদি কুমতী মহারানীগী ফম্ভ লৌশিং অদুগা মখোইগী রিপু তরুক অদুগা চাউরবা লাঞ্জাও অমা থেংনবা তারি।

মাঝীঃ অদুগা ইবুঙো নংগী নমাগা নংগী মরাল লৈজদ্রবী লোইনবী অদুগী থম্মোইবুদি করিগী থুগাইবিরি অদুবু করি ধর্ম্মনো ?

নিমাইঃ অমুক্তা তপথবিখো য়াদব অমা লৈবননি। ঙসাইগী লাঞ্জাও অসি

থেংনবদা সন্ন্যাস ধর্ম্ম চত্রবদি য়াদবননি। সন্ন্যাস চৎপা তারকপদা ঐগী দীক্ষা গুরু অমা য়াওদবা য়াদবনি। অদুগুম্বা গুরুদো গঙ্গা ৱাংমদা লৈখ্রে। অদুদা ইমাগা ঐগী লোইনবীগনদি য়ুম থাদোক্লগা সন্ন্যাসি ওইদুনা চৎলগে হায়বদি য়াদবনিনা মখোই অনিগী থম্মোইবু হুরগা পুবিরক লে হায়জবনি। অতোপ্পা অৱাবা অমা পিরমলে হায়ব নৎচদে।

মাঝীঃ ঋর শাংনা হোহ্লরকই কমদৌনি সিদি ঙাংনবসু মাতনা ঙম্মী দেবী!

দেবীঃ বাবা পুম্নমক ঐনা থোকহনবা ঙাক্তনি। ঙসাই বাবানা হায়বদু ঐনা ইল্লম্লবদি দশা অসি তারম্লোইদবনি। ৱাখল খল্লনিংদবা ঐগী ইরান্নী।

নিমাইঃ তৌবিগনু মাঝী সমাজগী অৱাবা কন্নবগীদমক্তা ঐগী ইমুংগী মী অমা অনীনা খর ৱাবদি করিসু নত্তে। মখোইগীসু পূন্য ফংনবনি, ঐনা সন্ন্যাস চত্তুনা হরিনাম প্রচার তৌদ্রবদি কলিগী ফৎত্রবা অত্যাচারনা সংসার পুম্বা মাংগদৌরিব অসি কন্নবা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতবননি। মীনুংশি খংদ্রবা হীংচাবশিংনা মীওইবা জীববু জীব ওইনা খন্দবা জীব অমনা শিবমদাইদা ৱাবদু উরগা হরাওবা ঙম্বা মীদি ওইরবসু হিংচাবগী স্বভাব ওইবা অদুদগী কন্নবা হোৎনবদা হরি ভক্তিনা কনগদবনি। নত্তনা মখোইগুম্না ঐখোইসু থাং তেন পাইদুনা য়ান্নরবদি হিংসা নমথবা ওইদ্রে। হিংসা হেন্নবা হোৎনবা তাগনি।

মাঝীঃ অদুবু ইবুঙো অসুক নহা ওইরিবা নংনা হৌজিকপু করম্না সন্ন্যাসী ওইদুনা চৎকনি। মদু নংগী মতম খর ৱাৎলিদা।

নিমাইঃ মাঝী হরিনাম শন্দোকপদা নহা অহল খাইবা য়াদে। সত্য যুগতা ভক্ত প্রলহাদনা ঐঙোন্দগী হেন্না পিকলিঙৈদা মপাবুং মহারাজনা য়াদ য়াদনা শন্দোকখিবদুনি। হরিনাম ফংহল্লগা পাপী পুম্নমকপু পূণ্য চেনহনবা ঙম্লবদি মদুদগী হেন্না ফবা পূণ্য চেনবা কর্ম্ম অমা লৈত্রবনি।

মাঝীঃ ফরে ইবুঙো নংগা ঙাংনবা ঙমজররোই। হী মথক্তা কাদ কাখৎপিরো

হীলানমন খর হেন্না পিয়ু ঙাংনবা খুদিংমক ইংনা ইংনা সুম ঙাংলকপদা ঐখোই খুম্ফম খংজদ্রে।

নিমাইঃ মাঝী ঐদি পয়শাসু করিমতা য়াওজরক্তরে ঐবু লেম্মা খর লাহোকপিয়ু।

মাঝীঃ *শাওরগ্ন* এঃ পয়শাসু পিরোইদবা মল্লবা অহিংসিদা অসোম ব্রাংমদগী অসুক ব্রানা লাকঅগা পয়শাসু পিনিংদবা মদুদি য়াররোই।

নিমাইঃ তৌবিনু মাঝী মীগী অব্রাবা কনবিবগী ফল হয়েং নোংমা শোইদনা ফংগনি থাজবিয়ু।

মাঝীঃ ঙম্মোই ঙম্মোই হীলানমল ফংদনা হী লানবা মদুমা দায় লৈতে।

নিমাইঃ তৌবিনু মাঝী হীদি অসিখক্তা তোংগদবা নত্তে নখোইনা তোংদ য়াদবা হী অমসু লৈরি। অসি নত্তবা তুরেল অমসু লৈরি মদু লাল্ল মদাইদা নখোইগী পয়শা পিনিংঙাই লৈরোই।

মাঝীঃ ঐখোইনা লান্দবা য়াদবা তুরেলদি কদায়দা লৈরিবা। অদুগা তোংদবা য়াদবা করম্বা হী নো ঐখোইদি লেম্নদি তোংলোই পয়শা লৈত্রগা হী লান্দ্রগা লোইরে। পয়শা লৈরকান্দা লানগনি।

নিমাইঃ নখোইনা লানগদবা তুরেলদি বৈতরনী কৌবনি। অদুগা তোংদবা য়াদবা মতম্না নংগী অরোইবা মতমদনি। নশাগী হকচাং ফাওবা হুন্দোক্লগা লাক্কদবনি হকচাংদো মৈদা দান তৌনবা থনম্মগনি করিসু পুরকপা ঙম্মরোই।

মাঝীঃ অদুদি হীদু কনানা হোনগদৌরিবা হী অদুগী মমিং করি কৌবগে ?

নিমাইঃ হী অদুগী মমিংদি হরি কৌই, রাধা নাম্না নৌ ওইরগনি, হরি সংকীর্ত্তন্না হোনবিগদবনি। নংগী নুংশিজবা নচা নশু, শাগৈ নাতৈ পুন্নমক নংনা কৌবা তাররোই। মতম অদুদা নংনা শোনগদবদি হরে কৃষ্ণ হায়বা নাম অসি খক্তনা নংবু পাক্লবা ঈপাক লেম্না লানবিগনি হরিনা লানবিরবদি যমগী দুতসু চংবা ঙম্মরোই।

মাঝীঃ *কপ্পকলে* ইবুঙো নংনা হায়রিবা বা অসি তাবদা ঐগী থম্মোইবুসু নংনা হুখরে। ঐ পুমপেন পেল্লে হকচাং য়াওদ্রবা ঐনা করম্না পয়শা পুরক্কনি। নংনা হায়ব চুম্মী।

নিমাইঃ নখোই ঐখোইদ নত্তে মর্ত্তভুম অসিদা হেক পোক্করিবা জীব পুম্নমক হায়রিবা লম্বী অসিদা চৎলোই হায়ব ঙম্ব নত্তে। মী মী অদুনা তৌরুবা কর্ম্ম অদুগী মতুংইনদুনা শিরবা কান্দা যম লৈবাক্তা নরক্কী কুণ্ড মখল কয়াদা লাক্করগদবনি। অদুবু মী অদুনা মাগী শিরমদাইদা শ্রী হরিবু কাওজদ্রবদি যমনা হরিগী মনাই ওইরম্মে হায়দুনা হন্না ফাওবা য়েংঙমদনা থাদোকপিরমগনি। হরিবু নিংশিংজবা ঙম্বা বৈষ্ণব অদুদি লৈগী দোলাই তোংদুনা স্বর্গরোমদা নুংঙাইনা হরিগী মনাক্তা য়ৌব ফংজগনি।

মাঝীঃ নিমাইগী বাঙাং তাবদা মীচম নত্রে খল্লকলে। ইবুঙো হি অসিদা লেঙখৎপিরো ইপা ইচানা লাঞ্জরে পয়শা লিক্কোন করিমতা লৌজররোই। তৌবদদি হী অসিদি ইপা ইচাগী পুকচাক পুজরিবনি। অদুনা নুঙককাদি ওলহন্নবিগনু। অদুম তৌবিরবদি ইপা ইচাদি লোইরে। ইবুঙো নং মী মাল্লক্তরে । অদুগা ঐখোইনা শিরবা কান্দা থবাইনা করম্না কদায়দা চৎপা অদুসু তাকপিয়ু।

নিমাইঃ মদু ঐ হায়জগে ঐখোইগী প্রাণ বায়ু থবাই অসিনা দেহদগী হেক থোকখিবগা ঐখোইগী শ্বর অসি চৎখ্রগনি অদুদগী সংস্কারগী মৈনা চাক্লকপা মতমদা থবাই অসি তোংফম লৈতদুনা য়াম্না বাই।

মাঝীঃ *কপ্পকলে* হোইনে ইবুঙো দেহ অসি মৈদা দান তৌগদৌরিবনিনে মদুদা মৈনা চাকপগী ফন্না শারবসু লেংঙরোইদবনি। শাবরা শাদবরাসু খংদ্রে। মদুদা সেবানি হায়দুনা ইচাশিংনা তুম্না চাকখিনবা হোৎনগদৌরিবনি।

নিমাইঃ হোই মতম অদুদা দেহ অসি শেৎনরম্বা ফিমল গুল্লে। অদুনা মৈনা চাকখিবদা কনানসু কনবিনবা খন্নদ্রে। উৎ ওল্লগা পৃথ্বীদা তিনখ্রগনি। পৃথ্বীদা হেক তিল্লোইদবদি থবাই খক্তনি।

মাঝীঃ *কপ্প কপ্প* মৈনা চাকখৎলকপা মতমদা থবাইনা পৃথিদা তিন্দ্রবনিনা কদায়দা লৈগনি।

নিমাইঃ দেহশি মৈনা চাকখৎলকপা অদুদা থবাইনা তোংফম লৈরক্তদুনা মৈ চাকত্রিবা লাইবক্তা মতম খর অমুক খাংই। অদুদগী লাইবকসু মৈ চাক্লকপা মতম অদুদা থবাইগী লৈফম লৈরক্তরে। কোয়পায় পায়দুনা য়েংজবদা থাকলগী ময়াইদা অমুক নপচদুনা খাংলে।

মাঝীঃ ওঃ থবাই অসি ওহোক্লা বানা খাংলেনে অদুদগী কদাইদা অমুক খাংগনি। তাশি ইবুঙো ঐখোই হী সুম হোঙ্গগে। হি *হোনবগী মখোল তারি।*

নিমাইঃ অদুগী তুংদা থাকলসু মৈদুদা নমশিন্দুনা থাদোকখ্রে। থবাইগী লৈফম লৈতরে। ইম্নুং অদুগী মী অমগী তুং ইন্নজরক্তুনা ফম্নেন গী উখোক্তেন্দা নপ্তুনা অমুক লৈররে।

মাঝীঃ ও ! নুংশিদা হে থবাই ওনথোক্লা বানা খাংইদকো অদুদগী কমদৌবা ? ইবুঙো !

নিমাইঃ অদুদগী থবাইনা উখোক্তেন্দুদা শ্রাদ্ধ নুমিৎ ফাওবা খাংজরে শ্রাদ্ধগী হরি সংকীর্ত্তন হৌরকপা মতমদা বৈদ্যনা উখোক্তেন্দগী পুথোক্লগা মান্দোপকী নোংচুপকা মখাগা লোন্নবা চুথেক্কী মান্দোপকী উখোংদা শিন্নগনি। শ্রাদ্ধগী সংকীর্ত্তন তাজরগা খাংগনি। অকিব কোকচগনি।

মাঝীঃ অদুদগী কমদৌবা ইবুঙো নংদি ৱারী য়াম্না কুপ্ন খংইনে।

নিমাইঃ অদুদগী মাঝী তুলসী মখোংদা লৈগনি মরমদি যমগী দুতশিংনা চংবা ঙমদে মরমদি গিরিরাজ লৈবনিনা মফম অদুদা মহাক মপাঙ্গ ল খর খিত্তং কঞ্জরে অদুদা চহিগী সম্বৎসর য়ৌবা ফাওবা খাংগনি ঐনা লিজরিবসি ঐনা খংদুনা লিবা নত্তে লাইরিক্লা হায়বনি।

মাঝীঃ শিরবগী তুংদা শ্রাদ্ধ য়ৌদ্রিঙৈদদি যমগী দুতনা তান্নদ্রবরা ?

নিমাইঃ শ্রাদ্ধ য়ৌদ্রিঙৈদা নুতিগী সংকীর্ত্তনগা লোইননা ভাগবত তাগনি অদু ওইরবদি থবাইনা খর নুংঙাইজনা যমগী দুতশিংবু কিজদনা লৈবা ঙমজে।

মাঝীঃ ওঃ ভাগবত তাবদা সংকীর্ত্তন্না অহৌবদসু অরোইবদসু শকলিবসি অদুগী ওইরেকো ইবুঙো !

নিমাইঃ হোই হরিনা সংকীর্ত্তন য়াম্না পামই ঐদি করিমতা খংজদে লাইরিক্লা হায়বা ঙাক্তনিকো !

দেবীঃ করিনোনে লাইরিকনবু বা ঙাংবা থোকপরা ঙাংবমখৈ ঙাংলগা লাইরিক্লা হেক্তা হায়রিবসিবো। ঐদি ভাব তাজদ্রে।

নিমাইঃ লাইরিক্লা হায়বনি হায়বদি লাইরিক্তী হেক হাংদোকপগা অদুম ঙাংলক্কনি হেক খুমজিন্দ্রিব মখৈ অদুম ঙাংদুনা লৈগদৌরিবনি।

মাঝীঃ দেবী লোন্দা অসি ভাব তারবরা ইবুঙোনা হায়রিবসে অসিনি। লাইরিক্তু পাবা হৈত্রবদি লাইরিক্লা ঙাংইবদু তাররোই। অসি নত্রা ইবুঙো !

নিমাইঃ মান্নি মান্নি অহন্না থুনা ভাব তাই। লাইরিক হায়বসিদি হায়খিবা ৱাসু অরেপ্পনি খ্বাইদগী সত্যবাদীনি। ৱারীদি লিননিংঙাই য়াম্ন লৈরি অদুবু গঙ্গা পার তৌরে কুমথবা য়াননবা তৌবিরো। মাঝী !

মাঝীঃ হোই ইবুঙো গঙ্গা পার তৌরে তপ্পা কুমথবিরো অদুগনে ইপা ইচাগী হী অসে মী ককা ওইনদি চৎহনবিখিগনুকো অদুম তৌবিরবদি ঐখোইদি মাংজরেদো।

নিমাইঃ করিসু লৈতবা ঐগুম্ব মী অমনা অদুক চাউবা অঙকপা থবকপু কদায়দগী ঙমগদগে। অদুবু ঐদি পয়শাসু পিনিংঙাই য়াওজদ্রে হায়রবা ফাওবা লানবিরকপগী ৱাহৈগী দান ওইনা কৎচরম্মগে। মাঝীগী ইমুংদা শ্রী হরিনা মতম চুপ্পা লেংদনা লৈবিদুনা অৱা অনা লৈতবা, অদুগা চাবা থকপা ৱাত্তবা ওইবিহৌরো। ইমুং অসিদা লাক্কদবা নব গ্রহগী দশা পুম্নমক ঐনা লোইনা গঙ্গাদা থাদরম্মবনি। *হায়রগা প্রভুনা হিদা খোঙনা নেৎলগা কুমথখিবদা অদুক চাউবা হী অদু লোইন সনা ওনখরে।* প্রভুনা হংলকই মাঝী কটৱা তাগদবা লক্ষী খর তাকপিয়ু।

মাঝীঃ ইবুঙো নং নথন্তা চাউরবা শুক্লবা বন অসি ফাওদুনা করম্না চৎকদগে?

নোং ঙানগদবসু খিত্তা-মঙাইরে নোং ঙাল্লগা খোংবু খরগা চৎমিন্নরবদি ফগানি। লম্বীবুদি তাকচগে অসিদা উরিবা লম্বী অসিনি চুমদ্রিং চৎপিখ্রো।

নিমাইঃ অদুগীদি খোইনা চিংনবিগনু, উমং রামং অসিদি ঐগী চান্নরবা ঐনা লুনা তৌজবা মরুপ ঙাক্তনি। মখোইদি মীওইবা জাতীগী দমক্তা হিংবিরিবনি।

মাঝীঃ হোইনে ইবুঙো উজাওশিং অসিবুদি তুমিন তুমিন লেপ্তুনা লৈজরনি। লুরিবদি শাহিং চাবা শা, কৈ, শরোম, নোংশা কয়া লৈরিদো য়ারবদি নোংঙাল্লগা চৎলোবা।

নিমাইঃ শা, কৈ নচিংবা বনগী জীবশিং অদুদি ঐনা খ্বাইদগী চান্নজবনি। মখোই অদু লৈবদগী উজাওশিং অদু হিংজরিবনি। ঐগী খুলাইদি পুম্নমকপু নুংশিহনবা অসিনি। মাঝী ঐগীদমক্তা থরাই রাবিরুরগনু ঐ কৃষ্ণগী সেবাগীদমক্তনি ঐ অমুক চৎচরুখিগে ধন্যবাদ *হায়রম্লগা বন অদুগী মনুংদা মথন্তা করিমতা চিংনদনা চৎখ্রে মাঝীগা দেবীগা লেপ্তুনা য়েংহৌই।*

## ২০ শুবা

## হীনা সনা ওনবা

মাঝীঃ ইপাগী ইবেম্মা দেবী ঙসিগী নিপা মচা অসি অচম্বা মীদি ওইররোই মাগী নৌখ্রবা ফিভম অসিনা তৌরিবা থবক্ অসি কল্লবা মী অমনা ঙমগদবা থবক নত্তে। ঙসাই মখে ঙাংলিবদু মচিন থিবগী পংঙাং ঙাংজরবসু হৌজিক মানা শুক্লবা বন অসিদা করিমতা চিংনদনা চৎখ্রিবসে মী অমনা তৌবা ঙমগদবা নত্তে।

দেবীঃ বাবা ঐসু খঞ্জরিবনি য়াম্ন ওইথোক্তবা থবক ঙাক্তা তৌই চাউরবা বন অসিদা চৎপদসু থাং মচা অমা ফাওবা য়াওবসু উদে পয়শা লিক্কোনসু য়াওখিবা উদে মাগী থৌনাসে পুন্নমকপু নুংশিহনগনি। অসিনি মাগী অঙকপা থৌনা হায়ববু। *দেবী খংলাও লাওরকই* হো বাবা হী অসি অমুক্তা য়েংবিয়ো উদি নত্রে সনা মাপ্লে ঙাংশং ঙাংখ্রে।

মাঝীঃ চেনশিল্লক্কুনা য়েংই ইপাগী দেবী হী অসি উ নত্রে নুংসু নত্তে, য়োৎসু নত্তে সনাগী সনা ঙাক্তা ওইখরে।

দেবীঃ বাবা ঙসাইগী নিপা মশক ফজবদো মী ওইবগী শক মফজ নত্তে য়েংবা ঙমদবা শক্তম অমা য়াওই; খোন্দাসু নুংশিবনা যাদু য়াওবগুম তৌই। ঐনা হায়দি বাবানা মতম চুপ্পদা শোল্লু হায়বা হরি অদুমকলা হায়মি নত্তনদি অসুক চাউবা হি অসিবু সনা লোইন ওলহনবা ঙম্ব হৌনদে।

মাঝীঃ ঙাইখো ঙাইখো ইপা য়েংখিগে থাংনা কাক কাক য়াপ্লি। দেবী ! সনা অশেংবনি সনানা পুমঙাং ঙাংখ্রে।

দেবীঃ হরাওদুনা চোংজৈ বাবা সনানা পুমঙাং ঙাংখ্রে অসুক য়াম্ব সনা ময়াম অসিদি কৈদৌনরুগনি। হরিগী মণ্ডির কৎলশিরা ?

দেবীঃ হো বাবা ! সনাগী সনা ঙাক্তা ঙাইরে

শিব ফংলনি সনানা পুমঙাং ঙাংনা

য়াল্লনি নাদ কুন্দোর নাইল সনাগী

শিরনি খুত্তসু খুজি সনা ঙাক্তগী

হো বাবা সনাগী সনা ঙাক্তা ঙাইরে।

মাঝীঃ উরনি সনা শিব ইচাগী ঙকশমদা

শেম্বীরনি ইচাগী কুচু সনানা

থুংজরগনি ইচানা নিংজব

ফংজরে ঙসিদি হরিগী থৌজাল

উরনি সনা শিব ইচাগী ঙকশমদা।

(মতাং অসিদা দেবী সনা পাম্মক্তরে প্রভুগী থৌজাল নিশিংজবদা )

দেবীঃ কৈদৌরুনি নচাদা সনানা বাবা !

অথোইব মালানি হরিগী নাম্না

শোল্লশি হরি মাগী নাম অসিদং

অরেম্ব ঙাক্তনি সনাসু লুপাসু

লেংশিনবিয়ু ননাইগী থম্মোই মন্দিরদা।

সনাসু লুপাসু অরেম্ব ঙাক্তনি

লেংশিনবিয়ু ননাইগী মন মন্দিরদা হো বাবা ! সনাগী সনা ঙাক্তা ঙাইরে।

মাঝীঃ দেবী ইপানা সুম খনবদা হৌজিক্কী নিপাদো স্বয়ং ভগবান কৃষ্ণগী অবতার ওইব তাই। ইপাসু অহল ফন ওইরবনি হী হোনবসে

ৱারবনি অদুবু ঙসিদি করিমতা ৱাব লৈতে হেন্নদুম কনখৎপগুম তৌই।

দেবীঃ অদুনা বাবা মশাদা পয়শা লিক্কোন অমতা য়াওদ্রবসু কনাবুসু চিংনদে। হৌজিক্তী বাবা ইপা ইচা হী হোনবা লেপ্পা য়ারনি। ইবুঙোমাগী কৃপানা মিকুপ অমগী মনুংদা ভিক্ষারীবু নিংথৌ ওইহনবা হায়বদু ওইরেদো মাগী নাম শোনবা লেপ্পা য়াদরে।

মাঝীঃ দেবী ইপাগী ইবেম্মা লাইৎবক ফবী লাওনে নংবো ইপা ইচাগী হী অসিদা জগৎকী মপুনা লেংশিল্লন্নবনি। অসিদগী হেন্না ফবা লাইৎবক কদায়দগী লৌরুগদগে ঙসাই ইবুঙোদুনা নেৎপিরম্বা খোঙ্গুলসিদা চরন ধুলি খজিক "তং পকলিবরা য়েংশি লাওনে।

দেবীঃ বাবা খোঙ্গুল অসে অঙাংবা সিন্দুর গুম্বা খরদি পকলিয়ে। খোঙ্গুলগী মওং অসি ফজদরা ? অসিগুম্বা খোঙ্গুল জগত্তা লৈরোই।

মাঝীঃ কদায় কদায় ইবেম্মা ইপাগী কোক্তা খর হাপচগে নংসু হাপপু। পাপ পুন্নমক কোকচরগনি। *মপা মচা অনি পুন্না ইশৈ শকলি।*

হে দীনবন্দু হে জগদীশ্বর, কনানা খংগনি নংগী লীলা
লেংবিরক্লবা ননাইগী ইনাক্তা, খংহনবিদবা অদুমক্তদা ননাইবু
লোইদ্রিবরা ননাইগী পরিক্ষা, লেংঙকপরা অপরাধ থিবা
হে দীননবন্দু হে জগদীশ্বর, নংগী লিলা কনানা খংগনি।

তৌজহৌদে খঙজদবনা চরন সেবাবু, লেংশিল্লমই অঙাং মচাগুম্না
পয়শা য়াওদ্রে হী লেম্না লানবিয়ু, হায়রম্বদো অসিনিকো প্রভুনা
উবিখরে খঙজদবগী ব্যবহারসু, থৌরুরে ননাইদি হী লানমলসু কন্না
হে দিনবন্দু হে জগদীশ্বর, নংগী লীলা কনানা খংগনি।

ঙাকপিয়ু হে করুনানিধি, কৎচরি কোটী প্রণাম চরন্দা
থম্বীরম্লে সনাগী হী ওইনা, অসুম্না পীনবরনে হী লানমনবু
সনা ফিগেনা খ্বাংদা তাংজবা, করি ৱাৎলিবগে ইবুঙো নংগী
হে দীনবন্দু হে জগদীশ্বর, নংগী লীলা কনানা খংগনি।

## ২১ শুবা
## ভারতী গোষাই উনবা চৎপা

*নিমাই কটুবা য়ৌনবা সুম লাকপদা লক্ষীদা শনবী অমনা মচা শন্নাও কায়নবগী থিবদা শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা হম্বা হম্বা খোংলদুনা মমিৎ অদুনা কোইরৈ লৈদুনা য়েংঙ গা কোইচেল চেল্লি, ফি ফি কামলি। তৌফম খগুবী মচা কায়নবগী মৈনা চাক্লবী শনবী অদু উরুরগা নিমাইগী মিত্তা শনবী অদু মমা শচী ওইনা উরকলে। নিমাই খাংবা ঙম্মক্তরে। নিমাই ইশৈ শক্লকলে।*

ইমা মানবী হে ! গো মাতা শনবী, লৈরমগনি নংগীদি নচা শন্নাওদো ।
আমৃত থকলগদবা ঙাহাক্তা ঙাইরে, খৌবোম থনগদবা নংগী আমৃতনা
মচাবু ফংলরোই ঐগী ইমা শচীদি, ইমা মানবী হে ! গো মাতা শনবী ।

খংবোইকো শনবী নংসু নচা নুংশিবা, খংজদ্রে নচাগী মৈচাক্ল শিনি নানি
ৰাইগনি খল্লি ফি, ফি কামদুনা অউবা খুদিংদা কিখিদ্রে নোংশা কৈদ ফাওব
কোইনা কোইনা য়েংলি ঈ কার, নমিৎনা, ইমা মানবী হে ! গো মাতা শনবী ।

চেল্লমগনি ইমাগ প্রিয়াগসু ঙাওন ফৈন, ঙাকপিয়ুকো হে ইমা নচাবু
করি ওইরম্মনি প্রিয়া নংদি, পোমনা লৈজবী লৈরাংগুম নৌরিবী
লৈহৌরোকো প্রিয়া ইমাগী সেবাদা, ইমা মানবী হে ! গো মাতা শনবী ।

*নিমাই প্রভু শনবী অদুনা ঙাওনা ফৈনা মফম মরাং খংদনা চেনবদু উরগা নিমাই প্রভু মমা শচী অমদি মনাই নুপী বিষ্ণুপ্রিয়াবু নুংশিরকলে। হে নুংশিবগী কল্লবা খৌরি নংদি অকাওবগী খৌরবা থাংনা খর ককথৎপিয়ু। কলিগী অত্যাচারগী*

*শাফুনা য়েরকপদা চত্তবা য়াদদুনা চৎলবনি মদুগীদমক ইমানা নচাবু ঙাকপিয়ু। প্রিয়াসু ঐগা কায়নবগী ৱারমগনি খংনা খংনা বিধিগী নোংদমদা খল্লগা খাংঙেকো বিধিনা তম্মকপা কর্ম্মগী ফলদা কনাদসু ৱারৌফম লৈতে কো হে প্রান প্রিযে। চেল্লগা হিংলোইদবা বিধিগী য়াথংনি। হেইমা নচানা মণ্ডলান্দা লাকঅগা হায়রগে ইমাগী সেবা বিষ্ণুপ্রিয়াদা শিন্নজরম্বনি। ঐ ভারতী গোসাইগী দিক্ষা ফংদ্রবদি সৈন্যাস লোগ সঙ্ঘনা য়ারোই। অদুনা নচাদি কাথুরা য়ৌনবা চৎচরে অসুম্না ভারতী গোসাইগী মনাক্তা থুংলরে।*

নিমাইঃ গুরুদেব ননাই ঐ লাকচরে।

ভারতী গোসাইঃ *খুরম্বা ভারতী গোষাই* নিমাইবু উবদা মাগী মমা শচিনা লোৎনবা হোৎনজবদা তৌখিবা নিমাই লৈন লৈন লৈতে হায়জখিবা অদুগা মানসু শ্রাপ ওইনা তৌরম্বদু নিংশিংলক্তুনা নিমাইবু খঙশিন্নদ্রে। ইবুঙোবু কনানো ঐ ভাব তাবা ঙমদরে।

নিমাইঃ গুরুদেব ননাই ঐবু কাওবিরবরা ঐ নবদ্বীপ্তা উনখিবা শচীগী মচা নিমাই হায়বদুনি অসুক থুনা কাওবিবরা ?

ভারতীঃ ইবুঙো নংদি চহিসু য়াম্না নৌরি। অদুগী মথক্তা নমা শচীনসু নংনা সৈন্যাস চৎপসু পামহৌদ্রি। নমাগী মতৌদু উবদা ইপা নুংঙাইতে।

নিমাইঃ ঐগী চহি ২৪ শুজরে নবালক নত্রে। চহিগী মতাংদসু গুরুদেবগা ঙাংনখ্রবদুনি।

ভারতীঃ অদু ইবুঙো চহিগী ৱাখলদি তৌহৌদ্রে। নশাগী চহি ৫০ শুরগা লাকউ নত্রবদি তৌহেদে।

নিমাইঃ চহিগী ৱাফমদা লাক্লবদি চহি ৫০ শুরবসু পঞ্চ তত্ত্ববু খংদ্রবদি সন্ন্যাস ধর্ম্ম ফংবা য়াদ্রি গুরুনা হেন্না খংবিরবনি।

ভারতীঃ ইস পঞ্চ তত্ত্ব হায়বদি করিনো নংবু খংলবরা ? ইবুংঙো !

নিমাইঃ পঞ্চ তত্ত্ব হায়বদি গুরুদেবনা খংশিন্নদ্রবদি ঐ হায়জগে। অনি থোকনা লৈ অমনা ঈশ্বর নিংজবদা গৌরচন্দ্র, গোদাধর, নিত্যাইনন্দ, শ্রীবাস অমদি অদ্বৈত মঙা অসি খংদবা য়াদে অতোপ্পা অমনা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, অতিযা অমসুং পৃথ্বী অসিনি।

ভারতীঃ হায়রিবা পঞ্চ তত্ত্ব অদুনা তৌগদবা থবক্তী খংলবরা ?

নিমাইঃ **পঞ্চ তত্ত্বনা তৌগদবা থবক্তী অসিনি পৃথ্বীনা মীওইবা ঐখোইগী শরু হকচাংগী উনশা, শম অসিনি ঈশিংনা বীর্য্য, ঈ, অমাংবা, হক্কী ঈশিং শেম্মী। নুংশিংনা লেংহনবা চৎহনবা খংহনবা অদুগা মৈনা চাখিবা থকখিবা পোৎ তুমহনবা, অরাম্বা খৌরাংবা খংহনবা মঙাশুবদা আকাশনা অশাওবা,অপাম্বা, ইকাইবা অসিনচিংবা অসি পীরিবনি। লাল্লবরা গুরুদেব।**

ভারতীঃ অদুদি চহি ৬০ শুরগা খংদবা য়াদবদি করি করিনো হায়য়ু।

নিমাইঃ **চহি ৬০ শুজরবসু অপাম্বা, নুংশিবা, মিহৌবা, কল্লকপা, য়েংথিবা অশাওবা, হায়রিবা ময়াম অসি মফম মতম চানা শিজিন্নবা হৈত্রবদি অমুকসু য়াদ্রি। অদুনা চহিনা চৎনদে। চহি ৭০ শুরবসু খংদবা য়াদবা তৌফম থোকপা লৈরি। ১০০ দগী হেল্লবসু চৎকদবা লমচৎ শাজৎপু খংদ্রবদি সন্ন্যাস ধর্ম্ম ফংবা য়াদ্রি। গুরুদেবগী ৱা অসি ননাইবু চানবিবা ৱাৎপগী মওং উৎপিরে।**

ভারতীঃ খংজরে ইবুঙো অদুবু নং ইমাগী অজ্ঞাদি লৌরক্লবরা ইমানা য়াদ্রবদি ঐনা অমুকসু ঙমজদ্রি। ইমাগী য়াথঙনা মরুনি।

নিমাইঃ ইমানা খ্বাইদগী অথোইবা গুরুনি। ননাইসু খংজৈ। অদুনা ননাইনা ইমাদগী বিদায় লৌজরগা লাকচরবনি। থাজবিয়ু।

ভারতীঃ নৌরিবা নিমাইগী মচিন্দগী থাজদবা ৱাফম ফজ ফজরবা ঙাক্তা মঙোন্দগী হেনবা লুরবা তত্ত্ব ময়াম তাবদগী মাগী মঙদা কোনা মনাদা ইরগা পিরম্বদু নিংশিংলক্রে। মুন্না খল্লগা হায়রকই। খংজরে ইবুঙো ইবুঙোগা তর্ক তৌনগদবা মী পোক্তুরী ঐনা কাওরুবননি। ইবুঙোনা পিয়ু হায়রিবা কৃষ্ণ মন্ত্র অদুসু ইবুঙোদা হান্না লৈরবা পোৎনি। গুরু অমা লৈতবা য়াদে হায়বা খক্তগী ৱাফমদা ননাইবু গুরুগী পদবীদা ব্যবহার তৌবিবগী ৱাদনি। অদুবু ঙসিগীদি পোত্থারশি হয়েং নোংঙাল্লগা কঞ্চন নগরদা মধু কৌবা হজাম অমা লৈবনি মঙোন্দ (লূ শম্ শিৎ) নান্না কোকথোকম্পিরকও অদুগা গঙ্গা স্নান তৌবিবগা মহা মন্ত্রদু পি নবা তৌজবগে।

নিমাইঃ অদুদি বেশ ওন্নবা পোৎলম শুনা তাকপিরো গুরুদেব।

ভারতীঃ তাবিরো ঐ পোৎলম শুনা হায়জরগে ডোড়ী ১ কৌপিন ১ বাহিরবাস ১ ঝুলি ১ কমণ্ডলু অঙ্গ ভুষন ইনফি ১ টুপি ১ চৈসু ১ পাদুকা-খুরুম বলুর ১ ছত্র/য়েম্পাক ১ পোৎলম মাপল অসি চংগনি।

নিমাইঃ গুরুদেব ননাই ঐ পোৎলমশিং অদুগা লোইনরগা হয়েং লাকচরগে। নিমাই চৎখিবা।

## ২২ শুবা

# বিষ্ণুপ্রিয়া মিকপ থোক্লকপা

*নিমাইনা গঙ্গা লানখ্রগা বন ফাওদুনা কটৱা তানবা চৎলিঙৈদা নবদ্বীপ মায়াপুররোমদা বিষ্ণুপ্রিয়া প্রভুগী স্না ফিগে তংখাইনা কুপ্লগা তুমহৌবদুনা নিদ্রানা মিৎলুদগী হেক থোকখিবগা মিকপ থোরক্লে। মিকপ হেক থোকপগা মাগী স্বামী নিমাইবু শংজবগী ৱাখন্দা তুস্মুবনিনা তফিং তফিং ফুক হৌগৎচৈ সনা ফিগে তংখাই শেত্তৎলগা কুপ্লিরম্বদু উজরে। অদুদগী মণি পরেং মোনং ময়াদা লৈরম্বা থেংনরে। জ্ঞান মাংদুনা শয্যাগী অকোইবদা কোইচেন চেঞ্জে শয্যা মখাদা চংদুনা থিজৈ অদুবু চংখ্রবনিনা থিবা খংদরে। খংলাও লাওরকই মাজী! মাজী!  মাজী! কৌরম্মগা বিষ্ণুপ্রিয়া ৱাহ্নদুনা তাখরে।*

শচীঃ বিষ্ণুপ্রিয়াগী খোল্লাও অদুদা খংপ্রেক খংনা হৌগৎলকই। অদুগা চেনশিল্লক্লে। মমৌ নুপী প্রিয়াদি লৈমায়দা উপনা তুদুনা জ্ঞান য়াওদনা লৈরম্বদু উবদা শচী মচা নিমাই চৎখিবগী ওইরম্বা তারে খল্লদুনা ৱাহ্নদুনা তারিবা প্রিয়াবু য়েংঙমদনা শয্যাদ চংশিন্দুনা মা মাদুনা থিবা হৌরকলে। লৈতরে খংলবা শয্যা অদুদা হঞ্জিন হঞ্জিন মাদুনা কপ্পা কপ্প থিবা হৌরকলে। হা! নিমাই!

ইশৈঃ—

ইমাগী নিমাই নংবু অমুক্তা লাকখো, ইমানা নংবু হুন্দোকখিবদি অহিং অমতনি।

নিম পাম্বী অসিগী মখোঙদা নোংমতনি, গুরুজনশিংগী য়াথংনা থমখিবনিনে।

ইমাগী আমৃত থকখ্রিদে হিংদ্রে খল্লুরে, ইমাগী নিমাই নংবু অমুক্তা লাকখো।

নোংঙাক্লে ইচা ফজনা হিংলম্লে, ইমানা আমৃত ইক্লে। ইচানা থকলে; কোঞ্জরে ইমানা ইথাদা চেৎন চেৎন, হরাওবগী ঈরানা শিন্থরে পীরাং।
অদুনা ইমানা নংবু নিমাই কৌবনি, ইমাগী নিমাই নংবু অমুক্তা লাকখো।
গয়া তীর্থ চৎলুরবা নৎত্রা ইবুঙো; ইমানা নংবু চৎহনখিদবরনে; পিতাগী পিণ্ডদান কৎলুরেদনা, ইমাগী নিংজবসু নংনা থুংহনবিরো ঐগী কনা লৈরিবগে ইমাগী নিমাই ! ইমাগী নিমাই ! নংবু অমুক্তা লাকখো।

পুম্নিগী পাঙ্গল লোইরক্লবীনি, পুম্নিগী নুমিৎসু তারক্লবীনি; ইমাগী সন্তান কনাসু লৈজদ্রে, ঐগী কর্ম্মনা কনানা তৌবিনি; জগৎপু কনবিনবা ইচারা ? নংবু ইমাগী নিমাই ! নংবু অমুক্তা লাকখো।

নংনা ইমাগী সপর্শ মণিনি, ইমাগী থরাইসু নংনা ওইবনি।
পোজবা, পমজবা পেলহৌদে; ইমাগী তম্পাক্তা অমুক্তা কারকখো।
আমৃত অমুক্তগা ইন্নজখিগে, ইমাগী নিমাই নংবু অমুক্তা লাকখোনে।

অসুম্না কপ্পা মখৈ কপ্পগা লৈমায়দা তুখরে। থাহুদুনা তারম্বী বিষ্ণুপ্রিয়া চেতনা লাক্তুনা মনেম শচীগী মনাক্তা লাক্তুনা হায়জরকই। মাজী ঐখোই অনিমক অসুম তৌনা লৈথোক্লগদি নচা ইবুঙোদো গঙ্গা লানখিবনা হানখ্রগনি । অমুক্তং তান্নদুনা দর্শন ফংব ঙম্বরা য়েংহৌশি।

শচীঃ ইমাগী ইবেম্মা প্রিয়া ! ইমৌগী লাইবক অসি ওন্থোক্লা থিখ্রেদকো নংসে ইমানা হেক পোকচবা ইচাগুম্না খল্লিদো; নংগীদমক্তা খনবদা ইমাগী শ্বর ফুক্লে। চহি ১৪/১৫ খত্তা ঙাইজরিবী, নমিত্তা সন্তান অমা উবসু ফংজদ্রিবীনি। হৌজিক নংনা কবি হায়বা, করি তৌশিগে, ইমাদি ঙাওরে; ইমা পুমঙাও ঙাওবে। নবুঙোদো লাপখ্রগনি হায়ব য়েংঙোই ইমাগী মঙদা বিদায পিবিযু ইমা হাযবগুম কোকিন্ন অমনা

কুহু কুহু খোংলমই। ইমানা চৎখ্রো কোকিন বৃন্দাবন্দা খোংজরুরো ঐনা নংবু বিদায় পিরবনি হায়দোকখরে। কোকিল অদুনা ইমাগী বিদায় ফংলবনিনা বিদায় হায়রম্মগা পাইখ্রেনে প্রিয়া ! করি তৌশি হায়বনো হায়য়ু ফংগদবদি মান্দ্রে ।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ কপ্প কপ্প মাজী মৈরা অমমম পাইরগা অমুক্তং তান্নদুনা যেংউশিরা।

শচীঃ ফরে ইবেম্মা চৎলসি মৈরা চুখৎলো। হায়রগা মখোই অনিমক গঙ্গা মপান লোমদা লাকলি।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ প্রাণনাথ ! প্রান্ননাথ ! ননাই ঐবু করি ইরান লৈখ্রবগে ? ইমাগী মতৌসে অমুক্তদি য়েংঙখো ইমাগ ঐগ কনাদা শিন্নরম্বগে। *কপ্প কপ্প চৎলি। গঙ্গা মপান্দা খোঙ্গুল পরেং শানা তারি।* মাজী তারিবা খোঙ্গুল অসে অতৈ অমগী নত্তে। নচা ইবুঙো প্রাণনাথকী পাদ চিহ্নি।

শচিঃ ইমাগী ইবেম্মা নবুঙোগী পাদ চিহ্ন মানবরনে। গঙ্গা মপান হায়বসিদি তীর্থ বাসী ময়ামগী চৎফমনিদা ইমাদি নংগী নতৌ য়েংবা ঙম্মক্তরে।

বিষ্ণুপ্রিয়াঃ ননাইনা খংজৈ প্রান্ননাথকী পাদ চিহ্নি। প্রান্ননাথকী খোঙ্গুলগী মওং মতৌ মুন্না খংজৈ গন্ধ য়াওরি অদুগা ঙরাং ঐনা শন্ধ্যাদা সেবা তৌজখিবা অলতারং, জেতুকা লৈঙোইসিদা ঙাংশং ঙাংনা তারিবসিনি। অসুক ফজবা খোংদা জগত্তা লৈরোই। হায়রগা খোঙ্গুলদগী লৈঙোই খুবাম খুবাম লৌখৎলগা কোক্তা হাপখরে অদুগা কপ্প কপ্প জগোয় শারক্লে ইশৈ শকলকলি।

ফংজরে প্রাণনাথকী চরন ধুলিদি, ফংজরে ইমা নমৌগী পেঞ্জবা,

য়েংবিয়ু ইমা খোঙ্গুলসে ফজদরা, কোকচরগনি ঐগীদি পাপ পুম্বা,

ওইজরবনি ঐদি লাইবক ফবী, ফংজরে প্রাণনাথকী চরন ধুলিদি ।

ঙা হায়বা জীবদুনা কংফালদা, ওন্না থোইনা চোংনা খাংববু,

পেন্না য়েংবিয়ু গঙ্গা ৱাংমদগী, খনবিয়ু নুঙাইনা জগোয় শাবি,

চোংলি লৈকংদা ঈশিং ফংদ্রবা ঙানা, ফংজরে প্রাণনাথকী চরন ধুলিদি।

লোইরেদো প্রিয়া ঐগী পুক্সিদি, ফংজরে তৌজমল নহাল মপোক্কী,
হরাওনা লৌজরি বিধিনা তন্নকপা, পেনবিরো হা বিধি নোংদম্বা,
লৌজরবনি ইরাইবক্কীনি খন্না, ফংজরে প্রাণনাথকী চরন ধুলিদি।

শচীনা অমুক মচা নিমাই কৌদুনা কপচরি।
শচীনা মচা নিমাইনা লানখিবা ঘাট অদুবু নির্দয়ঘাট হায়না থোনখি নির্দয় হায়বদি থৌজাল হৈতবা।

ইমাদি নিমাই নিমাই হায়রগা চোংদুনা অসুম লৈহৌবা তারবা
ইমানদি নংবু য়েংদুনতা লৈনিংই, ইতম্পাক্তগী সুককুম
কুমথহন্নিংদে।
অদুগা নংনা কদায়দা চৎলবা, ইমাদি নিমাই নিমাই হায়রগা, চোংদুনা সুম লৈহৌব তারবরা ?

হুন্দেকলে নংদি মণিগী পরেং, পান্নবোই তুলসিগী মালানা
সনা ফিগে তংখাইনা প্রিয়াদা, শেৎলিবা করম্না তংখাই অদুনা
চায়খৎলি প্রিয়ানা মকোক্তা উফুল, ইমাদি নিমাই নিমাই হায়রগা। চোংদুনা সুম লৈহৌব তারবরা ?

লৈখ্রবগে ইমৌগী করি মরাল, করি লৈবগে ইমাগী ইরান্না ?
শোনবিনি নমাগী শ্রাদ্ধ কনানা, খনবিদে উবিদে অদুবু নংনা;
বিদায় লৌখিবদো ঐগী মঙদনি ইমাদি নিমাই নিমাই হায়রগা। ।
চোংদুনা সুম লৈহৌব তারবরা ?

*নির্দয় ঘাট হায়না থোন্নবা মফম অদুদা অসুম্না শচীগা বিষ্ণুপ্রিয়াগা গঙ্গা মপান্দা কপ্পুনা লৈরিঙৈদা নোং ঙান্নকলে। নিত্যানন্দ, মুকুণ্ড, গোদাধর নচিংবা থুংলরে।*

নিত্যানন্দঃ ইমা ঙহাক্তং পোত্থানবা শং মচা অসিদা অমুক্তা লেংশিনখিশি নচা ঐখোই অসুক য়াম্ন লৈরিবসিদি, ইমানা করিগী অদুমনা ৱাগদগে ঐখোইনা ফংনবা থিরগা ইমাগী নিমাইদো ইমাদা শিননগনি।

শচীঃ ইবুঙো ইমাগী নিত্যানন্দ ! ইমাগী মুকুণ্ড ! নখোই ময়াম অসি উজরগা ইমা খর পোত্থাবা ফংজরে। ইচাশাঃ ইমাদি প্রিয়াগী মতৌ য়েংবা ঙমদরে। নখোইনা ইমাগী নিমাইদো কদায় য়ৌখ্রবগে খর থিবিয়ুনে।

নিত্যাইঃ ইমা নচা ঐখোইনা নিমাই থিরগা শোইদনা পিজগনি চিংনবিগনু।

শচীঃ অদুদি ইমাগী ইবুঙো নিত্যাই ! নংদি য়াম্না শিংবনি, ইমা ৱা হায়গে মুন্না তাও।

নিত্যাইঃ তাকপিশি ইমা ইমাগী য়াথং নচানা ফিগাও শাজরি।

শচীঃ ইবুঙো ননাও নিমাইদো ইমানা মাগী লৈফমদদি খংনিংইদকো

নিত্যাইঃ ইমা ঙসিগী নুমিত্তা ইনাও নিমাইগী লৈফমসু খংহনগনি উসু উনহনগনি। পোত্থাবিরো হকচাং অদু শোকখিবা তারে। ঐখোই গঙ্গা লাক্লগা য়েংজরুরগে।

## ২৩ শুবা
## প্রভুনা শম কোকথোকপা

*নিত্যানন্দ, গোদাধর, মুকুণ্ড অমদি চন্দ্রশেখরনচিংবা কটৱা য়ৌরকলে। মতম অদুদা নিমাইদি কাঞ্চন নগরদা শম কোকথোকপা চৎখিরম্মী। কাঞ্চননগররোমদা।*

নিমাইঃ মধু লৈবরো লৈরবদি ঐগী শম অসি অমুক্তা কোকথোকচগে।

মধুঃ ও লৈএঃ লৈএঃ ঙাহাক্তা ঙাইখো ঐ ঙসাইদগী শম কক্পদা য়াম্না ৱারে। চাক অমুক্তা চাখিগে।

নিমাইঃ মধু ঐগীসি খজিক্তুং অথুবা অমা লৈরে অদুনা নং য়ারবদি ঐগী শমসি হান্না অমুক্তুং কোকপিখো।

মধুঃ ঐ য়াম্না ৱারে চাকসু লামমে অদুবু নংগীদু অথুবা ওইরবদি কোন্না চারগে লিক্লোল ৫ দি শুনা য়াওরকপরা ?

নিমাইঃ ঐদি পৈশা লিক্লোনদি অমত্তা য়াওরক্তরে।

মধুঃ করিনোহে ইবুঙো নংনা নশক ইফ হেক ফজরগা অদুক ভাব তাদ্রিবসিবো। পয়শা লিক্লোনসু পিনিংদবা অদুগী মথক্তা অথুবসু অমুক পাম্মকইবা খর থুনা চৎলু নং ঙসি চৈ লাকপা তারে।

নিমাইঃ মোমোন নোকঅগা ইহে মধু নং ৱারৌরমান্নে নং অমুক্তা তপথখো। নংগা ঐগসে মপোক কয়াদগী লুনা তিন্নরকপা মরুপ্নি।

মধুঃ হেরা নাতৈ চাদবা হন্দক মপোক অসিদা তিন্নরকপা ফাওবা কাওনরকলবা কালসিদা। মপোক কয়াগী ৱারীবু কনানা নিংশিংবা ঙমগদোইনো তানিংদ্রে চৎখ্রো, চৎলু।

নিমাইঃ ইহে নংবু অমুক্তা তপথখোনে হায়রগা মনঙ্গলদা নানবদা মধু

চাক লাম্মম্বসু ফখরে ৱারম্বসু ফখরে। পুংতে তেখবে তপ্না নোক্ল নোক্ল হায়রকই। য়েংঙোই ত্রেতা যুগতা নংসে কিস্কিন্ধ্যাগী বানর রাজা ওইনা পোকখি। মহাক য়াম্না কনবা নিংথৌনি। মতম অদুদা রাম কৌবা অমনা নংবু তুংদগী তেন্না কাপ্পুনা হাৎখি। মদুগী লম্মন শিংনবা দ্বাপরদা অমুক নংনা শাদানবা জবা কৌবা অমা ওইনা পোক্তুনা কৃষ্ণগী খুয়াদা তেন্না থাদুনা কৃষ্ণ স্বর্গাবোহল ওইখি। মদুদসু কৃষ্ণনা পেনখিদে অদুগী লম্মন শিংনবা ঐগী শম অসি নংনা শিৎ নান্না কোক্কপিগদবনি। *ৱারি তানা তানা হৌখিবা লীলা পুম্নমক হৌজিক হৌজিক থোকপগুম নিংশিংলকলে।*

মধুঃ *মধু মঙক্তা ফি য়েৎলগা নিমাইদা নোং খোংবগুম কপ্লদুনা খুরুমজরে।* প্রভু ননাইবু ঙাকপিয়ু ননাইদি খঙজদবনিনা প্রভুদা য়াম্না কা হেন্না অঙাং অমদাঙাংবগুম ঙাংজরুরে। ননাইগী অপরাধদি ঙাকপিফম থোক্তনা লানখ্রে। হায়রগা কপ্পুনা লৈখরে। লেংশিনবিরো ননাই সেবা তৌজরগে হায়দুনা প্রভুবু শম কোকখরে। নিত্যানন্দ, মুকুণ্ড, গদাধর চন্দ্রশেখর নচিংবা ময়াম নিমাই থিবা লাকপদা নিমাইনা লু কোকথোক্তুনা থোরকপদা ময়ামদুগা থেংনরে।

নিত্যানন্দঃ ভায় ! নিমাই ঐখোইদি নংবু থিবদা কদায় কদায় য়ৌরুরে। লু কোকথোকলেদনা।

নিমাইঃ হোই শ্রীপাদ কোকচরে ময়াম ঐবু থিবদা য়াম্না ৱাবিরম্মগনি। ঙহাক্তং পোখাবিখো ননাওগী দীক্ষা লৌজগদৌরে। ঐ সন্ন্যাসকী দীক্ষা অমুক্তং লৌনবা তৌজখিগে। ননাওগী মতেং খর পাংশিনবিরকউ। *নিত্যানন্দনা ৱা ঙাংগে তৌরিঙ্গেদা ( কিৎ নমদুনা হায়রকই)*

নিত্যানন্দঃ ইবুঙো নংগী পামজবদি ফংগদৌরে। অদুবু মাতৃ বধ অমদি স্ত্রী বধ ফংদনবা ইমাগা প্রিয়াগা অমুক্তদি উনরুখিশিনে।

নিমাইঃ শ্রীপাদ অমুক্তা লেংশিনবিখো ননাওগী দীক্ষা অমুক্তা লৌজরুখিগে অসুম্না হায়রগা ভারতী গোষাইগী মনাক্তা নিমাই মাগী পোৎলম

*পুন্নমক পুশিল্লগা চংখ্রে পোৎ পুন্নমক গো যাইনা মন্ত্র শোল্লগা ঈশিং খিক্তোক্তুনা শেংদোকখরে অসুন্না গো যাইনা যজ্ঞ তৌদুনা নিমাইদা সন্ন্যাসকী হৌনবি লোইনা চিখদনা তৌদুনা সন্ন্যাসি অমা ওইহনখ্রে। গোষাইনা মন্ত্র পাঠ তৌরকই* অদুদি ইবুঙো নিমাই ঐনা থিরিবা অসিগা চপ মান্ননা হায়রকউ।

গোষাইঃ সর্ব্বধর্ম্মার্ন, পরিত্যজ্য, মামেকং শারনংব্রজ।

অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়ি ষ্যামি মা শুচ।

নিমাইঃ সর্ব্বধর্ম্মার্ন, পরিত্যজ্য, মামেকং শারনংব্রজ।

অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়ি ষ্যামি মা শুচ।

চপ মান্ননা নিমাইসু মন্ত্র শ্লোক থিখরে

গোষাইঃ ইতি প্রতিজ্ঞয়া হৃষ্টস্তদ্বিয়োগার্ত্তিপীড়িতঃ। ।

সদাচারাদিসমূঢ়ঃ শ্রীগুরো তব সন্নিধৌ।

গোপরামাজন — প্রাণ প্রেয় সেহৃতি প্রভুষ্কবে।

তদীয় প্রিয়দাস্যায় মাং মদীয়মহং দদে। ।

নিমাইঃ গোষাইনা থিরিবা অসিগা চপ মান্না অপনবা লৈতনা থিরকই।

হায়বদিঃ— শ্রীকৃষ্ণনা আৰ্জ্জুন্দা হায়খি— ধর্ম্ম পুন্নমক থাদোক্তুনা ঐঙোন্দা চংজৌ ঐনা নংবু পাপ পুন্নমক্তগী কোকপিগনি ৱাগনু অসুন্না হায়খিবা প্রতিজ্ঞয়া অদুনা হরাওজবা অমসুং শ্রীভগবানগী প্রতিজ্ঞা অদু ঐনা তৌদদুনা হৌজিক ফাওবা লৈবা অসিদা ৱারদুনা বৈষ্ণবকী সদাচারসু খংদবা ঐনা হে গুরুদেব ইবুঙো নংগী নাক্তা গোপরামাজনশিংগী চান্নথোইবা থোইদোক্লা মতীক চাউবা শ্রীকৃষ্ণদা ঐবু অমসুং ঐগী হায়বা পুন্নমক কৎচরে অসুন্না হায়রগা হে কৃষ্ণ তবৈবাম্মিঃ হে কৃষ্ণ ঐ নহাক্কীনি অসুন্না হরাওনা নিমাইনা হায়খ্রে।

*অসুন্না নিমাইনা সন্ন্যাসকী ফিজেৎ পুন্নমক লোইনা শেৎলগা মন্ত্র অসি থিরকপদা নিমাইগী বেশ ওল্লবা রূপ অদু উবদা নিত্যানন্দ অমদি গোদাধর, মুকুন্দনচিংবা চন্দ্রশেখর মখোই লোইনমক গঙ্গা*

*মপান্দা লৈহৌরিবা মাতা শচী অমদি বিষ্ণুপ্রিয়াগী তৌহৌরিবা মতৌ পুন্নমক নিংশিংলক্কুনা মখোল থোক্ত নোংখোংবগুম কপ্পরকই।*

নিত্যানন্দঃ হা নিমাই নংদি শচী মাতাবু থাদোক্লগা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরগা চৎকদৌরেদো।

গদাধরঃ হা নিমাই নংদি বিষ্ণুপ্রিয়াবু কনাদা শিন্নরম্বগে থোৎন নৌজরিবী নংগী প্রিয়াবু।

নিত্যানন্দঃ মখোই অনিগী করি মরাল লৈখ্রবগে অনিমক চোংদুনা লৈহৌরে গঙ্গা মপান্দা ।

গদাধরঃ কপ্প কপ্প ঙাওন ফৈন্না জগোই শাহৌরে ইন্দা লক্লবা ঈশিংগী ঙাগুম চোংহৌরি।

নিত্যানন্দঃ অনিগী মতৌ য়েংবা ঙমজদে প্রাণ ভায় ! নংনদি সোমদা হ্রাওরি নিংবা থুংলে খল্লিদো।

গদাধরঃ মপুরোইব লৈন লৈন লুখ্রা ওইহৌরবীনি হে নোংদম্ব ! নৌজরিবী প্রিয়াগী পুন্সিনি।

নিত্যানন্দঃ মচা কায়নরবী ষনবীদো ওইহৌরে শচীদি। মচা নিমাই কায়নবগী ৰাষ্টহৌরি গঙ্গা মপান্দা।

*সন্ন্যাস চৎলবনিনা মিং অমা ওন্নবা করি থোনশিগে খন্নরিঙৈদা দেবসভানা অকাশতগী লাওরকই ধন্য! ধন্য! ধন্য! শ্রী শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুনা জয় ওইরে। অসুম্না দেববাণীনা থোল্লকপা মিং শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভু হায়বা মিংথোল অসি ওইখি।*

ভারতী গোষাইঃ শ্লোক অমা থিরকই—

অজানু লম্বীত ভুজৌ কনকবদাতৌ সঙ্কীর্ত্তনৈক

পিতরৌ কমলয়িতাক্ষৌ বিশ্বম্ভরৌ দ্বিজবরৌ যুগ ধর্ম্ম

পালৌ বন্দে জগৎ প্রিয় করৌ করুনাব তারৌ। ।

ভারতীঃ হে ! শচী নন্দন নিমাই ! হে ! গৌরচন্দ্র হে ! নবদ্বীপচন্দ্র !!ক্লী´

কলিগী জীববু শ্রীকৃষ্ণ জ্ঞান্দ 'চেতনা' মিকপ থোকহল্লি হায়দুনা দৈববানীনা ইবুঙো নঙনা সন্ন্যসি লৌরব মিংলেনবু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য হায়না থোনবিরে ইবুঙো নঙঙোন্দা চঙজব মীওইবা খুদিংমক শ্রীকৃষ্ণ ফংলগনি শোইররোই। তাইবঙ অসিদা গুরু নাইব গুরু ভক্তি নহাক্লা তম্বীরবনি। ঐগুম্বা ভারতীনবু গুরু ওইব মতিক চাবরা ?

নিমাইঃ গুরুদেব করি মতা চিংনবিগনু গুরু অমগী মতীক মগুণ অসুক চাউই হায়বদু ঐমক্লা মাংহনবা তারবদি ঐ অসি অজ্ঞাননি হায়নখিগনি অদুনা ঐনা খংনা খুরুমজবনি। গুরুদি অপরাধ ফংবগী মহুত্তা মথংগী মপোক্তা অচৌবা শাগৈদা মতীক মগুণ য়াম্না ৱাংবা ওইন পোক্লগনি মরমদি ঐবু অৱাবদগী কনবিবগী অফবা ফল ফংফম থোকলবনি।

ভারতী গোষাইঃ খঙজরে ইবুঙো ঐগী লাইবক ফবদগী জগৎকী মবুঙোবু দর্শন ফংজরবনি। ইবুঙোদি অবতারনি (হায়রগা) দশাবতার মণিপুরদা খুরুমজরকই।

## দশাবতার

শ্রীজয়দেব গোস্বামীগী শৃঙ্গার রসতা আধার তৌদুনা ইখিবা নায়িকানা প্রধান ওইবা মহাকাব্য গীত গোবিন্দগী শীর্ষক্ত অবতার তরা খক্তং উল্লেখ তৌদুনা ইরি। গীত গোবিন্দ গীতিকা কাব্যনি ইশৈগী রাগ রাগিনী মমিং পন্দুনা ইরি। শ্রীমদভাগবত্তা অবতার কুনমরি উৎলি। অসিত নত্তে অবতারহ্যমঙ্খক মশীং লাকঙমদে।

মাতৃ ভাষা মণিপুরীদা

আখ্যান ৱারী মতেক খরদং হাপারগা ইজবনি।

শ্রী কৃষ্ণগী অবতারঃ—

১। অহান্বা অবতারদাঃ

মহাপ্রলয়গী ইরোন্নুংদা ঙাগী মুর্তি লৌদুনা (হয়গ্রীব দৈত্যনা হুদুনা পুখ্রবা) বেদবু মুন্দুনা পুখৎপিরকপা ঙাগী মুর্ত্তি লৌবিখিবা জগৎকী মপু কেশব শ্রীহরিনা জয় ওহাঁর।

২। অনিশুবা অবতারদাঃ

[মী লাই হিংজাবন সুমুদ্র নৈঙেদা]

চাউরবা সনচীংবু ননমগন্দা থম্বীখিবা থেঙ্গুগী মূর্ত্তি লৌবিখিবা জগৎকী মপু কেশব শ্রীহরিনা জয় ওইরি।

৩। অহুমশুবা অবতারদাঃ

মহাসমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লৈখ্রবী পৃথিদেবী লৈপাক লৈমবু মাগী য়াতোন্দা হাপ্তুনা পুখৎপিরকপা ওক্কী মূর্ত্তি লৌবিখিবা জগৎকী মপু কেশব শ্রীহরিনা জয় ওইরি।

৪। মরিশুবা অবতারদাঃ

মনাই অথোইবা ভক্ত প্রহলাদবু কনবিগে হায়বগীদমক মখুজিন নোংমৈশিংজং পানবা নৃসিংহ ভগবান্না য়ুম্বীদগী চোংথোরক্তুনা ফৎত্রবা দৈত্যরাজা হিরন্যকশিপুবু মথবাক শেগায়রগা মখোই মরিল ফোইদক্তুনা হাৎখিবা নৃসিংহ মূর্ত্তি লৌখিবা জগৎকী মপু কেশব শ্রীহরিনা জয় ওইরি।

৫। মঙাশুবা অবতারদাঃ

মতম অমদা বিরোচনগী মচা দৈত্য নিংথৌ বলিনা শুক্রাচার্যবু গুরু বরিদুনা তাইবঙপান অসি মাগী খুদুমগী মখাদা থমগে হায়বগীদমক বিশ্বজিৎ কৌবা যজ্ঞ তৌখি। মদুগী শক্তিনা ইন্দ্রলোক কায়খ্রবদা লৈফম লৈত্রবা লাঈ য়াম্না মহাবিষ্ণুদা হায়জবদগী মখোঙ অহুম পানবা থিকনেম্বা বামন কৌদুনা অবতার তৌবিখি। অঙকপা বলিগী দান্দা খোংফম অনিনা স্বর্গ মর্ত্ত থনখি। অহুমশুবা বামনদেবগাঈ খোংপাক্না সুতাল তান্ন য়ৌনবা কাওথখিবা বামন মূর্ত্তি লৌখিবা জগৎকী মপু কেশব শ্রীহরিনা জয় ওইরি।

৬। অরুকশুবা অবতারদাঃ

মহিয়মতিগী নিংথৌ মপাম্বোম লিশিং অমা পানবা কার্ত্তার্জ্জুন্না মতমদুগী ঋচিক মুনিনচিংবদা অত্যাতার তৌবদা খাংবা ঙমদ্রবদ জমদগ্নি মুনিনা অকনবা তপস্যা তৌদগী শীংচঙনা খুলাই ওইবা পরশুরাম কৌদুনা অবতার তৌদুনা কার্ত্তার্জ্জুনবু হাৎখি। লোইন লোইননা ক্ষেত্রিয় শাগৈবু কুনমাথোইরক হন্না থি

থিদুনা হাত্তুনা ঈনা থুম্নাৎলবা (সমন্ত মনি পঞ্চ) তীর্থদা লুপখিবা ভুগুপতিগী মূর্ত্তি লৌবিখিবা জগৎকী মপু কেশব শ্রীহরিনা জয় ওইরি।

৭। তরেৎশুবা অবতারদাঃ

[জগত্তা খাঙবা কনবা, থৌজাল হৈবা, লৈবাক ব্রায়েন চুম্ন তৌবা তম্বীবা, ব্রাশক চেৎপা, লাঈ ফাউবনা কল্লক্ররিবা রাজসিংহাসনবু হুন্দোক্তুনা মপা মবুঙো দশরথ নিংথৌ অমদি রাণী কৈকয়ীগী মনিং থুংনবা শ্রীরাম সীতা লক্ষ্মন্না থৌজাল তৌদুনা চহি ১৪ বনবাসকীদমক অযোধ্যা থাদোকখি। পঞ্চবতী বন্দা (নাসিক) লৈরিঙৈদো মরীচী কৌবা হিংচাবনা মায়া তৌদুনা ওনবা সনাগী শজি উবদা সীতানা ভ্রম জ্ঞান্দগী শ্রীরামচন্দ্রবু শজি ফানবা তানহনখিবদা মরীচীনা রামগী খোঞ্জেল মালহন্দুনা অৱাবা তারে হায়না কৌরকপদা সীতানা লক্ষ্মীনবুসু চৎহনখিবা অহাংবা তাঞ্জা অদুদা রাবন্না সীতা হুদুনা পুখি।]

শ্রীরামচন্দ্রনা লঙ্কাগী নিংথৌ রাবনগী লুহুপকা কোন্নবা মকোক তরা ককথৎলগা মায়কৈ ঙাকপা লাঈয়ামদা য়েঙ্ঘোকপিখিবা রঘুপতিগী মূর্ত্তি লৌবিখিবা জগৎকী মপু কেশব শ্রীহরিনা জয় ওইরি।

৮। নিপানশুবা অবতারদাঃ

বসুদেব, রোহিনীগী মচা ওইনা লাঙ্গোন্না খুৎলাই ওইবা অবতার তৌবিখিবা হলধর বলদেবনা আমৃতগী রসনা ঙাওরবদা যমুনা তুরেলনা লাঙ্গোলবু কিজদুনা মীগী মূর্ত্তি ওইনা থোরক্তুনা স্নান কৎখিবা জগৎকী মপু কেশব শ্রীহরিনা জয় ওইরি।

৯। মাপনশুবা অবতারদাঃ

ভবিষ্যদ (তুংদ) ওইরক্কদবা খঙবা অশিংবশিংনা হায়রম্মী।

" ততঃ কলৌ সংপ্রবৃত্তে সংমোহনায়

সুরদ্বিষাম্ বুদ্ধো নাম্নাঞ্জনা সুতঃ

কীবা টেষু ভবিষ্যতি ।।"

কলিগী শাফুনা কনশিল্লক্লবদা লাই দেবতাবু শীংনরক্লবা ফৎত্রবা কাঙবু ম্লেষ শুম্নাৎকে হায়বগীদমক অঞ্জনাগী মচা ওইনা কীকটদা পোক্লরগনি। বুদ্ধ

কীকট কপিলবস্ত নিংথৌ শুদ্ধোধনগী মহারানী ময়া অঞ্জনাগী মচা ওইনা পোকখি। অঙাং ওইরিঙৈগী মিং সিদ্ধার্থ শাক্য সিংহ হায়না খংনরম্মী। হৌজিক বুদ্ধদেব হায়না খংনরে। বুদ্ধ মশাগী চহি ১৯ শুরকপা নিংথৌ দণ্ডপনিগী মচা নুপী গোপা কৌবীগা লোইননা লুহোংখি। মচা নিপা রাহুল কৌবা অমা পোক্লবা মতুং নুমিৎ ৭ নিগী মতুংদা মানা ফংফম থোকপা রাজসিংসন ফাওবা পামদনা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবা বেদনা হায়বা শা হাক্তুনা যজ্ঞগী বিধানবু নিন্দা তৌখিবা. জীববু নুংশি হৈবা বুদ্ধগী মূর্ত্তি লৌখিবা জগৎকী মপু কেশব শ্রীহরিনা জয় ওইরি।

১০। তরাশুবা অবতারদাঃ

কলি খৎনবা হাৎনবা হেঞ্জিল্লকনি, তমথিরবা মতম অসুম অসুম ওইরক্লগনি, মতম অদুদা সম্ভল কৌবা খুল অমদা বিষ্ণুযশ কৌবা ব্রাহ্মনগী মচা ওইনা পোক্লরগনি। মখুত্তা থাংশাং পায়রগা শগোল অঙৌবা তোংদুনা প্রলয় তৌরমদাইদা থোকপা থৱানমিচাক মমৈ পানবা ধুমকেতুগুম পাপীশিংবু হাৎনবা কল্কি ভগবান কৌদুনা অবতার তৌরকদৌরিবা কল্কি কৌবা জগৎকী মপু কেশব শ্রীহরিনা জয় ওইরি।

*(দশাবতারগী মতাং অসি ঐনা হাপচনিংদুনা খিজরুবদা ঐগী গুরুদেব জগদীশ শর্ম্মনা ঐবু চানবিবদগী পিবিরক্তুনা হাপচবনি)*

**দশাবতার**

১। প্রলয় পয়োধি জলে ধৃতবা নসিদেবম্
বিহিত বহিত্র চরিত্র মখেদম্
কেশব ধৃত মীন শরীর জয় জগদীশ হরে .....

২। ক্ষিতিরতি বিপুল তরে তব তিষ্টতি পৃষ্টে
ধরনী ধারন কিন চক্র
গরিষ্টে কেশব, ধৃত কাচ্ছপ রূপ
জয় জগদীশ হরে .....

৩। বসতি দশন শিখরে ধরনী তব লগ্না
শশিনি কলঙ্ক কলেব নিমগ্না
কেশব ধৃত সুকর রূপ জয় জগদীশ হরে .....

৪। তবকর কমল বরে নখমদ্ভুত শৃঙ্গম
দলিত হিরন্যকশিপু তনু ভৃঙ্গম
কেশব ধৃত নরহরি রূপ জয় জগদীশ হরে .....

৫। ছলয়সি বিক্রমনে বলি মদ্ভুত বামন
পদ নখ নীরজ নিত জনপাবন
কেশব ধৃত বামন রূপ জয় জগদীশ হরে .....

৬। ক্ষত্রিয় রূধিরময়ে জগত পগত পাপম
স্নপয়সি পয়সি শমিত ভবতাপম্
কেশব ধৃত ভুগুপতি রূপ জয় জগদীশ হরে .....

৭। বিতরসি দিক্ষুরনে দিকপতি কমনীয়ম
দশমুখ মৌলি বলিং রমনীয়ম
কেশব ধৃত রাম শরির জয় জগদীশ হরে .....

৮। বহসি বপুষি বিশদে বসনং জলদাভম
হলহতি ভীতি মিলিত যমুনাভম
কেশব ধৃত হলধর রূপ জয় জগদীশ হরে .....

৯। নিন্দসি যজ্ঞবিদে রহহ শ্রুতিজাতম
সদয় হৃদয় দর্শিত পশু ঘাতম
কেশব ধৃত বুদ্ধ শরীর জয় জগদীশ হরে .....

১০। ম্লেচ্ছানিবহ নিধনে কলয়সি করবালম
ধুমকেতুমিব কিমপি করালম
কেশব ধৃত কল্কি শরীর জয় জগদীশ হবে .....

শ্রীজয়দেব কবে রিদ মুদিত মুদারম
শৃনু সুখদং শুভদং ভবসারম
কেশব ধৃত দশবিধরূপ জয় জগদীশ হরে .....

অরোইবা ঈশৈ —

জয় জয় শ্রীগৌরহরি, জয় জয় শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য,
বিশ্বম্ভর গৌরচন্দ্র, শচীর দুলাল গৌরহরি,
জয়রে জয়রে জয় জয় ঋ
অবতার শিরোমণি কলি যুগের চিন্তামণি
প্রেমদাতা শিরমণি কলি যুগের চিন্তামণি
জয়রে জয়রে জয় জয় ঋ
আখিল জীবের গুরু প্রেম ভক্তি কল্পতরু
হয় নাই হবার নয় যুগে যুগে ছিলনা
জয়রে জয়রে জয় জয় ঋ
ক্লী ঁ চৈতন্য মহাপ্রভবে নমঃ

চংজশি লাও গৌরনিত্যাই অনিদা, অনিসে যুগ খুদিংমক্তা লোইন্দুনতা লৈবনি।

লক্ষ্মন কনানো আনন্ত বাসুকীনি, বলারাম কনানো ইবুঙো লক্ষ্মনসিনি।। চংজশি
জীববু নুংশিবিবদি অনিসিদনি, থব্রাইগী অশেংবা মপুসু অনিসিনি,
হরি হায়বসি বাসুদেব কৃষ্ণনি, বলারাম হায়বদো নিত্যানন্দসিনি।। চংজশি
পঙঙগনু লান্দ য়াদ্রবা ইপাকনি, বৈতরনী ঘাত্তা লৈরমগনি শোইদনা অনিশি !!
ঐগী শাগৈ নাতৈদি দেহসিগী মরুপ্পী, চোংদুনা লৈহৌনি শুমাং মাঙোন্দা ।। চংজশি

A5645

পোৎখাখিসি।

ফোংজখ্রবা লাইরিক খরাঃ

১) মনিরতন।
২) ইশানা ইশাবু ঙাকচশি ।
Song & Drama, Govt. of Manipur approved.
৩) কবোক্কী নোঙ চুখিব্রা ।
DDK, Imphal & AIR approved.
৪) লৌশিং লৈবা নাপেত ।
AIR, approved.
৫) ঐখোয় মঙলান্দা ওইনা লাকচরগে ।
AIR, approved.

ফোংদ্রিবা লাইরিক খরাঃ

১) রাজকুমারী অমবু অউনপোৎ ওইহনখিবা ।
২) লুহোংবী শান্নশি হায়নরগা ।
৩) নচলবু করিগী হাৎলিবা ।
৪) থরাইন শোঞ্জখিব শৈশক ।
৫) পুয়া মখৈ শাফোংলশি ।
৬) দেবযানীগী কায়হৌরবা থম্মোই ।